আর জে মীতৈ (১৯৭৪-)

মপূং ফাবা মিং নাওতম রঞ্জন সিংহ, অসামগী নগাওঁ ডিষ্ট্রিক্টকী মনুংচনবা লমদিংদা পোক্লগা লোইতাং খুনৌ, ইম্ফালদা য়ূম হোংলক্কুনা লৈরে । অইবসি খোংহামপাৎ হাইস্কুল, লিবরেল কলেজ, মণিপুর কলেজ, দি এম কলেজদা তম্লক্লগা মণিপুর য়ুনিভর্সিটি,কাঞ্চীপুরদগী এম এ (মণিপুরী)পাস তৌরবা মতুংদা পিএচ ডি ডিগ্রীগীদমক মণিপুরী ডিপার্টমেন্টতা রিসার্ছ তৌরি। মণিপুরী সাহিত্যগী মরুওইবা চেফোঙ খরগী এডিটর , এডিটোরিএল বোর্ডকী মেম্বর অমদি সাহিত্যগী সংস্থান খরগী থৌপুবসু ওইরম্মী । মশাগী শৈরেং ল্যাইরিক অহুম অমদি ইংরেজিদা এডিট তৌবা লাইরিক অমসু ফোঙখ্রে । সাহিত্য নৈনবগী লমদা ১॥ *মণিপুরী শৈরেংগী শক্লোন অমা* (২০০২) ফোঙখ্রবা মতুংদা ২॥ *মণিপুরী সমাজ অমসুং সাহিত্যদা ফেমিনিজম* হায়বসিনা অইবগী অনীশুবা লাইরিক্নি ।

মণিপুরী সমাজ অমসুং সাহিত্যদা

# ফেমিনিজম

আর জে মীতৈ

এন আর পব্লিকেসন্স
ইম্ফাল

# manipuri samaj amasung sahityada feminism

a book of criticism on manipuri

by

**R J MEETEI**



মণিপুরী সমাজ অমসুং সাহিত্যদা ফেমিনিজম
গায়বা নৈনবা লাইরিক অসি
এন আব পব্লিকেসন্স, লোইতাং খুনৌ, ইম্ফালনা
খৃষ্ট ২০০৫, জনুৱারি ২ দা
অহানবা এডিসন ওইনা কপি মশীং ১০০০ খক
প্রোম ওফসেট প্রেস, শিংজমৈ ৱাইখোম লৈকাই,
ইম্ফালদা নম্লগ'

লাইরিক্কী মমলনা মথংশিংনা
পকা বাইন্দিং অমদি ওর্ডিনরিদা
লুপা ২৫০ অমদি ১২৫ নি।

# ৱাহৌদোক

লাইরিকসিদা হায়রিবশিংসি নৈনবগী অরোইবা নত্তে, অহৌবনি। অদুবু *মণিপুরী সমাজ অমসুং সাহিত্যদা ফেমিনিজম* হায়রিবসিদা হৌজিক ফাওবদা উরিবা খ্বাইদগী অচুম্বদু ঐগী মীৎয়েংদা মসিনি। লাইরিক অমা ইবা হায়বসি ঐঙোন্দদি প্রোমিজ অমনি, মেন্টেল এক্সর্সাইজ অমসুনি। সাহিত্য হায়বসি কলচরগী চাউরবা ফেজ অমনি। ফেমিনিজম হায়বা নুপীগী নীংতম্বা তানবগী ঈহৌসি নুপী খুন্নাইদতা নত্তনা ঐঙোন্দসু ফেসিনিয়েট তৌরি। লাইরিক অসিনা ফেমিনিজম হায়বা সমাজগী সংস্কৃতি অমদি সাহিত্যগী ঈহৌসিগী মশক অমা খঙহনবগা লোয়নন্না নুপী সমাজকী মনীংতম্বা পুন্সি অমা শাগত্তুনা হেন্না মপুং ফাবা সমাজ অমা শাগৎপদা খরদং ওইরবসু থৌইনশিন পীবা ওমগনি হায়বগী থাজবদুগা লোয়নন্না লাইরিকসি পুথোকচনবগী পাঙ্গল শাগৎচবনি।

## য়াওরিবশিং

# ফেমিনিজম

ফেমিনিজম লাটিনগী ৱাহৈনি, খৃ: ১৯১০ গী অদুৱাইদা ফ্রান্সতা অহানবা ওইনা রাজনীতিগী লমদা শীজিন্নবা হৌখি হায়না Ellen Dobois না পল্লি। Webster's Dictionary দা ফেমিনিজম্বু অসুম্না মশক তাকই - (a) the principle that women should have political rights equal to those men : (b) the movement to win such rights for women লাটিনগী ৱাহৈ এডজেক্টিভ ফেমিনিন নুপীগী ওইবা গুণ, নাউন ফেমিনিটি নুপীগা মরী লৈনবা, নাউন অমসুং এডজেক্টিভ ফেমিনিষ্ট নুপীগী হক তানবদা য়াওবা মী অমদি ফেমিনিজম নাউন ওইনা নুপীগী নীংতম্বা তানবগী ঈহৌ, পা -পীগী মান্নবগী ৱাবু শৌগৎপা হায়বা ৱাহৈশিংসিনা মীওইবা সমাজনা খুল্লিংঙৈদগী চৎনরক্লবা লীশাং শীৎপা ইমুং অমদি সমাজকী অচেৎপা য়ুম্ফমদা চরাংনবা থোকহন্দুনা ইমুং অমদি সমাজগী ইন্সটিট্যুসন খুদিংমক মখোঙ নীকহনবা হৌখি। অহানবদা নুপীগী ঈহৌসিবু ডিফেন্দর নত্ত্রগা এডভোকেটস নচিংকী ৱাহৈশিংদা খঙনরম্মী। ঈহৌসিমক্তি পেট্রিয়ার্কিগী মায়োক্তা হৌরকপনি। পেট্রিয়ার্কি (patriarchy) হায়বসি এন্থ্রোপোলোজিকেল তার্ম অমনি;মসি নত্তবা মান্নবা অর্থদা শীজিন্নবা ৱাহৈ খরদি পেট্রিয়ার্কেল (patriarchal), পেট্রিলাইন্যেল (patrilineal),পেট্রিলেটেল (patrilaterial) অমদি পেট্রিলোকেল (patrilocal) হায়বশিংসিনি। অর্থনা মপাগী খুদুং ইনবা সমাজগী চৎনরোল লৈবদুনি। মণিপুরসু ওল্লিঙৈগী মতমদগী হৌনা পেট্রিয়ার্কি সমাজ ওইরকই। পেট্রিয়ার্কি চৎপা সমাজদা নুপী হায়বসি পীক্লিঙৈদনা মপাগী মখাদা মপূং ফারক্লগনা মপুরোইবা অহল ওইরক্লগনা মচাগী মখাদা লৈবনি, মখোয়বু সমাজদা মনীংতম্বা খক পীদে। লুহোংবা হায়বসি নুপীগী তৌদবা য়াদবা মথৌনি; লুহোংবনা সমাজদা মখোয়গী মমল লেপ্পী। ফেমিনিষ্টশিংনা ভিয়্যু ফ্রোম নোহোয়র (View from nowhere) হায়বসি য়াদবগা লোয়ননা নোমেটিভ এজেন্দা (normative agenda) অমবু নুপানা খুল্লিংবা সমাজ অমদা নুপা নুপীগী মান্নদবা পুন্না মায়রোং য়াদুনা মখোয়গী ইডিওলোজি অসি শাগৎলকপনি। মখোয়না লমচৎকী ওইবা জ্ঞান অমদি রাজনীতিগী হীরমশিংদা কন্মিটেদ ওইনা মীৎয়েং থিংজিল্লদুনা লৈঙাক্লোনগী মায়কৈদা সোসিএল ম্যেনষ্ট্রিমদগী খেন্নবা মওংদা রিএক্সন পীনবা হোৎনবনি। ফেমিনিজম হায়বা ৱাহৈসিমক্তি কংকৃট ওইবা ফেমিনিনগী ওইবা ইজম হায়বদি অকক্লবা নিয়ম নত্ত্রগা দোগমা (dogma) অমনি। কঞ্জুমরিজমগী ওইবা ৱাখল্লোন্দগী নাম্থোক্লবা হোৎনবসু ফেমিনিষ্ট ইডিওলোজিদা য়াওবা মচাক অমনি। ইডিওলোজি অসি সাইকো এনালাইসিস তৌবদা মুভমেন্ট অসি হেন্না ময়েক শেংলকই। Frued না মনোবিজ্ঞানগী নৈনরোল মতুংইন্না নুপী হায়বসি হুম্বুবা থাক্কী ওইবা মতৌদা য়ূমগী নুপী অমদি মমা ওইবীগী গুণদা য়াওবা ওইনা য়েংলম্লিবসি ফেমিনিষ্টশিংনা য়াদে। সমাজদা নুপীবু করম্না নমথবগে হায়বসি Shefali Moitra না লেভেল অহুমদা পী :

১।। নুপা নুপীবু খেন্নবা মওংদা নুপীবু নমথবা (gender discrimination) গা মরী

লৈননা নুমিৎ খুদিংগী থেংনরিবা - নুপী ফাবা, ইজ্জৎ মাঙহনবা, ওৎ-নৈবা, লান্না লমজিংবা (abuse) অকাম্বা সেক্সিসগী মতৌ ওইহনবা ।

২ ।। ইন্সটিটুসনশিংদা থবক চঙবদা মান্নবা খুদোংচাবা ফংহন্দবা, শিনফম কয়ামকুমদা থবক চঙবা য়াহন্দবা, পেত্রিয়ার্কিগী চৎনরোলনা থবক তৌবদা সেক্সিসগী মতৌ ওইহনবা ।

৩ ।। সমাজদা নুপা নুপী হায়বসি মান্ননা য়েংদবা, - সমাজগী থিওরী, আইদিয়া, কন্সেপ্টসন, নুপানা মরায়বক ফবা, নুপীনা মরায়বক থীবী ওইনা মীরোল মীরোল থুঙথরকপা ।

সেক্সিজম (sexism) হায়বসি সমাজ পুম্নমক্তা, ইতিহাসকী তাঙ্কক পুম্নমক্তা নুপীবু হন্থনা, মী অমগী মরল-মথুম ওইনা লৌবা, শিন অমা পায়বা, ওফিস কাবদা, থবক তৌবদা, ভোৎ থাদবগী অধিকার ফাওবা লৈহল্লমদবা অসি কাঙলূপকী চৎনবী (custom) না মপূং ওইরগা আইন খরগা পুনশিন্নদুনা ওইহনর্বনি । নুপী হায়বসি বাইওলোজিগী ওইবা ফীভম্না তোম্থহনবা নত্তে, সেক্সিস ওইনা য়েংবা চৎনরোল অর্মদি লৈঙাক্লোননা ওইহনবনি । অহানবগী মখলসি ঐখোয়না সমাজগী পুন্সিদা নুংতিগী উবা, তাবা নত্তগা থেংনবা ঙাক্তনি । অদুবু অনীশুবা মখল অসিদি মীৎনা উবা ফংদবা মওংদা নম্না লৈ । অদুবু অরোইবগী মখলসিদি অমুক্কা হেন্না লুথবা (subtle) মওংদা লৈবি । মসি সমাজদা লিঙ্গ মান্নদবগী মশক (identity) না পুরকপনি হায়রিবা - নুপানা ব্রাখল খনবা ঙম্বা (rational) নুপীনা পুক্নীং ইহুলদা চৎপা (emotional) ; নুপাগী ব্রাখলনা উবা ফংদবা (abstract) নুপীনা উবা ফংবা (concrete), নুপানা থবক্তা চঙশিনবা (agentic) নুপীনা চঙশিন্দবা (indecisive) ওইবা হায়রিবা ব্রাখলশিংসি ফেমিনিষ্ট ইডিওলোজিনা থম্লদুনা - মসি পুম্নমক সমাজগী চৎনরোলনা থোকহনবনি প্রমান তৌই । মী অমা হায়বসি পোক্লকপদা কৰিসু য়াওরক্তে, মী হায়বসি সমাজগী পোত্থোক্নি, নুপী হায়বসি সমাজগী হোংদ্রবা চৎনরোলগী ষ্টেরিওটাইপ (stereotype) অদুনা শাগৎখিবনি । ব্রাখলগী লেভেলদা নমথবা অসিবু ফিলোসেন্ট্রিজম নত্তগা এন্দ্রোসেন্ট্রিজম (phillocentrism or androcentrism) কৌই । ফেমিনিষ্টশিং - Ann Ferguson, Janet Radcliff Richards নচিংবনা নুপীশিং অসি নুপাশিংদগী তাদনা তৌবা ঙম্বা, অচুম্বা ব্রাখলনা লমজিংদুনা মশানা পামজবা লম্বীদা খোঙদাদুনা পঙ্চুং য়ৌজবদা মতীক চাই হায়রম্মী । নুপীশিংনা খুন্নাইনা য়াথোক্তুনা থম্লবা চৎন -পরীং (pattern) গী মনুংদগী লাম্থোক্তুনা, অফ-ফত্ত মশানা মশক খঙজনা মশাগী লম্বী চৎচবা ঙম্নবগী দাবী য়াওরি । মসিদা মীওই খরগী খুদোংচাবগী ব্রাফম নত্তে, সমাজগী অরানবা বিচার চুমদবশিংবু চুমথোকপা পাম্বনি । মসি সমাজগী ত্রেডিসনবু ইন্দুনা চৎপগী মম্হৎ মী অমনা মশাগী পুন্সিবু মশক খঙজনা হৌখিবা, হৌজিক অমদি লাক্কদবা মশক খঙনা প্লান তানা (conscious) চৎনবা য়ূম্ফমসু শেমগৎপনি । মী অমগা অমগা মান্ননা ইকায়খুম্নবা (mutual respect), চিন্ন-চান্ননা ইজ্জৎ লৈনা হিংমিন্নবা হায়বসিদা পঙ্চুং ওইবনি । মদুতদা মশাগী থৌদাং মশক খঙবা চাওখৎপা খুন্নাই ওইরক্কনি । মসিগীদমক লমচৎকী ওইবা অহোংবা পুরকপনা খোঙহৌ ওইবতনি । মসিদা মী অমগী পুক্নীংগী ইহুলবু শকখঙনবা ইকায়খুম্ন বগী মমল শাগৎপনি । পোষ্ট মোদর্নীজমগী মনুংদা ফেমিনিষ্ট ইথিক্সকী দর্শনবু শকখঙবা হায়বসি

মী অমগী দর্শনবু শকখঙবা ওইরগনি। মসিদা মী অমবু মী ওইনা য়েংলম্বদগী পার্সনেল টর্ন (personal turn)অমনি। মসিদা ত্রেডিসনগী মপান্দা চোংথোক্কুনা মী অমগী ঋাহং পুখৎলকপনি। হৌজিক ফাওবদা ফেমিনিজম অসি মখাগী মখলশিংসি খায়দোক্কুনা ফেমিনিষ্টশিংগী মীৎযেং নৈনবা য়াই ঃ

১।। রিফোর্মিজম নত্তুগা নুপীগী অধিকারগী ফেমিনিজম
(Reformism or women's rights feminism)

২।। রেডিকেল ফেমিনিজম নত্তুগা ৱুইম্যেনস লিবরেসন্নীজম
(Radical feminism or women's liberationism)

৩।। সোসিএলিষ্ট নত্তুগা মাক্সিস ফেমিনিজম ; অমদি
(Socialist or Marxist feminism)

৪।। রেডিকেল লেসবিয়ানিজম
(Radical lesbianism)

মখল মরিসি খায়দোক্কুনা যেংবা য়ারবসু করিগুম্বদা ময়েক শেংনা উরবসু করিগুম্বদা হঞ্জিল্লবা, লোনশিন্নবকপা য়াওরকই । অদুবু মচীন মকনরকপদগী মপুং ফানা মৈ চাক্লকপা ফাওবনি ঃ রিফোর্মিষ্ট ফেমিনিজম অসিগী মপুং ফাবা অর্থ অমদি স্কোপ (scope) পীক্ষম খঙদে । ঈহৌসিবু শাগৎখিবা আমেরিকান ফেমিনিষ্টশিংনদি মসিবু ফেমিনিজম হায়না তোয়না পল্লি ।

রেডিকেল ফেমিনিজম না নুপী হায়বসি নুপা খুন্নাইনা মপুং ফানা ওৎপীরবা কাঙবুনি হায়না লৌই । বেষ্টর্ন কলচরগী ত্রেডিসন অমদি শেল থুমগী সংস্থানশিং কেপিটেলিজমা নুপীশিংবু ওৎ-নৈবগী পাম্বৈ ওইনরি লৌই । নুপানা শেমজিনবা ত্রেডিসন, এনালাইসিসতগী নাকোয়ননা রেডিকেল ফেমিনিষ্টশিংনা মখোয়গী কাঙলোন নাইবা মচাক (theoretical materials) শিং anarchism, marxism, radical psychiatry অমদি counter culture শীজিন্নৈ।

> Radical feminism is political because it recognizes that a group of individuals (men) have organized together for power over women, and that they have set up institutions throughout society to maintain this power.
>
> (Manifesto of the New York Radical Feminists 1969, 1)

রেডিকেল ফেমিনিজমগী মপুং ওইবা পান্দমদি সেক্সকী রোলবু থুগায়বনি নত্তুগা নুপা নুপীগী খেন্নবা লৈতবা সমাজ অমবু শেমগৎপনি । আমেরিকান সোসাইটিদা লৈরম্বা সেক্সিসগী মীৎয়েং থুগায়দুনা সোসিএলিষ্ট ফেমিনিষ্টশিংগী মীৎয়েংদগী হেন্না চখত্তুনা সমাজদা লৈরিবা জেণ্ডর বাইএসপু হেন্না কৃপথনা য়েংশিন্দুনা মদুবু থুগায়নবা হোৎনবনি । মসি নিউ য়োর্ক গ্রুপস কী ইডিওলোজিগী য়ুম্ফম ওইদুনা মখোয়গী কৃটিকেল ওইবা নিয়মশিং শেমগৎখি । ১৯৬৯ দা নিউ য়োর্কতা লৈরম্বা নুপীগী অধিকার তানবা সংস্থানশিংনা নুপীবু ঙাকপী শেনবিবা, শিক্ষা, থবক তৌবা, ইমুং অমসুং আইনগী য়াফম পুথোরকখিবসিনা ১৯৭১ দা ফেমিনিষ্টশিংগী থিওরী শাগৎপদা অচৌবা মফম কনবা ঙমখি । Betty Friden গী The Feminism Mystique

(1968) দা মোদর্ন ফেমিনিজমগী মরমদা শীখিবা হকচিনবা ষ্টেটমেন্টনা ঈহৌসিদা অকনবা শাফ্ শীখি। অদুগা Midge Decter গী **The New Chastity** (1972); Jessic Bernard গী **Women and the Public Interest** (1971) নচিংবনা রেডিকেল ফেমিনিজমগী খাইদগী অকনবা ব্রারোল ওইখি। মখোয়না সোসিএলিষ্ট ফেমিনিজমগী মীৎয়েংদা য়ানীংদে ঃ

> ...socialist revolutions have not resulted in the liberation of women, and that there needs to be an autonomous women's movement focusing on the oppression of women alone, as a separate problem.
>
> (Bouchier, 1978,106)

সোসিএলিষ্ট ফেমিনিজম হায়বসিনা মপূং ওইনা ফ্রান্স, বৃটেন অমদি জর্মনদা মপূং ওইনা থেংনৈ । সোসিএলিষ্ট ফেমিনিজমগী মীৎয়েংদদি কেপিটেলিষ্ট সিষ্টেমনা শাগৎপা ক্লাস নাইবা নুপীবু ওৎপীবা (oppression of women) অসিগী নিয়ম নাইবা কাঙলোন অসি মাক্সিষ্ট অমদি লেফট সোসিএলিষ্ট ট্রেডিসননি লৌই । মরুওইনা Marx, Engels, Lenin অমদি Trotsky না কেপিটেলিজম্না ওইহল্লিবা নুপীগী ফীভমগী মরমদা ইরকপা খৃৎইশিংদগী মশক লৌদুনা শাগৎলকপনি । অদুনা নুপীনা অফা -অপুনসিদগী নাম্থোক্তুনা মনীংতমগে হায়রবদি কম্যুনিজম নত্রগা সোসিএলিজম হায়বসিনা পাম্বৈ অমা ওইরগা লিবরেসন ফংনবগী ঈহৌগী শরুক অমা ওইহনগদবনি লৌই । অপাকপা মীৎয়েংদা মাক্সিষ্ট, ট্রোটসকি অমদি লিবরেটরিয়ান সোসিএলিষ্ট গ্রুপকী মেল ব্রিংগী পোলিটিকেল ওগ ঈহৌসিদা য়াওরকখি । মসিনা সোসিএলিষ্ট ফেমিনিজমগীময়েক শেংবা ' সোসিএলিষ্ট ফেমিনিষ্ট অমদি রেডিকেল ফেমিনিষ্টকী খেন্নবদি ঃ

> The major theoretical point at issue is that socialist feminists stress that capital uses sex ( and race) to divide the working class, and claim that radical feminists, by saying that *men* oppress women as well as (or rather than ) capital are playing into the hands of the bourgeoisie - not, incidentally, an argument which they use against blacks.
>
> ( Ibid )

লৈঙাক্লোননা নুপীবু নমথবগী মরমদা Mary Wollstonecraft গী **Vindication of the Rights of Women** (1792) , J.S. Mill গী **The Subjection of Women** (1869), Fridrich Engles গী **The Origin of Family** (1984) দা নুপীগী মফমদা সমাজনা হোংবা নাইদনা চথরক্লিবা ওৎ-নৈবদু পুথোরকখি । অঙনবা মতমগী ফেমিনিষ্টশিং Woolf, Beauvoir, Kate Millett; সাইকোএনালিষ্ট ফেমিনিষ্ট Juliet Mitchell, Luce Irigaray, Helen Cixous, পলিটিকেল ফেমিনিষ্ট Pauline Johnson, Carole Pateman; সোসিএলিষ্ট নত্রগা মাক্সিষ্ট ফেমিনিষ্ট Eli Zaretsky, Michele Barrett, পোষ্ট ষ্ট্রকচরেলিষ্ট ফেমিনিষ্ট Irigaray, Cixous নচিংবনা শাগৎলকই । পণ্ডিতশিং অসিনা লেঙ্গুইষ্টিক্স সাইকোএনালাইসিস, ফিলোসোফি অমদি পোষ্ট ষ্ট্রকচরেলিজমনচিংবগী থিওরী কয়া লৌশিল্লি

অদুগা সবজেক্ট কয়ামুক্ত শন্দোকখি। ফেমিনিজম হায়বসি হৌজিক্তি ইন্টরডিসপ্লিনরি নত্তগা প্লুরেল ওইবা এপ্রোচ অমা ওইরক্লে। ফেমিনিজমগী অনৌবা ঈহৌ (new wave) অসিবু মতমগী দর্শনিকশিংনা য়ানীংদবা উত্তুনা হায়রি - মসি পাইরক্কী ৱাখল (contingent) না পুরকপনি, ভাবতানা খন্থুবদগী থোক্লকপা নত্তে, মসি কাঙলোন লান্না শীজিন্নবা (faulty use of theory) নত্তনা কাঙলোন লালহনব (faulty of the theory) দি ওইরোই। Immanual Kant, John Stuart Mill, John Rawls নচিংবা ফেমিনিষ্ট থিঙ্করশিংনা মপূং ওইনা য়ানীংদ্রি। মখোয়না ফেমিনিষ্টশিংনা পুখোক্লিবা সেক্সিজম অমদি পেত্রিয়ার্কি অসি ময়েক শেংনা য়েংশিনবা (monitor), মনুং ফাওনা শেংনা উৎপা (crystalline) মথৌ তারি হায়না লৌরি। তৌবগীদি নুপা হায়বসিসু নুপীগুম্না সমাজ অমগী সংস্কৃতিনা নাউকোন্দুনা চাউরকপনি। অদুনা নুপা হায়বা অকক্লবা মীওই অমদা শীংনবসি নুপীগী মনীংতম্বা তান্নবদা তৌগদবা নত্তে, মসিনা শীংনগদবদি নুপীবু নমথদুনা থম্লিবা সমাজগী সিষ্টেম অমদি ইন্সটিট্যুসনশিং থুগায়বা, অপূনবা সমাজগী য়াইফবা পুরকপরোমদা মীৎয়েং থিংজিনগদবনি।

ফেমিনিজম হায়বসি সোসিএল সাইন্স, হ্যুমেনিটিজ অমদি বিজ্ঞান্নচিংবা বিষয় কয়ামরুমদা শন্দোকখি। Frued না সাইকোলোজিকেল ষ্টদিদা নুপী হায়বসি নুপাদগী হন্থবা ওইনা উৎখিবা পূম্বা ফেমিনিষ্টশিংনা য়াদে। এসোসিএসন ওফ ৱুইমেন ইন সাইকোলোজি (এ দব্লিউ পি) গী ১৯৬৯ দা ফমখিবা আমেরিকান সাইকোলোজিষ্ট এসোসিএসন গী মীফমদা নুপী সাইকোলোজিষ্টনা নুপাদগী হেন্না ৱাংই হায়খি। এ দব্লিউ পিনা সেক্স ডিস্ক্রিমিনেসনগী মায়োক্তা ৱারেং কয়ামরুম ফোঙলকপগা লোয়নননা নুপীবু নুপাগা মান্নবা থাক পীদ্রবদি য়ুম পান্দবা, খাইনবনচিংবা তৌদুনা সমাজকী চৎনরোল পূম্বা শীংনগনি হায়খি। মপাঙ্গোংগী শেল-থুম, মহৈ মশিংনচিংবদা মান্নবা লৈতবসিনা নুপীনা সেল্ফ কনফিদেন্স, সেল্ফ দিটরমিনেসন অমদি সেল্ফ ইমেজ কঞ্জবা ঙমদবসিনা নুপীগী সাইকোলোজিদা এফেক্ট তৌরকই। ফেমিনিন সেল্ফ ইমেজ কনবা ঙমদবসিনা নুপীগী ৱাখলবু চাওখৎপা ঙমহন্দে, মশাবু তুক্কচবগী ৱাখল (misogyny) পোকহন্দুনা ঙাওদুনা চৎহল্লি। Goldberg না নুপা নুপী অনীসি সাইকোলোজিকেল্লি পর্সনেলিটি টেষ্ট তৌবদা সেন্সিটিভ মেথদ অমা পুখোক্লগা ১৯৬৫ দা Rotter Incomplete Sentence Blank (Rotter ISB) চাংয়েং তৌবদা নুপীমচানা অনীংবা ফোঙদোকপদা লুবা, হায়রিবদু থবক ওইনা পাঙথোকপা য়ারোইদবনা হৈনীংবা পোকতবনি হায়খি। নুপী সাইকোলোজিষ্টশিংনা সমাজগী চৎনবীদা নুপীবু নুপাগা খেন্নহনবা, তেংবাঙবা ওইনা পূক্নীংগী ফীরেপ লৈহন্দবা অসিদগী সমাজদা নুপীনা রিয়েলিটিগা একচ্যুলিটিগা

Ellen Mintz না The Prejudice of Parents অমসুং সমাজ অমদা নুপা নুপী হায়বসি সোসিএল মেকানিজম্না ওইহনবনি হায়না মার্ক তাক্লকপদগী ফেমিনিজমদা অচৌবা ডিভেলপমেন্ট অমা সোসিওলোজিষ্ট অসিনা পীরকখি। সমাজগী হোংদনা চত্থরক্লিবা পেত্রিয়ার্কিনা নুপীবু শোন্থহনবনি হায়বসি Fromm অমদি Levi- Strauss নসু হায়রম্মী। সমাজগী চৎনরোল অদুবু ইল্লিবা মীদু মীমান্নবা (normal) ঙাক্লগনা মীমান্নদবা (abnormal) ওইনা লৌবসিনা, চৎনরোলদু মীয়াম্না নমদুনা ইল্লি। Mintz না নুপা নুপী খেন্নবা শাগৎখিবগী

মওংসু থাক মাপলদা নৈনরম্মী । সমাজদা নুপা নুপীগী খেন্নবসি শমখাক, ফীজেৎতগী হৌরগা লমচৎ-শাজৎ পুন্নদা হাপচিল্লি । মসিদা শমখাক, ফীজেৎ ফাওবদা নুপীনা থোইদোক্লে পাঙ্গল থোক্কবা মওং ওইহনখি । নুপী অমদা সমাজনা হাপ্লবা হোৎনরিবশিংদি - মখাপোনবা, শোঞ্জবা, চাংলেম্বা, কিগনবা, পুক্নীং নৌগনবা, মীনুংশি খঙবনি । করিগুম্বা অমত্তং তৌবদা নুপীমচানবু অদু তৌরা অফবা নুপীমচানা অদুম্না তৌহৈদে হায়দুনা লালহনবা; খৎন-চৈনবদা য়াওহন্দবা মপুক্নীংগী অনীংবা ফোঙদোকহন্দদুনা কনফিদেন্স মাঙহনবা; কৈরোই লৈকাইগী নুপীমচাশিংগী মতৌ তমহনবা অমদি চাংদম্নদুনা শকহেল্লিদা থাগৎপীদুনা ফজবগী গুণদা মপুক্নীং চঙহনবা খজিক্তং মোৎপদা নুপীমচানা মোৎহৈদে হায়দুনা তরু তনালহনবা, পুক্নীংদা লৈবা মনুং কনবদু মথক থোংবগী য়াথং ইনবদা নোল্লুকপা ওইহনবা মদুতদা ফৈনে থাগৎপীবা ; লাইথি শান্নবা, পাম্বী থাবা, হূইনাও মচা পম্বনচিংবদা মপুক্নীং চঙহনবা , ওইহনবা ; নুপামচানা সেক্সকী তাঞ্জা লৌরকপদা মশাবু ঙাকচ-শেঞ্জবদা নত্তনা মশাগী মরালসু ওইনা খলহনবা হায়রিবশিংসি নুপীমচাশিংগী গ্রোথ অপতা য়াওহল্লকই ।

> the formation of a feminine personality is determined by an attitude of indulgence, protectiveness, and an abundance of love and affection.
>
> (Mintz, 1974, 15)

মসিগা ওন্ন-তৈনবা মওংদা নুপামচা হায়রগনা-মনীংতম্বা, মপাঙ্গল কনবা, অনম কনবা, চিঞ্জাক থিবা, সমাজগী লাণ্মী, ব্রারেপ লৌবা, মায়পাকপগী মমল খঙবা, ফগৎ-চাওখৎপা, মঙ্গললৈবা, নুপীদগী হেন্না চাউবনি খলহনবা মমান্নবগা মায়োক্নরকপদা কপ্পদা নুপামচানা কপ্পবা ? হায়দুনা শোম্থবকপদা থৌনা হাপ্পা ; মায়োক্নবগী, মতোমতা ঙাকচ-শেঞ্জবগী পাঙ্গল শীজিন্নবা মশান্নশিং শান্নহনবা; মরৈ য়েৎনহন্দুনা ব্রারেপ লৌবা ঙমহনবা; থোইদোক্লা মরীন পানবা ওইনা মশাগী নুপা ওইবগী চাউথোকচবদু য়োকখত্তুনা শাউগনবা, চাউথোকপা অমদি মপাগী মতৌ লৌহন্দুনা অচৌবা ওইহল্লি । অসুম্না মশক হোংদবা নমুনা (prototype) তা থংথখিদুনা ফোর্মেলিটিজ অসিগী মনুংদা নুপী অমবু সমাজনা পাম্বীবা পাম্বীদবা হায়বসিনা মগুণ ওইনা শাগৎহন্দুনা নুপীমচাশিংনা নুপামচানা নুংশি হায়বিবকপা, মখোয়গা উননবগীদমক ঈশৈ শক্তুনা জগোয় শাদুনা ইকোম-কোমথোক্লা হিংহল্লি, নুপানা হায়বগী মতুংইন্না ময়ূম-মকৈ পাল্লি । ময়ূম পান্দ্রিবা ফাওবা মপা, মবুং-মৌপব্রানা ঙাক শেল্লি, ফু-চৈদুনা মতোমতা মখাপোনবী ওইহনখি । ময়ূম পানবদা মঙোন্দগী হেন্না চাউ শাংবা, মপাঙ্গল কনবা, মহৈ হৈবা, মরল লৈবা, চহী হনবা, হক্তিন্নবগী জ্ঞান হেন্না লৈবা, শিংবা নুপা অমগা লৈমিন্নহনবসিনসু মখোয়বু দোমিনেন্টতৌহনখি । অদুগা নুপীনা ময়ূম পাল্লবা মতুংদা মচা পোকপা, য়োকপা, ফিগু-ফিজাম্বা, চাকথোং ফৌশুবা, লমশিৎ-ব্রাইশেংবা, শেল-থুমগী মায়কৈদনা মপুরোইবগী মখা পোনবা, মপুরোইবগী অপাম্বদা পোজিটিভলি রেসপোন্স পীবা ; মসিনা নুপীবু য়ূমগোইবী , মমা, মীনুংশি চেনবী য়ূম্বুরেম্বী ওইনা ষ্টেরিওটাইপ্তা শাগৎখি । মপানা হায়বনা অচুম্বনি, অফবনি তম্বীবনা মচাশিংনসু মপাবুনা মমাদগী কিনা লুনা লৌরকই । হায়রিবা অসি মপূং ফানা পাঙথোক্লবতদা সমাজদা অফবা ওইনা লৌবী । মসিনা নিউক্লিয়ার ফেমিলি

অমদা লৈরিবা নুপা নুপীগী আইদেন্টিটি ওইরকই। সোসিএল সাইন্টিষ্ট Newton D. Baker না হায়খি - *Everyone was brave from the moments she comes into the room.*

নুপাগা নুপীগগী মরক্তা লৈরিবা খেন্নবা মতৌসি বাইওলোজিকেল্লি, সাইকোলোজিকেল্লি অমদি জিনেটিক্কী খেন্নবননি হায়বসি এন্থ্রোপোলোজিগী ষ্টদিদা ফংদে হায়। মসিনা নৈনবদা ফংলিবদি anatomy is destiny ওইহনবনি। Tiger, Scarf, Mersky, Laudauer নচিংবনা নুপা নুপীগী খেন্নবসি হোর্মোন (hormon) গী লেভেলদা নৈনবদসু ফংদে হায়বসিনি। Huxley গী **Brave New World** দা চপ মান্নবা মীওই শরবু খেন্নবা মওং অমদি সমাজগী ভেল্যু সিষ্টেমনা মীওইশিংদুগী মশক, মগুণ হোংহনবা ঙম্মী হায়রদুনা খেন্নবা মওংবা নুপা নুপীবু দ্রিষ্টি তৌবসিনা চাওখংপা সমাজ অমা ওইহনবা ঙম্লোই হায়বসিনি। নুপা, নুপীগী মরক্তা ময়েক শেংনা লৈরিবা খেন্নবা অসি শকখঙ খুদম (traits) পূক্লীংগী ফীভম (temperament) মথৌ ওবা থবক্তা চঙবদা শক্তি লৈবা, পূক্লীংগী পাঙ্গল, লাখল খনবগী মওং পূম্নমকসি ঈশ্বরনা খেন্না শেম্লম্বা নত্রগা বাইওলোজিগী খেন্নবনা ওইহনবা নত্তে, মসি সমাজগী চৎনরোল, লাইনিং, অর্থনীতি, রাজনীতি, শিক্ষা, বিজ্ঞান, ইন্সটিট্যুসনশিং, মাস মেডিয়া পূম্বসিনা ওইহনবনি হায়বা এন্থ্রোপোলোজিষ্টশিংগী মীৎয়েংসিনসু নুপীগী অধিকারগী ঈহৌসিদা ঈনোৎ পীবকখি।

হিষ্ট্রি হায়বসি হিজ-ষ্টোরি (his-story) নি, হার-ষ্টোরি (her-story) নত্তে। ফেমিনিষ্টশিংনা ইতিহাসতা, সমাজদা মশীং তঙ্খায় শরুক কাল্লিবা নুপীগী মশক মচু লৈজদবগুম মখোযগী মরমদা তুং-ওইনরম্বসিনা ইতিহাস অসি মপূং ফাদবা ওইনা লৌই। অকক্লবা অর্থ লৈবা তার্ম ওইনা নুপীগী ইতিহাসতা চক্রি থাংবা ফ্রেমরার্ক অমগী মনুংদা নুপীগী পোলিটিক্স শীজিন্নদুনা নুপীগী ওইবা অকক্লবা ইতিহাস (queer history) শাগৎলকই। নুপীগী ওইবা ইতিহাস অমা শাগৎপা হায়বসি ফেমিনিষ্টশিংগী রাজনীতিগী ওইবা দাবী অমনি। ইতিহাসতা নুপীনা হিংলকপগী এক্সপরিএন্স পীবা ঙম্বনা ফেমিনিজমগী থিওরী শাগৎপগী অফবা মচাক ওইনা Elizabeth Weed নচিংবা ফেমিনিষ্টশিংনা লৌখৎলি। মসিনা নুপীগী এক্সপরিএন্স অমদি আইদেন্টিটিগী অশেংবা শাগৎলিবদু (original composition) খঙহনবা ঙম্মী। British Feminist Thought হায়বসিদা Terry Lovelli না অহানবা ওইনা অনীশুবা লাঞ্জাও মতুংদা নুপীগী ইতিহাস অমা শাগৎনবা হোৎনরকখি। মখোযনা হৌখিবা মতমদা হিংলম্বা নুপীশিংগী মাঙখ্রবা ইতিহাস (Lost history) পুথোক্ল বা হোৎনৈ। ১৯৭০ অসি নুপীগী ইতিহাস শাগৎনবা হোৎনবগী যাম্না হকচিনবা, অরুবা, মরুওইবা তাঙ্ককনি। মতমসিদা ফেমিনিষ্টশিংনা মী অমগী পূক্লীং ইথিল, পুন্সি অমদি চীন্থাংদগী শাগৎলকই ; নুপীগী মশক লৈজদবগী লোই-খম নাইদ্রবা অরাবা (myriad) পুথোক্লনা নুপীগী ইতিহাস শাগৎনবা Clio নসু হোৎনরম্মী।

Virginia Woolf না হায়রম্মী *Science it would seem, is not sexless, he is a man, a father and infected too.* বিজ্ঞানগী লমদা ফেমিনিষ্টশিংনা অহানবদা থওইরমদ্রবসু মমৈথংদা নাকোয়নরম্বা য়াদবা বিষয়নি খঙলকখি। হীরমসিদা Harding না *The Science Question in Feminism* , Evelyn Fox Keller গী *Feminism and*

*Science, Reflections on Gender and Science* নচিংবা ইদুনা পুখোক্লরকখি। Harding না ফেমিনিষ্টশিংনা বিঞ্জানবু করিগীদমক এনালাইজ (analyze) তৌরিবনো হায়বগী মতাংদা ইরম্মী ঃ

> When feminist thinking about science is adequately theorized, we will have a clearer grasp of how scientific acting is and is not gendered in this sense.
>
> (Levin,1980,100)

সমাজগী কয়াৎ খুদিংমক্তা লৈরিবা থাজনবীশিং (belief systems) সি জেণ্ডর খায়বা ব্রাখল্লোন অমগা শাগোন্ননা শাগৎখিবনা অকক্লবা বিঞ্জানবু নৈনবদা লৈরিবা খেন্নবা অদু ময়েক শেংনা উরকখি। বিঞ্জানগী লমদা সাইন্টিফিক মেথদশিং অসি মহৌশা ওইব্রা ? খৃৎশেম্লি। বিঞ্জানবু রিকন্সেপ্টচ্যুএলাইজ (reconceptualize) তৌদুনা য়েংবগা লোয়ননা বিঞ্জানগী তাইবঙদা নুপী সাইন্টিসশিংগী মমল (Worthies) ফংনবা হোৎনরকই। Harding না বিঞ্জান্দা সেক্সগী খেন্নবা অসি থমদ্রবদি মখোয়না অফবা এচিপমেন্ট পীবা ঙমগনি হায়রদুনা মখা তারি - অতৈ বিষয়শিংদগী হেন্না মহৈ য়ান্নবা মতীক নুপীদা য়াওই। নুপীনা বিঞ্জানদা শোত্থবা তারবদি লানগী খৃৎলাই শাবা খক্তদনি (frontline warfare) অদুনা নুপীনা বিঞ্জানদগী শোথৈ হায়বা তারবদি বিঞ্জান অসিমক শেরান তুরান উবা, ফক্তবা অমদি হীরম অমদা হেক্তা অবানবনি। সাইন্স কোইসন ইন ফেমিনিজম দা বিঞ্জান হায়বসি নুপাগী ফ্রেমব্রার্ক অমগী মনুংদা প্রাক্তিস তৌবনা নুপীনা শোত্থবনি, অদুগুম্না বিঞ্জানদু নক্তগা ব্রান্ডভিয়্যু অদুনা খুদোংথীবা নক্তনা সমাজগী চাওখৎনবগী অনৌবা মীৎয়েং অমত্তা থোরক্লোই হায়বসিনি। তাইবঙ পানবগী অচুম্না পূম্বা উৎকদবা হান্নগী বিঞ্জানদি লানগী খৃৎলাই শাবা মেল সাইন্স (male science) বু ঐখোয় খ্বাইগী ওইনা লৌশিল্লিবসি খুদোংথীনীংঙায়নি। Lynda Birke না Women, Feminism and Biology দা হায়রম্মী। নুপানা বিঞ্জানগী লমদা থিজিন হুমজিল্লিবা, পুথোক্লিবা পূম্বসি নুপীদা মঙাল নাইনবা, নুপীবু দোমিনেন্ট তৌবা য়ানবগীনি লৌই। বিঞ্জানগী বিষয় পূম্বগী কোর (core) ওইরিবা অঙ্কদসু মসি লৈ হায়না Benbon Stanley না Hopkin গী মেথমেথিকেল প্রোব্লেম লীশিং কয়ারুম ছাত্র ছাত্রীশিংদা তম্বীদুনা চাংয়েং তৌখি। সেক্সিজম ব্রাহৈসিমকসু ফিজিকেল সাইন্সকী মনুংচনবা ব্রাহৈনি। ম্যেল সাইন্সকী কন্সেপ্টচ্যুএল এনালাইসিসতা থব্রায় য়াওশিনবা ম্যেল সাইন্টিষ্টশিংনা নুপীগী থাগী খোঙকাপ লাকপদা খৃদোংচাদবা মেনষ্ট্রুএল ক্রেম্পস (menstrial cramps) কী হীদাক অমা ফাওবা পুখোকপীরমদে হায়খি। বিঞ্জানদসু জেন্দর বাইএস লৈ হায়রদুনা নুপীশিংগী ব্রাখল্লোনগী ফ্রেমব্রার্ক অমা শাগত্তুনা হেন্না ফবা বিঞ্জান অমা শাগৎকনি Hester Eisenstein না হায়রি।

নুপীগী নীংতম্বা তানবগী ঈহৌ অসি য়ুরোপতা করম্না হৌখিবগে হায়বগী মতাংদা য়েংবা তারবদি আমেরিকানা খ্বাইদগী হেন্না মায়পাক্লা চঙশিল্লকখি। নুপীশিংনা ক্লবশিং লীংখৎলক্তুনা য়ুমদগী মপান থোক্তুনা সমাজকী চৎনরোল অমদি লাইনিংগী প্রিজুদাইজশিংদগী নাম্থোক্তুনা নুপীগী অশেংবা মতৌদা লৃপশিল্লকখি। নুপীশিংনা National American Women's Suffrage Association (NAWSA) লীংখৎলক্তুনা রাজনীতিগী মায়কৈদা

মীৎয়েং থল্লকপা; নুপীনা ভোৎ থাদবগী অধিকার ফংহনবনা মখোয়না যূমগী মপান্দা থোক্তুনা সমাজগী পুন্সি ঈচেলদা য়াওশিনবা, সমাজগী ইসুশিংদা পুক্নীং চঙবা নাগরিক ওইরকপা ঙমগনি খল্লম্মী। মসিদা NAWSA গী প্রতিষ্ঠাশিং - Henry B Blackwell, Lucy Stone, Julia Ward Howe, T W Higginson না লমজিংলম্মী। মখোয়গী ব্রাখল মীৎয়েং Revolution হায়বা চেফোংদা ফোংদোক্লম্মী। মসিদা নুপা নুপী যূম্বান্দুনা লৈমিন্নবা পুন্সিগী মায়োক্তা লৈবা নত্তে, নুপানা মপু অদুগী নুপীনা মনাই ওইবা সমাজগী চৎনরোলগী মায়োক্তা লৈবতনি। মখোয়না যূমদা, চৎত্র মীনাংতমজবা, মান্নবা খোজ্রু অমতংলৈবতনা মখোয়না আমেরিকাদা মশাং য়াম্না নমথদুনা লৈরিবা নেগ্রোশিংগী মমীংতম্বা অধিকারগীদমক্তসু লৈপাখি।

মখোয়না ওর্থোদোক্স ওইবা নীয়ম ইনবা লুহোংবা হায়বসি খাইদগী অশোনবনি (orthodox truckler of the weakest type), নুপীদা ভোৎ থাদবগী অধিকার পীবনা লুহোংবগী মওংদা অওনবা পুরকপা ঙমগনি; লুহোংবা হায়বসি চপ মান্নবা ওইগদবনি হায়রম্মী। Stanton না ভোৎ থাদবগী অধিকার অসিনা *distinguished by the breath of their social views* হায়খি। লোয়ননা *vote for women and purity for men* হায়বা স্লোগানশিং লাউবা হৌরকখি। নুপীশিংনা যূমগী মনুংদা ভাবনা শাবা মঙ - হাগী তাইবওংগা লূপ্নদগী নাচ্লোক্তুনা মপানগী তাইবওংগা হক্তথেংননা শকখঙনবা অমদি পুন্নীংনা হায়রকপা অদুতনা নুপীনা সমাজদা চাওখৎপা, সোসিএলাইজ তৌরকপদা মীৎয়েং থল্লকপনি। ভোৎ থাদবগী অধিকারনা সমাজদা মখোয়গী মত ফোংদোকপগী তাঞ্জা পীরগনি হায়রসিনি। নুপীনা থবক্কী লমদা চঙলকপদসু জাতিগী পোত্থোক পুথোকপগী শক্তি হেক্তৎহনবনা শেন-থুমগী পীক্তম ফংহল্লকপাগা লোয়ননা, শেন-থুমগী মায়কৈদা থোঙ মান্নরকপনা নুপা নুপীগী মরীদসু অওনবা পুরকপা ঙমগনি হায়বসিনি। য়ুরোপকী নুপীশিংগী ঈহৌসিগী মহৈনা নিউজিলেণ্ডদা ১৮৯৩, নোরয়েদা ১৯১৩, বৃটেন্দা ১৯১৮, আমেরিকাদা ১৯২০, ফ্রান্স অমদি ইটালিদা ১৯৭৬ অদুগা সুইজরলেণ্ডনা ১৯৭১ দা নুপীশিংনা ভোৎ থাদবগী অধিকার ফংখি। আমেরিকাদা নুপীগী অধিকার তানবগী ঈহৌ women's liberation নত্ত্রগা women lib অসি নুপীশিংনা ভোৎ থাদবগী অধিকার লৈরবা মতুংদা ১৯৭০ গী দিকেদতা থোরকখিবা পৃথিবীগী ওইনা ফেমিনিষ্টশিংগী খুদিংগী লীংথোরবা মওংদা সমাজগী অহোংবা পুরকখিবা ঈহৌনি।

ঈহৌ শাগৎপদা Jessic Bernard কী **Women and the Public Interest** (1971) Midge Recter, **The New Chastity** (1972) অসি রেডিকেল ফেমিনিজমগী অকনবা ব্রারোল ওইখি। নুপীগী ঈহৌসিদা য়াওরকপা সংস্থানশিংদি - **National** Organisation for Women (NOW), The Women's Equality Action League, The women's National Abortion Action Coalition, The Women's Political Cencus পনবা য়াই। NOW হায়বসি Washington দা ১৯৬৬ Betty Friden গী লমজিং মখাদা লীংখৎখি। সংস্থানশিংসিগী অহানবা ওবজেক্তিভশিংদি নুপীবু ডিস্ক্রিমিনেট তৌবা পুম্বা তোকহনবা (থবক চঙবা অমদি শেন-থুম) অঙাং পোকপা অমদি অঙাং যৈথবগী আইনশিং কোমথোকপা; অঙাংশিংবু নীংথীনা চায়োক-নাউয়োকপীবা; নুপীবু হক্তহল্লিবা আইন খুদিংমক ককথৎপনচিংবা ব্রাফমশিংবু সরকারগী মফমদা মপুং ফানা পুখৎখি। মসিদা মখোয় খরনা

ফংলগা খরনা ফংদবা তাখি । ঈহৌ পূম্নমক্কী পান্দম লোইনমক ফংদবনা খরা ফংখিদ্রবসু অতৈ ঈহৌশিংগা য়েংনরুবদা ঈহৌসিনা য়াম্না মায়পাক্লা মহৈ য়ানখি । ঈহৌসিদা লাইরিক-লাইশু হৈরবা নহারোল কয়ামরুমসু শরুক য়ারকখি । অদুবু মখোয়গী পোটেন্সিএল পূম্নমক্ খোমগৎপা ঙমখিদে । ফেমিনিষ্টশিংনা মায় পাকপদি নিউ লেফট (new left) হায়বা তার্ম অসি হিংদুনা লৈহৌবতা নত্তনা রাজনীতিগী লমদা মনতীক্লবা য়াওরকখি । ঈহৌ অসি নুপীশিংনা মায়পাকপা অমনি থাজবগা লোয়ননা মখোয়গী মথক্তা চথরিবা রিপ্রেসিভ টোলরেন্স (repressive tolerance) অকক্লবা রেডিকেল ডিমান্দ খরদি রিফোর্মেসন পুরক্লবা পীবদা মাঙনীংঙায় লৈতে লৌনরকখি । মখোয়না রাজনীতিগী মায়কৈদা শেমদোক-শেমজিন তৌবা, কনশিনবা (radical) ঈহৌনা নুপীশিংনা লিবরেসন ফংনবা হোৎনরকখি । মখোয়না নুপীশিংগী হিংলিবা পুন্সিগী ফীভম খণ্ডহনবা অমদি অচেৎপা কাঙলোন (unified theory) শেমগৎলকখি । মসিদা মখোয়না খন্ন-নৈনবা চেফোঙ, লাইরিক, পমপ্লেট (pumphlet) শিং খন্ন-নৈনবা কয়া হৌরকপগী চহী (১৯৬৯-৭০) দা ফেমিনিষ্ট এক্টিভিষ্টশিংনা পুখোরকখি । মসিদগী রেডিকেল ইডিওলোজি মপূং ফানা শাগৎখি । ঈহৌসিগী কাঙলোন (থিওরী) শাগৎপদা মরুওইনা শরুক য়াখিবশিংদুদি - Shulamith Firestone, Anne Koedt, Jo Freeman, Naomi Weisstein না U S A অদুগা বৃটেন্দা Juliet Mitchell, Sheila Rowbotham, Germaine Greer, Michelinee Wandor নি, মখোয়না চাং মান্নদনা শরুক য়াখি । অদুবু হৌরকপা মতমদা মখোয়না কাঙলোন নাইনা মপূং ফানা শাগৎপা ঙমখিদে । হেন্না মপূং ফানা ওর্গনাইজ তৌবা ফেমিনিষ্টশিংনা মথৌ তাখি । **The Feminine ...** ১৯৬৩ দা ফোঙখিবসিগী ব্রাখল্লোননা রেডিকেল ফেমিনিজম শাগৎপগী অচৌবা শরুক ওইখি । মসিনা অহানবদা Equal Employment Opportunity Commission ( EEOC ) দা পূক্লীং চঙনরকখি । অনীশুবদা *Bill of Rights for Women* হায়বসি ১৯৬৭দা হাপচিল্লকখি । ইকেল রাইটস কন্সটিট্যুসনেল এমেণ্ডমেন্টকী মখাদা মেটর্নিটি লিভ (maternity leave) রাইট্স অমসুং চাইল্ড কেয়র সেন্টর (child care-centre) গী ব্রাফম য়াওরি । রেডিকেল লিবরেসনগী অহানবা গ্রুপতি ১৯৬৪ দা লীংখৎপা হৌপ্রবনি । *Independent Women's Cencus* হায়বসি Freeman অমদি Shulamith Firestone গী লমজিং মখাদা নুপীশিংগী সমস্যাশিং নৈনদুনা রেডিকেল ফেমিনিষ্টকী মৈরী চুখত্তুনা নিউ য়োর্ক রেডিকেল রুইম্যেন হায়না খঙনখিবা; অমদি চিকাগো ব্রেষ্টসাইদ গ্রুপ হায়বসিগী নিউজলেটর Voice of the women's liberation movement হায়বসি ফোঙদোকখি । নিউ য়োর্ক রেডিকেল রুইম্যেননা অহানবা ওইনা মেডিয়াগী খোঙদা মপূং ফানা ফেমিনিষ্টশিংগী মীৎয়েং মহৈ য়ান্না ফোঙদোকখি । মখোয়না ষ্ট্রিট থিয়েটর, ডিমোন্সট্রেসন তৌদুনা নুপীগী লিবরেসনগী পাউসি জাতিগী পাউচেশিংদা শন্দোকখি । রেডিকেল ফেমিনিজমগী ইডিওলোজি অসি মরুওইনা নিউ য়োর্ককী কাঙবু অহুম্না শেমগৎলকখি। Shulamith Firestone গী লমজিংদা লীংখৎখিবা নিউ য়োর্ক রেডিকেল ফেমিনিষ্ট অসিগী মনুংদা ১৯৬৯ দি ফেমিনিষ্ট হায়বসি Ti-Grace Atkinson গী মতমদা (Oct. 17th movement হায়নসু খঙনবা) সংস্থানসিনা এন্টিলিডরসিপ কী পরীংদা প্রো এবোর্সন অমদি এন্টি মেরিএজ গী কেম্পেন চথরম্মী । Redstockings না প্রো রুইম্যেন হীরমসিদা কাঙলোন নাইনা (থিওরীটিকেল্লি)

শাগৎলম্মী। রেডিকেল ফেমিনিজম হায়বসি পলিটিকেল অমদি এন্টি পলিটিকেল অনীমক্তি।

১।। ১৯৬০ গী মতমদা নৌনা রাজনীতি অমদি আইনগী ওইবা এফার্মেটিভ এক্সন অহুমখক চাওখৎপা ঙম্লকখি। ২।। ১৯৭৩ দা সুপ্রিম কোর্টনা আমেরিকাদা অঙাং য়ৈথবগী আধিকার লৈরমদবদু থা অহুম ফাওবগী য়ৈথবা য়াবগী অধিকার পীরম্মী। নুপা নুপী, শাগৈ জাৎকী খেন্নবা লৈতনা মান্নবগী অধিকার (equal rights) কন্সটিট্যুসন্দা এমেন্দমেন্ট তৌখি। ৩।। নাকোয়ননা মীওই কাঙলূপ অমবু য়োকখৎপা সিভিল রাইটস এক্ট ১৯৬৪ শেমদোকখি। মসিদা নুপা, নুপী, কুচুগী খেন্নবা খায়দনা মান্নবা অধিকার ফংহনখিবদগী অরাংবা থাক্কী পোষ্টশিংদা কুচু অমদি নুপা নুপীগী খেন্নবা থমদনা মহে মশিংগী মতীকচাবদা থবক পীরম্মী। থবক চঙবদা কুচু মুবা অমদি নুপীশিংনা হেন্না ফংলকপদগী রিভরস দিস্কৃমিনেসন (ওন্ন-তৈননা নমথবা) হায়বা ঈহৌ অমফাওবা নুপাশিংনা হৌরকখি। কুচু অমদি সেক্সনা সমাজগী থাক লেপল্লম্বদু তোকহন্দুনা ফেমিনিষ্টশিংনা মান্নবা অধিকার ফংনবগীদমক ইকেল রাইটস এমেন্দমেন্ট গীদমক ১৯২৩ দগী লৈঙাক সাসন পায়রিবশিংগা তক্লদুনা লাকপদু সেক্সচ্যুল দিস্কৃমিনেসন পূম্নমক কংগ্রেসনা লৌথোকখি। মান্নবা অধিকারগী এমেন্দমেন্ট অসিনা রাজনীতিগী ক্ষেত্রদা অচৌবা লাঞ্জাও অমা থোকখি। কঞ্জার্ভেটিভ নত্রগা এন্টিফেমিনিষ্ট এক্তিভিষ্ট Phyllis Schlarfly নচিংবনা ঈ শাগৎপা মওংদা ঈহৌসিগী মায়োক্তা লেপ্তুনসু ফেমিনিষ্টশিংনা মায় পাকপা ঙমখি। হৌজিক্তি নুপীশিং পূক্লীং মকা লামজরে, হকচাং তীঞ্জেন লায়চেন্দ্রে, মিলিটরিগী থবক্তা মপূং ফানা চঙবা ঙম্লে, মপুরোইবগা খাইনরবা নুপীশিংনা মচাশিংদা খোম ইনবিবা ঙমহল্লে, অতৈ কয়াসুনি। নুপীশিংনা মখোয়না ফোংনা নুপী হায়বসি মমানি হায়বা ঙম্লকপদা নত্তনা মী অমা ওইনা হিংবা ঙম্লক্লে। ১৯৭০ গী ডিকেদতা নুপীনা মমাঙদা অমুক্তা ওইখিদ্রিবা মওংদা বস ড্রাইভর, পাইলোট, লাশ্মীনচিংবগী শিনফমদা থবক পায়রকপা হৌখি। (Armstrong, 1967, 54) মসি অনৌবা কম্যুনিষ্ট লৈবাক চাইনাদসু ১৯৫০ গী মতমদা উবা ফংখি। কম্যুনিষ্ট চত্তবা লৈবাকশিংগী মনুংদনা আমেরিকানা নুপীশিংগী শেন-থুম অমদি রাজনীতিদা খ্বাইদগী রাংবা থাক্তা লৈরি। ১৯৭২ দা আমেরিকাগী মীশিং অসি নুপীনা ৫১.২ কল্লি; মসিদা ৩৮.০ না ফুলতাইম থবক শুবীশিংনি। ৬০ দগী ৭০ ফাওবগী মনুংদা শীংথাবা য়ানা মিলিয়ন ১১.৯ না অনৌবা থবক ফংখি। মসিদা ৭৫% না বস ড্রাইভর, ৫০% না জর্নেলিজম, ৮৮% না ইলিমেন্টরি শিক্ষা বিভাগতা, প্রিন্সিপাল কারকপা ২২%, হাইস্কুলদা ওজা ৮৭%, প্রিন্সিপাল ৮% নি। ১৯৭২ দা কলেজ অমদি য়ুনিভর্সিটিগী থাক্তা পলিটিকেল সাইন্স ডিপার্টমেন্টতা ৬৩% ওজাগী মফম কনবা ঙম্লকখি। অদুবু রাজনীতিগী লমদা সিনেটকী (senate) মরুওইবা পার্টি কেন্দিদেট ৬৫ গী মনুংদা নুপী অনীখক্তমক অদুগা হাউস ওফ রিপ্রজেন্টেটিভকী মেজর পার্টিগী কেন্দিদেট ৮৭০ গী মনুংদা ৩২ (৩.৭%) নুপীনা ওইখি। পার্টি অমত্তনা নুপী অমত্তবু প্রসিদেন্ট অমদি ভাইস প্রসিদেন্টকীদমক নোমিনেট তৌরকখিদে। চাইনাদসু রাজনীতিগী লমদদি নুপীশিংনা মশীং লীক্লা শরুক য়াবনা, হুমদুনা পুবা ঙমদ্রি। হীরম অয়াম্বদা আমেরিকাগী নুপীশিংদা মপূং ফানা সেক্যুরিটি লৈরে, সমাজদা মনীংতম্না চৎচবা ঙম্লে; মখোয়না পৃথিবীগী ওইনা অহানবা মনীংতম্বা নুপীশিং ওইরে। নুপাশিংসু হেন্না ফবা নুপী, মমা অদুগা Floyd Dell গী লোন্দাদা খোঙলোয় ফংলে। মসি ওইননবা নুপীশিংগী সংস্থানশিংনা সরকারদা

মখোয়গী পোলিসি পুখত্তুনা মখোয়গী পান্দম অসি য়ৌরকপা ঙম্লকপনি। অদুবু ফেমিনিষ্ট খরগী মীৎয়েংদদি মখোয়না ফংলিবসি খরগী মশৈতনি মখোয়না মরমচাবা আইনগী ওইবা ময়েক শেংবা ষ্টেটস ফংবা ঙমদ্রি । মখোয়বু ডিস্কৃমিনেট তৌবা মপূং ফানা তোক্তি হায়রদুনা এডমিনেষ্ট্রেটিভ এজেন্সিশিং, কোর্ট পূম্নমক্তা অপূনবা অহোংবা অমা পুরক্কবা হোৎনরি ।

# মণিপুরদা ফেমিনিজম

মণিপুরদা ফেমিনিজম হায়বসি ১৯৮০ গী মতমদগী লাকখি হায়না লৌবা চুম্মী। য়ুরোপতা নুপীগী নীংতম্বা তানবগী ঈহৌ অমা In the 1960s there was a reawakening of feminist feeling (Sushilla, 1998, Preface)। মণিপুর সমাজদা ১৯৯০ গী ডিকেদসিদা মণিপুবদা রাজনীতি, অর্থনীতি, নীতিশাস্ত্র, মহৈ-মশিং, শান্ন- খোৎনবা হীরম পুম্নমক্তা অচৌবা অহোঙবগী শাফ্ অমা সমাজ অমদি সংস্কৃতিদা পীরকখি। মসিনা মণিপুরদা নুপীনা মহৈ-মশিং তম্লকপগী চাং অসি ১৯৬১ দা ১৮.৮৭, ১৯৭১ দা ২২.৮৭, ১৯৮১ দা ৩৪.৬১ ওইরম্বদগী ১৯৯১ দা ৪৮.৬৪ য়ৌদুনা রেসিওদা খংব্রাং ব্রাংখৎলকখি। মণিপুরদা নুপীনা লাইরিক লাইশু তম্লকপসি য়াম্না থেংননি। মণিপুরগী পলিটিকেল এজেন্ট ওইরম্বা দব্লিউ এফ নথাল (W E Nuthall) না ১৮৭২ দা নোংচুপকী শিক্ষা পীনবা হোৎনবদা মায় পাকখিদ্রবা মতুংদা ১৮৮৫ তা সার জেমস জোনস্টোন (James Johnostone) না চন্দ্রকৃত্তি মহারাজকী অয়াবা লৌরগা জোনস্টোন মিডল ইংলিস স্কুল লিংখৎপ্রবসু নুপীনা মহৈ-মশিং তম্নগী লমদা চঙলকখিবদি ১৮৮৮-১৮৮৯ অদুব্রাইদগীতনি। মণিপুরগী নুপীশিংনা মহৈ-মশিং তম্বদা থীস্নবগী মতাঙদা হায়ঃ

> .......the girls had been satisfactorily tought to read, write, and speak English, they were to be shipped off to England where there was said to be a scarcity of marriageable women.
>
> (Hodson, 1993, 25)

মণিপুরদা নুপীশিংনা মহৈ-মশিং তম্বদা থব্রায় য়াওরকখিবসি ১৯৪৯-১৯৫০গী মতমদগীনি। ১৯৯০গী মতমসিদা মীতৈ নুপীশিংনা শান্ন-খোৎনবগী লমসিদা ঈহৌ অমা ওইনা চঙশিল্লকখি। ১৯৭১ গী মতমদা- মায়পাক, নীলকমল, থোইবনচিংবা ওলেম্পিয়ানশিং থোকপ্রবসু ১৯৯০ গী মতমদা বৈজিংদা প্লাঙথোকখিবা এসিয়ান গেমজদা কুঞ্জরানীনা ৱেট লিফটিংদা ব্রোঞ্জ লৌরকখিবসিনা শান্ন-খোৎনবগী ইতিহাসতা মীতৈ নুপীগী মফম থম্বা হৌরকখি। মসিগী মতুংদা সিদনীদা পাঙথোকখিবা ওলেম্পিক গেমজদা মীতৈ নুপীশিং- সনামচা, ব্রজেশ্বরী শরুক য়ারুই। হোকীদা সুর্জলতা, পাকপী, মনোরমা, শঙ্গাই ইবেমহললনচিংবা থোরকখি। তর্কিদা পাঙথোকখিবা ব্রার্ল্ড বোক্সিং চেম্পিয়নসিপতা মেরি কোমনা গোল্ড মেডল লৌবা গুল্লকখি। অরূন্বা লংবদা জিবেশ্বরি পৃথিবীদা শীংথানরবা শান্নরোই ওইরি। মসিদা নত্তনা মণিপুরী নুপীশিংনা জুদো, ফেন্সিং, হেণ্ড বোল, ক্রশু, তাইকুন্দো, অর্চরি, এথেলেটিক্স, সাইক্লিং, বোক্সিং, ফুটবোল, ৱেট লিফটিং, সেম্পাক তাক্রৌ, রেসলিং, জিম্নাষ্টিক, একাটিক্সনচিংবদা মণিপুরী নুপাশিংদগী হেন্না শীংথানীংঙায় ওইবা মওংদা নুপীশিংনা মশক তাকপা হৌরকখি। মসি আমেরিকাদা সিভিল ব্রারগী মতুংদা নুপীশিংনা মখোয়গী মঙলান নুপী মানজবা অসিগী কান্নবা লৈতে খঙজরক্তুনা ফিজিকেল এডজুকেসন অমদি শান্ন-খোৎনবগী লমদা চঙশিনখিবদুগা চাশিন্নদুনা য়েংবা য়াই।

রাজনীতিগী মায়কৈদসু মীতৈ নুপী অমত্তনা মণিপুরগী লেজিষ্টলেটিভ এসেমব্লি অমদি পার্লিয়ামেন্টরিয়ান ওইবা ঙমলকখিদবদু ১৯৯০ গী মতমদা কে অপানবী দেবীনা মণিপুরী লেজিষ্টলেটিভ এসেমব্লিদা ইলেক্তেদ ওইনা কারকখিবা অদুগা হংমিলা শৈজা, লৈমা দেবীসু মতুং চহীশিংদা কারকখি। ১৯৯৬ তা কিম গাংতেসু লোক-সভাগী পার্লিয়ামেন্ট মেম্বর ওইনা কারকখি। মসি নত্তবা নুপী কয়াসু ভোট লেপ্পুনা রাজনীতিগী লমদা মখোয়গী মফম তানজবা হৌরকখি। নাইন্টিজগী মতমসিদা মেমচৌবী দেবীনা **মণিপুরী লাই-তীনগী মরী লীংবুন্দা লাইরেম্বী** হায়বা হীরমদা দোক্টরেল থিসিস ওইনা রিসার্চ তৌখিবা অসিনা মণিপুরদা ফেমিনিষ্ট রিভিজন প্রি-হিষ্ট্রি অমা শাগৎত্তুনা পাখংবগী মমাঙদা মণিপুরী সমাজদা মেটর্নেল সোসাইটি অমা ওইরম্মী হায়রদুনা নুপীগী রাখলদা, পূক্লীংদা মী অমা ওইনা মশাবু থাজবগী মফম অমা শাগৎচবা ঙমহনখি। মতুংদা অইবী অসিনা দোক্তরেট ফংলবা মতুংদা ২০০০ দা লাইরিক ওইনা **হাওরেমা সম্বুবী** মিংথোন্দুনা ফোঙদোরকখি। শ্রীমতি রজনি দেবীনা **নুপী লান** হায়বা লাইরিক খৃষ্ট ১৯৮৫ দা ফোঙলকখিবসিনা মীতৈ নুপীগী পূক্লীং রাখলদা মশাদা য়াওজরিবা শক্তিবু শকখঙজবদা অচৌবা থৌইনশিন খরদি পীবা ঙমখি হায়বা তাই। ডা যামিনী দেবীগী **নুপীগী য়াকাইরোল** ১৯৯৭ দা ফোঙখি। লাইরিকসিনা মণিপুর সমাজদা লৈরিবা নুপীশিংদা মালেমগী নুপীশিংগী চাওখৎ খোঙথাং উৎপগা লোয়ননা মীতৈ নুপীগী মতীক-মথৌনা, মহৈ-মশিং, শান্ন-খোৎনবা, আইন, নুপী অমসুং চৎনবী, মেদিয়া অমসুং নুপী শম্না নুপীশিংনা মণিপুর সমাজ, সংস্কৃতি গী মায়কৈ পুম্নমক্তা নুপীগী মনীংতমজনবা মায়ওন শেমগৎলকখি ঃ

> শক্তিগী হৌরকফমদি নুপা নৎত্রগা নুপীগী হকচাংদা লৈতে। আত্মানা হৌরকফমনি। আত্মাদি নুপা নুপী খায়দে। মী অদুনা মহাক অসি আত্মানি হায়না খন্দুনা থবক চখরবদি শক্তিদু থোরক্কনি অমসুং নুপা নুপীগী খেন্নবদু মাঙখিগনি
>
> (যামিনী, ১৯৯৭, ২)

অমদি সনসম বিতা দেবীনা **অনীসুবা লাঙ্লাও মতুংগী মণিপুরী নুপীশিংনা ইবা সাহিত্য নৈনবা** (খৃষ্ট কুম ১৯৪২দগী ১৯৯০ফাওবা) হায়বা হীরমদা রিসার্চ তৌরক্তুনা নুপী অইবীশিংগী খোঞ্জেল অমা ১৯৯৩গী মতমদগী শাগৎনবা হোৎনরকখি। তৌবগীদি মণিপুর সমাজদা মহৈ-মশিংগী মায়কৈদা নুপীশিংনা অচৌবা অওনবা অমা নোংচুপকী সমাজদা, শিক্ষাগী বিষয় পুম্নমক্তা মশক থোক্লা পুরকপা ঙমখিবদুমক মণিপুরী সমাজগা চাংদম্ন রুরবদি নোক্লীংনা থোকপা য়াই। অদুবু অপীকপা জাতিসিনা শিক্ষাগী মায়কৈদা চঙশিন্দুনা নুপীগী মশাগী পুন্সিবু য়েংশিনজরকপগী মতাংদা লাইরিক-লাইশু ফোঙলকখিবা অমদি খবর কাগজ, চেফোঙশিংদা নুপী মশানা-মশাগী মীৎয়েং শাগৎলক্তুনা মনীংতন্নবা নুপীগী পুন্সি অমা ফংননবা চঙশিল্লকখি হায়বদি তাবনি। ফেমিনিজম হায়বসি নুপীগী শাংলবা ইতিহাসকা শাগোন্নবা ত্রেডিসননা পুরকপনি। মণিপুরদা আইটিজকী মতমদা সমাজ সংস্কৃতি অমদি মহৈ মশিংগী লমদা অচৌবা অহোংবা অমা মতমসিদা মণিপুরী নুপীশিংনা রাজনীতি, শান্ন-খোৎনবা, মহৈ-মশিং তম্বা, সভা সমিতিশিং লিংখৎলকপা, লাইরিক-লাইশু ইরকপা হীরম খুদিংমক্তা মখোয়গী মফম অমা কনবা হৌরকখি। শম্না সমাজ অমদি সংস্কৃতিগী মায়কৈদা

মনীংতম্বা নুপীগী মশক অমা থোক্লকখি হায়বা তাই। ফেমিনিজম্মু অসুম্না মশক তাকই ঃ

> Feminism is, then perhaps but understood as one reaction to the great pressures that accompanied the emergence of the Nuclear family. It was not a rebellion born of ancient slavery but part of a collective response to the sexual awareness deliberately inspired by Victorian society in an attempt to foster what the twentieth century would consider an oppression domesticity. The victorian taught women to think of themselves as a special class, Having become concious of their unique sexual identity, however - a conciousness heightened by the common experience forced upon them by the cut of purity - they could as uncritically those role definitions drawn up further by the alien male Victorian society created the women, where before there had been only women, yet the alternatives were even less agreeable.
>
> (O' Neill, 1971, 34-35)

অদুবু নুপীগী নীংতম্বা তানবগী ঈহৌসিনা মথং মথং চঙশিল্লকপগা লোয়ননা ফেমিনিজম হায়বসিগী মীৎয়েংদা অহোঙবা লাকখি। ১৯৬০ গী মতমদা হান্না ঈহৌ অসিনা য়েংলম্বা, লৌরম্বা মীৎয়েংদা অনৌবা ব্রাহম্লোক পীরকখি। মসি পূম্নমক মহৌশাগী মরমচৎনি। ঈহৌ খুদিংমক মসিনা চঙশিল্লকপগী ইতিহাসকা শাগোন্ননা মসিগী মীৎয়েংদগী অহোঙবা লাকপা হায়বসি মশানা তাজরবা ব্রাফমনি। সিক্সটিজকী মতমগী ঙমখৈদা চঙশিল্লকপগা লোয়ননা ঈহৌ অসিদা লৌরম্বা অর্থদা হোংলক্লে ঃ

> The New Feminism is not about the elimination of difference between the sexes; nor even simply the achievement of equal opportunity; it concerns the individual right to find out the kind of person he or she is and to strive to become that person.
>
> (Carden, 1974, 1)

১৯৬০গী মতমদা য়ুরোপকী সমাজদা হৌখিবা ফেমিনিজমসিদা আমেরিকানা খ্বাইদগী মায় পাক্লা মহৈ য়ানখি। ঈহৌসি শিক্ষাগী হীরম খুদিংমক্তা শন্দোকখি ঃ

> ...feminist movement of the late 1960s, academic feminism, across and within disciplines, has defined itself as a theoretical/political enterprise that challenges what it sees as the fundamentally male-centred bias of traditional scholarship.
>
> (Shapiro, 1994,1)

ফেমিনিজম হায়বা নুপীগী নীংতম্বা ফংনবা ঈহৌসিবু মশক খঙনবা য়ুরোপকী লৈবাকশিংদা মরুওইনা আমেরিকা অমদি বৃটেন্দা ঈহৌসি শাগৎখিবগী মশক অদু য়েংবা য়াই। Simone De Beauvoir গী *one is not woman, one is one* ; মী অমা হায়বসি পোক্লকপদা নুপী ওইরক্তে মী অমা ওইনা পোক্লকপনি। নুপী হায়বসি পোক্লকপা নত্তে মরোল নাইবা সমাজগী চৎনবীদগী পোকখিবনি। নুপীবু ওবজেক্ট ওইনা উবসি নুপীগী বাইওলোজিনা ওইহনবা নত্তে কলচরনা ওইহনবনি; মসিনা নুপীনা মদোম মশাবু তুক্কচনবগী ব্রাখল (misogyny) পোকহন্দুনা, খলহন্দুনা সমাজদা লৈনা লৈনা সমাজদগী তাহ্লোকই। Chandra Talpade Mohanty না উই - *women-real, material subjects of their collective histories* অদুনা সমাজসিদা *no cultural liberation without women's liberation* হায়না হায়রম্মী। নুপানা তৌজবা থবক্কী অচুম চুমদনা মতোমদা লেপচবা অদুগা নুপীবুনা ঙমহন্দবা, নুপীবু মতম লৈবা খিবিক্তা অৱাংবা ফিদম অমদি ফজবগী শক্লোন ওইনা অওইবা মতৌদগী ব্রাংখৎনা থমদুনা নুপীবু শকপান্দবা মতোমদা লেপচবা ঙমদবা অমদি তেংবাংবা ওইহনবদগী সমাজনা মশাগী শীঙ্খা মপৃং ফানা পাঙথোকপা ঙমহন্দে। অদুনা হায়রি ঃ

> নুপীশিংনা মখোয়বু লাইরেম্বীগুম পুজা তৌবীবসু পামদে। য়ুমদগী হেন্দোক্তনা নমশিন্দুনা থম্বীবসু পামদে। মখোয়না পামই মী অমা ওইনা হিংবগী লেমজবদু।
>
> (যামিনী, ১৯৯৭, ৩)

মহাক্লা ফেমিনিতি, নুপী ওইবগী মতৌ হায়রিবসি নুপাগী ভাবনা শাগৎপা ব্রাখলগী শক্তমনি, মদুমক্লা নুপীবু শোম্থহনবনি লৌখি। মসি নুপীগী মহৌশাগী মরমচৎনা পুরকপা নত্তে, নুপানা চলাইবা চৎন-পরীং (tradition) অমদি শিক্ষানা ওইহল্লকপনি। মদুগী মহেনা নুপীনা মখোয়গী তৌবা ঙম্বা মতীংদু মনীংতম্না উথোকপা ঙমহন্দবতা নত্তনা নুপাগা লেংমান্নবা ব্রাখল লৌশিং অমদি শিনবাংবা ঙমহন্দবদগী নুপীবু নুপাগী মখা থাবা ওইহল্লি। নুপীনা অঙাং পোকপা অমদি য়োকপা অসিনা নুপীবু হস্থহনবদি নত্তে। সমাজনা নুপীবু পুক্লীং শোনবা, অখাং-কনবা, থোৎচ-নৌজবা, হায়বা ইনবা, চীং-লেম্বা পূম্নমক নুপীগী মগুণ ওইনা লৌবসিনা ইমুং অমদি সমাজগী লিশাং শিংপা চৎনরোলসিনা নমদুনা শাগৎখিবা অভিশাপনি। সমাজদা নুপীবু করম্না য়েংবি- Aristotle না *women as an infertile male* ; Sophocles না *A modest silence is a woman's crown* ; Rousseau না *woman is especially made for men's delight* ; Buke না *Symbol of men's need for a feminine ideal, not woman herselves* ; Voltiare না *women are incapable of invention* ; Hegel না নুপীবু ব্রাখল খনবগী শক্তি ব্রাৎপা, মরৈ য়েৎকনবা (reinforcing argument) অমদি পেসিভ ওইবা মরমচৎনা ওইহনবনি অদুগা Plato নদি নুপীনা শোম্থরিবসি মখোয়গী ইম্ব্রাইওনিক ফোর্ম (embryonic form) না ওইহনবনি, নুপানা হেন্না ফবা নাগরিক্লি হায়বসি অরানবা মীৎয়েংনি। নুপীনা শোম্থরিবসি সমাজগী অথীংবা কয়া অমদি মেছিনগুম্না ফিশু-ফিজাম্নবা, চাকথোং-ফৌশুননবা, লবৃক্তা থবক শুননবা নত্তগা লাইনিংবী ওইনা উবা চৎনরোলননি।

নুপী হায়বসি লমচৎ অমদি আত্মাগী মায়কৈদা নুপাদগী হেন্না চাউই মরমদি পৃক্লীংগী ইহল অমদি পুন্সি পীবা ঙম্বা মমা ওইবীগী শক্তি (maternal power) মখোয়দা লৈ হায়না ফেমিনিষ্টশিংনা হায়। নুপীনা নুপাবু য়ূমদগী ঈশ্বরগী মায়কৈদা পুননবা হোৎনৈ। সমাজদা নুপীবু কায়গনবা ফাইনর ক্লে ওইনা শেন্মী। নুপানা করিগুম্বা খরা তৌবগী মোরেল রাইট লৈবদু নুপীশিংদসু লৈ হায়না ফেমিনিষ্টশিংনা মত পী। নুপী হায়বসি লাইনিংলোনগী তর্ক অমদি অরানবা থাজনবী (priest-craft and superstition) গী ভিক্তিম্নি। Mrs. Stanton না বাইবলগী মরমদা কেম্পেন তৌরদুনা চৎনবীদগী নাম্বোকপনা আইন্দগী নাম্বোকপদগী হেন্না মরু ওইনা লৌরম্মী। আমেরিকাদা সিভিল ৱারগী মতুংদা আমেরিকান নুপীশিংনা মহৈ-মশিং নীংথীজনা তম্নকপা এন্থ্রোপোলোজি, সোসিওলোজি, সাইকোলোজি তম্নকপা, ওজাগী শিনফমদা চঙলকপদগী নুপীশিংনা অশোনবা, মখা পোনবা ওইরিবসি ঈশ্বরগী খুৎশেম্না নত্তে, লাইনিং অমদি সমাজগী চৎনরোলনা ওইহনবনি খঙলকখি। অদুনা মখোয়না মহৌশাগী তম্পাক্তা নুপাগা চপ মান্নবা অধিকার ফংদ্রিবমখৈ তুমিননা খক লৈরোই হায়খি। মখোয়গী অপাম্বদি ঃ

> They wanted Happiness - the happiness that comes from being a freely expressive and largely active personality. And they did not find it in the outside world into which they had no confidently burst - not at college, nor in the professions, nor in the stage, nor in settlement work we had not expected they would. We thought to be content with the joy of struggle. But they needed the joy of achievement.
>
> (Floyd Dell, 1927, 138-139)

সমাজ অমদি ইমুংগী পুন্সিদা নুপা নুপীগী লৈনরিবা মরীসি *The male and - female relationship is not just a sexual relationship. There are a great many other aspects of interaction.* (Wolman, 1974, 48) নুপী হায়বসি সমাজদা মশাগী খোঙফমদা চেৎনা লেপ্পা ঙমদবা, খোঙফম নাম্বোকপা, মশাবু থাজবা ঙমজদবা ওইহল্লিবসি পেত্রিয়ার্কিননি। John Kelly না ঈহৌ অসি শাংলবা চহী নীশিং কয়া মীওইবনা সমাজ লিংদুনা পাম্লকপদগী চত্থরক্লিবা সংস্কৃতিগী মনুংদা নুপা নুপীগী য়ূম্বান্দুনা লৈমিন্নরকপা ইমুং অমদি সমাজকী পুন্সি ফাওনা মথক-মখা, জাৎ-কুচু, অনেম- অৱাং; সমাজকী চৎনরোল, নীতিশাস্ত্র, ৱাখল, মীৎয়েং,মমল, ফজবা পৃম্বগী মীৎয়েংদা নুপীগী মমল থিরকপনি। ফেমিনিজম হায়বসি কনশিনবা ঈহৌনি *feminism was a radical movement* (O' Neill,1971,7)।

করিগুম্বা অমবু মশক মুন্না খঙদ্রবদি মদুবু করম্না য়েংগদগে (treat) হায়বা মী অমনা খঙজবা ঙমদে। রাজনিতীগী মীৎয়েংদগী মণিপুরদা ফেমিনিজম অমদি মণিপুরদা ফেমিনিজম? হায়বা পেপর অনী মথংশীংনা ক্ষেত্রি বিমলা অমদি সোয়াম লোকেন্দ্রজিৎনা পুথোকখ্রে। লোকেন্দ্রজিৎনা মাক্সিসকী ভিয়্যুদগী পোখোক পুথোকপদা ৱাখলগী য়ূম্ফম ওইদুনা সমাজগী

য়াওল অমা হায়বসি রাজনীতি, শেল-থুম, কাম অমদি ঙাঙল-শানবনা পান্থ্রে ওইরগা পুরকপনি হায়রদুনা নোংচুপকী লৈবাকশিংদা ইন্দষ্ট্রিএল রিভোলুসনগী মতুংদা পাঙ্গল খেন্নবদা লেপ্পা খুৎশুমলগী ৱাখল তোকখিদুনা খুৎশুমলগী মায়কৈদা নুপা নুপী চাং মান্নরকপদগী, ইমুংগী অথনীতিদা মান্নবা শরুক য়াম্নিরকপনা থক-খা নাইবগী চৎনবী মাঙখিবদগী ফেমিনিজম লাকখিবনি ঃ

> ফেমিনিজম ঈহৌগী তৎন থানবা য়াদ্রবা বিপ্লব মরি হায়বদি অর্থনৈতিক বিপ্লব, রাজনৈতিক বিপ্লব, সেকচ্যুয়েল বিপ্লব, সংবাদ বিপ্লব-বিপ্লবশিং অসি মণিপুর সমাজদা পাংথোকপা ঙমদ্রি। মরমসিনা মণিপুর সমাজদা ফেমিনিজমগী ঈহৌ লৈতে হায়বা তাই। সমাজসিদা লৈত্রবসু মালেমগী অতৈ মফমদা চৎথরিবা ফেমিনিজমগী ঈহৌদা য়াওবা ঙমলবা মণিপুরী ফেমিনিষ্টতি লৈরবরা ? অৱাং মেরুদগী খা মেরু ফাওবা উচান চমদুনা থিরবসু থিবা ফংলোই। ঐগী ৱারোইশিনা অরানবা ওইরমলবা, খ্বাইদগী নুংঙাইবা মীওই হায়বদু ঐহাকনা ওইগনি।
>
> (লোকেন্দ্রজিৎ,২০০২,৫৬)

ইন্দষ্ট্রিএল রিভোল্যুসনগী মতুংদা নুপীনা শেল থুমগী মায়কৈদা নুপাগী মফমদগী মনীংতমখিবদগী; নুপানা শু-নোম্বা ঙম্মনবা নুপীনা মশাগী ৱাখল হকচাং অনীমক কথোকচরম্বা, চাদা নাউদা শন্দোকপনা মথৌ ওইবম্বদগী নুপীগী হকচাংনা ওবজেক্ট ওইনা নুপাগী ফিলিংসদা বেসপোন্দেন্ট ওইরম্বদগী মী অমা ওইনা মশাগী অপাম-পামদদা হিংজরকপা ঙম্বদগী ফেমিনিজম হায়বসি লাকখিবনি হায়বসিনি। অদুবু মণিপুর সমাজদি য়াম্না ঙল্লিৈঙদগী হৌনা শেল-থুম, রাজনীতি মদুগা শাগোন্ননা ষ্টেটস লৈনা নুপীশিংনা সমাজদা হিংলকই। ফেমিনিজম হায়বসিমকঃ

> Feminism is a global and revolutionary ideology and as such calls for a definite stance, a set of firm, exacting attitudes. The ideology is political because it addresses itself to that question of all questions, the question of power ... and it against the status quo. ... it is viewed as a threat by forces that have stakes and interest in the status quo. These forces are not only sexist but include economic, political, religious, racist, neo-colonial and even multinational ones.
>
> (Jaidev, 2003,52)

লোকেন্দ্রজিৎকী পেপরসিদা নোংচুপগী সমাজদা ওইখিবা অদুগুম্না মণিপুর সমাজদা ওইখিদে অদুনা মণিপুরদা ফেমিনিজম হায়বসি লৈতে হায়বসি লোজিক য়াওদবা ৱানি। মণিপুর সমাজদসু মীশিং হিংলি, নুপীশিং হিংলি; নুপীগী ওইবা শেল-থুম, লৈঙাক্লোন অমদি লোয়ন-তিন্নরোল এথিনিক লাইফপু থৌশাদনা লংথোক্লগা; জাতিসিগী নুপীশিংগী হিংবগী থাক মখোয়গী ৱাখল মীৎয়েংবু য়েংশিল্লুদনা থৌশাদনা লংথোক্কুনা থম্লগা নোংচুপকী সমাজদা পাদম লাকপগী অশোয়বনি। সমাজকী য়াওল ইডিওলোজি অমা হায়বসি করম্না লাকপগে হায়বদু ঐখোয়গী পুন্সি মরেলদা পানশিন্দুনা য়েংলবসু ঈহৌদুগী নুংগী ঈচেলদমক লৌশিনগদবনি নত্তুদুনা সমাজগী ফীভম অদুমক ৱায়দুনা লৌশিনফম থোক্কে।

রাজনীতিগী মীৎয়েংদগী মণিপুরদা ফেমিনিজম হায়বা ক্ষেত্রি বিমলাগী ৱারেং অমদা মণিপুর সমাজদা নিংথৌ পাল্লিডুং (aristocracy)দগী হৌনা মণিপুরদা নুপীগী থাক ৱাংনা লৈরকই অদুনা মণিপুর সমাজদা ফেমিনিজম হায়বসি মণিপুরগী ইতিহাসতা অনৌবা অমা ওইনা থোক্তে। (বিমলা, ২০০২, ৪১) হায়রদুনা মণিপুর জাতিগী মিথতগী হৌরগা মণিপুরগী ইতিহাসকী ঈচেলদা নিংথৌ পাল্লিডুং, বৃটিশনা মণিপুরদা পানবা, নীংতম্বা ফংবা, ষ্টেটহুদ ফংলবা মতুং হায়রিবা তাঙ্ককশিংসিদা মীতৈ নুপীশিংনা লৌরকইবা থৌদাং অমসুং থাক (status) নত্তে, থাক অদু ফংবদা লাংলৌ ওইরিবা পেত্রিয়ার্কিগী মায়োক্তা হৌরকপা ঈহৌনি ফেমিনিজম (নুপীগী নীংতম্বা তানবগী ঈহৌ) হায়রিবসি। মসিদা নুপীনা সমাজদা থৌদাং য়াবগা হকথেংননা মরী লৈনদে, মরী লৈনরিবদি সমাজগী চৎনবীগী মনুংদা নুপী অমনা করম্না হিংলিবগে হায়বা নুপীনা মশানা খঙজনা হিংলিবা পুন্সি মহীং অদুগী মনুংদা নুপীবু লান্না সেক্সিস ওইনা নত্তগা মথৱায় পান্দবা ওবজেক্ট ওইনা উবিবগী মায়োক্তা অপূনবা সমাজগী চৎনরোলদা অহোংবা মশক অমা পুরক্তুনা নুপীনা সবজেক্ট ওইনা মশাগী সেল্ফ ইমেজ কঞ্জনবা হৌরকপা ঈহৌনি। ঈহৌ অসি মশাগী করেক্তরিষ্টিক্ট লৈজবা সমাজগী ঈহৌনি। নুপানা সেন্টর ওইরগা শেমগৎপা সমাজগী চৎনরোল অদুগী মনুংদা নুপীবু পোৎশক ওইনা ট্রিট তৌবা; নুপীগী অকোয়বদা সমাজগী চৎনরোলশিংনা সর্কল সেপতা লীননা য়েৎশিনবিরবা জীবগুম হিংবা পুন্সিদগী নাম্থোক্তুনা মীওইবা অমগী হক ফংননবা তাল্লকপা ঈহৌনি। অইবীনা হায়রি ঃ

> মণিপুরদা নুপীগী ওইবা হীরমশিংদা ঈহৌ অমা লাকখিবা নত্রগা নুপীসু নুপীগুম্না মশাগী ওইবা জ্ঞান লৌশিং চপ চানা লৈজে, নুপাগা নুপীগা মীওইবগী হক চপ মান্ননা ফংমিন্নগদবনি হায়বগী ৱাখলসি থাইনা মমাংঙৈদগী হৌনা লৈরম্লে হায়বা য়াই। ....... মরম অদুনা ফেমিনিজম হায়বসি মণিপুরদদি অনৌবা পোৎ অমা নত্তে। মণিপুরগী ইতিহাসতা মসাগা কোন্ননা য়াওজরক্লবা শরুক অমনি।
>
> (বিমলা, ২০০২, ৩৮)

অইবীসিনা নুপীনা মণিপুর সমাজদা শরুক য়ারিবা থৌদাংগা ফেমিনিজমগা অমত্তা ওইনা লৌবসিনা ঈহৌ অসিবু মশক তাকপদা চনৈনহল্লি। মতাং অসিদা অমত্তংগা য়েংলবদাঃ

> মণিপুরী সমাজগী থায়নগী ওইরম্বা ফিভম অদুদতা য়েংলগদি ফেমিনিজমগী ঈহৌসি লৈতে হায়না লৌবা ওইথোকই।
>
> (যামিনী, ২০০২,২)

অইবীনা মখা তারি ঃ

> মণিপুরগী ফেমিনিজমদি লিবরেলসুনি রেদিকেল অমসুং সোসিয়েলসুনি। মসিদা নুপাগা মুক্লবা লাম্বা তৌবা শিংনবা লৈতে। সমাজদা লৈরিবা চুনদ্রবা চৎনবী কয়া হোংদোকপসু য়াওরি লোয়নননা নুপীগী হকতা শিংনরকপা কয়াবুসু য়ানিংদবা ফোঙদোক্তুনা মাঙলোমদা চংশিনবা ঈহৌনি। হোংলক্লিবা সমাজগী ফিভম অসিদা মণিপুরদা নুপীশিংনা ইংনা চিক্লা শুনোমদুনা ..... লৈবা য়ারক্লে নুপীবু সেক্স

ওবজেক্ট অমগুম লৌদুনা পীক্লিবা নুপীমচা য়াওনা রেপ তৌবা, ইজ্জৎ মাংহন্নবগী থৌদোক তোয়না থোরকলে। মশানা তৌরুবা মরালদা নক্তনা নুপাশিংনা মখোয়দা এইদস লায়না শন্দোকপীরে । ড্রগ চাবা য়ু থকপা অতৈ অতৈ নিশাবু মীওই কয়ানা পাকতক্লনা শীজিন্নরপনা ইমুংগী সমাজগী শেন্থুম মাংথরকপা, লমচৎ মাংথরকপদগী নুপীশিংনা অৱাবা চৈথেং ফংলক্লি ।

(যামিনী, ২০০২, ৫)

মীৎয়েং অসোমদগী য়েংলবদি নুপাশিংনা নিশাগী ঈপাক্তা ত াউদুনা লেপ্লোকপা মশাগী দায়িত্ব লৌরক্তবা পুম্নমক অসিগী মায়োক্তা নুপীশিংনা নিশা থিংবগী ঈহৌ অমা হৌরক্লিবসিসু নুপীগী নীংতম্বা তানবগী ঈহৌসিদা থোইদোক্লা মফম অমা কন্দুনা লৈরি ।

নাইনটিজ মতমসিদা রাজনীতিগী পার্টিশিংদা নুপীগী ৱিং কয়ামরুম থোক্লরকখি । লৈবাক অসিদা মবক মরক্তা ফোঙবা নুপীশিংগী ইজ্জৎপু শীংনবা, নুপীবু খোঙ্গাওনবা, নুপীগী ৱাকৎ কয়া তাবিদবা, নুপীশিং তোঙান্না শেমগৎ শাগৎপগী থৌশিল লৈতবা পুম্নমক অসি নুপী ঐখোয়না ঙাকচবা, কঞ্জবা অমসুং শেমজবা অদুনা অতৈ লম্বী লৈতে ।

(রোহিনী , ২০০৪, ৬)

হাযরদুনা নুপীশিংনা রাজনীতিদা খোঙ থাংজিন্দুনা চঙশিনবগী মথৌ তাই হায়বা ফোঙদোকখি । মী অমগী পুন্সিদা মশাগী কেরিয়র শেমগৎপগী পন্দোল লোম্বা (peak) মতম চহী ৪০ দগী ৫০ দনি । তাঙ্ককসিদা নুপাশিংদি থোইদোক্লা ময়ূম পাল্লবা মতুংদা মঙাল নাইরকই অদুগা নুপীমচানা মপুরোইবা, মনেম মকুগী শেবাদগী খূবৈ অমক্তা নাপ্লোকপা ঙমদবদগী মশাগী ফীভম শেমগৎপা ঙমদে । নুপীগীদি ময়ূম পানবদা মখোয়গী কেরিয়র লোইরে অদুনা ময়ূম পানবদা মখোয়গী থাক লেপ্লী । নুপীগী অহানবা থৌদাংদি মচা পোকপা মচা য়োকপনি । মখোয়না ইমুংগী থবক মকূপ- মতা (chores) নোম্বা; মৱা-মপুরোইবা মনেম মকুবু শেবা তৌবা মচাশিংবু মহৈ-মশিং তম্বীবা, মখোয়গী নুংঙাই য়াইফনবা হোৎনবনা মখোয়গী মগুণ অমদি লেমজফম ওইনা সমাজনা লৌবি । অসিগুম্বা সমাজগী ষ্ট্রকচরসি নুপানা ময়ায় লেপ্তুনা (male centre) শাগৎপনি । অসিগুম্বা সমাজদা নুপানা মপান-ইপান থোক্তুনা শু-নোমদুনা চীঙাক থিবা শেল তানবা; নুপীনা য়ূম কোইবা নুপানা শিনবাংবা নুপীনা তেংবাংবনি । ইমুং অমগী শেৎপা চাবা অয়াম্বা নুপাদা ননবনা নুপীনা মপুরোইববু মপাঙ্গল কন্না, মপূক্লীং নুংঙাইনা খীং-খীং লাউনা লৈহন্নবগীদমক নুপীনা মশাগী সেল্ফ অদু মাঙহঞ্জরগা নুপাগী পূক্লীং ৱাখলদা পোজিটিভ রেসপোন্স পীরকপদগী নুপানা থৌবাংবা (সবজেক্ট) অদুগা নুপীনা তেংবাংবা (ওবজেক্ট) ওইরকই । মসিনা নুপী হায়বসি সমাজদা অহিংবা, মথৱায় পানবা মশাগী অনীংবা অপাম্বা ৱাখল মীৎয়েং লৈজদ্রবা ওইনা উবগী মীৎয়েংবু লীশাংশীংনা থঙথরকপদগী চৎনবী ওইরকখি । নুপা-নুপীগী মরীদা নুপীনা কমপ্লিমেন্ট ওইনা লৌরকখি । নুপা নুপী হায়বসি চপ মান্ননা লৌদে; নুপানা নুপীদগী হেন্না কন -থৌবা অফবা নাগরিক, নুপানা মথক থংবা নুপীনা মখা থাবা ওইনা লৌরকখি । নুপানা হীরম অমদা হেক্তা ৱারেপ লৌবদা থোইদোক্লা মতীং

লৈবা, জ্ঞান লৈবা মকোক থোংবা ওইখি । ইমুং অমদা নুপানা মকোক থোংবা ওইরিবসি মহৌশাগী নিয়মনি হায়না ফাওবা মত শীবা য়াওরকখি ঃ

> Authority to Adam over Eve, or to Men over their Wives, but only foretells what should the Woman's Lot, how by this Providence he would order it so, that she should be subject to her husband, as we see that generally the Laws of Mankind and customs of Nations have ordered it so; and there is, I grant, a Foundation in Nature for it.
>
> (Locke, 1960, 209-210)

অসিগুম্বা সমাজসিদা - নুপী ফাবা, নমদুনা ইজ্জৎ মাঙহনবা, নুপী লোনবা, পামদবা মতমদনা নুপীবু ফু-চৈদুনা তাম্বোকপা, অঙাং পোকপা ঙমদবী নুপীবু অমঙ্গল ওইনা লৌবা নুপাগী মগুণনা ব্রাখল খনবা ঙম্বা, থৌ পাঙবদা য়েংবা অদুগা নুপীগী মগুণনা শেংজবা (chaste), লেমজবা, হায়বা ইনবদা লৈবা ওইনা উই । নুপীনা মীরোনবা অমদি অঙাং য়োকপা , শেম্বীবা শম্না চায়োক নাউয়োকপদা মখোয় মশানা মশাবু শেন্নজবা ঙমদবা মহৌশাগী নিয়ম্না নুপাগী মতেং মথৌ তারকপদগী নুপীনা নুপাগী মখাপোনবা ওইনা উবকখি । মসিনা নুপানা হেন্না মনীংতম্বা অদুগা নুপীনা চৎনরোল ইনবা ওইনা উই । মসিদগী নুপীনা মশাগী মশক (identity) কঞ্জবা ঙমদবা; নুপাগী মখা পোনবা ওইনা উরকই । সমাজদা নুপী হায়বসি বিজ্ঞানগী হীরমদা মতীক চাদবা, নুপী হায়রগা লাইখিবী শান্নবদা থরায় য়াওবা, লাইরিক তম্বদা মপূক্রীং চঙদবনি । নুপা হায়বসিনা হকতীন্ননীংবগী ব্রাখল হেন্না লৈবা, নুপীনা মখোয়গী অপাম্বা অদু ফংনবা তানবদা চীং লেম্বা মতৌ অমদি মীৎলু পিরাংদা পাম্বৈ ওইনবা; নুপীবু অপাম মিহৌ পোক্লবগী লাইরেম্বী ওইনা উবি । নুপানা মখোয়গী সেক্সচুএল সেটিষ্টফেক্সন ফংনবা হোৎনবদা মীনুংশি পীবা, নুপানা নুপীবু ঙাকপী শেনবিবদগী মখা থাবনি হায়না লৌই । ইমুং অমদা মমাদগী মপানা হেন্না মক ওইনা লৌবকই । মচাশিংনা মপাগী য়াথং ইনববু মপাগী মপাঙ্গল মথৌনা অমদি মখোয়বু ঙাকপী শেনবিবদগী ওইরকপনি হায়না লৌই । নুপী হায়বসি সমাজদা লন্নানবী, অপঙবী অদুবু নুপানা খোয়দাবা মওংদা মশক মতৌ চঙখোনবী ওইনা উবি । নুপীদা ফজবা অদুগা নুপাদনা সল্লিমিটি লৈ, নুপী হায়বসি রাজনীতিগী ক্ষেত্রদা আইনগী শক্তি পায়বদা, লৈঙাকপদা মতীক চাদবীনি । নুপী হায়বসি মপুন্দগী তানা অদুগা মীনাইদগী খরদং হেঙ্গৎনা য়েংই । মখোয়বু ব্রাথোক চাউবী, লৈবাক মাঙ- তাক্লবা পোকপী, মহূ চাউবীনি । নুপী হায়বসিনা মপাঙ্গল শোনবনা খাঙহৈবা,কখোকপা, য়াশিন্নবা, থাদোকপনা লেমজফম ওইনা য়েংই । অসিগুম্বা ব্রাখল্লোন, চৎনরোল অসি মতম শাংলক্লবা মতমদা মহৌশা নত্তবসি মহৌশা ওইরকই ঃ

> ... unnatural generally means only uncustomary, and that everything which is usual appears natural.The subjection of women to men being a universal custom, any departure from it quite naturally appears unnatural.
>
> (Mill, 1985, 130)

অসিগুম্বা চৎনরোলসিদা নুপী অমগী মরমদগী Ardea লৈবাক তুমখিবা, হেলেনগীদমক ট্রোয় লৈবাক তুমখিবা, সীতাগীদমক লঙ্কা মৈ চাকখিবা ওইনা য়েংই। ২০ শুবা চহীচাগী মতমসিদা ফাওবা Sparta লৈবাক্কী নিংথৌ Menclaus কী তালোয় Helen বু তান্নবদা লৈবাক তুমখিবী মহাক্কী পূক্লীংগী মায়কৈদা মীৎয়েং থমদুনা চৈনাদু ফোঙদোক্তুনা অহোয়নদুম করাম্বা মীৎয়েংনা মহাক্কী ফজববু শীংথাদুনা ঈখৌ মৈচাক উখোরকই ঃ

... was this the face that launch'd a thousand ships,
And burnt the topless towers of Ilium ?-
Sweet Helen, make me immortal with a kiss -
Her lips suck forth my soul: see, where it flies ! -
come, Helen, come, give me my soul again.

(Marlowe, 1963, 50)

অদুবু মসি নুপীগী মহৌশাগী শুঙ্কৎপা মতৌনা তৌহনবা নত্তে, মসিদি পেত্রিয়ার্কি মনুংদা শাগৎখিবা নুপীবু ওবজেক্তিভ, সেক্সিস ওইনা রোমান্টিসাইজ তৌদুনা য়েংবা সেন্টিমেন্ট টাল্লেজমগী সবকলচব অমগী পোখোক্লি। মতাংসিদা পোষ্ট মোদর্ন অমদি ট্রেডিসনগী মুক্লবা থোরকই মদুদি পোৎশক, মীশক অমগী মমল লেপ্পদা এথিকেল কলচরেল ইকোলোজিগী ট্রেডিসননা য়ুম্ফম ওইরকপদু তোক্তুনা পোৎশক, মীশক মশামক্তা সবজেক্তিভ ওইনা য়েংবগী মীৎয়েংদা ওনশিল্লক্লে। অচুম্ববু মশক খঙবদা, মদুবু ওনগদৌরিবা লমজৈ হোংলক্লে। চাইনিজ নুপীশিংনা মখোঙ পীক্লগা ফজৈ হায়দুনা য়োৎকী খোঙউপ উপ্লম্বা ; ইসলাম নুপীশিংনা বুর্খা নত্তুগা পর্দাগী মায়খুম মনুংদা লৈরম্বা ; হিন্দু নুপীশিংনা চহী ১৪শুত্রিভৈদা লুহোংবা, নুপাগী অপাম্বদা রেসপোন্দেন্ট ওইবা, লুখ্রা ওইরগা হকচাংদা মচী ওইবা চীঙ্গাক চাদনা লায়না চেনগদবা মওংদা লৈমায়দা তৃম্ববু ফজবা অচুম্বা ওইনা য়েংলম্বদু অরানবা ওইরক্লে। পোৎশক, মীশক অমগী অশেংবা মশক লেপ্পদা সবজেক্টিভ ওইনা য়েংবা চঙলক্লে। পুন্সিবু মমল পীনবা, ফীদম, মোরেল ভেল্যু খরা মথৌ তারবসু, ফীদম নত্তুগা মোরেল ভেল্যু খরগীদমক পুন্সি খরা পীগদবা নত্তে হায়বসিনি। নুপা সমাজগী চৈফদা কুপ্পদুনা তুকশিন্দনা য়াশিন্নদুনা খাঙবদা নুপীগী মগুন লেপকদবা নত্তে, মী অমা ওইনা লেংমান্ননা লেপমিন্নবা তানবা ঙম্বগী মতীং অমদি মিচুএল অন্দর্ষ্টেণ্ডিং পুরকপদা নুপীগী মগুন লেপকদবনি।

সমাজদা নুপানা মকোক থোংনা লৈ। নুপাশিংনা মখোয়গী নুপীশিংবু মপোৎ মরলগুম খঞ্জে। নুপী হায়বসি থম্মোয় পানবা, মশাগী ভাপাম পামদা লৈবা মখোযগা মান্নবনি হায়না লৌদে। নুপীনা অসি তৌগদবনি, অদু তৌরোইদবনি হাযবা চৎনবী আইন নুপাশিংনা শেমই। মখোয়না খারিবা পল অদুগী ব্রাংমদা নুপীনা থবক তৌবা ঙমহন্দে। লুহোংদুনা লৌরবা নুপীবু ফূবা মহাক লৈনা লৈনা অতোপ্পা নুপী অমা অমুক লুহোংদুনা লৌবা মণিপুরদা হৌজিকসু চৎনরি। নুপীনা মীখা পোনবগী পুন্সি মরেল পাম্লত্তবদগী মরুওইনা নুপীগী ঈহৌ অসি হৌরকপনি।

(যামিনী, ১৯৯৭, ১১)

ফেমিনিষ্ট অসিনা মখা তারি ঃ

> পেট্রিয়াকেল সমাজদা নুপী পুন্নমক্কী ওইরিবা ফিভমদি ইমান মায়ে। নুপানা শেম্বা চৎনবী আইনদা নুপীনা ইন্দুনা লৈবা তাই। অসুম্না শেংকদবনি, অসুম্না চৎকদবনি হায়না লৈবদুগী ব্রাংমদা থবক লৌখৎপা য়াদে কুনমাথোইগুবা সতাব্দী অসি য়ৌরবদসু মণিপুরী সমাজদা নুপীশিংনা মশা কোমজবা মওংদা ফি শেৎপদা অথিংবা থমলি। নুপীদি হস্থবা থাক্কী মীওইনি হায়না লৌবগী খুদম অমতং পনবা তাবদা নুপানা নুপীগী ফনেক শোকপা য়াদে মাংই হায়রিবসিনি মণিপুরী সমাজদা। অতৈ অতৈ খুদম য়ায়া লৈরি।
>
> (যামিনী,২০০২,৪)

সমাজদা নুপীবু অশোনবী ওইহল্লক্লিবসি অরানবা চৎনরোললনি। মসিদগী নাম্থোকপদা নুপীনা সমাজদা অফবা ওজা, শিনবাংবা, রিফেৰ্মর, ক্রবকী নুপী, মালেম্সু নুংশিবা ঙম্বা মী (philanthropist), অফবা নাগরিক ওইনা ঙম্লক্লা। সমাজসি হোমোসেক্সচ্যুএলিটিজ ওইবসিদগী বাইসেক্সচুয়্যএলিটিজদা ওস্থোকপদা মীৎয়েং থম্বা; নুপীনা মমা অমদি নুপী ওইবা খক্তদা পেম্থোকপসিদগী নাম্থোক্তুনা য়ৃম্নানবগী থবক্তী মংযদসু থোরকপা ঙম্লবদি সমাজদা নুপীনা নুপাদগী হস্থবা থাক ওইরোই ঃ

> মখোয়দা করি থোক্লগদগে হায়বগী অাকিল অমা নুপীশিংনা মতম চুপ্পদা লোয়নদুনা লৈ। সমাজকী অরানবা নিত্তী নিয়ম, নুপাদা মীচং মীথায় নাইনা য়েংবা মখোয়দগী খুদোংচাবা নমদুনা লৌনীবশিং অসি লৈহন্দ্রবদি নুপীশিংনা মতিক মঙাল হেনা ফুদোকচদুনা লৈবাক্কী সেবা হেন্না নিংথিনা তৌবা ঙমগনি।
>
> (ইবিদ, ১০)

ভারতকী সমাজদা নুপী হায়বসি কথোকপগী সিম্বল ওইনা শাগৎলি। সাবিত্রীনা অশিবা মপুরোইবগী থরায় যমদগী লৌরুই; বাজপুত নুপীশিংনা মপুরোইবগী যঞ্জগী মৈফমদা চোংশিন্দুনা মথরায কথোকখি, মপুরোইবনা মমীৎ তাঙবগীদমক গন্ধারীসু মমীৎতা ফিজেৎনা পুনশিল্লি, সীতানা মপুরোইবগী মতুং ইন্দুনা বন্দা চংখি, শকুন্তলানা মপুরোইবগীদমক অন্নাবা কয়া খাঙখি অদুবু মখোয় পুন্নমক্না মপুরোইবদগী করিদি ফংখি। রামনা সীতাবু বন্দা লংথোকপীখি, মীখুৎ চল্লুরে হায়দুনা মৈ ইক্তুনা চেষ্টাটি চাংয়েং তৌখি, খাঙবা ঙমদ্রদুনা গঙ্গাদা চোংথখি, মালেম লৈমদা চঙজখি। যুধিষ্টিরনা দ্রোপাতিবু চৌবোরদা থাদোকপীরবদা দু:শাসননা সভা মমাঙদা মফী মুনবিখি। দুসমন্তনা মহাকথক্কী দক লৈশা লৈশানা মমা ওইদুনা সমাজকী মীনোক মৈশা পুম্বা খাঙজরম্লিবী শকুন্তলাবু মশক খঙদে হায়দুনা সভা মমাঙদা ইকায়বা পীদুনা তাম্থোকপীখি। ভারত চনুগী আদর্শগীদমক চাউথোকচরিবা লৈবাকসিদা নুপীশিংবু পর্দা চাইল্ড মেরিএজ, সতীদহ, ব্রিদোহ্‌ডকী মৈফমদা মৈ ইক্লি।

য়ুরোপকী সমাজদা ১৯৬০ গী মতমসিদা ফেমিনিজম হায়বসি শিক্ষাগী বিষয় পুন্নমক্তা চঙখি ঃ

> Emerging in conjunction with the feminist movement of late 1960s academic feminism, across and within

disciplines, has defined itself as a theoretical/political enterprise that challenges what it sees as the fundamentally male-centre bias of traditional scholarship.

(Shapiro, 1994, 1)

ফেমিনিষ্টশিংনা হান্না লৈরম্বা শিক্ষাগী হীরম পুম্নসি মুষ্ক্যুলিনিষ্ট এডুকেসন ঙাক্তনি হায়না লৌরকখি। অদুনা ডিসপ্লিন নিয়ম অসি ইনবা মওংদা নুপানা ময়ায় লেপ্তুনা শাগৎপা টেক্স বুকশিংদা কন্টেন্ট নত্তগা মেথদ অমদি দর্শনগী জ্ঞাণদা শিক্ষাদা সেক্স খেন্নবগী ৱাখল্লোন হিংদুনা লৈরি হায়রদুনা ফেমিনিষ্টশিংনা মখোয়গী ওইবা কাঙলোন (theory) গী লোয়শঙ অসি দিকেদ অনীরোম চঙনা শাগৎনবা হোৎনখি । Carole Pateman অমদি Elizabeth Cross না পূন্না এডিট তৌবা **ফেমিনিজম চেলেঞ্জেস সোসিএল এণ্ড পলিতিকেল থিওরী** (১৯৮৬), Catherine Hall গী **ফেমিনিজম এণ্ড ফেমিনিষ্ট হিষ্ট্রি ইন হৱাইট, ম্যেল এণ্ড মিডল ক্লাস**(১৯৯২) মীৎয়েংসি শাগৎলকখিবনি । নুপীশিংনা ইতিহাসতা জেণ্ডরগী মশক খন্থজরকপগা সাইমলতেনস ওইনা ফেমিনিষ্ট হিষ্ট্রি শাগৎলকখি । ফেমিনিজমগী অরেপ্পা লৈত্রিবা হীরম অমবু নৌহৌননা অনৌবা মীৎয়েং (revision) নত্তগা নৌনা ইবা খৃৎই (rewriting) শাগৎপগী শক্তিগী খৃৎলায় ওইরকই । মসিনা হৌখিবগী অচুম্বনি হায়না লৌরম্বা লৌরিবা থৌদোক ৱাথোক কয়াদা চিংনবগী ঈথৈ অমা খাইদোরকখি । ফেমিনিষ্টশিংনা মহৈ মশিংগী ইতোপ তোপ্পা পুক্সি মহিং অমদা হিংলকপদগী মাঙখ্রবা নুপীগী অচুম্বা এক্সপরিএন্সদা পুক্লীং থিংজিন্দুনা মখোয়গী অশেংবা মহৌশাগী মনাৎতা হঞ্জিনবগী লম্বীদা কাঙলোন নাইনা শাগৎপদা অৱাৎপা লৈরি হায়না Shapiro না পল্লী । মতাংসিদা য়েংবা য়াই ঃ

> সমাজদা নুপাগা নুপীগা থৌদাং মান্নরগদবনি হায়রগসু টেক্স বুকশিংদদি থায়নদগী লৈরক্লবা নুপানা হেনবা, নুপীনা হন্থবা হায়বা শক্তম অদুতমক উৎলি ।
>
> (যামিনী, ১৯৯৭, ২৪)

সমাজদা নুপী খুন্নাইবু তুহৎপীবগী লীচৎ অসি মী ওইবা সমাজনা চাওখৎপগী লম্বীদা চঙশিল্লকপগী মতুং ইন্না মতোমতা হোংজরক্কনি হায়দুনা লৈথোকপা চুমদে । মতম্না নঙবু পুদ্রিঙৈ নঙনা মতম্বুপু (take time before time takes you) হায়বসি নীংশিংনীংঙায়নি । অহোংবা হায়বসি মতম্না পুরক্কদবা নত্তে মতমগী মনুংদা মীওইবনা তৌরিবা মুভমেন্ট অদুনা অহোংবা পুরক্কদবনি । অহোংবদু পুরক্লবা হোৎনদ্রবদি ঃ

> ...if men (-or women) are to wait for liberty till they have become good and wise in slavery, they may indeed wait forever.
>
> (Macaulay,1964,7)

মহৈ লোইশঙশিংদা তন্নিবা নুপানা ইবা লাইরিকশিংদা নুপী হায়বসি মমাগী মশক্তা সোফিষ্টিকেতেদ ওইনা নুপানা পাস্না মওংদা নুপীগী চরিত্র শাগৎলি । অদুগা নুপাগী চরিত্রশিংনা

অহিংবা ওইনা অচুম্বা-অরানবা মায়থীবা-মায়পাকপা পুক্সিগী শরুকশিং লৈবা ওইনা উৎপা অদুগা নুপীবুনা ফীদমগী সিম্বল, অখাঙ কনবী হায়বা ইনবীগী মশক্তা য়েকই। লু-তোংনা শাবা নুপীসু মী অমা ওইনা মখোয়গী অপাম পামদা, মশাগী ৱাখল লৈবা ওইনা য়েংবিদে। অসিগুম্বসি উত্তুনা ইবা লাইরিকশিংনা স্কুল, কলেজ, য়ুনিভর্সিটিনচিংবা শিক্ষাগী বিভাগশিংদা টেক্সবুক ওইনা প্রেস্ক্রাইব তৌদুনা নুপীশিংবু ফিমিনাইজ তৌনবা ছাচা (matrix) ওইনা শীজিন্নরকপনা শিক্ষা হায়বসি নুপীবু নমথদুনা থম্বা য়ানবা ইন্দষ্ট্রিজ অমা ওইরকই।

মণিপুর সমাজদা নুপীগী থাক ৱাংনা লৈ অদুনা ফেমিনিজমগী মখৌ তাদে কনাগুম্বনা হায়নবা য়াওই। মতাংসিদা মত অমতং য়েংশিল্লবদা ঃ

> ইফোং ফোংনা লৈবাক মীমাঙদা শীংথানবা য়াবা মীতৈ নুপীগী মতিক-মগুনগী ৱারী কয়া লৈ হায়দুনা মখোয়গী প্রোব্লেম লৈতে হায়বদি য়ারোই। ... মরমদি মীতৈ নুপীশিংগীদি থৌনাগী ৱারীনা চীনবুংদা লৈরগা প্রোব্লেম্না নুংদা তৃংশীন্দুনা লৈবনি।
>
> (বিরেন্দ্রজিৎ, ২০০৩, ১১)

মণিপুরদা ফেমিনিজমগী ঈহৌসি নোংচুপলোমগী ছাচাদা হাপচিন্দুনা ঐখোয় শ্বায়গী পণ্ডিত খরনা য়েংনবা হোৎনদবদি নত্তে, তৌবদবু মদু অরানবা মীৎয়েংনি। পৃথিবীগী ওইনা ফেমিনিজম হায়বসি গ্লোবেল ওইনা রেডিকেল ওইবা মুভমেন্ট অমা ওইরবসু লমদম অসিগী এথিনিক লাইফতা চঙশিন্দুনা য়েংবগী তঙাইফদবা লাকই। ঐখোয়গী সমাজদা নুপীনা মতীং লৈনা হিংজবা ঙম্লবা হৌরক্লিবা নুপীগী নীংতম্বা তানবগী ঈহৌসি নোংচুপকী সমাজগী ঈহৌগা মান্ননা য়েংফম থোক্তে ঃ

> অয়াম্বা সাহিত্যগী ঈহৌশিং নোংচুপলোমদগী লাকখি। অদুবু ফেমিনিজমগুম্বা ঈহৌ অমগী মতাংদদি নোংচুপলোমগী ঈহৌদুমক মণিপুরদা লাইরিক লাইশু হৈরবা মীওইশিংনা হেক্তা পুশিল্লকখিবা নত্তে, তৌইগুম্বসুং লমদমসিগী হৱা-নুংশিৎতগী পোকখিবনি, মরম অসিনা নোংচুপলোমগী ফেমিনিষ্ট ঈহৌ অদুগসু মঙং মতৌ কয়ামুক্তা খেন্নরবনি। ... নোংচুপকী মতৌগুম্না নুপাগা শীংনবদু নত্তে মণিপুরদা লাক্লিবা ফেমিনিজমগী ঈহৌদি, মসিদি অনৌবা নুপী অমা মতমগী খোঙথাংগা চান্ননা শাগৎলকপদা থোরকপনি হায়না লৌবনা চুমগনি। মীৎয়েং অসোমদগী য়েংবদা মণিপুরদা হৌরক্লিবা নুপীগী ঈহৌদি নুপীগী গণতন্ত্রিক অমদি অধিকার অমদি হ্যুমেন রাইটকী চাকথুং তাল্লিবা ঈহৌ অমনি নোংচুপকী ফেমিনিজমগী মতৌ তম্বা নত্তেহায়বসি ময়েক শেংই।
>
> (অরুনা, ২০০৩, ১৫)

মীতৈ নুপীনা লৈবাক্কী লুরবা তানফম কয়াদা নুপী থোক্লা সমাজগী থৌদাং য়াবা, লৌরকপা হায়বসি মীতৈ নুপীগী নাৎ ওইরক্লবনি। মসি লু-তোংদা পুথরক্লবা ট্রেডিসননি। মসি জাতিগী লাই-তীনগী ৱারী (mythology) গী লৈশেম-নোংশেমঙৈদগী হৌরগা হৌজিক্কী মতম

ফাওবদনি । মীতৈ নুপীশিংগী পুন্সিদি ঃ

> মীতৈ নুপীদি শাংলবা মতম অমা মশাগী অনীংবা অপান্বা লৈজদবী থব্রায় পান্দবীগুম নুপাগী শেগাদা হিংলকখি । অদুবু ঙসিদি মতমগী ঈশিং নুংশিৎকা শকখঙনরবী নুপী অয়াম্বনা মহীং অসি খোয়দাদ্রে । নুপাগী খোঙ্গুলনা খুরক হাঙদ্রবা সমাজদা মখোয়গী খোঙদাফম থিরক্লি । থৎচিল্লিবা পন পূম্বা নমখায়দুনা চৎনীংবগী ইহুল লোয়নরক্রে ।
>
> (বিরেন্দ্রজিৎ, ১৯৯৪, ৩)

নুপী অহৈবী অমনসু পেট্রিয়ার্কি মনুংদা নুপী অমবু সেক্সিস ওইনা য়েংবিবা , নমথবিবগী মতাংদা য়ানীংদবা ফোঙদোকপগী খোঞ্জেল পুখোবক্লি ঃ

> নুপীগী হকচাং থোৎলী নৌই মমা ওইবা ঙম্নবা । মসিদি ঈশ্বরগী খুদোলনি । মমা অমা ওইরুবগী তৌদবা য়াদবা থৌশিং খরা লৈ । মসি নৎতবা চৎনবীশিংদি নুপা কাঙলুপনা রায়েনবা সমাজ অসিনা শেম্বা ঙাক্তনি হায়জনিংঙি খুৎশেমগী চৎনবী অসিনা নুপী কাঙলুপতা কয়া য়াম্না জষ্টিস তৌরবগে ? মসি শেমদোকফম থোকতবরা ? ঐগী মোৎতদি শেমদোকফম থোকই খল্লি । নুপা অমনা মাগী হকচাং তংখাইনি হায়নবীরিবা নুপীদা এক্সপেক্ট ময়াম অমা তৌই । মসি নুপীনদি নুপাদগী তৌফম থোকতববা মী অমা ওইনা ? হ্যুমেন রাইটকী মীৎয়েংদা য়েংহনজনিংঙি ।
>
> (ইবেমহল, ২০০৩, ১২-১৩)

মসি খন্দবা তারবদি মীওইবনা অতোপ্পা জীব পুম্নদগী অথোইবনি হায়না চাউথোকচরিবসিগী কান্নবা লৈতে, থোইদোক্লা শার্মক্লি হায়না খনবা চুমই হায়বা অইবীগী মীৎয়েং পীরকই ।

মণিপুরসু পেট্রিলাইনিএল সোসাইটিনি । পেট্রিয়ার্কিগী হৌনবা মণিপুর সমাজসু নুপানা ময়ায় লেপ্পা সমাজগী চৎনরোল লৈরকই । নুপী হায়বসি মপাগী খুদুং ইনবা সমাজদা অঙাং ওইরিঙৈদা মপাগী মখাদা মথোৎ কারক্লবা মতমদনা মপুরোইবা অদুগা অহল ওইরক্লগনা মচানুপাগী মীৎয়েংখাদা লৈরকই ; মখোয়গী মনীংতম্বা পুন্সি সমাজনা মপূং ফানা পীদে । অদুবু পৃথিবীদা লৈরিবা নুপী খুনাইশিংগা য়েংনরবদি মীতৈ নুপীনা থোইদোক্লা থাক ৱাংনা অঙনবা মতমদা লৈরম্মী । মণিপুরী নুপীদি চপ চাবা মখা থাবা ওইনা লৌরমদে । মণিপুরী নুপীগী থাক অসি ভারতকী অতৈ রাজ্যশিংদগী থোইদোক্লা ৱাংনা লৈরকই । (Iboongohal, 1987, 35) মণিপুরী নুপীশিংদি মশাগী অনীংবা অপান্বা মনীংতম্না ফোঙদোক্লবগী অয়াবা সমাজগী সংস্কৃতিনা পীরকই । মণিপুরী নুপীশিংদি ভারতকী অতৈ নুপীশিংগা চাংদম্নরুবদা থোইদোক্ল মবুধি মরৌশিং চাউই । (Ethel,2003,45) অসিগুম্বা মণিপুরী নুপীশিংগী সমাজগী থাক অসি য়েংলুরগা; ঙল্লিঙৈগী মণিপুরী সমাজদা নুপীনা মনীংতম্বা পুন্সি মরেল অমদা হিংলম্মী হায়বসি এসিয়াগী ওইনা এন্থ্রোপোলোজিকেল্লি ষ্টডি তৌরুরগা Manjusri Chaki Sircar না ট্রেডিসনেল সোসাইটি অমদা ফেমিনিজম লৈবা য়াব্রা ? এন্থ্রোপোলোজিষ্ট অসিনা মতোমতা হংজরুরগা

অঙকপা অমা য়াওনা মতোমদা পাউখুম পীজে - য়াই, মণিপুর সমাজদা লৈ । মৈতে চনুদি অরানবদা তুমিন্না খাঙবী মশাতনা লাঞ্জদবী অবলা নত্তে, পাথৌ পোকপী পাথৌ তেমশিংনবী নীংথীবা অফবা পূম্নমক শেম্বী প্রকৃতিনি । (রনবীর, ১৯৮৮, ১৩৯) মণিপুরী নুপীদি লৈশেম্বগী নোংথাং লৈমা, হাওরৈমশিং, পান্থোইবী, ফৌওইবী, থোইবীগুম্বা মনীং তম্বীনি । লাইম্নানা ফৌরাদা ফৌ ফৌরিঙৈদা পাখঙবনা মতোক পানবা লীন ওইনা লাক্লগা লক্করুবদগী লাইম্নানা মকোক্তা লোঙনা থিনখি । মীতৈ নিংথৌগী মচানুপী পান্থোইবীসু শাপাইবনা মাগী নুপী ওইনবা হায়রুবদা মতীক চাদে হায়দুনা য়াখিদে, খাবা শৌকচ্রোবদা ময়ূম পাল্লি, খাবগীদা লৈবদা নুংঙাইরক্তে, নোংপোক নিংথৌদা অমুক লৈরে। পান্থোইবীনা লৌ য়াল্লিঙৈদা নোংপোক্লা মশক ওন্দুনা লক্করুবদগী পান্থোইবীনা ওনশিন্দুনা খৎনৈ। মহাক্কী লমচৎ য়েকপদা লৈকাই য়ূমথোং খুদিং কোইবী, হিদেন খুদিং ঈরুজবী হায়না অশৈবনা শীংথারি। ফৌওইবীসু অকোংজাম্বগা নুংশিনৈ অদুবু হায়নখিবা ব্রা ঙাক্তবগীদমক অকোংজাম্বনা থেম্বা য়াদনা চৎখি । থোইবীসুনি, মপুক্লীংগী ব্রারেপ্পু মী অমা ওইনা মমল লৈনা খঞ্জে । মপা চীংখুবনা নুংঙাই য়াইফবা নোংবান্দা থাজপ্রবসু মপুক্লীংদা লাৎচরিবা লায়রা লমজা খম্বগীদমক মপাগী য়াথং পুদুনা লৈমকোন্দা চাউবী মহাক্লা শেনবী কবোদা লোই কুমখি, চন্দ্রিংখোম্বীগী নাই ওইখি অদুবু মপানা চাউবা সমাজগী চৎনরোলবু শীংনদুনা নুপী অমা ওইনা মশাগী হক্কীদমক লেপখি । শামু খোঙয়েৎপদা মপাবুং চীংখুবা অমদি নোংবানবু তেমশীংনদুনা ছোরি পায়দুনা তান্নখি, মীগী নুংশি কাদা লোইরং শীংখোঙ শারুবা চীংখুবা অমদি নোংবান লোক্তুনা খাঙখি । মশাগী পুক্লীংগী থাজবগী পাঙ্গলতনা পাম্মুবা মাবু ফংজখি । মসিনা লোক-সাহিত্যগী ৱারীনি । ইতিহাসকী মায়কৈদসু শীংথানীংঙায় ওইবী মীতৈ চনু কয়ানি । মহারাণী লিম্থোইঙম্বীনা মপুরোইবা মৈডিংঙু নিংথৌখোম্ব (১৪৩২-৬৭) না লৈত্রিঙৈদা তাংখুল চীংশাং হুপ্পা লান্দারক্লবদা নুপাগী ফীজেৎ শেত্তুনা কোনুং ঙাক-শেনখি । কুরঙ্গনয়নী, ভৈগ্যচন্দ্র মহারাজগী ময়াম্বুং গৌরশ্যামগী মচানুপীসিনা অহোমগী নিংথৌ স্বর্গদেব রাজেশ্বরদা ওংই ; মপুরোইবগী মথক্তা মোয়ামারিয়ানশিংনা লান্দারক্তুনা নিংথৌ অমসুং মহারাণী য়াওনা ময়াম পূম্নমকপু বন্দি ওইনা থমপ্রবদা, বিহুগী হরাও কুম্মৈদা লাঙনরিঙৈদা মোয়ামারিয়ানশিংগী লুচিংবা রাঘবপু কুরঙ্গনয়নীনা থাঙনা থিন্দুনা লৈমায়দা তুরিঙৈদা মহারানীগী ঈঙ্গিত্তগী রামকৃষ্ণনা মঙক কক্তুনা অহোম শাগৈগী মনীংতম্বা হঞ্জিলহনখি । কুমুদিনী মহারাণীনা মপুরোইবা গম্ভীর সিংহনা থূপপ্রবদা পীক্লিবা মচা চন্দ্রকৃত্তিগী নিংথৌ ফম্বালগীদমক মমা অমা ওইনা ঙমদবা লৈখিদে। মহাক্কী থৌইনশিন্দগী নবীননা নরসিংহবু লাই খুরুম্লিঙৈদা থাঙনা য়ালহনখি, হোৎনরুবা থৌরাং মায় পাক্তবদা মচানুপা নিংথেম পীশক পুদুনা কছারদা চেনখি । মচানা চাউরক্লবা মতমদা মণিপুরগী সিংহাসন্দা কাহনখি । কুমুদিনীনা সুরচন্দ্রগী মতম ফাওবদা লৈবাক ঙাকপগী অচৌবা থৌগায় পুখি । ইন্দুপ্রভা, মৈডিংঙু বুধচন্দ্র (১৮০১-৬) গী মচানুপীনি, কছারগী নিংথৌ কৃষ্ণচন্দ্রদা ময়ূম পাল্লি । মহাক্কী অনীশুবা মপুরোইবা গোবিনচন্দ্রনা মীতৈ নিংথৌগী মখৃত্তা মথৱায় মাঙপ্রবদা কছারবু ইষ্ট ইন্দিয়া কম্পেনিনা লৌশিনখিবগী মায়োক্তা মপুরোইবগী নিংথৌ খৃভম মঙোন্দা পীননবা দাবী তৌখি । য়াইরিপোক থম্বালনু য়াইরিপোক পোইরৌ খোংজিন্দ্রা পোকখিবী লুখ্রাবী মচানি । থৱায়না পামজদবা পূর্নাম সিংহনা ফংননবা তাল্লকপদা থম্বালনুনা

মপূক্রীং তীন্ননা নুংশিনজরিবা মোহনসিংবু হাৎকদৌরে রাজরিঙৈ মৈডিংঙু গম্ভীরসিংগী মতম (১৯২৫-৩৩) সিদা লালুথেম ক্যামগৈ মখোং লৈশাংখোম থিংঙেল তোর্ব্বান কায়দুনা লৈবাক নিংথৌনা অরাবা তারবদা লৈবাক নিংথৌবু কননবা ইপুধৌ রাংব্রেনগী লাইফাও মতুং ইন্না থিংঙেল থিংবদা শরেন চনখি।

লৈবাক অসিগী রাজনীতিদা মীতৈ নুপীশিংনা ঙল্লিঙৈদগী হৌনা অচৌবা মফম কন্দুনা লাকই । লৈবাকসিগী মরুওইবা মকোক থোংবা লোইশঙ অহুমগী মনুংদা অমা ওইরিবা পাচা লোইশঙগী বিচারপতি পাখঙবগী মতমদা লাইম্নানা ওইরকই হায়বদি নুপীনা বিচারপতি ওইরম্মী । শঙ অসিদা নুপীগা মরী লৈনবা রাথোকশিং - নুপা নুপীগী রাথোক, নুপী মশেলগী রাথোক, ইমুং-মনুংদা থোকপা রাথোকশিং বিচার তৌরম্মী । মীগী নুপী হূরাল্লুববু মমীৎ কোৎপা নত্ত্রগা ফাইন থিবা নত্ত্রগা মীনাই ওইবগী দন্দী পীরম্মী । বিচার লোইদ্রিফাওবা নুপা নুপী অনীমক ফাজিন্দুনা থল্লম্মী । রায়েল বিচার চখবদা নুপা নুপীগী থোইদোকপা খেন্নবা থল্লমদে। মৈডিংঙু চরাইরোংব (১৮৯৮-১৭০৯) গী হাক্তক্তা নুপীগা লাননা মরী লৈনরুবা নিংথৌ য়াওনা নুপাশিংবু মৈহুম্না কন্দুনা চৈরোক পীখিবগী রা থেংনৈ (নরেন্দ্র, ১৯৮৫,১৬)। বোধচন্দ্রগী হাক্তক্তা ঙাঙোম তোম্বী, তোংব্রম থাদোই ২মা হঞ্জবা হাম্পী (ইবুংঙোহল, ১৯৮৭,৬৪৫) মসিদসু নত্তনা কোনুংদা অতৈ ফম্নাইবী কয়ামসু লৈরম্মী । মৈডিংঙু মুংয়াম্বা শক ১৪৮৪ পানবা মতমদ মৈতৈলৈমা সেরেম্বীনা অমেৎপা লোইশঙ ফমএ। (ইবিদ, ২৮) অমেৎপা লোইশঙ হায়রিবসি মাইবী লোইশঙবুনি। মীতৈ নুপীনা লৈঙাক্লোন্দা শরুক য়ারম্বগী রাফম **লোয়ুম্বা শিনলোন, মসিল, ফম্লোন,চৈথারোল কুম্বাবা**নচিংবদা অতৈ কয়ামদসু য়াওরি। কোনুংদা লৈরম্বা ফম্নাইবীশিংদি - ক্বারুংবী, সেনলুংবী, হিদাক ফানবা হঞ্জবী, শরুংহঞ্জবী, ঙারুংবী, রাইতম হঞ্জবী, মনুংহঞ্জবী, দোলাইপায়বী হঞ্জবী, ফৌরুং হঞ্জবী, থুমলংবী, ফীরুংবী অসিনচিংবনি। পাচা লোইশঙগী ফমশিং নুপীনা পায়রম্বদগী মমৈথংদা নুপানা মহুৎ শিন্দোকখি। লাইনিংলোনগী মায়কৈদসু মণিপুরী নুপীশিংনা অচৌবা মফম অমা লৌরকই হায়বসি জাতিসিগী সংস্কৃতিগা শাগোন্নরক্লবা **লাই হরাউবা** দা মাইবীনা লাই ঈকৌবা, খুঞ্জাশিংদা লাইবাউ চেনবা, মাইবীনা মকোক চিংদুনা লাইনা পেনবিনবা জগোয় শাবা, লাই ফত্তবা তাম্থোক্লবা শরোই খাঙবনচিংবা থৌরমশিংদগী খঙবা ঙম্মী । জাতিগী লাইনিংদা অচৌবা মফম কল্লিবা চৈরাউবা দা ঈরম তরেৎকী ঈরানবগী থৌরমদা লাইরেম্বীশিং- পেতংঙা, য়ুমজাও লাইরেম্বী,লাইনাওতাবী, থোঙাক লাইরেম্বী, হুইদোম পোকপী অমদি লৈমা থৌনি নুপীশিংনা পাঙথোকই (চন্দ্রশেখর, ২০০১,১৪-১৭)। নুমিৎসিদা নুপীশিংনা ইনছাং লান্নদুনা পৃথিবী অসি ইমুং অমনি হায়বগী নুংশি চান্নবগী রাখল্লোন লৈকাইদা শন্দোকই । ঙল্লিঙৈ মতমদগী হৌনা মণিপুরদা শা-লান কনবনা মরম ওইদুনা নুপানা লৈবাক্কী লাম্মী অদুগা নুপীনা শু-নোমদুনা ইমুং পুবগী থৌদাং য়ারকই । মণিপুরগী অর্থনীতিদি নুপীশিংগী মখা পোল্লকই হায়বা তাই । ১৮৮১গী সেন্সস রিপোর্ট য়েংবদা মণিপুরগী অপূনবা মীশিং ২২১,০৭০গী মনুংদা নুপাশিংগী মশিং ১০৯,৩১০ না ওইবদা নুপীগী মশীংনা ১১,৫৭৩ নি। লৌউ-শিংউ, ফীশা-লোনশা, ললোন-ইতিকনচিংবা থবকশিংসু মীতৈ নুপীশিংনা মপূং ওইনা তৌরম্মী । রাজ্যসিগী নুপীশিংগী নোম্বা কনবা,

হৈ-শিংবা মতৌবু য়েংলগা মীতে নুপীগুম্না নোম্বা কনবা নুপী ভারত্তা লৈতে হায়না হায়রম্মী (McCulloch, 17)। ওল্লিভে মতমদা মীতে নুপীশিংনা শান্ন-খোংনরম্বী ৱা লীক্লা থেংনৈ। মহারাজ বোধচন্দ্রগী মহারাণী ঈশ্বরীনা নুপী শান্নরোইশিংবু য়োকখংনবা হোংনরম্বগী ৱাদি থেংনৈ। পেট্রিয়ার্কি মনুংদা তোংক্রমপাল মমানা মচাশিং ওাক শেনবগী আইদিয়াদা শাগংপা মশান্নসি মচাগা শান্নবা ইপা ইপু শোন শা, মৈ লৌবী কারৌবী, উরাওবী, কৈ-য়েননচিংবা খুনুং ঈশে শত্তুনা শান্নবা মশান্নসি নুপীবু রোল মোডেলদা শাগংপগী মওংদা লৈ। নুপীনা হকচাংগী পাঙ্গল শীজিন্নদুনা মী অমা ওইবগী মতীং উত্তুনা শান্নবা মশান্নশিংদি ওল্লিভে মণিপুরদা থোইনা থেংনদে, অথেংবা মতমখত্তদনি । খৃষ্ট ১৬৮৮ (শকাব্দ ১৫৭০) দা সমশোক লাইবারগা ময়াং নাইনুবীগা লমজেল নাহল্লে ... নুপীনা থোইএ (ইবুংঙোহল, ১৯৮৯,৪১)। খৃষ্ট ১৭৮৮ (শকাব্দ ১৭১০) গী লমদাদা শগোলসেন্দা নুপী মশেল লমজেল নায়এ । কাংঙমুং নুপীনা থোইএ । (ইবিদ, ১৫২)১১নি য়ুমশকৈশদা হৈক্রুজমগা কাংঙমুংগা নিংথেম মমাঙ ... নুপী মশেল নাইএ । কাংঙমুং লৈহাওনা থোইএ । (ইবিদ)মসি মখৈদনি । মসি নত্তবা কাং মশান্নসি লৈশাবী পাখঙশিংনা ফাওবা শান্নরম্মী । মশান্নসি মালেম লৈশেম্বগী ৱারীগা শাগোন্নরকই । (মনি, ১৯৬০,৭) লাই পাখঙ তরেৎ অমদি লাই নুরা তরেৎনা কাং শান্নবদা লাই নুরাশিংনা তরেৎলক থোইখিবগী ৱা থেংনৈ । অঙনবা মণিপুর সমাজদা নুপীনা থাঙ, তা, হিয়াং, য়ুবী লাকপী, মুক্না, কাংজৈ, মুক্না কাংজৈ, শগোল কাংজৈ, খোঙ কাংজৈনচিংবা শান্নরম্বগী ৱা থেংনদে ।

মণিপুরী সমাজদা নুপা অমগা নুপী অমগা য়ুম পানবগী চৎনবী (monogamy) চৎনরকই । মোনোগ্যামী হায়বদি মোনো অমা গ্যামী লুহোংবা পুনশিন্নগা নুপা অমগা নুপী অমগতমক লুহোংবা হায়বনি । মণিপুর সমাজদা নুপী লোনবগী চৎনবী (polygamy) সু লৈরম্মী । পোলিগ্যামী হায়বদি নুপা নুপী অমদগী হেন্না লুহোংবগী চৎনবী লৈবদুনি । নুপানা নুপী লোনবগী ৱাসি নিংথৌ, অঙম অথৌ অমদি ব্রাহ্মণশিংগী মরক্তনা অয়াম্বনি । নিংথৌগীদি মরুওইবা লৈমা অহুম লৈরম্মী - মহারাণী, অপানবী অমসু লৈমখুবী অসিনি । মণিপুরদা থা অহুমদৎ নিংথৌ ওইরম্বা মৈডিংঙু দেবেন্দ্রোনা নুপী মরিফুতরারুক থিরম্বগী ৱা থেংনৈ । (Hodson, 1993, 76) নুপী লোনবগী চৎনবীসি জাতি কয়ামুক্তসু লৈরম্মী । আফ্রিকাদা নুপা অমনা নুপী অনীদগী তাদনা লুহোংবা চৎনরম্মী । বেনিন (Benin) নিংথৌনা নুপী ৬০০ অদুগা ভেকাদার লৈবাক্কী নিংথৌ মলশা (Mlessa) না নুপী ৭,০০০ লৌরম্মী । ভারতকী গোণ্ড (Gound) ঐগা (Aaiga), তোদাস (Todas), লুশাই (Lushai) দসু নুপী লোনবা চৎনরম্মী । ভারতকী ময়ায় থংবা শরুক অমদি বুনাস (Bunas) কাঙলুপ্তসু মসি উবা ফংই । মণিপুরদা লৈরিবা কোম, ভাইফৈ - কুকিশিংসু অঙনবা মতমদা নুপী মরিদগী তাদনা লৌবা চৎরম্মী । নুপীনা মশা শেংদ্রিঙৈদা হকতিন্নবা য়াদবনা নুপী অমদগী হেন্না থিবগী চৎনবী লৈবা ওইনা পেট্রিয়ার্কিনা লৌই। নুপী য়াম্না থিবা ওম্ববু নুপা থোকপা ওইনা সমাজদা লেমজবা ওইনা লৌনরম্বা মতমসু লৈরম্মী । মসিনা শাগৈ চাউহল্লি হায়না মত পীবসু থেংনৈ। পোলিগ্যামী অসি তোদা (Toda), এস্কিমো (Eskimo), নয়ারস (Nayars), খসা (Khasa), তিয়ান (Tiyan), খোতা (Khota), কদাখ (Kadakh), ইন্দো আরিয়ানশিং

অমদি মঙ্গোলোইড জাতি খরদসু চৎনরম্মী । নুপী অমনা নুপা মচীন – মনাওশিংদা ময়ূম পানবগী চৎনবীসু থেংনৈ । মসিগী মরম্মদি অঙাং পোকপগা নুপী ওইরবদি হাত্তোকপা (female infanticide) না নুপী মশীং লীকপদগী মসি থোকপনি । মসি নত্তবা গ্রুপ মেরিএজ হায়বা অমসু হেব্রিউ (Hebrew), ভুমিজাস (Bhumijas) নচিংবদা চৎনরম্মী । অদুগা সোরোরেট (Sororat) গী চৎনবীদা নুপা অমনা ইমুং অমগী মচানুপী অহলবু লৌরবদি অতৈ লৈমহৌরিবা মনাউনুপীশিং লৌবা চৎনরম্মী। মসি অৱাং আমেরিকাদা খুন্দাবা রোকচাইল্ড (Rockchild) কাঙবুশিংদা চৎনৈ । এক্সোগ্যামি (Exogamy), এন্দোগ্যামি (Endogamy), কাঙলূপকী মপান্দা অমদি কাঙলূপকী মনুংদা য়ূম পানবগী চৎনবীসু লৈরম্মী । অকোনবগী চৎনবী অসি লাইনিংনা ওইগল্লি । লুহোংলবা মতুংদা বড় কন্যা অনীদু বড়গী ময়ূমদা লৈবা (patrilocal residence) অয়াম্বা জাতিগী চৎনবীনি । অদুগা নুপীগী ময়ূমদা লৈব (matrilocal residence) না খাসি (Khasi) গারো (Garo) নচিংবা কাঙলূপশিংদা অখন্নবা ওইবা থেংনৈ । মেরিএজ বাই এক্সপ্রেসন অসি পাক্লা চৎনবা নত্তে । নুপা অমনা নুপী অমদগী হেন্না লৌদুনা য়ূমদা লৈমিন্নবা (polygamous family) লৈরবসু পোলিএন্ড্রস (polyandrous) ফেমিলিদি লোইনা ফংদে । জোইন্ট ফেমিলি হায়বসিনা পেত্রিলোকেল জোইন্ট ফেমিলিনি । ইমুং অমা হায়বসি ইষ্টিট্যুসন অমনি । মসিদা সমাজকী থৌরম (social function), রাজনীতিগী থৌরম (political function) অমদি অর্থনীতিগী থৌরম (economic function), অমদি ধর্ম্মগী থৌরম (religious function) তুনা থাদোকপা য়াদনা শাগোন্নৈ ।

> মণিপুরী সমাজদা নুপা নুপী য়ূম পানমিন্নবদা য়ানরক্তবনা খাইনবগী মরুওইবা মরমদিঃ
>
> ... husband wife confrontation is generally resulted
> from polygamous marriage and it in majority cases,
> leads to divorce .
>
> (Hodson,1995,)

নুপীনা ময়ূম পাল্লবা মতুংদা অহানবা পোকপা মচাদু নুপী ওইবা পাম্নদে । মদুনা নুপা ওইরবদি নুপী (মৌ) অদুবু সমাজদা থাক ৱাংনা লৌনৈ । লুহোংবগী যাত্রা পুবসি অহানবদা মচা নুপা পোকপতনা পুবা চৎনৈ । মসিগী মরমদি মচা নুপা অহানবা পোকপা নুপীনা যাত্রা পুরবদি নৌনা লুহোংলিবা নুপা নুপী অদু মচানিপা পোক্কনা ধারা নলা চাউই হায়বগী থাজনবী লৈবননি । (কুলচন্দ্র, ১৯৮৮,৪৭) মচা পোকপা ঙমদবী নুপীবু সমাজদা থাক হল্লনা লৌই । মচা পোক্তবী নুপীগী নুপানা অতোপ্পা নুপী অমমুক থিবগী চৎনবী মণিপুর সমাজদা হৌজিক ফাওবা লৈরি । নুপী মথং মথং ওইনা তরেৎ পোক্লবদি অতোনবীদুবু হেলোই অতোম্বী হায়না ফত্তনা কৌনৈ । মণিপুর সমাজদসু নুপীবু হৈ-লৈগুম্না মীঙোন্দা খুদোল ওইনা পীথোকপগী ৱা ইতিহাসতা থেংনৈ । ১৯শুবা চহীচাদা চৎনবী অসি লৈরম্মী । খৃষ্টগী ১৭৪৬ তা ফিশম অহোংবা কৌবা নুপা অমনা মাগী নুপীবু গুরুদা পীথোকখি (ইবুংঙোহল, ১৯৮৭,১১৯) । অসিগুম্বা ৱারী অসি মণিপুরগী ইতিহাস অমদি লোক-সাহিত্যদা থেংনৈ । তোনু লাইহিজিংলেম্বীবু মোইরাং নিংথৌনা কদেং থাংজহনবদা পীথোকখি, পুরেম্বনা ঙাংখরৈমবু মোইরাং নিংথৌদা পীথোকখি অদুগা অমুক পুরেম্বনা তোর্ব্বুংদা পামবা কৈরেল তরেৎ চঙনা ফাদুনা নিংথৌগী থৱায় কনখিবগীদমক পেনখিরদুনা নিংথৌনা ঙাংখরৈমবু পুরেম্বদা পীথোক । মোইরাং থোইবীসু কাওফামন ওইনা

খম্বদা পীথোকখি । নুপীবু মীনাই ওইনা উনবগী চৎনবী মোইরাং কংলৈরোল অমদি পাম্থোইবীগী য়ারীদা য়াওই । অসিগুম্বা চৎনবী অসি হোমরগী ইলিয়দ (Iliad) তা মীনাই নুপী মুম্নবগী য়াথোক থেংনবসিনা পেট্রিয়ার্কেল সোসাইটি পুম্নমক্তা নুপীগী মরাইবক চপ মান্নে হায়বসিনি । মণিপুর ইতিহাসতা নিংথৌশিংনা অকোয়বগী লৈবাকশিংগা অফবা মরী থম্নবা হোৎনবদা মচা নুপীশিংবু থাজবগী য়ারী কয়ামরুম ইতিহাসকী তাক্কক কয়াদা থেংনৈ । মসি মেলানেসিয়ান, তাসমেনিয়ান্নচিংবগী ইতিহাসতসু থেংনৈ । পাপুশিংনা নুপানা শিবদা মাগী নুপীবু হাত্তোকপা; ক্রুমেনশিংনা নুপা অমনা শিবদা মহাক্কা খ্বাইদগী নুংশিজরম্বী নুপী অদুবু উতুপনা নম্দুনা হাত্তোক্লগা অশিবা হকচাং অনীদু খমত্নাংননা ফুম্না চৎনরম্মী । এস্কিমোশিংনা নুপাশিংগী খোঙউপ ময়ানা চীক্লগা ফোৎননবা নুপী থিরম্মী ।

হিন্দু ধর্ম্ম চঙলক্ত্রিঙৈগী মমাঙদা মণিপুর সমাজদা লুহোংবা মখল মঙা চৎনরম্মী । (কুলচন্দ্র, ১৯৮৮, ৫) মদুদি ১।। মশা মশা য়ানজরগা লুহোংবা ২।। লানফা ওইনা পুরক্লগা লৌবা ৩।। হায়ন-শিংনরগা লুহোংবা ৪ ।। নমদুনা লৌবা ৫ ।। মুন্দুনা লৌবা অসিনি । অহানবগী মখলসি নত্তুনা অতৈসিদি নুপীবু ওবজেক্ট ওইনা য়েংবগী মীৎয়েং য়াওরি । লানফা ওইনা পুরক্লগা লৌবশিংগী মনুংদা - য়োইমোংবা অমদি তাওথিংমাং(খৃষ্টগী ২৬৪-৩৬৪) অনীনা লান্দা ফাবকপী হা ওনুখু অমদি লোইতোংখু. লোইতোংহনবু লৌখিবসিনি । খোকচোম চনু থম্বালনুবু মৈডিংঙু মোইবাম্বা (খৃষ্টগী ১২৬৮-১৩০২); খয়োইরোল মারেম্বু মৈডিংঙু চলাম্বা (খৃষ্ট ১৫৪৫-৬২) অসিনচিংবা পনবা য়াই । ইরাংলোন থম্বাল (য়ায়েনবম চনু গোমতী) বু পামহৈব (গরিবনিৱাজ, খৃষ্ট ১৭০৯-৪৮) না হায়রিবা মওংসিদা নমদুনা লৌখিবনি । নমদুনা লৌবগী মখলসিদা তৃম্লিবা নুপীবু ইজ্জৎ মাঙহনবিরগা, নমথাক তৌদুনা লাপ্পা পুথোকপীরগা ইজ্জৎ মাঙহনবিরগা লৌবা অসিনি। মুন্দুনা লৌবগী মখলসিবু নুপা খুন্নাইনা থোইদোক্লা থৌনা ফবগী খুদম ওইনা লৌনরম্মী । মখলসিদা লাইনাওতাবীবু পাখঙবা (খৃষ্ট ৩৪-১৫৪)না পোইরৈতোন্দগী মুন্দুনা লৌখিবা অসিনি । হিন্দু ধর্ম্ম চঙলক্লবা মতুংদা চৎনরিবা লৌন-লৈনবগী মখল নিপালগী মনুংদা রাক্ষস অমদি পৈশাচ হায়বা ফাদুনা নত্তুগা ইজ্জৎ মাঙহনবিরগা লৌবগী চৎনবী লৈরম্মী । সমাজদা তুমন হায়বা খায়নরক্লবী নত্তুগা লুপ্রাবী লৌববু হস্থনা লৌনরম্মী । মহারাজ ভৈগ্যচন্দ্র (খৃষ্ট ১৭৯০- ) গী মতমদা লৈবাক অসিদা চৎনগদবা লুহোংবগী মরমদা ইবা লাইরিক সম্বন্ধ নিনর্য় পুথোকখি । মণিপুরদা নুপীবু ষণ ইরোইগুম্না মস্তিক্রুদুনা লৈবা য়োনবগী চৎনবী ফাওবা লৈরম্মী । হৌজিক ২০ শুবা চহীচা অসিদসু নুপীশিংবু অপীকপা সাবন্দগী হৌরগা খ্বায়দগী চাউবা ফিল্ম কম্পেনিশিংনা নুপীগী মফী থোংদবা হকচাং কয়া উৎতুনা এডভর্টাইজ তৌবসিনা কমোদিফিকেসন ওফ ৱুইম্যেন ওইনা চখরি । মায়কৈ অমরোমদা নুপীবু ওৎ-নৈবগী চাং অসি অসুম হেঙ্গৎলক্লি হায়বসি নেস্যানেল ক্রাইম রিসার্ছ ব্যুরোগী রিপোর্ট য়েংলবদি খঙবা ঙম্মী । ১৯৯৯ খক্তদা ভারত্তা নুপীদা অওৎ- অনৈ চথবগী পুলিসতা রিপোর্ট তৌরবদা কেস ১৩৫৭৭১ নি । মসিগী মনুংদা চহি ১০গী মখাগী নুপী মচাশিংবু রেপ তৌখিবগী কেস ৭৩১ য়াওরি ।

মণিপুর সমাজদা লুহোংলবী নুপীবু ভারতকী অতৈ রাজ্যশিংদা তৌবগুম্না নমথবা অমদি চাইল্ড মেরিএজনচিংগী মওংদি লৈরক্তে ঃ

> As soon as a woman marries she puts back her fringe, but no other restrictions are laid upon her. They do not marry until they are fifteen, and I have seen girls of seventeen unmarried .
>
> (Ethel, 2003,45).

অতোপ্পা মত অমসু য়েংলবদা ঃ

> The women of Manipur, married or unmarried, are not confined in Zewanas, as they are in Bengal or Hindustan; all classes are alike in this respect.
>
> (Hodson, 1993, 76)

মণিপুরদা বৈষ্ণবিজম চঙলক্লিঙৈগী মমাঙদা মপা মপু ইরাৎপা জাতি অমা ওইনা, মশাগী তোখায়বা সভ্যতা, লাইনিং অমদি সংস্কৃতি অমগা লোয়ননা লৈরম্মী । ঙল্লিঙৈগী মণিপুরী সমাজদা মীতৈ নুপীগী থাক অসি খরসু তানা লৈরম্মী । মণিপুরী লোক-সাহিত্যগী মখলশিং - মিথ, লেজেণ্ড, ফোকটেল, প্রোভাবনচিংবদা শৈথা-শীংথারিবা নুপীগী চাংদম্নরিবা মওং অসি থোইদোক্লা লাইবক থীবনি । পাউরৌশিং মচা ফত্তবা চাউবা ঙাইবা মৱা ফত্তবা শিবা ঙাইবা, নুপীগী য়ুম্ফম লৈতে ষণগী ষঙ্গোন নাইদে, নুপীনা তৌবা থবকপু, খূৎনা ঙমদ্রগা চীননা হোৎনৌ নচিংবা হায়দুনা নুপী হায়বসি মশাগী অরেপ্পা মশক মওং লৈজদবা লুশিন্দবা, খাঙবা কনবী, চীনগনবী তাহনবা মশক্তা উৎলি । শন্দ্রেম্বী চাইশ্রা, কবুই কৈওইবনচিংবা ফুঙ্গা ৱারীশিংদা নুপী লোনবগী চৎনবী (polygamy) লৈরম্বা, মসিদা লোন্নবী নুপীশিংগী য়েংথীনববু নুপীগী ফত্তবা মরমচৎ তাহনবা, কবুই কৈওইবা দা নুপী ফাবগী চৎনবী লৈরম্বা থেংনৈ। কবুই কৈওইবা হায়বসি মশাদগী কৈ পুথোকচবা ঙম্না কাঙবু অমনি হায়বগী ৱা হেমেন্তরগী **The naked Nagas** দা ইরি। ইতিবেন অমদি চলাম্বগী ৱারীদা মপানা ইতিবেনবু নুপা অমদা নমদুনা থাজখি; শাম্বুলেম্বীগী ৱারীদা শাম্বুলেম্বীবু মপা খুম্বোম্বনা মচানুপীগী থৱায় ওইজরিবা মৈডিঙ্গোলবু নাম্বেদুনা অতোপ্পদা পীনবা হোৎনবদা য়াদবদগী মৈডিঙ্গোলবু খুম্বোম্বনা হাত্তোকখিবা, থোইবীবু মপানা নোংবান্দা থাজবা য়াদবগী কবোদা লোই থাখিবা অসিনচিংবা লেজেণ্ডশিং অসিনা মপানা চাউবা সমাজ (পেট্রিয়ার্কি) লৈরম্মী হায়বগী খুদম ওইরি । ফোকলোরদসু জেন্দরগী খেন্নবদু লৈ ঃ

> I am not considering folkloristic material which apply equally to males and females.
>
> (Dundes, 1978, 161)

১৭ শুবা চহীচা ফাওবগী মমাঙদা ইরম্বা মণিপুরগী অরিবা সাহিত্যগী লাইরিকশিং পান্থোইবী **খোম্বুল, খোঙজোমনুপী নোঙ্গারোল, নাওথিংখোং ফম্বাল কাবা, নুমিৎ কাপ্পা, পোইরৈতোন খুম্বোক**নচিংবদা য়াওরিবা নুপীশিং, পাম্বোইবী, খোঙজোমনুবী তরেৎ, পেত্তংঙা, হাউনু চাখানু নচিংবশিংসি থোইদোক্লা থৌ পাঙবা ঙম্বা, মতীং লৈবা চরিত্রশিং ওইনা শীংথারম্বা থেংনৈ । **নুমিৎ কাপ্প**গী ৱারীদা নুমিৎস্না খোমদোননা কিরদুনা মোইরাংদা

লোৎখ্রবদা তম্ফা ৱাঙশ্লোনবু কৌবা চৎলহনখিবা অমদি মাইবীনা চূক শাখিবগী ৱারীসিদগী মীতৈ নুপীনা লৈঙাক্লোন্দা শরুক য়ারম্মী হায়বা খঙঙি । ঔগ্রী লৈশেম্লোনগী ৱারীদা লৈমরেন শিদবী অমদি লাইরেম্মা তরেৎ হৈপোক লৈমা মোনশাবী, ললহালপুং লৈমা হেমোইবী, নোংমৈপুং লৈমা ইমোইনু, চীংঙা লৈমা লালহৈবী, পিশুম লৈমা শাফবী, লাংচিং লৈমা পিয়াইনু, লীৱালৈমা তোংকোলচাইবীনচিংবা লাইরেম্বীশিংনা কোংলৌতোন লৌথিবনা থাজবা হৱাই থাংপাকপু শামদোন অয়াংবনা নৈখায়বদা মতু- মমেন ফোইখিবগী ৱা লাই হরাউবদা উৎলিবসিনা লৈশেম্বদগী হৌনা মীতৈ নুপীনা লৌরকইবা থৌদাং অমদি মতীক খঙঙি । মণিপুর সমাজদা থোইদোক্লা নুপীগী মমল অমদি থাক হন্থরকখিবসি ১৮ শুবা চহীচাগী হিন্দু লাইনিং চঙলকপা মতমদগীনি । মণিপুর সাহিত্যগী ময়ায় চনবা মতম (১৮ অমদি ১৯শুবা শতাব্দী) সিদা পুথোকখিবা সাহিত্যগী লাইরিকশিং সনামনিক, ধনজয় লাইবু নীংবনচিংবা লাইরিকশিংদদি নুপীবু মশাগী মশক মচু লৈজদবা, তেংবাংবা মতৌদা উৎলি । মীতৈ নুপীবু সাবিত্রী, গন্ধারী, সীতানচিংবগী মশক্তা অনৌবা মীতৈ নুপীগী মশক শাগৎনবা হোৎনরকখি। মতমসিদা পুথোকখিবা লাইরিকশিংগী মনুংদা লক্ষ্মী চরিত্র, ধ্রুব চরিত্র পনবা য়াই । অসিগুম্বা সমাজগী মশক্তা হিন্দু লাইনিংগা শাগোন্নরক্লবা সংস্কৃতিগী মতমসিদা নুপীগী মরমদা ইরি ঃ

> মোম্নু নাউৱা মখূঙৈদি পম্লৌ মপা অপোক্পন ঙাক্য়ে । নুরা মথোক্লক্লবদি থংলেলন্ মাবু অথোক্ইবনা ঙাক্য়ে । হনু ময়াই ফারবদি মপারি লেংন তিন্বন ঙাকয়ে ।
>
> (চন্দ্রসিংহ, ১৯৬৭, ৩১)
>
> মোম্নু নুজা ৱোবীশিংন তন্ব মীপারুপ্পু চাক্চা পূক্লিঙ্ মরি হেল্য়ে । মশেম্ তরুক্ থোইয়ে । পূক্লিঙ্ ঈথৌবাংবদ মরেপ্ নিপাল্ থোইয়ে । পূক্লিঙ্ ঈথৌরাংবদ মরেপ্ নিপাল থোইয়ে । কোলোয়্ য়াথংতআদি থোক্পিতে ।
>
> (ইবিদ ২৭)
>
> মোম্নু নুজা ৱোইবীশিংনদি মবমচৎন চয়রৈ মফিশেৎ ৱোইনয়ে ।
>
> (ইবিদ ২৪)
>
> মোম্নু শম্লাং ৱোয়রৈ হুন্বীগ অনীমগি য়াথং মপাউমেন্বু থাজরিবদি মথৱায় শিরাইদম্গুম্বনে ।
>
> (ইবিদ, ৩১)
>
> মোম্নু চাবোক্ কফংশিন্বীশিংন নহাল্ মপোক্ অহুম্লক্ত খোইয়ম্ লাইবু নিঙ্লম্বগি মপারি মকোই পাউনিঙ্শিংববু পোক্লয়ে ।
>
> (ইবিদ, ১০)

মসিদা নুপী হায়বসি লমচৎ ফজগদবা; পীক্লিঙৈদা মপানা, চাউরক্লগা মপুরোইবনা অহল ওইরক্লগা মচাশিংনা য়োক্কদবা; ওইরোমদা মশম হাৎপী নুপীগী মৱা লৌরবদি মথৱায় পান্দবা; নুপী হায়বসি নুপাগা লোন্দিন্ননীংবগী ৱাখল নুপাদগী য়াম্না হেন্না লৈবা মদুবু মচীন কাঙথোক্তবা ওইনা ওৎলি ।

মোমনু নুজা ওইবিশিংবুসু থংলেন লাইওইননা খাচং য়োইনা হৈরবগা থংলেন মপুরোইববু শমু খৎথুমচননৈএ - উনবী পুকনিং ফমহোংনা লৈখিদে । ব্রাচুম অনোনবনা মচি লন মরূবু তাল ফংনৈএ । ব্রাশোক মীমাং ফমলুদে য়াইবী শিথিলাং থুগুমদে ।

(মাধবরাম, ১৯৬৬, ১৪)

মসিদা নুপীনা মপুরোইববু লাইগুম্না নীংদুনা সেবা তৌরবদি মপুরোইববু খূদুম চনবা গুন্মী মরা-মপুরোইবগী পূক্রীং হোংখিদে, নোল্লুক্লা অচুম্বা ব্রা হায়রবদি মরুওইবা লনবু ফংজ্জে মীমাগু ফম্নবা থবায় মাগুনবগী মরম লৈতে হায়বসিনি । লাংলোন হায়বা লাইরিক (বুকলেট) অসি মীতৈগী চানাক্য শ্লোক কৌনৈ । মসি অর্কাইক (archaic) মণিপুরী মোরেল লেসন তাকপা লাইরিক্নি । নুপীনা মপুরোইববু লাইগুম্না লাংপগী ব্রা ইরবসু নুপানা নুপীবু থোইদোক্লা ব্যবহার তৌনা লোয়নবগী ব্রাদি ইদে ।

সতী পূক্লিং লেপ্পীশিংনা মরালোন য়ুম্নুংদদি তম্ফা লক্ষ্মী ঐনা শমু ইখোং লেংদনা য়াংগোইবিএ । কোরৌ নোংজা হায়দনা থংলেন পূক্লিং মতুংইন্না কোলোই য়াথং চহপ্থোক্তনা য়াংগোইমিন্নরিবীশিংদি তম্ফা লক্ষ্মী ইহাকশাংগুম্বীনে ।

(শ্রীম্নাহল, ১৯৭০,৫)

কোরৌ নুমিৎ খুদিংদা চৈরৈ ফিনৌ হোংনা চেংলৌ মশক শেম্বী চৈরৈ ফিক্নুংদা পূক্লিং ইথৌলাংবী, মচিল্ লাংবন খোইহী তৈশিন্নবী, থংলেন হুলানবী, লিংজেল পাংশোই নিকপী, হংকেন শাশংনাইবী, লৌথুপ কোইথানবী, চৈরৈ শোনহাংবী, হৈরাং পানতমুন্বী তাওজিং, নুংতাশংবী নুপা অসিশিংদি মোমনু পাপী বেশ্যা হাপ্পোইবীনে । চৈরৈ ফিয়োন্নুংদ চেংলৌ মিংথোংলোন্বী তনবা নিপারুপ্প মিংয়েং তলহন্বী, নমু মীশক য়েংনা পূক্লিং তাইশিন্নবী মহাপাপকী লম্বীদা পূক্লিং মথৌইতোংবী, থংলেন লাইওইনববু হুন্লানপী অসিশিংগী মরান্ য়ুম্তাংশাংতবু লক্ষ্মী ঐনা চংলুদে । নুজা মচৎ অসিবু মাইকৈ চিল্ওল্বী লিক্লাং পাওহোংবীও তৌনা কৌএ ।

(ইবিদ,৬)

মোমনু য়াইবী কলহৌনিক্লা কঞ্জাও মাংওইনগনবী, শমু মখোং নীন্না তিল্লাং মখোই শাওরবীশিং... মথংলেনগী কোলোই ময়াথংবু উনবী পূক্লিং পিনা নাতাদ্রবা পাইমা উনগোইনুংদদি ব্রারম তোঙান নিংবী অসিশিংবু তম্ফা ঐনা থৌজাল লন্কবিরমদে । থংলেন থৌখনববু পূক্লিং খোইফাদবীশিংদি মোমনু মখোয়গী মথব্রায় মমিরেনবু পুনা মহৈ য়াল্লরোইএ । মোমনু শমু লেংলোইতোংবী তন্বা লমচৎনবী থবাক লেংয়ান তোংবীশিংদি য়াইফ মহৈ লৈরোইএ । ..... লৈকাই খুন্কোই হৈবী নুজা লমচৎ অদুশিংদি থংলেন মরা ওইবীশিংনা তাংজা ইকাই নংনা চোপ্প্রেয়ে ।

(ইবিদ, ৭)

সতী ওইবীশিং, মপুরোইবগী পূক্লীং মতুংইন্না থবক পাঙথোকপীশিংবু লক্ষ্মীনা চানবী। নুমিৎ খুদিংগী মফী হোংদুনা ফম শেমদুনা লৈবা অপাম ঈখৌ লাংগনবী, মচান্দা লাংবন খোইহি তৈবী, মপুরোইববু থৌশাদনা মখোঙ থীন্না শাওবা মপুরোইবগী ব্রাবু পূক্লীং চঙনা তাদবা, নুপাগী লমচৎ চৎপী নুপীশিংবু লক্ষ্মীনা য়াদে হায়বসিনি। মসিদা নত্তনা লুপ্পা ওইরবী নুপীনা চাহে-চাহেদবগী মরমদা ইরি ঃ

> লোইদাম থা অহনোংদি নোংবান্ থাওলৈপা লপ্পি ফৌশংথক্কী উলা মফুরোইনা পান্বা য়েলবু চাহেদে। থাংজ অনি পানবদি খোইয়া খোংতাঙ্বনা ইমু খয়োম্ শানবা নৌতৌ কোলহন্নবা য়েলবু চাহেদে। থাজা অহুম পানবদি পোইনুদা য়েল্লাংতোন্ নানৌবীবু চাহেদে। চেংলৌ মিৎফম চিন্নয়েল্নে। মাকমৈ মরিনিদি মপান্ থোংনাং পশোৎফিগুম্বা লালোই মোইশায়াকুম্বনা মালেম লৈরে্ চৎপা য়েল্বু তংলবদি চেংলৌ মমিৎ তাংএ। মাকমৈ মঙানিদি মোমনু তাওজিং পান্তম্হে শ্রীফল তাওজিং হৈরাচানবু চারবদি য়ারেনা মখৌকুম্নেএ। মাকমৈ তরুকনিদি মালেম লৈরোন্নুংদগী য়েল্লাং কুরোন খুদিংদা চারা য়েল্মিৎ শৌবা য়েলবু চারবদি লাইথুং ওইনৈএ। মাকমৈ তরেৎনিদি মালেম লৈখুন্নুংদগী য়েল্লাং হালা য়েলবু চারবদি খম্নুং যমগী লৈমাক্তা ফম্বী য়ুমদম ওইনৈএ। মাকমৈ নিপালনিদি পামেল উতোনথক্কী তাওজিং মিৎকোই হেনবা হৈরাং পিবুকনুংদা লাইজ ইপুবা হৈবু চারবদি পুকচেং খাম্বী মৈরা থোকনৈএ। মাকমৈ মাপলনিদি পুনলাং নাকপ্পা মাইপালিনা খুব্রাই লম্মাহন্দা হোংনেম্ য়েল্বু চাহেদে। মাকমৈ তরানিদি চাম্লৌ লাইহচিল্ পুনুং তাংকন্লাগী হৈরাং অথুম্ববু চারবদি শাগৈ ময়েং অনৈএ। মাকমৈ তরামাথোইনিদা তরা খুৎখনবিরবদি কেবৌ নোংগাদে। থাজা তরানিথোইনিদি শাংলৌ হঙ্গাম নানৌয়েলবু চাহেদে। থাজা তরাহুমদোইনিদা য়েল্লাং নাপাকপা শংলৌ উনাঈবা য়েল্ চাহেদে। মাকমৈ তরামরিনিদি শংলৌ য়েনখায়েলশিং নাইববু চারবদি অব্রা হুইরাং শোনববু লান্নংএ। পূর্ণিমাদা শংলেন্ শাবু চাহেদে। লোইদাম মাকমৈ খুদিংগী য়েল্লাং চাহেদববু ব্রাহম্নবনে।
>
> (ইবিদ, ৮-৯)

মসিদসু নত্তনা নুপীগী শাওং-শাবান অমদি লমচৎকী মতুংইন্না লক্ষ্মীনা চানবিবা চানবিদবগী মতাংদসু পল্লি ঃ

> নারয়ন লাইনিংথৌ-ও মোমনু চেংলৌ শকপাম্ভোংবু পূর্ন মপুং ফারবী পূক্লিং অচুম্বী মোমনু ব্রাহে খুদিংবু চীংশাং খোইরেন হীগুম্বী উনবী পূক্লীং লেপ্পবীশিংদি লক্ষ্মী ঐনা অবতার ঈপোম অবেপ্পা মহাক্রে। ...মোমনু চেংলৌ শকপাম্ভোংবু শকওং মতৌ থীবী শমু মনাতোন পিকপী, চইরুং শকথোং তেনবী, তাংজা শমদোন ঙাংবী, পিঙুম

> পাকোইথীবীশিংদি মোমনু তমথীবী-ও তৌনা কৌএ। মোমনু চেংলৌ শকপানথোংবু থম্বাল মিংফম হেনবী, নুজা খোইফমকুৎপী, শকথোং শাংনা পানবী, থম্বাল মিংফম হেনবী, পূক্লিং ৱাচুমশুবীশিংদি তম্ফা ইহাকশাংগুম্বীনে। কোরৌ নোংজা খুদিং চরৈ মন্না মোৎনা শেত্তবা, শমু হকচাং শেংহে লুহৈবা লক্ষ্মী ঐনা লমলোই থানদে। কোরৌ নোংজা খুদিংবু নুজা মরানয়াইদা তম্ফা ঐনা য়াঙ্গোইরিএ। কোরৌ মিৎকুপমরুমদসুং খাইনদে।
>
> (ইবিদ, ১০)

ৱারী অসি মলয়া চীংজাওদা লক্ষ্মী নরায়ণ অনীনা মীওইবনা অৱা অনা তারিবগী মরমদা ৱারী শানবদা লনগী মবেম্মা ওইরিবী লক্ষ্মীনা করি করম্না মওংদা তুংই/তুংদে হায়বা তাক্লুনা ইবনি।

অসিগুম্বা ভারতকী নুপীগী আদর্শদা মীতৈ নুপীগী মশক অসি শাগৎনবা হোৎনরকখি। সতীদহগী চৎনবী লৌদুনা মপুরোইবগী যজ্ঞগী মৈনুংদা চোংশিন্দুনা শিখিবী সতী খোঙনাং অমদি মৈরীনা ৱাইবদা কিদুনা চোংথোরকখিবী খোঙনাং মৈকিবীগী মশক ফাওবা উবা ফংনরকখি। মীৎয়েং অসি লৌদুনা ভারতকী নুপীগী সতীত্বগী মরমদা ইরি ঃ

> ভারত চনুগী খ্বাইদগী ফজবা আদর্শদি সতীত্ব অসিনি। চনু অমা ওইরগা সতীত্বগী গুণ অসিবু চেন্দ্রবদি থৱায় য়াওদ্রবা হকচাংগা অক্মানি। সতীগী অর্থদি ঐখোয়না ইচম চম্না মপুরোইবা অমদগী হেন্দবী নুপী অদুবু সতীনি হায়না লৌনৈ। মসিসু খোইনা কায়বা নত্তে। অদুবু মদুদগী সতী অমদা চেনগদবা গুণ খরসু লৈরি, মদুদি প্রেম, ভক্তি, শ্রদ্ধা, হায়বদি - নুংশিবা, নোম্লুকপা, থাজবা-অহুম অসিমক সতী ওইবী নুপী অমদা চেনগদবা গুণশিংনি।
>
> (থোইবী, ১৯৮৮,১৮১)

অসিগুম্বা মীতৈ নুপীগী মনীংতম্বা পুক্নিদা অচৌবা শীংনবা ওইরক্লিবা মীতৈ নুপীগী থাকপু য়েংলগা হায়রি ঃ

> It is too late to liberate the chauvinistic attitude of the Hinduized meitei males ?
>
> (Manjusri, 1984, ix)

কুনশুবা চহীচাগী মতমগী মণিপুরী সাহিত্যদা অনৌবা মতমদা পুথোরকপা সাহিত্যাগী মচল খুদিংমক্তা নুপীবু ফীদমগী য়ুম্ফম অমদা শাগৎপা ঙাক্তনি - মাধবী, উরিরৈ, লতাসনা, থম্বাল, মুখরা অসিনচিংবা। মখোয় পূন্নমক ফজবা, হায়বা ইনবী, লেমজবী, তপচ-ঈংজবী, খোৎচ-নৌজবী, থাদোকপা, মীনুংশি চেনবী, ফিদম্নফম ওইবী গুণশিংনা লৈতেংবী প্রেমীকা, মমা, মচানুপী, মচন-মচে, য়ূমগোইবী ওইনা পেত্রিয়ার্কিগী মনুংদা সমাজনা য়াবা চৎনরোলগী মনুংদা য়ুমগী লৈতেং, নুংঙাইবা পীনবী ওইনা মশক তাকপা ঙাক্তনি।

মণিপুরগী ইতিহাস, সংস্কৃতি, লোক-সাহিত্যদা অঙনবা মতমগী মীতৈ নুপীনা খরদং মনীংতম্না হিংজরম্মী অদুবু হিন্দু লাইনিংনা তরানিপালশুবা শতাব্দীদগী মণিপুর

সমাজদা শন্দোরকখিবদগীদি লাইনিং অসিগা শাগোন্নরকপা সংস্কৃতিদা মীতৈ নুপীনা মশাগী ষ্টেটস হৌরকখি। মসি হায়া হায়দুনসু অঙনবা মণিপুরী সমাজদা জেণ্ডর বাইএস লৈতবা মওংদা মীতৈ নুপীনা হিংলকই হায়বদি নত্তে। নুপানা য়ুমগী মপু ওইবা সমাজদা মচানুপীগী পুক্নীং খঙদনা থাজবা, ফাদুনা, মুন্দুনা লৌবা, নুপীবু ইজ্জৎ মাঙহনবিবা, নুপীনা অমদগী হেন্দবা, নুপানা তরাগী মপুনি হায়দুনা নুপী লোনবা অসিনচিংবা তৌরম্মী। মণিপুরী নুপীনা ঙল্লিঙৈগী মতমদগী হৌনা অকোয়বগী লৈবাকশিং য়াওনা মশাগী মতীক-মগুণগী অরাংবা মিংচৎ শন্দোকপা ঙন্নবসু মখোয় পেত্রিয়ার্কি মনুংদা হিংবনি। পৃথিবীগী জাতি কয়াদা মতীক মগুণ লৈরবী মহারাণীশিং লৈরি - ইংলেণ্ডদা Elizabeth I, Anne, Victoria, রসিয়াদা Catherine সুইদেন্দা Christina অদুবু মখোয় পূম্বা সমাজ অমদি ইমুংগী পুন্সিদা মহারাণী অমদি মমা ওইনা লৈখিবা ঙাক্তনি।

মণিপুর সমাজদা নুপীগী নীংতম্বা ফংনবা ঈহৌ (ফেমিনিজম) অসি য়ুরোপকী লৈবাকশিংদা হৌখিবা ঈহৌগী মওং মতৌগা খেন্নবা কয়া লৈরি, লৈফমসু থোকই। মান্নরিবসিদি ইডিওলোজিদনি। সমাজগী ফীভম, মওং-মতৌ অমদি মতমগী খেন্নবা মতুংইন্না মান্নদবা কয়া লৈফমসু থোকই। তৌবতবু পেত্রিয়ার্কেল সোসাইতিদা নুপীবু দিস্কৃমিনেট তৌরিবা অদুগী মায়োক্তা মপুং ওইনা নুপীশিংনা মশাগী হক তাঞ্জরকপগী ঈহৌদি ওইবা তাবনি। য়ুরোপতা ঈহৌ অসি নুপীশিংগী নাগরিক অমা ওইনা ভোৎ থাদবা ফংনবগী অধিকার তাল্লকপদগী হৌরগা ইমুং অমদি সমাজগী চৎনরোল (ত্রেডিসন) দগী নাহ্লোক্তুনা মী অমা ওইবগী পর্সনেল রাইট তাল্লকপা অমদি অকোয়বগী ফীভমদা নুপীবু মনীং তমহনবগী ঈহৌ (Ecological feminism) ফাওবদনি। ভারততুনা নুপীশিংনা ভারতকী সমাজগী চাওখৎচদবা চৎনরোলশিংবু শেমদোক্তুনা নুপীবু মী অমা ওইনা হিংহনবা ফাওবনি। অদুবু পূম্নমক সমাজদা ঈহৌ অমা ওইনা লাকখিবনি। সমাজগী ঈহৌ অমা হায়বসি **Encyclopaedia of Social Science** দা অসুম্না মশক তাকই ঃ

> Socially shared demand for change in some aspects of social orders.
>
> (Vol. 13/14, p.445)

অতোপ্পা মত অমত্তংগা য়েংবদা ঃ

> ...social movement is collective attempt to change the existing social order and so in order to bring social mobility and change it involves a collective efforts.
>
> (Joykumar, 1987, 11)

মীতৈ নুপীনা সমাজদা, রাজনীতিদা মখোয়না মফম কল্লকপগী রা মালেম লৈশেম্লোনগী লৈমরেল শিদবী, নোংথাংলৈমা অমদি হাওরৈমশিংগী নত্তগা পাম্থোইবীগী মিথোলোজিদগী লৈরে হায়রবসু মণিপুর ইতিহাসতা নুপীনা পেত্রিয়ার্কেল সোসাইটিদা মখোয়গী মরা তাহন্নবা হোৎনরকপদি মৈডিংঙু চন্দ্রকৃত্তিগী মতমদগীতনি। মতমসিদগী মণিপুর ইতিহাসতা নুপীগী ঈহৌগী খোঙ্গুল লীকৃবদা ফংই। মণিপুর হায়বসি ১৯শুবা চহীচা ফাওবা নিংথৌ পানবা লৈবাক

(aristrocracy) ওইরকই। নুপাশিংনা খৃৎলাই পায়বা লালহৌ তৌদুনা মখোয়গী অনীংবা ফংননবা তাল্লবসু নুপীশিংনা খৃৎলাই পায়দবা মীয়ামগী ঈহৌ (agitation) না চন্দ্রকৃত্তিগী মতমদা নিংথৌনা লৈবাক্কী অরানবা য়ারেপ লৌবগী মতাংদা হৌরকখি ঃ

> In the reign of Sir Chandrakirti Singh the people concerned were ordered to go to the forest and catch the elephant in Langban(October/November). Some women went and requested to postpone the catching of the elephant till after harvest.
>
> (Iboongohal, 1987, 45-46)

মণিপুর খৃষ্ট ১৮৯১ দা বৃটিশকী মখা পোনখি। বৃটিশকী কোলোনিএল রুলগী চৈথেং মণিপুর সমাজসু ফংখি। মণিপুরী জাতিনা লালফমগী ক্ষেত্তিপুরন ওইনা লুপা লাক্ষ অনী অদুগা চহীগী ওইনা লুপা নীশিং য়াথ্রে কাঙৎ পীবা ওন্নবা হোৎনরকপদা - চন্দন শেনখায়, পাচানাপেৎ, বাখৈশেন, য়ারেক শন্থি, খেরা, দোলাইরেং, মাশুল, আমিন চাকথাক, জল সম্বন্নচিংবা লৌবা, মসি থীবা ওমদবা ইমুংদুবু সমাজদগী ইথোকপা, চংন-থোক্লহন্দবা, অশি- অনা থোকপদা পোলোইবা, শ্রাদ্ধ, লুহোং কৈহোংবদা চঙনহন্দবা মদু য়াহনগে হায়রগনা ব্রহ্ম সভাদা শেল থীদুনা শেংদোকহনবা তারম্মী। মসিনা মনীংতম্না মাঙখিদুনা বৃটিশনা মণিপুরদা পানবা চহী তরাতরেৎকী মতুং খৃ: ১৯০৪ দা বৃটিশকী মায়োক্তা নুপীশিংনা অহানবা নুপীলাল হৌরকখি। ভারত্তা নুপীগী ঈহৌ লাকখিবসি বৃটিশকী মায়োক্তা স্বরাজগী ঈহৌ হৌরকপদগী লৌনবদুমক মণিপুর সমাজগা মান্ননা থোকই। অসিগুম্বা মতম অসিদা মীতৈ নুপীশিংনা ঈশিংগী টেক্স খোমগৎপগী মায়োক্তা ১৯২৫ তা ঈহৌ হৌবকখি। মণিপুরদা নুপীশিংগী অহানবা সংস্থান *ভদ্র মহিলা সমাজ* ১৯৩৩দা লীংখৎখি অদুগা অহানবা মণিপুরী নুপীশিংগী রাজনীতিগী সংস্থান্না ১৯৩৯ দা শেমগৎলকখি। ভারত্তা নীংতম্বগী ঈহৌ লাকপদগী ফেমিনিষ্ট পলিটিকেল কন্সসন্সেসু লাকখিবদু পল্লি ঃ

> the ideological construction and consolidation of white masculinity as normative, and the corresponding racialization and sexualization of colonized peoples; the effects of colonial institutions and policies in transforming indigenous patriarchies and consolidating hegemonic middle-class culture in metropolitan and colonized areas; and the rise of
>
> context within and against the framework of national liberation movements.
>
> (Mrinalini, 1994, 249)

ইম্পেরএলিজম হায়বসি কুচু ভৌবা নুপাশিংগী বাখলদগী শাগৎলকখিবা, কোলোনিগী নুপীশিংবু নমথনবা অমদি লোইলমগী পেট্রিয়ার্কিগী মিদল ক্লাসকী কলচরদা তোংশিন্দুনা নমথদুনা থম্ম নবা অখন্নবা পোলিসি অমা ওইনা ইন্দিয়াগী ফেমিনিষ্টশিংনা য়েংবগা লোয়ননা ইম্পেরএলিষ্ট

ফেমিনিজম হায়বসি পুথোরকখি । মণিপুর সমাজদসু মীৎয়েং অসি চানে । বৃটিশনা হৌজিক সুরচন্দ্র মহারাজকী মচাবু নেটিভ রুলর ওইনা খনবগী মহুৎ চুরাচান্দ মহারাজবু খনখিবা; লাল মতুংদা লৈবাকসিদগী নোংমৈ চামরি খোমগত্তুনা দিসআর্মদ ওইহনবা, হাউস টেক্স খোমগৎপা (চীংদা লুপা ৩ তমদা লুপা ২), লালগী ক্ষেতিপূরন খোমগৎপা, ফ্রী ট্রেটকী পোলিসি মখাদা মপান্দা পোৎ-চৈ থাদোকখিবা পুন্নমকসিবু য়ানীংদ্রবা মীশিংনা ছোটো সাহেব Mr. J J Dunlop কী বঙ্গলোবু থংন-থংননা ১৯০৩ গী মার্চ অমদি ১৯০৪ গী জুলাই থাদা মৈ থাখি। মসিদা মণিপুরগী পলিটিকেল এজেন্ট, বড় সাহেব Major Maxwell না ইম্ফালগী অকোয়বদা লৈবা নুপামখৈ কৌখৎলগা কবো তম্পাক্তগী তিক য়াল্লুরগা ছোটো সাহেবগী মৈ চাকখ্রবা বঙ্গলোবু অমুক হন্না শাহন্নবা হুকুম তৌরম্মী। নুপীশিংনা হৌরকপা য়াই খন্দুনা চেকশিনবা ওইনা সরকারনা মী মণ্ডাদগী হেন্না পৃন্দনবা ওর্ডর থোক্লম্মী। মীতৈ নুপাশিংনা য়ুম শাননবা পোৎ পুদুনা লাকপদা শামুজাওবীনচিংবা নুপীশিংনা জাতিগী ইজ্জৎ শোকপা ৱাফম্নি হায়দুনা নুপাশিংগী মথৃত্তগী ই উনচিংবা মুল্লগা তুরেলদা লংথগ্রগা নুপাশিংবু য়ুমদা হলহনখি। অসুম্না মীতৈ নুপীশিংনা বৃটিশকী মায়োক্তা কৈথেল থিংজিন্দুনা লালহৌ তৌখিবা অদুবু অহানবা নুপীলাল হায়না খণ্ডনৈ। বড় সাহেবনা হুকুমদু লৌথোকখিদে, থবক শুবসু হৌহনখিদে।

মণিপুরগী নিংথৌ চুরাচান্দ মহারাজনা ওইরবসু অশেংবা লৈঙাকপদি বৃটিশ সরকারনি। বৃটিশকী কেপিটেল অমদি কোলোনিএল ইকনমিনা লৌউ -শিউদা য়ুম্ফম ওইবা ২০শুবা চহীচাগী মণিপুর সমাজদা খজনা চাউনা লৌবা, থীবা ঙমদবা লৌমীদগী লৌ লৌথোকপা; মপানগী কারবারৱালাশিংনা শের নিফুনিপালনা মোন শাদুনা মমল লাকথুনা লৈরগা নিফুনা মোন শাদুনা মণিপুরগী মপান্দা থাদোক্লগা শেন্দোং চাউনা ফংনা য়োন্দুনা মণিপুরগী ইকনমি মখোয়গী মখৃত্তা মপূং ফানা লৈরম্মী। মপান্দগী-লং, কেরোসিন, ফী-রোল, ক্বা, য়োংকী পোৎলমশিং, খোঙউপ, কানি, থুমনচিংবা পুল্লিক্লগা মফমসিদগী মপান্দা-চেঙ, চেঙপাক, চমাং, শা-ষণ, শঙ্গোম, আগর, উ, চা মরুনচিংবা পুথোকখিরম্মী। কৈথেলগী পোৎকী মমল মখোয়না লেপ্তুনা মপূং ফানা কেপটিব মার্কেট ওইরম্মী। ১৯৩৯ গী জুলাই থাদা লৌ খৃৎলোল্লবা অমদি সেপ্তেম্বর ওক্তোবরদা লৌ লোক্লবা মতমদা নোং কন্না চুখিবদগী ঈশিং থুমজিন্দুনা মহৈ-মরোং পাক-শন্না মাঙহন-তাকহনখি। মপান্দা চেঙ থাবা থিংনবগী মীয়ামগী খোল্লাউ লাকপদগী ষ্টেট সরকারনা রিজোলুসন-(১১) মপান্দা চেঙ থাবা অদু চুরাচান্দ মহারাজনা সরকারগী ওইনা পীগনি য়ানখ্রবা কোহিমা অমদি সদিয়াদা লৈবা অসাম রাইফলগী চেঙদি লাল পাস হায়দুনা থারম্মী। মতমসিদা মণিপুরগী পলিটিকেল এজেন্ট Christopher Gimson গী প্রেসরদগী দরবারনা সেপ্তেম্বর ২৩ দা রিজোলুসন অমা থোক্তুনা কোহিমাদা লৈবা সিভিল ষ্ট্রেসনগী মীশিংগী চাননবা মোন ৮০০ সেপ্তেম্বর থাগী, মদুগী মতুংগী থাশিংদনা মোন ২০০০/২০০০ থাবগী অয়াবা পীথোকখি। মরৱারী কারবারৱালা মঙ্গলচান্দ কষ্টুরিচান্দগী প্রেসরদগী দরবারনা নবেম্বর ২১ দগী চেঙ থাবগী অথীংবা লৌথোকখি। অদুগা মণিপুরগী প্রজা নুপীশিংদা থোইদোক্লা নুংঙাইহনখিদবা থৌদোক অমদি :

চুরাচান্দ মহারাজগী মচানুপী তম্ফাম্নানা থম্বাল মচুগী ফনেক হিজম
ময়েক শেংপদা, কনাগুম্বা মীচম প্রজা নুপী অমনা শেংপা য়ারোই

হায়খিবা মতমদুগী নিংথৌগী সরকার চুরাচান্দ মহারাজ ..... নুপী কয়াগী থম্মোইনুংদ তত্তনা নুংঙাইতবা ইহৌ অমা পোকহনখি।

(রজনী, ১৯৮৫, ৮)

হৌজিক মরব্বারী কারবারব্বালাশিং মমল হেন্না পীশিন্দুনা মীকাহল্লগা মণিপুরগী মফম পুম্নমক্তগী অরৈবা ফৌ-চেঙ পুম্নমক ব্বানশিনখিবদগী পোইনু থামক্তদা ফৌগী মমল খংহেন হেঙ্গৎখিদুনা ব্বানবা ঙমদবা চরা হেনবা ইমুং য়াওনরক্লে। ফীভমসিদা নোংথোংবম খোঙনাং দেবী, অয়েকপম ওংবী ভানী দেবী, ব্বাহেংবম ওংবী তোঙ্গৌ, ব্বাংখেম ওংবী কুমারী দেবী, লাইশ্রম লৈপাক্লে দেবী, ক্ষেত্রিময়ুম ওংবী মুখি দেবী, রাজকুমারী সনাতোম্বী দেবী, তোংব্রম সবী, সরুংবম ইবেতোন, লাইশ্রম ওংবী অমুবী দেবী, চীংঙাখম ইবেমহল দেবী, অরিবম চাউবিতোন, বামোন খাম্বী, মোংজম লৈমা অমদি লোইতাম তোম্বীমচা দেবীনচিংবনা ব্রহ্মসভাগা তানদুনা নুপীগী ঈহৌ অমা শাগৎনবা হোৎনখি। ডিসেম্বর ১১দা নুপীশিংনা পুনশিন্নরক্তুনা কারবারব্বালাশিংগী চেঙ থাবা গাড়ীশিং ফাজিল্লম্মী। ডিসেম্বর ১২ দা চেঙ ব্বানবা চৎলুবদা কস্তুরীগী মনাওনিপা ফুলচান্দগীদা চেঙ ফংলমদে। মরব্বারী দুকান পুম্নমক থোঙ লোনখ্রবদা নুপীশিংনা কস্তুরীগা ব্বারী শাননবা থোঙ হাঙু য়াখিদবা অমদি কস্তুরীগী মচানিপা য়ুরিয়ানা অথীবা খোন থাদুনা নুপীশিংদা চৈরকপদগী খোয়শাওনরবা নুপীশিংনা ফৌ গাড়ী ফাজিল্লম্মী। মসিদা য়াওরিবশিং- লাইশ্রম কবোক্লে, লাইশ্রম পীশক, লাইশ্রম অমুবী, অরিবম চাউবীতোন, কবোক্লেনচিংবা নুপী তরাবু পুলিসনা ফাজিনখি। মসিদা নুপীশিংনা ষ্টেট দরবারগী প্রসিদেন্ট T A Sharpe অমদি দরবার মেম্বরশিংদা চেঙ থাবা থিংগদবনি অমদি মিলশিং থিংজিনগদবনি হায়বা খোল্লাউশিং দরবারগী ওফিস (সেক্রেটেরিএট)তা লাউশিল্লম্মী। Sharpe না নুপীশিংগী অশাওবা ফীভমদুদা দরবারদা খন্নখিগে হায়রম্মী। অদুবু মেম্বরশিংগী মরক্তা মত মান্নদবদগী ব্বারেপ লৌবা ঙল্লমদে। নিংথৌ লৈতবনা ব্বারেপ লৌবা ঙমদে হায়দুনা দরবারগী মেম্বরশিং মনীংথোঙদা লোন্না চেনখিবদগী তান্নদুনা নুপীশিংনা লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল সিংহবু ফারে। নুপী আন্দোলনকারীশিংনা Sharpe অমদি ইবুংঙোহন পুদুনা টেলিগ্রাম ওফিসত্তা নিংথৌগী পাউ লৌনবা লাক্লে। টেলিগ্রামদা পাউ লৌবা লোইবদা নুংথিলগী পূং ১½ তারে। হৌজিক Sharpe না চৎকে হাযরবদা নুপীশিংনা নিংথৌগী পাউ লাক্রিবা ফাওবা চৎপা যারোই হায়দুনা থিংলে। নুংথিলগী পূং ৪ তাবদা অসাম রাইফলসকী মেজর Bulfield না সিফাইশিং পুদুনা লাক্লগা নুপীশিংবু তানখাইরবে। থৌদোকসিদা ইবেমহল, খম্বী, কবোক্লে, য়াইফবী, লক্ষ্মি, অঙাংজাওবী, চাউবীনচিংবা নুপী কয়ামরুম অশোক-অপন নংখি। নুপীশিংনা খুৎলায পায়বা সিফাইগী সংগিন মতোনগা মায়োক্তু খি। নুমিৎসিবু মণিপুরগী ইতিহাসতা অনীশুবা নুপীলাল হায়না খঙনখি। মথংগী নুমিৎতা নুপীশিংনা মিল মপুশিংদগী চেঙ তকচরোই হায়বা চে কয়ামরুম খোমগৎখি।

ফনা কুইনা চথরক্লবা মতুং ডিসেম্বরদা গাড়ীব্বালা খরনা নুপীশিংনা মখোয়গী চেঙশিং খোংবান্দা লংথবিখ্রে হায়না ব্বাকৎলুবা মতুংইন্না পলিটিকেল এজেন্টনা নুপী মঙাগী জবান লৌনবা নুপীশিংবু ফানবা হোৎনরকপদা আন্দোলনকারীশিংনা অয়ীংবা পীখি। থৌদোক অদুদা সখিগী মরাইবক্তা আই পি খোংদ্রাম ধনচন্দ্রনা খোঙপাক্লা কাওই হায়বগী ব্বাহৌদা ঈরাং থোক্লকখি। নুপীলালগী ঈহৌ অসি লৈবাকসিগী রাজনীতি, অথনীতিগী ওইবা ঈহৌ অমা ওইবদা নত্তনা হিন্দু ধম্মগী ওইবা অমাং-অশেং নাইবা, থাক খাইবা সমাজগী মায়োক্তা নুপীশিংনা

হৌখিবা ঈহৌ অমসুনি ঃ

> Though the immediate causes of the women's war had been economic there was also a strong feeling of disatisfaction with the administration over the mangba-sengba scandal of the year before.
>
> (Manipur Administration Report, 1939,40)

নুপীশিংগী লালহৌ অসি লমদমসিদা ইম্প্রেরিএল রুলগী চৈথেংদা লমদমসিগী রাজনীতি, অর্থনীতি লাইনিংগী খুদোংচাবা লৌদুনা ওৎ নৈবা, মীপাল তাংহন্দুনা হিংহন্নবা হোৎনবা ইম্প্রেরিএলিষ্টশিংগী মায়োক্তা মীতৈ নুপীশিংনা হৌখিবা ঈহৌনি । কৈথেল নুপীশিংনা ঈহৌসিদা মরুওইবা থৌদাং লৌখি ঃ

> Within an overall patrilineal framework women are thus able to develop a power base and a group solidarity, strengthened by various women's organizations. Women's collective power in the political arena, hitherto a male domain, was made evident during the "women's war" (Nupi-lan) in 1904 and 1939s against colonial policies.
>
> (Manjusri, 1984, viii-ix)

ভারতকী সমাজদা কোলোনিএল পেরিএদতা ভারতকী নুপীশিংনা পুনশিন্নদুনা হৌরকখিবা ঈহৌদু য়েংবা কান্নগনি । ভারতনা বৃটিশকী লোইলম ওইনা লৈরিঙৈদা Katherine Mayo না **Mother India** (১৯২৭) ফোঙলকপদা ভারতকী নুপী খুন্নাইদা লাইরিকসি থোইদোক্না কন্ত্রোভর্সিএল ওইখি । লাইরিকসিদা আমেরিকাদা পোকপী অইবীসিনা হিন্দু সমাজদা চৎনরিবা চাইল্ড মেরিএজ, পর্দা, সতীদহ, বিদোহদনচিংবা নুপীশিংবু নমথদুনা থন্নিবা অমদি পেত্রিয়ার্কেল হিন্দু কলচরদা নুপীশিংনা সমাজ, শেল-থুম অমদি রাজনীতিগী চৈথেং কয়ামরুম ফংলিবা অদুগী দায়ত্ব হিন্দু কলচরনা পুগদবনি হায়না ইবগা লোয়ননা ভারতকী নুপীশিংসি মচীন পান্দে (Indian women are voiceless) হায়রদুনা নুপীশিংনা নুপা সমাজনা তুহৎপদা তুমিন্না লোথোক্তবীগুম খাঙজিন্দুনা লৈ ইরম্মী । মখোয়না ভারতকী নুপী ওইবগী মতৌ (womanhood) বু শীথরম্মী । মহাক্কী ৱাফম অসি ভারতকী লাইরিক-লাইশু হৈরবা নুপীশিং (elite group) বু শাথীনা য়ানীংদবা পোকহল্লম্মী । অদুবু মখোয়না লাইরিক অসিগী মায়োক্তা মশাগী অশেংবা মশক উৎচবদসু পেঞ্জখা ওন্নমদে, মখোয়না লোইলম লৈঙাক্লোননা ইন্দিজিনিস পেত্রিয়ার্কি মনুংদা লৌরক্লিবা ১৯শুবা চহীচাগী ভারত্তা নুপীগী ৱাহং (women's question) হায়বসিদা খন্ন-নৈনবা হৌরকখি । লাইরিক অসিনা ভারত্তা ১৯শুবা চহীচাদা লৈরম্বা মতমদুগী লাইরিক লাইশু হৈরবা নুপীশিংগী থম্মোয়দা চৈক্ অমা পীখ্রবসু মখোয়না মশাগী শোক্লবা ফীভম্ খঙজরক্তুনা মদুদগী ফগৎনবা হোৎনরকপদা ইতিহাসতা অহানবা ওইনা মচীন থোরকপা হৌরকখি । Lata Mani অমদি Uma Chakravorty না লূচিংদুনা সতীদহগী চৎনবীবু ওফিসিএল ওইনা মুৎথৎনবা হোৎনরকখি । ভারতকী নুপীশিংবু শীথদুনা

ইবগী মাযোক্তা Sarla Devi Chaudhrani, Latika Basu, Jyortirmoyee Ganguly নচিংবনা লাইবিকসিগী মাযোক্তা পাক-শন্না য়ানীংদবগী ঈহৌ হৌখি। হৌজিক কলিকাতাদা মহিলা সমিতি কযাদা পাঙথোক্তুনা লাইবিকসি ভাবত নুপীগী চবিত্রদা ইকাযবা শীবনি ফোঙদোক্লম্মী। ১৯১৭ *The Women's Indian Association* লীংখৎলকখি। মসিগী মকওইবা ফেমিনিষ্টশিংদি Kamala Devi Chattopadhyay, Sadasine Iyre, Sarojini Naidu নচিংবনি। Mysore Women's Education conference দা ভাবতকী নুপীশিংগী ফিদম্ম ফম ওইবা লমচৎনা পৃথিবীদা লৈবিবা নুপী খুন্নাইশিংদগী থোক্লা নুংঙাই য়াইফনা লৈবি হায়খি। Sarojini Naidu Authentic Voice of Modern Indian Womanhood, Chandravati Lakhanpal না Mother India Ka Jawab অমদি Charulata Devi না The Fair Sex of India নচিংবদা ভাবতকী নুপীশিংগী মগুণ শীংথাদুনা ইবগা লোযননা বৃটিশ নুপীশিংগী লমচৎপু শীথদুনা ইবম্মী। বৃটেনগী নুপীশিংনা অচৌবা মীফম অমা ফমদুনা ভাবতকী নুপীশিংনা ফীভম ফগৎপা ঙমদ্রিবসি মবোল থোক্তবগীনি (Hindu Women themselves were dumb) হাযবগী মাযোক্তা লন্দনগী Times দা Indian Women are voiceless হায়বা ব্রাবেং অমা ইবকখি। Kamala Sathianadhan না এডিট তৌবা **Indian Ladies Magazine** দা ইবকখি; মহাক্তা (মযো) ভাবতকী নুপীশিংগী অবাবা মশক অমা উহর্নাবিবগীদমক মহাকপু থাগৎলি; মহাক্তা হাযবিবা অচম্বা ব্রাঙাংদুদা নুংঙাইতবা লৈতে অদুবু থাজবা যাবা মরূপ অমদগী অশোকপা ফংলে (faithful wounds of a friend) অদুনা মহাক ঐখোযগী মরূপ নত্তে। মতুংদা মখোযনা চিঠি অমখক ফংখি Speaking for every woman in India

নুপীশিংনা ভাবতকী পেত্রিয়ার্কি মনুংদা নুপীশিংগী অবাবা মশক খঙনবকপদগা নুপীবু হন্থহল্লিবা চৎনবোলশিংবু মাযোক্লবকপদগী ভাবত্তা ফেমিনিজমগী ব্রাখল্লোন যাকাযহনবা হৌখি। Uma Nehru না **Stri Darpan** (Women's Mirror) দা নুপীশিংগী নুংগী যাব্রা ফোঙদোকপগা লোযননা ভাবত নুপীগী ফীভম ফগাৎনবা হোৎনবম্মী। Cornella Sorabji না Purdanashin (Veiled seclusion), Sorojini Naidu না ভাবত নুপীগী অনৌবা মশক অমা শাগৎনবা হোৎনবম্মী। The Women's Indian Association গী ফেমিনিষ্টশিংনা হোৎনবদগী ১৯২৯ দা Child-Marriage Restraint Act পাস তৌদুনা নুপীগী যুম পানবগী চহী হেঙ্গৎহল্লকখি। ১৯৫৬ দা Widow Re-marriage Act সু অমা তৌদুনা লুখ্রাবীশিংবু মহে-মশিং তমহন্দুনা সমাজদা মশক থোক্ল হিংবগী অধিকাব পীবম্মী। নুপীশিংনা ভোৎ থাদবা অমদি মীবেপ ওইবগী অধিকাবসু সেন্ট্রেল প্রোভিন্স অমদি যুনাইটেদ প্রোভিন্সতা ১৯২৩ অধিকাব ফংখি।

অনীশুবা নুপীলালগী মতুংদা মণিপুবদা নুপীগী সংস্থান কযামবম্ম লীংখৎনবকখিবশিংগী মনুংদা *মণিপুব চনুবা লৈশেম মরূপশম্না মচালৈমা*শীংথানবা যাউ। সংস্থান অসি ১৯৬৯ গী এপ্রিলগী ২১ দা লীংখৎখি। মসিগী ক্লাটবলি চেফোঙ অমস্ মচালৈমা মিংথোল্দুনা ফোঙডি। চেফোঙসিনা নুপীনা মশানা মশাব্ শকখঙজবা, চাওখৎপা অমদি মনীংতম্বা পুবক্লবা হোৎনবদা লমজিং পীবি। মীতৈ নুপীশিংনা বৃটিশ সম্রবাজ্যগী মাযোক্তা লেপখিবা নুমিৎ ডিসেম্বব ১২, ১৯৩৯ বু নীংশিংদুনা নুপীগী নুমিৎ হায়না ওবজার্ভ তৌবি। মতাং অমদা ইবি ঃ

মালেমসিগী মফম খুদিংমক্তা নুপী ওইবীশিংবু হন্থনা য়েংবিবা, নমথবিবা, ওৎপি-নৈবিবা, ইজ্জৎ মাঙহনবিবনচিংবগী থৌদোক ৱাথোক কয়া থোক্লি । অসিগুম্বা কি তুকৎচনিংঙায় ওইরবা থৌদোক্কী ৱারিশিং অসিনা মালেম অসিগী নুপী খুন্নাই পুম্ন মক্তা খোইরাং খোইশাওনহন্দুতা লাক্লি । ...ঐখোয় ইনীং ইখা তম্না ৱাখল খন্নবগী তাঞ্জা লৌজবা তাই, মীওৎ মীনৈ কয়াসিগী ইশা ইশাবু ঙাকথোচন্নবা উপাই থিবা তাই । ... হৌজিক্কী নুপীশিংগী মথক্তা চখ্‌রিবা মীওৎ মীনৈ তুহৎপিবা নমথবিবা পুম্নমক অসিদগী নাম্থোকপা ঙমজনবা ... লৈবাক্কী কাঙলোন অমদি খুনাইলোননা পীরিবা চৈথেং কয়াসিদগী করম্না নাম্থোকপা ঙমগদগে হায়বসিদা মখল মখা কয়াগী থৌরম পাংথোকচরক্কনি ।

(মচালৈমা ২০০৩, ২)

সংস্থান অসিনা সমাজদা নুপীশিংগী থাক, অর্থনীতি, আইনগী মায়কৈদা ফীভম ফগৎনবা প্রোজেক্ট, ৱার্কশোপ কয়া লেপ্তুনা পাঙথোক্লি । মসিগী মরুওইবা অচঙবা মেম্বরশিংদি - মেমচৌবী, নহাকপম অরুনা, ৱাংখৈমযুম অমুসনা, পাঙ্গম্বম শান্তিকুমারী, নোংথোম্বম কাননবলা, নোংথোম্বম গুনিলৈমা, খাঙেম্বম রিনা, লৈমপোকপম যমুনা, ওইনাম শান্ত, হাউবিজম ইন্দিরা, নামৈরাকপম রিতানচিংবনি । ডিসেম্বর ২১, ২০০১ ফাওবদা মসিগী মেম্বর ৬০০ রোম লৈরে ।

মণিপুর সমাজদা নুপানা পাক্তক্লনা নিশা চারকপা মরুওইনা জাতিসিগী নহা ওইরিবা নুপা মচাশিং য়ু, গঞ্জা, নম্বর ফোর অমদি টেব্লেটনচিংবা শীজিন্নরকপদগী ইমুং মনুংগী পুন্সিদা নুপানা থৌদাং কাউরকপা, শেন-থুমগী ফীভম শোকচিল্লকপা অমদি কিনীংঙায় ওইববা লায়না কয়াগী ভিক্টিম নুপীশিংনা ওইবকপা য়াওরকপদগী *নিশা বন্দ* গী ঈহৌ ককচিংদগী ১৯৭৫ ডিসেম্বর ২৯ দগী হৌরকখি । (রাজেন, ১৯৯৯, ১৭২) মতুংদা নিশা বন্দগী ঈহৌসি মণিপুর শিন-থুংনা শন্দোরকখি । আর্মদ ফোর্সেস (স্পিসিএল পৱার্স) এক্ট, ১৯৫৮ কী মখাদা লমদমসিদা আর্মিগী মীওৎ-মীনৈ, মরম চাদনা মীফা মীপুন তৌবা, নুপীশিংগী ইজ্জৎ খোঙ্গোইনরকপদগী ১৯৮০ গী মতমদগী নিশা বন্দগী ঈহৌসি *মৈরা পায়বী* ঈহৌ ওইনা মশক ওনখি । হৈরাঙ্গোইথোং মখা মাইবম লৈকাইদা আর্মিশিংনা লালহৌবা থিবগী মমিংদা মীচম প্রজাশিং হাৎখিবা অদুগী মায়োক্তা নুপীশিংনা অহিং য়ারেক্তুনা লৈখিবা নুমিৎ ডিসেম্বর ২৯, ১৯৮০ বু মৈরা পায়বী হৌখিবগী নুমিৎ ওইনা লৌনরকই । অদুবু লাংজিং অচৌবদা আর্মিশিংনা কোম্বিং ওপরেসন তৌবদা মীচমশিং ওৎ-নৈখিবা, নুপীগী ইজ্জৎ মাঙহনখিবগী থৌদোক্তা পিয়ারীনা শিখিবা মে ২৮, ১৯৮০ দা মৈরা পায়বী হৌখিবনি হায়বগী মত অমসু থেংনৈ । মৈরা পায়বী নুপীশিংসিনা লৈকাই খুনগী ৱাফম কয়া খন্নবগা লোয়ননা কৈরোই লৈকাই অমদি খুনশিংদা থোকপা ইমুং-মনুংগী থৌদোক-ৱাথোকশিং, নুপীগী প্রোব্লেমশিংদা মখোয়না পীবা বিচার ইন্দবা ঙম্মরকখিদে । মৈরা পায়বীগী ঈহৌসি খুন লৈকাইগী থাক্তগী হৌরক্লগা রাজ্যগী থাক্তা পূনশিন্নদুনা মখোয়গী মপাঙ্গল শেমগৎলকখি । ঈহৌসি মণিপুরগী মপান্দা আসাম অমদি মীতৈ

তাবা মফম পুম্নমক্তা শন্দোকখি। মৈরা পায়বীশিংসিনা সভা সমিতি রেল্লি কয়া পীদুনা নুপীশিংগী অপূনবা ফোরম অমা ওইরকুনা জাতিগী লৈঙাক্লোন অমদি অর্থনীতিগী মায়কৈদা পোংকী মমল মরম চাদনা হেক্কংলকপদা প্রেসরগ্রুপ ওইনা থেংনবা য়াবা থেংনরকখি। ওক্টোবর ২৪,১৯৯৯ দা য়ুনাইটেদ নেসন্সদা মণিপুরনা মরোমদোম লেপচনবগী রাকম ফাওবা পুখৎলকখি। মৈরা পায়বীসি মীতৈ নুপীগী মগুণ শীংথাবদা চিখবা য়ারক্লে।

সেপ্তেম্বর ৫,২০০১ দা মণিপুরগী পেসেঞ্জর বস অমা পিপিমাদা খুৎলায় পায়বা মীওই খরনা খাল্লগা মীয়াম মমাঙদা নুপী অমবু পুং অমা চুপ্পা বস মনুংদা য়োলেপ্ট নত্তুগা রেপ তৌখি হায়বগী বাহৌদা মীতৈ নুপীশিংনা হৌরকুনা ওল মণিপুর ৱুইম্যেন কাউন্সিল শেমখি। কাউন্সিল অসিনা মণিপুর অমদি নাগালেণ্ডগী চীফ মিনিষ্টরগা পীশিনখিবা মেমোরেন্দগী মতাং অমদা ইরি:

> We have never been silent spectators when there is gender descrimination and exploitations.

থৌদোক অদু ফত্তুবা মীওই খরনা নুপী মচা অমবু নমজা-নমথেক্লখিবগী বা ওইরবসু মসিদা নুপীবু সেক্সচুয়াল ওবজেক্ট ওইনা অমদি নুপীবু মী ওইনা খন্দবগী মায়োক্তা নুপীশিংনা হৌরকুনা নাগালেণ্ড তাম্না চত্তুনা থৌদোকুদা চেন্নবা মীওইশিং মতীক চাবা দন্দি পীয়ু অমদি অমুক হন্না থোকহল্লোই হায়বগী সিওরিটিসু পীননবা মরী লৈনবশিংদা দাবী তৌখি।

লুনিংলা ইলিজাবেথ কৌবী নুপীমচা অমবু কাম্নগা নবেম্বর ১২, ২০০৩ দা হাত্তোক্লগা লংথোক্লম্বগী লৈবাক্কী অচৌবা বাথোক ওইরিঙৈদা শকহেনবী তাম্নবা মিস মণিপুর খনবসি পেত্রিয়ার্কিগী মনুংদা নুপী মশানা মশাবু সেক্সিস ওইহঞ্জনবগী ঈরাংনি হায়না শীথদুনা ইরকখি:

> ঐখোয় খণ্ডঙি লায়রৈ হায়রিবা লৈবাক অসিগী নুপাশিংনা পাম্মুবা লৈতনা, পুদুনা লংদুনা লাকুনা উপায় অমা তৌদুনা ফি থোংদ্রবী শকহেনবীশিংগী তম্মায় শেংপা, হুকচাং তম্মায় উংপা কয়াৎ য়েংননবা তিকেৎ লৈগনি। অদুবু মখোয়নদি খণ্ডখিদে, নুপীশিংনা খণ্ডখিদে, মসিমসু খণ্ডখিদে। - মরুওইনা মণিপুরদদি নুপীবু এক্সপ্লোইত তৌবা মখল অমনি। মখোয়না খণ্ডখিদে - শান্নবদা চীং কাবদা অমদি মহৈরোয়শিংগী হিদানবদা তৌবগুম শকহেনবীশিংদি মখোয়গী মফম লৈতে। করম্বা শকহেনবীশিংবু মমায় খরা নান্নি হায়দুনা সিত রিজার্ব তৌদুনা, থবক পীদুনা সম্মান তৌরিবগে?
>
> (বিনোদিনী, ২০০৩, ৪)

মসি রেডিকেল ফেমিনিজমগী ঈহৌ য়াম্না কনখৎলকপা মতমদা অটলান্টিক সিতি নিউ জেরসিদা মিস আমেরিকানগী কন্টেষ্ট তৌবা থিংখিবদুগা মান্নবা মীৎয়েংনি।

মণিপুর সমাজদা নুপীশিংগী ফীভম ফগৎনবা হোৎনরিবা নুপীতগী ওইবা সংস্থান কয়ামরুম লৈ, মখোয়দুগী মনুংদা মমিং পনবা য়াবা খরদি ওল মণিপুর ৱুইম্যেন রিফোর্মেসন এণ্ড ডিভলপমেন্ট সমাজ (১৯৭৫), ডি পাইওনিয়র লেডিজ এসোসিএসন (প্লাম), চনুরা

লমচিংলেন কংলৈপাক (সি এল কে), পোইরৈ লৈমরোল অপুনবা মৈরা পায়বী, মণিপুর, মণিপুর য়ুনিভর্সিটি ৱার্কিং ৱুইমেন এসোসিএসন (মুৱা, ১৯৯৪), ওল মণিপুর নুপী মরূপ, ঈরৈম্মা জেণ্ডর এম্পৱারমেন্ট এণ্ড রিসোর্চ সেন্টর, কংলৈপাক মুসলিম চনুরা ডিভলপমেন্ট ওর্গনাইজেসন অসিনচিংবনি । মুৱাগী চেফোঙ ৱুইমেনদা মীতৈ নুপীশিংগী হিংবগী থাক অমদি মখোয়না সমাজদা নুপাগা লেংমান্ননা হিংজবা ঙম্লনবা হোৎনৈ । মসিগী মরুওইবা মেম্বরশিংদি - লাইশ্রম কুঞ্জেশ্বরী, ক্ষেত্রি বিমলা, ঐচ বিলাসিনী, ঐচ কমলা, রতনা তিকুনচিংবনি । সি এল কে গী মরুওইবা মেম্বরশিংদি - চীংখৈঙানবী, লুৱাংলৈমা, থৌদাম মমিতা, তম্পাকলৈমা, ভিদেশ্বরী, হুইরেম লৈমতোম্বী, ক্ষেত্রিময়ূম ফজতোন, লোংজম সনাতোম্বীনচিংবনি । সংস্থানসিগী চেফোঙ ফিদমফমদা নুপীগী মনীংতম্বা পুরক্লবা হোৎনরি। প্লামনা মপুরোইবনা থৌশাবিদ্রবী, নৌনা লুখ্রা ওইহৌরবী নুপীশিং, লায়রবগী পঙখৈ মখাদা লৈহৌরবী নুপীশিং অমদি লালহৌবা য়াওখ্রবা নুপাগী নুপীশিংবু সমাজদা শেন-থুম, সাইকোলোজিকেল প্রোব্লেম, ইমোসনেল ষ্টেটস, ফিজিকেল ইনসিক্যুরিটি কোকহন্দুনা মনীংতম্না হিংজবা ঙম্লনবা স্কিম, ইন্সুরেন্স কয়ামরুম পায়খৎলি । মসিগী মরুওইবা মেম্বরশিংনা - ডাইনা থোকচোম, থোকচোম ওংবী প্রেমীলা, খোন্দ্রাম গুণী, লৌরেম্বম মেধা, লৈশাংথেম মেমচা, লৌরেম্বম বিনা, ডা লাইশ্রম মাধুরী, লৌরেম্বম প্রেমীলানচিংবনি । ওল মণিপুর নুপী মরূপ বিষ্ণুপুর ডিষ্ট্রিক্টনা নুপা নুপী খৃৎশুমল মান্নহন্নবগী দাবী তৌই ।

নুপীগী মনীংতম্বা তানবগী ঈহৌসিদা মণিপুর ষ্টেট সোসিএল এডভাইজরি বোর্ডনা শীন্দুনা ডিসেম্বর ১০, ২০০৩ দা *পুন্সিদা অভাং নুপীমচাশিংগী হক* হায়বা হীরমদা সেমিনার পাঙথোকখিবসি থোইদোক্লা শীংথানীংঙায় অমনি। মথক্তা পনখিবা নুপীগী সংস্থান পুম্নমক নুপীবু সমাজদা ওৎ-নৈরিবা মমল হল্লহল্লিবা হীরমশিংদা মওং অমা নত্তগা অমদা নুপীগী মনীংতম্বা চাওখৎপা পুন্সি তাল্লিবা সংস্থানশিংনি। মসিদা নত্তনা নুপীশিংগী ওইবা সংস্থান মশীং নাইদনা মণিপুরগী কচীন কোয়া শীনথুংনা লৈরি । মণিপুরগী নুপী অইবীশিংগী ওইবা সাহিত্য অমদি সংস্কৃতিগী সংস্থান লৈমরোল খোর্জেকোল (লৈকোল) মমিং পনবা য়াই । মসিগী মরুওইবা কার্য্যকারি মেম্বরশিংদি - বিনোদিনী, প্রমোদিনী, ক্ষেত্রিময়ূম সুবদনী, চুংখাম শীলারমনী, এন অরুনা, বিমাবতী থিয়াম ওংবী, মায়া নেপ্রা, সত্যবতী নিংঙোম্বম, ঐচ বেনুবালা, থোকচোম বিনাপানী, সলাম সান্তিবালা, হাওবম সত্যবতী, য়েংখোম ইন্দিরা, চোংথাম যামিনী, কেঐচ সোরোজিনী, নী দেবীনচিংবনি । নুপী অইবীশিংগী সংস্থান অসিনা নুপাগী সাহিত্যদগী মপূং ফানা ডিকোলোনাইজ তৌরবা নুপীগী ওইবা সাহিত্যগী মশক অমা পুথোক্লবা মায়কৈদা চঙশিল্লক্লি । ফেমিনিজম ইন মণিপুরী সোসাইটি (২ ডিসেম্বর, ২০০২), ৱুইমেন ইসুজ রিফ্লেক্তেদ ইন মণিপুরী লিটরেচর (৮ নবেম্বর, ২০০৩) অমদি মণিপুরী ফিল্মন্দা নুপী অইবীশিংগী মীৎয়েং (ডিসেম্বর ২৫, ২০০৪) হায়বা সেমিনারশিং পাঙথোকখিবতা নত্তনা নাচোম (২০০৩) কৌবা ৱরীমচাগী লাইরিক অমা ফোঙবা হৌপ্রে । অমসুং লৈকোল মিংথোনবা চেফোঙ অমসু ফোঙঙি । মসিগী অহানবা মশীংগী এডিটোরিএলদা ইরি ঃ

> নুপীগী ওইবা লূপ অমা লৈরবদি নুপী মযাম্না ঐগী হায়বা পোৎশক অমা শোয়দনা থোরক্লগনি । মশাগী ওইনা লৈরবদি পোৎ অদুবু ফন্ননবা, ঙাক্লনবা, চাউখৎলক্লবা, খ্বাঙজেৎ শেত্তুনা হোৎনরকপা তাবনি ।
>
> (প্রমোদিনী, ২০০৩)

সংস্থান অসি লীংখৎখিবগী মতাংদা পাল্লে *নুপীগী হক ঙাকসি হায়বসিনা লৈকোলগী পান্দম্নি নুংগী রাখল্লোন্নি* হায়রদুনা নুপীনা মশাবু মশক খঙজবগা লোয়ননা মখোয়গী খোঞ্জেল অমা সমাজদা তাহন্নবগী মায়কৈদা খোঙথাং কন্না চঙশিল্লক্লি ।

# মণিপুরী সাহিত্যদা ফেমিনিজম

মণিপুরী সাহিত্যদা অনৌবা ঈহৌ লাকপা খুদিংগী মদুবু নৈনবগী মতাংদা নৈনবা সাহিত্যদা চয়েৎনবা হেক হেক থোক্লকই । মরমদি সাহিত্যগী অনৌবা ঈহৌ (মুভমেন্ট) হায়বসিমক্তবু সমাজ সংস্কৃতি অমদি ইতিহাসকী য়াওন অমগা লোয়নরকপা ঙাক্তনি । অসিগুম্বা ঈহৌশিংসি নোংচুপকী লৈবাকশিংদা অয়াম্বনা হৌরকপদু মফম মতমগী পন্থোদা ৱাখল, মীৎয়েং, মশক -মচু অদু শম্না করেক্তরিষ্টিকী মান্নবা য়েংদুনা সাহিত্যগী ঈহৌদুগী মীৎয়েংদা ঐখোয়গী সাহিত্যদা মশক তাক্লনবা হোংনৈ । খুদম ওইনা রোমেন্টিসিজম, মোদর্নীজম অমসুং পোষ্টমোদর্নীজম পনবদা মতীক চাই । ইটালিদগী হৌরকখিবা রোমেন্টিসিজম হায়বসি ময়ায়থংবা যুগকী সমাজ অমদি সংস্কৃতিগী অপুনবদগী নাম্থোক্লবা তাল্লকপগী খোঙহৌ অদুগা শাগোন্ননা সাহিত্যদসু ক্লেসিসিজমগী নিয়ম-নীতিনা পুনবা লোন, ৱাখল, মীৎয়েং, ছন্দনচিংবগী অপুনবা পুম্বদগী নাম্থোক্তুনা মনীংতম্না লন্নাই মীওই অমগী পুক্লীংবু মকালাম্না হাংদোকপনি । মণিপুর সাহিত্যদদি মতমদুগী নোংচুপগী সমাজকী ঈহৌ, মদুগা লোয়নবা সাহিত্যগী ঈহৌ অদুগী চপ চাবা মওংদা হৌরকখিবা নত্তে, অলংকার সাস্ত্র (poetics) কী নিয়মগী খোংজিদগী নাম্থোক্তুনা লন্নাই মীওই অমগী পুক্লীংদা লৈরিবা কল্পনাগী লৈরাংবু মকা লাম্না, মপুং ফানা শাৎকায়হনবা হায়বসিদা কেরেক্তরিষ্টিকেল্লি য়েংদুনা কুনগুবা চহীচাগী অঙনবা মতমগী চাউবা , কমল, অঙাংহলগী মতম্সু মণিপুরী সাহিত্যদা রোমেন্টিক পেরদ ওইনা লৌনৈ । মসিগা মান্নবা মওংদা মোদর্নীজম হায়বসিসু য়ুরোপতা লাঞ্জাও অনীনা পুরকপা সমাজগী অচুম্বা থাজবা পুম্বা উৎ ওনখিদুনা থাজবা মাঙখ্রবা, আশা লৈত্রবা, মওংদা ওইরকখি । পৃথিবীগী অহানবা লাঞ্জাও লোইখিবদা বৃটেনখক্তদা ১৯১৮ দা মী মিলিয়ন অমগী শরুক অদুম শিখিবা, ইনাক খুল্লবা বৃটেনগী ত্রেজরি হাংলকখিবা মদুনা ১৯২০ গী মতমদদি শেন-থুমগী ফীভম শাথীনা ফংলক্তবদগী পাক-চাউনা অন এমপ্লোইমেন্ট প্রোব্লেম থোক্লকপা, হান্নগী সমাজ অমদি সংস্কৃতিগী ভেল্যু পুম্নমক কায়-তোইখিদুনা নুপীমচাশিংনা মশম তেন্না ককথৎপা, শেৎলিবা মফী কৌনা থবৎ ককথৎলগা স্কর্ট (skirt) শেৎলকপা; লমচৎ-শাজৎকী ওইবা নীতিশাস্ত্র মাঙথরকপগা শাগোন্ননা পুন্সিগী মঙলান পুম্নমক মাঙখিদুনা পুন্সিগী একচ্যুএলিটিজবু ফোঙদোরকপা, থাজবা, আশা, ঈশ্বর অমত্তা লৈরক্তবা থাজরক্তবা পেসিমিষ্টিক ভিজনগা লোয়নবা মওংদা মোদর্নীজম হায়বসি সাহিত্যদা লাকখি । মসিগা মান্ননা পোষ্টমোদর্নীজম হায়বসিসু মী অমনা মী ওইনা হিংবগা সমাজগা কনানা হেন্না লুই হায়বা ৱাহংগী পাউখুম থিবা ত্রেডিসননা মী অমবু মশক তাকপা তোক্তুনা মী অমা হায়বসি কন্টেক্স পুম্নমক্তগী তোখায়না থন্নগা য়েংবা ইতিহাসকী য়াওন অমগা লোয়ননা ত্রেডিসননা মী অমবু মমল লেপ্পা তোক্তুনা পর্সনেল টর্ন তৌবা হায়বসিদা পোৎ, মী অমবু ওবজেক্টিভ ওইনা য়েংবা তোক্তুনা সবজেক্তিভ ওইনা য়েংবগী মীৎয়েংদা শাহৌ ওইরকপনি । অসিগুম্বা সমাজ অমদি সাহিত্যগী য়াওন পুম্নমকসিগী মরমচৎ নত্তগা মশাজৎকী মান্নবা মতৌদা য়েংদুনা মতম মতমগী মণিপুরী সাহিত্যগী হোংলক্লিবা মশকপু তাক্লবা হোৎনরকই ।

সমাজ অমদি সাহিত্যগী য়াওন, মফম, মতম, থৌদোক্কী পরীংদা পুশিন্দুনা য়ুরোপকী পুন্সিদগী য়েংলবদি মণিপুরী সাহিত্যদা রোমেন্টিসিজম, মোদর্নীজম, পোষ্টমোদর্নীজম হায়বসি অমত্তা লৈরোই। মদুমক্তি য়াম্না চুমদবা মীৎয়েংনি।

ফেমিনিজম হায়বসি হৌজিক মশাগী ইডিওলোজি, ডিসিপ্লিন, থিওরী, হিষ্ট্রি লৈজবা মুভমেন্ট অমা ওইনা মশাগী মপূং ফাবা স্কুল অমা ওইনা লিটরেরী কৃতিসিজমদা চঙবা ঙমখ্রে। চাওখৎপা পাম্বা খুন্নাই পূম্নমক্কা জ্ঞানগী লমদাং অমত্তা তুংওইনদুনা থন্নম্বা পাম্ফম থোক্তে। নুপীগী হক তানবগী ঈহৌ অসিনা থোইদোক্না হৌজিক্কী সমাজকী নুপী খুন্নাইবু ফেসিনেৎ তৌরি। ইজম অসি নুপানা ময়ায় লেপ্পা ইমুং অমদি সমাজ, মসিগী সংস্কৃতিগী মায়োক্তা নোংচুপকী লৈবাকশিংদা হৌরকখিবা ঈহৌনি। মদুবু মীওইবগী ৱাখল মীৎয়েং হায়বসিদি অকক্নবা মফম মতম অমত্তদা ফাজিন্দুনা থম্বা হায়বসি ওইথোক্তবনিনা; পেত্রিয়ার্কিগী মনুংদা সমাজগী ইন্সটিট্যুসনশিংদা চত্থরিবা নুপীবু হস্তুনা, লান্না য়েংবিবগী ফংলিবা চৈথেংদগী নাম্থোক্তুনা মনীংতম্বা ফংনবা মায়োক্ন রকপগী মীৎয়েংদগী মণিপুরী সাহিত্যদসু আইটিজকী মতমদগী ফেমিনিজম লাক্নে হায়বসিনি। মণিপুরী সাহিত্যদা অহুমশুবা মীরোল হায়না খঙনরিবা মতমসিদা থোক্লকপা অইবীশিংগী ৱাখল, মীৎয়েং অমদি পূক্নীং ইহলদা থেংনৈ। সমাজগী ইতিহাসকী য়াওন অমগা শাগোন্ননা লাক্লিবা কলা নত্তগা সাহিত্যগী ঈহৌবু ফোর্মেদ কায়হন্দনা থাংজিল্লক্লগা ঐখোয়গী সমাজ অমসুং সাহিত্যদা মপা লাক্তুনা য়েংবদি য়ারোই। মসিনা মণিপুরী সাহিত্যগী নৈনরোলদা চঙলকপদি য়াম্না থেংননি হৌরকপদা ঙাইরি হায়বা ফাওবা য়াই। মসি সাহিত্যদা অদুম থোকপা য়াই। Aristotle থোক্লক্লিবা ফাওবা Homer গী সাহিত্যগী মমল কনানসু খঙনরমদে; Eliot থোক্লক্তুনা মশক তাক্লিবা ফাওবা মেটাফিজিকেল পোইট্রি, Hugh Mac Diarmid না থোক্লক্লিবা ফাওবা The Waste Land গী এস্থেটিক্স খঙনরমদে। মতৌদুগুম্না ফনা শাংবা মতম অমা মণিপুরী সাহিত্যদা ফেমিনিজম হায়বসি কৃতিকশিংদগী মমল খঙদনা নাম্থোক্তুনা লৈরকখি। নুপানা মশক লেপ্পা ইমুং অমসুং সমাজদা নুপীগী পুন্সিদা থেংনরিবা সমস্যাশিংদু মখোয়না মহৈ মশিংগী শিক্ষা ফংলকপদগী খঙবা হৌরকখি। অদুনা কুনশুবা চহীচাগী অনীশুবা তঙ্খাইগী হৌরকপগী অইবীশিং - বিনোদিনী, প্রমোদিনী, থোইবীনচিংবগী খূৎইদা পেত্রিয়ার্কি মনুংদা নুপীগী সমস্যা অমদি মদুবু য়ানীংদবগী অশেংবা খোঞ্জেল খরা মেঙনা থোরকপা হৌরকত্রবসু আইটিজকী অথেংবা শরুক্তগীদি মণিপুরী সাহিত্যদা মশীং য়াম্লবা অইবীশিংনা, মখোয়গী ৱাকৎশিং পুথোরক্তুনা রেডিকেল ওইবা মুভমেন্ট অমা ওইনা শাগৎলকপা থেংনরে।

মণিপুরী সাহিত্যদা অনীশুবা লাঙ্গাও মতুংদা থোক্লকখিবা নুপা অইবশিং - হিজম ইরাবত, জি সি তোংব্রা, লাইশ্রম সমরেন্দ্র অমদি অরাম্বম সমরেন্দ্রনচিংবগী খূৎইশিংদা সমাজদা নুপী খুন্নাইবু হস্তুনা, লান্না য়েংবিবা, ওৎ-নৈবগী মায়োক্তা ইবা হৌরকখি। মীৎয়েং অসি অইবা পূম্ন মক্কী খূৎইদা মচেৎ মকায় ওইনা থেংনরবসু মপূং ফাবা মীৎয়েং য়াওনা য়েংলকপদি হায়রিবা অইবশিংসিনি। মণিপুর সমাজদা নুপীগী সমস্যাবু শকখঙবিদুনা মখোয়গী মনীংতম্বা ৱাখল্লোন য়াকায়হনবিবদি জননেতা হিজম ইরাবতনি। অনীশুবা নুপীলানগী স্পিরিচুয়েল ফাদরসুনি। ইরাবতনা অচৌবা থৌদাং লৌরম্বা *নিখিল মণিপুরী হিন্দু মহাসভা* অসিগী সেক্রেটরী, রিসেপ্টসন কমিটিগী চিয়র্মেন্নচিংবা ওইখিবা কার্য্যকারিগী মেম্বরনি। হিন্দু ধর্ম্মনা মপান-মরা চেংনা তাম্লবা কুনশুবা

চহীচাগী মণিপুরী সমাজদা ক্লাস খাইবা সমাজগী চৎনবীবু ইরাবতনা থৃগায়বা ওমখিদ্রবসু ক্লাস মান্নদবশিংগী মরক্তা চারৌ-মৌরৌনব-- নুপীতনা খুদোংচাদবা লোয়চৈম্নে, নুপাদদি করিসু অৱাবা লৈতে খঙখি। অদুনা মহাক্লা মহাসভাগী মীফম কয়ামুক্তা চারৌ মৌরৌনবগী নিয়ম কয়ামকম হোংদোক হোংজিন তৌখি। মহাসভাগী মীফম ১৯৩৪, মে ৩০গী রিজোলুসন ২২ গী মনুংদা ১৩ শুবগী ক্লোজ (ক) দা প্রাথমিক শিক্ষা ফাওবা নুপীমচাশিংবু নুপামচাগী স্কুলশিংদা তমহনবা; রিজোলুসন ১৫ দা নুপীশিংবু মপান্দা পুথোক্তুনা জাগোয় শাবগী মমিংদা জাতিগী সম্মান হানি ওইবা তৌবদা প্রতিকার তৌহনবা প্রায়শ্চিত তৌদ্রিবা ফাওবা সমাজদা তিলহন্দবা অমদি রিজোলুসন ১৭তা ব্রাহ্মণনা ক্ষেত্রিনী লৌবদা নুপী ওইবীশিংগী অৱাবা তাবা অমসুং গোল যোগ ওইবা অসি কোক্রবা হান্না লৌখিবশিং থাদোক্তবা, মতুংদনা ব্রাহ্মণনা ক্ষেত্রিনী লৌদবনচিংবগী ৱারেপ য়াওরি। (য়াইমা, মাইপাকম্না, ১৯৮৩, ৫৫) মহাসভাগী অনীশুবা মীফমগী রিজোলুসনদনা কনাগুম্বনা ক্ষেত্রিনী লৌরবদি ব্রাহ্মন সমাজচৎ ওইহনবা অমদি রিজোলুসন ১১দা ব্রাহ্মণ লৌরুরগা হুপ্তেকপা হায়বসি অন্যায় ওইনা লৌদুনা নির্য্যাতিতা ওইবী স্ত্রী অদু ক্ষেত্রিয়া ওইনা লৈবা য়ানরে। (ইবিদ, ১২২/২৩)। ইরাবতনা মীতে নুপীশিংবু য়ুমগী নুপী, মমা, লোয়নবী ওইবখক্তগী মনুংদা ফজিন্দুনা লৈবদগী নাম্বোক্তুনা সমাজকী হীরম থৌরমশিংদা শরুক য়াদুনা মী অমা ওইবগী হক ফংনবা মায়কৈদা নুপীশিংবু লমজিংখি। ইরাবতনা খঙখি সমাজদা নুপীশিংগী সমস্যাশিং ইমুং অমসুং সমাজগী পুন্সিদা মখোয়গী মনীংতম্না পুম্না সমাজগী চৎনরোলনা ফজিন্দুনা থম্নী হায়বসি। নুপীবু মী অমা ওইনা খঙবী উবিদ্রবা সমাজসিদা মখোয়বু য়াকায়হন্নবা, মখোয়গী মমল লৈবা মনীংতম্না পুন্সি অমা ফংজনবা শৈরোল শকপা হৌরকখি:

হৌগৎলো নুপী পুম্নমক
নুপী কয়া নুপী লান্দা
সংগীন মাংদা লেপখিদো
নুপী ঐখোয়বু হায়রনু অবলা
সান্নপোৎ ওইগনু নুপীগী থৱায়না

(ইরাবত, ১৯৮৬, V)

নুপীগী পুন্সিনা হিংলিবা মতৌসি অহিংবগী অশেংবা মতৌদা মশাগী পুক্নীংগী অপাম পামদদা হিংবগী মহুৎ নমদুনা সমাজগী চৎনবীনা ওইহনবা মশক্তা, নুপাগী মীৎয়েংগী অরাম খৌরাংবদা রেসপোন্স পীনবা সেক্সিস ওইনা হিংবদু অইবনা উই। নুপীগী পুন্সি হায়বসি জিস য়াওদবা, বিদম অমত্তা লৈত্রবা শরূ ওইনা; অহিংবা থৱায়গী ঈনিল য়াওদ্রবা:

য়ুগ কয়া কয়াদগী হৌনা
অসুম্না নোক্লকলি শরূনা
নোক্কনি য়ুগ কয়াগী তুং ফাওবা।

(ইবিদ, ২৫-২৬)

অইবগী চৈনাগা ইরোয়নবা ৱাহংনি। নুপী খুন্নাইনা কয়াম কুইনা মখোয়গী হিংলিবা পুন্সিগী ফীভম মশক খঙজদনা নোক - খেদুনা অরেম্বদা হিংখিগদগে ? করম্না মতমদা মশাগী অধিকারগীদমক থৌনা ফনা মতীং লৈনা লেপ্লকপা ঙম্লক্কদগে?

ইতিহাসকী ওইবা ডিসেম্বর '১২বু ইল্যজন ওইনা লৌদুনা মৈতৈ নুপীশিংবু সমাজগী চিংবা তানফমশিংদা মশাগী ওইবা ফিরেপ অমা লৌদুনা লাম্ফেংনখিবগী মায়ীবু লীরি ঃ

ডিসেম্বর '১২
নুমিৎ অমা চৎখ্রে,
শম পুনশিল্লু দেবী
ইফা ফারিবদো ।
ডিসেম্বর '১২ অমা হৌখ্রে,
ডিসেম্বর ' ১২ অমা লাক্রে -
কাউরব্রা ?
থাজব্রা শম পুনগনি হায়বা ?
নিংব্রা নুমিৎ অসি লাক্কনি হায়বা ?

(ইবিদ, ৪৯)

শৈরেং অসিদা ইতিহাসকী ওইবা ফিগর, ইভেন্টশিংগী ইল্যুজন অমা লৌশিল্লকপনা শৈরেং অসিদা হেন্না পাক-চাউবা আইদিয়া অমদি পূক্লীং ইহলবু অর্থ পাকথোক-চাউথোকহনবদা, অইবনা কোট তৌরিবা ইতিহাসকী তাঙ্ককসি য়ৌনা পুবা, মদুবু খঙহনবা, পূক্লীং ইহলবু মপাঙ্গল কনখৎহনবা ইতিহাসকী ওইবা থৌদোক ; বৃটিশকী মতমগী মণিপুরদা খূৎশেমগী ওইবা চাকতাঙবা থোরক্লবদা ১৯৩৯ গী ডিসেম্বর ১২ দা মীতৈ নুপীশিংনা চুমদবা লৈঙাকলোনগী মায়োক্তা হৌখিবা অনীশুবা *নুপীলাল*গী ইতিহাসকী তাঙ্কক অদুবু নীংশিংহল্লদুনা সমাজসিদা অদুগুম্বা নুপীলালদু হৌবা য়াবা ইতিহাসকী তাঙ্ককশিং লাক্লি মদুবু মায়োক্লনবা শেম শাদুনা লৈনবা ঈঙ্গিৎ পীবনি । কোলোনিএলিজম হায়বসিমকসু পেত্রিয়ার্কি মনুংদা নুপাগী দোমিনেন্ট তৌনীংবগী ব্রাখলদগী পোক্লকপা ওইনা য়েংনরি ।

লাইশ্রম সমরেন্দ্রসু সমাজসিদা পেত্রিলাইনিএল সিষ্টেমগী মনুংদা কোলোনাইজ তৌবিরবা ফীভমসিদগী নাম্থোক্তুনা ইমুং অমদি সমাজগী অফা-অপুনদগী নাম্থোক্তুনা মী অমা ওইনা মশাগী অহিংবা পুন্সি অমগী মমল, অধিকাব তান্দুনা হিংজনবা ব্রাখল মীৎয়েং পীবা শৈরেংশিং পুথোকখি *সীতা, মুর্ত্তি, অমোংপা অমওং* হীরমসিদা মমিং পনবা য়াবা চঙখোন্না ফজবা শৈরেংশিংনি । সমাজদা নুপীগী পুন্সি নত্রগা মপোক্কী অরাবা মতৌসু নীংথীজবা ক্রাফমেনসিপ্তা পেরেল্লেল অমা পীরি ঃ

লেঙবা ঙমদ্রবা অমোংপ: অপুম্বা মরক্তা
খজিক্তং লেঙই খজিক্তং
হুই অমগা নুপী অমগা খজিক খজিক্তং

হুই অদুগা নুপী অদুগা
অথীবা অমোংপা অমাংবা লেঙবা লৈত্রবা

সংমায় অদুন

([illegible],১৯৯৭, ৪১)

সমাজকী অথীবা অমোৎপা অমাংবা লেঙবা লৈত্রবা সংসার অদুননি নুপীনা লেঙঙম শাঙমদ্রবা অওনবা, মঙম শান্দ্রবা ফীভমদা হিংলিবা পুন্সিগী মতৌ অদু। হিন্দুগী শাস্ত্রদা নুপীবু হুইগা মান্ননা লৌরম্বা মদুগী মেতাফর অমা শীজিন্নদুনা নুপীগী হিংবগী ফীভমদু উৎলি । নুপী হায়বসিনা অচৌবা হীরম ওইদুনা অইবা, মূর্তি শাবা, লাই য়েকপা, শৈশকপশিংনা মখোয়গী কলাগী সেন্টর পোইন্ট ওইদুনা থারেং, শৈরেং, লাই, ঈশৈ কয়া পুথোক্লি; মখোয়না পামজবা, অনীংবা মওংদা শেমগৎলি, শাগৎলি, ওইহল্লি নুপা কলাকারশিংনা। রামচন্দ্রগী তুংইনবী ওইনা সীতাবু বনদা চহী তরামরি চংহল্লি, অমুকসু অচাকপা মৈগী মনুংদা চঙহন্দুনা সতীত্বগী চাংয়েং তৌহল্লি। কবিনা হায়নীংলি ভর্জিনিটি নত্তগা চেষ্টিটি টেষ্ট তৌহনবসিনা নুপীবু সেক্স ওবজেক্ট ওইনা উবা নুপাগী মীৎয়েংদু মপান থোকচরকপনি । অকিবা অথীবা মরক্তা হৱাই মতোন্না তেকথবদু ওইহল্লি রাধিকা । তাইবঙগী ফজবী কয়া পুথোরকই মোনালিজা, ডেজদেমোনা, হেলেন, বেলেরিনা, মেডোনা অদুবু কবিনা নুপীগী পুন্সিবু ওন্থোক্লা চৈঙাক য়াওদনা উই ঃ

কমপাসকী তুমলবা মতোন্দা লেপই
গ্রহগী মাইকৈদা সুনগী মাইকৈদা চৎলি
খোঙকাপ লাউনা থাংদুনা

(ইবিদ, ৩৪)

নুপীবু নৃংদা, মার্বলদা, ব্রোঞ্জদা শেমদুনা সহরগী পার্কতা, লম্বীগী চীদাইদা লৈতেংদুনা মীয়াম্না য়েংননবা ওইনা থম্মী অদুবুঃ

ইনাকখুনবা নুপাগী ড্রোইং রুমদা, অরোনবা কাদা মহাক্কী
খবরগী মেগাজিনগী চেফোং কয়াগী চেনা চেনাদা
ইকাইবা পী অৱাবা পী ফৌদুনা থমই নহাকপু
ফিগী কম্পেনীনা চুরুপকী কম্পনীনা ফিল্মগী কম্পনীনা ডাইরেক্তরনা

(ইবিদ, ৩৫)

মসি নুপীগী মফী-মরোল অকোম্বা হকচাংশিংবু কোম্মোদিটি ওইনা খবর, মেগাজিনদা এডভর্টাইজ তৌহন্দুনা ইনাকখুনবশিংগী অপাম্বা থাখলগী শান্নপোৎ ওইহনবদু ফোঙদোকপনি ।

কবিগী অতোপ্পা সীতা হায়বা শৈরেংদা ভারত চনুগী খ্বাইদগী লেমজনফমনি লৌনরিবা সতীগী কন্সেপ্টপু করেম্নবগী লূরবা মীৎয়েং অমা পুথোরকই । সতী সীতানা মপুরোইবা রামচন্দ্রদা লৈজবা শ্রাদ্ধ অদুবু- *চীংদা মান্দা হিংচা য়াইতম্বা মরক্ত/শানা কৈনা থল্লবা উনুংদা* মবুংঙো রামচন্দ্রগী য়াথংনা লক্ষ্মনা থাদোকপীরম্লবসু সীতাগী নুপী ওইবগী পুন্সিগী ধর্ম্ম অমদি আশাদি পিরাংলত্তসু মপুরোইবতনা ওইখিবনি। অদুবু রাচন্দ্রনদি মাগী লোয়নবীবু য়েক্লবগী বন্দি ওইরুবগীদমক প্রজাগী চিংনবা কোক্লনবা অগ্নি পরিক্ষা *অদুবু রামচন্দ্র/ অদুবু রামচন্দ্র / অদুবু রামচন্দ্র* হঞ্জিন হঞ্জিন অদুবু রামচন্দ্র হায়রিবসি রামচন্দ্রনা নুপা অমা ওইনা মাগী লোয়নবীগী মফমদা চৎলিবা লমচত্তা থাহং তৌরিবনি। অমসুং অতোনবা মতৌদা করেম্নবনি। মশাবু মশাগী হায়বা খাক্তনা সীতা সতীনা মপুরোইবগী মফমদা কখোকচরিবমখৈ রামচন্দ্রনা শকখঙবিদবগী চাংসু হেঙ্গৎলকখি। সীতানা মশাগী পুন্সিবু কখোকচরিবমখৈ রামচন্দ্রগী মফমদগী ফংলিবদি জৌবিমল খঙদবা। অদুনা কবিনা ২০শুবা চহীচাদা নুপী খুন্নাইনা সীতা কংবা য়ারোই তিংখং পাজবা মরক্তুমিশী লৈমাং নত্তনা, মখা তারকই *অনৌবা চুংশী অনৌবা খোঙচংতা সীতা*

দেবীগী যাএ'গী লক্ষ্মীদামসিদা ম ৩. য়াওদ্রবা ফিদমশী ভূত ২ মা২ সি পেত্রিয়ার্কল সোশাইটিদা নুপাগী কল্পনাগী জগত্তা শাগৎপা নুপাগী ফিদমগী অবা ... নুপীগী ... মখোযগী পুক্সিবু লূ-তোং পান্দ্রবা, মীওইবা নত্তবগুম মশাগী অধিকা ... নবদু ... ফোঙদোকপনি। ফিদমগীদমক মী ওইবনা হিংগদবা নত্তে পুক্সিগীদমক ফিদম হায়বদু লৈগদবনি অদুনা কাবগী ম্যেক শেংলবা থম্মোয়না যাব্রা ফোঙদে বক্লে ঃ

মৈতে চনু লাইবক চাউবী নঙবে
কপ্লতন ... শনশাংলগে
চীংদা কাদুনা ... জনবী
পাত্তা কুমদুনা ঙাথিবীব
অনৌবা মঙাল অনৌবা পুক্সি
চেপ্লো বন্দীদগী চেনখবে
কান্নদ্রবা নঙ্গম চিকথৎলো
অঙাঙবা অশংবা অবাংবা
নুজাদবা ফজবি কুবাক ওইনা পাইবো ।

(হীবদ,৩১)

মসিনা নুপা খুন্নাইনা শাগৎপা ফিদমগী কান্নদ্রবা মশক-ম ৎং লৈত্রেবা চৎনবী পম্লেন্নুংদা বন্দি ওইনা হিংবগী পুক্সিদগী নাম্থোক্তুনা, কান্নদ্রবা মখোয়গী পুক্সিব ফাদোক ওইহল্লিবা অপুনবা পুন্নমক থদত্তুনা অনৌবা মশাগী ফেমিনিন সলফ ইমেজ ঙাকচদুনা মতৌ লৈনা, মশাগী অধিকাব ঙাকচবা ঙম্বা অনৌবা শক্লোন অমদা হিংজনবা, চন্দ্রশীগী অখুবা কাখুদগী নাম্থোক্তুনা মঙালনা চাইথোক্লবা মপাল নাইদ্রবা অহাঙবদা মখোঙ থাংদনা চৎচবা ঙম্লনা যা থোঙ অমত্তং হাংদোকপীবম্মী, নুপীশিংনা মনীংতম্না চৎচনব ।

জি সি তোংব্রা অমদি অবাম্বম সমরেন্দ্র অনীনা ড্রামাগী লমদা নুপীবু যাকাযনবা থিযেটব পর্সনেলিটি অনীনা হাংনবি । সমরেন্দ্রগী ড্রামাশিং ১।। জডজ সাহেবকী ইমুং (১৯৯৩) ২।। দশা (১৯৭৮) অমদ ৩।। সনাতোম্বী (২০০০) নচংশা ড্রামাশিংদা য়াওবিব। চবিত্রশিং উমা, অৎশা, সনাতে ম্বীনাচংবগী লমচত্তা পেত্রিয়ার্কিবু শানবা ফেমিনিঃ কবেক্তব ওইবগী মীৎযেং য়াওবি । দশা লীলাগী মতাং অমদা ০

শ্যাম ঃ নঙগা ঐগদি অমত্তা ..

উমা ঃ ববম হায়না অমত্ত ওইবনা নঙ্গা নঙ , ঐনা ঐনি, ঐসু ঐনা খঙবা বাখল লৈ ।

(সমরেন্দ, ১৯৭৮,৫২)

উমাগী বাহৈ অসি ফেমিনিষ্ট ইথিক্সতগী য়েংলবদি মতৈ মনাউ ওইনবসু আর্ম লেংথ বিলেসন (arm length relation) দা নুপা নুপী মবী লৈনগদবনি হায়বসিনি । উমানা হায়বি *ঐগী মেন্টেল ফ্রেম, ওবজেক্ট য়াওদ্রবা ডেকোম অমদি তাউদুনা লৈবমগনি খনব্রা ?* মখা তাবকই *ঐবু কৈথেলদা যোনবা লাইথিবীগুম ঐগী বাখলসু নহাক্না খন্দোকপীবেদনা ?* মসি ঃ

I have been your doll wife just as at home I was Daddy's doll child

(Ibid,82)

অরুনা ঃ ...নুপীনা নুপানা খনবতা তৌগদবনি হায়বসি ঐনা চেলেঞ্জ
তৌরি। ঐহাকসু মী অমনি। মী অমা হায়বসি মহাক্কী মশাগী
রাখল, অপাম পামদ লৈগদবনি।

(ইবিদ,৭৪)

মসিদা নুপী হায়বসিসু মী অমা ওইনা মশাগী খঞ্জবা অপাম পামদবগী রাখল লৈগদবনি। নুপীনা মপুরোইবগী রাখল মীৎয়েংদা কেয়র তৌবগুম মপুরোইবনসু মাগী নুপীবু, মহাক্কী রাখল মীৎয়েংবু কেয়র তৌগদবনি; মিচ্যুল রেসপেক্ট অমদি অণ্ডরষ্টেন্দিং লৈগদবনি হায়না দাবী তৌরকখি। মসিনা ট্রেডিসনেল সোসাইটিদা নুপী হায়বসি মপুরোইবগী অপাম-পামদদা চৎপা সেল্ফ ইমেজ লৈজদবা মপুরোইববু লাই ওইনা খনবা, নুপীনা মপুরোইবগী মনাই নত্ত্রগা মীনাই ওইনা খনবা পেত্রিয়ার্কিগী চৎনরোলবু শীংনরকই। মসি খণ্ডবিদ্রবা মপুরোইবগী য়ুম থাদোক্তুনা চৎপগী রারেপ লৌরকখি। দামোদরসু **A Doll's House** কী Helmer গুম্না *nobody sacrifices his honour for the one he loves*. (Ibsen, 1994, 86) হায়নবা হোৎনরকই। তরামাপলশুবা চহীচাগী য়ুরোপকী সমাজদা অচৌবা ইনফ্লুএন্স পীখিবা নোরৱেগী ড্রামাটিষ্ট Heneric Ibsen গী লীলাসিনা সমাজদা নুপীগী পুন্সিবু মশক খণ্ডহনবা অমদি ফ্রেনসাইজ পীখি লৌনরি। লীলাসিদা Nora না মপুরোইব Torvald Helmerনা ফমদা অনা লোইদুনা শিবা ঙাইদুনা লৈরবা মতমদা মপুরোইবগী মথরায় কন্নবগীদমক অশাবা দলিন শীজিন্নদুনা পৈশা পুরগা মপুরোইবগী মথরায় কনখি। অরোনবা অসি খঙলক্লবসু মপুরোইবনা হেন্না নুংশিবীগনি হায়না খঞ্জরুবা রাখলগী মায়োক্তা সমাজদা মশাগী মান মর্য্যাদা মাঙবা তারক্লবদা নোরাবু মচাশিং অমদি য়ুমদু থাদোক্তুনা চৎখিনবা মপুরোইবনা য়াথং পীরম্মী। অদুবু অরোনবা দলিন অদু মখুত্তা ফংলবা মতমদা Helmer না নোরাদা য়ুম অমদি মচাশিং থাদোক্তুনা চৎখিদনবা হায়বদা Nora না *You don't understand me, And I have never understood you* অদুনা মহাক্না লন্নানবা মীগা লৈমিন্নফম থোক্তে খুমখিবদু অরুনাগী মীৎয়েংগা অমত্তনি। নোরানা পূক্লীংগী অরোইবা লৈরোল ফাওবা লূপথদুনা মশাগী নুপী ওইবীগী পুন্সিবু য়েংবদা থেংনরিবসি অসিখত্তনি ঃ

Nora : ...At home, Daddy used to tell me what he thought, then
I thought the same. And if I thought differently, I kept
quiet about it, because he wouldn't have liked it.

.... I passed out of Daddy's hands into yours. You arranged
everything to your tastes, and I acquired the same tastes...
I lived by doing tricks for you, Torvald. But that's the way
you wanted it. You and Daddy did me a great wrong. It's
your fault that I've never made anything of my life.

I have been your doll wife, just as at home I was Daddy's
doll child.

(Ibid,82)

নোরানা মপুরোইবগী য়ুম থাদোক্তুনা চৎখিবদা থিংলম্বা থোঙগী মখোলদুনা য়ুরোপকী য়ুম পূম্বদা নীকহনখি হায়না প্রমান পীনৈ। Nora না মশাগী মনীংতম্না পুন্সি ফংনবা লম্বী থিখি ঃ

Nora : ... I must take steps to educate myself. You are not the man to help me there. That's something I must do on my own. That's why I'm leaving you.

(Ibid, 83)

Helmer : First and foremost, you are a wife and mother.

Nora : That I don't believe any more, I believe that first and foremost I am an individual, as much as you are - or at least I'm going to try to be.

(Ibid, 84)

অরুনাদি নোরাগুম্না মতীং লৈনা চপ য়ুংনা লেপ্তুনা মপুরোইবগী মথক্তা শীংনখিদে লীলাসিগী পান্দমদু অতোপ্পা মায়কৈদা লৈবনা মায়কৈসোমদা অদুক কম্না বা পুখৎলকখিদে অদুবু অরুনাগী ফিরেপ অসি নোরাগা চাংদম্নবা মতাং কয়াদা য়াই ।

সমরেন্দ্রনা শাগৎলক্লিবা ফেমিনিষ্ট ওইবা নুপীগী চরিত্রসি খ্বাইদগী মপূংফানা ফোঙদোকপা ঙমখিবদি মাগী অরোইবা লীলা সনাতোম্বীগী সেন্ট্রেল কেরেক্তর সনাতোম্বীদনি। সনাতোম্বীগী অচেৎপা ব্রাখল, মীৎয়েং লৈ, মহাক্না খঙঙি মী হায়বসি মশানা লেপখত্তুনা এসর্ট তৌদ্রবদি কনানসু খঙবিদে। সমাজনা নুপীবু মশাগী মপাঙ্গল, মরৌশিং, মগুণ ব্রাখল লৈজদবা পোৎশক ওইনা নুপাগী সংসারগী মখা পোন্না থম্ববু নুপীনা চৎনবীনি হায়দুনা অসুমক য়াদুনা লাক্লিবা চৎনরোলবু সনাতোম্বীনা শীংনখি । মশাগী মী অমা ওইবগী অধিকার অদু ফংননবা মপানা চাউবা সমাজগী চৎনরোলবু শীংনরদুনা মপানা থাজবা নুংঙাই য়াইফবা মহাক্না ব্রাখল মীৎয়েং চানদবা প্রেমকিশ্বর থাদোক্লগা মহাকপু শকখঙবিবা, মহাক্নসু নুংশিজবা তোন্দোনবদা য়ূম পান্নবগী ফিরেপ মোইরাং থোইবীগুম্না থৌনা লৈনা লৌখি ঃ

সনাতোম্বী ঃ নুপীনা নুপাগী ইমুং মনুংগী শেল থুমগী ফিভম য়েংলগা নুপা খনবসে নুপী মশানা মশাবু হন্থবা থাক্তা পুথজবনি । ...শেল থুমগী ফিভম হন্থবা ইমুংদা য়ূম পানবা ঙমদবনা নুপীগী থৌনা ব্রাৎপনি । অনী অসি পুনশিল্লগা নুপীনা নুপাগী য়াকা য়েংদুনা শিদ্রিবা ফাওবা পুক্সি লেল্লি ।

(সমরেন্দ্র, ২০০০,৬৬)

সনাতোম্বীনা উজবা ফিদমদি মশা অমদি মচা মব্রাগীদমক ইকায়-ইকি খঙদনা পুক্সি লাছেংনরিবীশিংদনি । মহাক্নী ব্রাখলদি নুপীনা নুপীথোক্লে হিংগদবনি হায়বসিদা চপচানা থাজে । *ঐনা শাগৎচবা পাল্লিবসি অনৌবা নুপীগী শক্তম অমনি । নৎত্রবদি ইবুষি ইরৌশিং অমদি ইপাঙ্গলনা ঙম্না মওংদা হোৎনদুনা ফংলে চাবা ফংদ্রে তোকপা, নিংতম্না পুক্সি শক্তম অমা থাস্লে ?* মসিমক *The first-step of feminism is self realisation, being confidence as a women* হায়বদুনি । মহাক্না খঙঙি নুপীনা নুপাগী মরল অমদি ষ্টেটসতা ঙাওবদগী মখোয়না খোঙফম খুদিং পূখরিবনি । মহাকপু পামজনা তান্নরিবা প্রেমকিশ্বরনা মহাক্নী অব্রাংবা শাগৈ-জাৎ, লন-থুম, সম্পত্তিগী লাং থাক্লুবদা হায়রকই ঃ

সনাতোম্বী ঃ মদুদি ফজ-ফজবা পোৎ পিদুনা থেন্নগা নুপীবু লোইবা হায়বদুনি নুপীবু অথেনপোৎকুম্না । নঙগী শাম্নপোৎ ওইনা।

মখা তারকই ঃ

সনাতোম্বী ঃ নঙগী ৱাখল অমদি ইন্দ্রিগী অপাম্বা অদুদা পাউখুম পিনবা নুপীদুবু ফজবা পোৎ খরা পীবা নত্রিবরনে মদুবো ? মদুগী নুপী খুৎথমদুবু লাইথি নৎত্রনে । নুপীদুনা নঙনা উরিবা ৱাখলগী কোর অদুদগী খুবৈ অমত্তা নাম্থোকচবা ঙমজরোই । ... মখোয় ফজবা ফি-শেৎচরগা, সনা লৃপা লৈতেংদুনা মকে শেমজরগা হৱাওরিবদো, সর্কাসতা শগোল জগোয় শাবগুম্বনি ।

(ইবিদ, ১৩৪)

মায়কৈ অমরোমদনা মপানা চাউবা সমাজদা মপাগী ওথোরিটিসিপ অদুদগী নাম্থোক্তুনা নীংতম্বা পুন্সি অমা ফংননবা তোন্দোনবগী *নুংশিবা থম্মোয়না নুশিববু ওকপিব*গা লোয়ননা লুহোংবা হায়বা নুপীগী পুন্সিবু নৌহৌননা মমল লেপ্পা (re-evaluation) গী মতমদা সোসিএল ত্রেডিসন নত্তুগা কষ্টমগী মায়োক্তা লেপ্তুনা লায়ররবসু মশাগী মতীংদা থাজজবা তোন্দোনবদা ময়ূম পানবগী ৱারেপ নুপী মতীক থোক্লা লৌখি ।

সনাতোম্বী ঃ ঐ পাবুংগী মায়োক্তা লেপ্লিবসিনি, মপানা চাওবা সমাজদা মচানুপীগী হক মৎপীবগীদমক । ঐগী হক চপ চানা খঙই । মসিদা পাবুংনা চৎনবীনি হায়না খুৎ থিংজিন্দুনা ঐগী হক মৎপা য়ারোই ।

(ইবিদ, ৯৮)

জষ্টিস বেজ তৌদবা, ইন্দিভিজুএল রাইটস বিত্রে তৌবা সমাজগী চৎনবীনা নমদুনা নুপী অমগী টেলেন্ট অমদি ক্রেয়েটিভিটিবু শুদৎপীবগী মায়োক্তা লেপ্তুনা তোন্দোনবদা ময়ূম পানখি । অরোইবদা প্রেমকিশ্বরসু য়ারে *নুপীগী রাইটকী ইসুসিদা নঙনা চেমপিয়ন ওইরে ।* মপানসু সনাতোম্বীগী ৱাখলবু শকখঙবিরে *ইচাদি নুপীদা নুপী থোকই .... ইপানা নঙবু থাগংলি ।* লীলাসিদা কনাগুম্বনা খনবা য়াই সনাতোম্বীনা তোন্দোনববু মাগী লাইফ পার্টনর ওইনা খনখিবসি নুংশিবগীনি মহাকপু শকখঙবিবা, নুপীবু শকখঙনা লোয়নবগী নত্তে, অদুবু মুন্না য়েংশিনবা মীৎয়েংদদি তোন্দোনবগী মীৎয়েংদা নুপীবু মী ওইনা ইকায়খুম্নুনা য়েংবগী মীৎয়েং শন্দোক্তুনা লৈ । সনাতোম্বী সমরেন্দ্রগী অচঙবা ফেমিনিষ্ট চরিত্রনি । অরুনা অমদি সনাতোম্বীবু মচীন কনবী, অহল লমনদা হঙ্গৎনা চাবী ওইনা উরিবসিসু ঐখোয়না পেটরনেল সোসাইটিগী ভিয়্যুদগী পোকচরকপনি, অশেংবমক্তি মদু নত্তে ।

জি সি তোংব্রগী নুপীগী নীংতম ঈহৌসিদা মমিং মপূং ওইনা পনবা য়াবা লীলাশিংদি ১।। মপা শাবা (১৯৪৯) ২।। চাংয়েং মাঞ্জ (১৯৮৭) ৩।। ইমামচা (১৯৬৫) দা সমাজগী অরানবা চৎনরোলনা নুপী অমবু নমদুনা মখাপোনবী ওইহনখিবগী মায়োক্তা ইমামচানা হায়রকই ঃ

... নিপাদা উরীগুম্না য়েৎতুনা উতাংবীগুম তাংদুনা চীরোল তৌদুনা চীনবান্দা খোইহি তৈদুনা সতী মানবী শাজরোই । ... নুপী ঐনা নিপাগী থৌগন তৌবা, মখোঙ নোইবা লৃখাক চাবা মীনাই শাবা... ঐ পামজদে ।

(তোংব্রা, ১৯৬৫,২৫)

মসিদা নুপীনা নুপাবু শুন্দ্রাত্তুনা থম্বা, অদুগুম্বা শুন্দ্রাৎনবগী পাঙ্গল অদুনা নুপাবু নুপীনা মানা পাম্বা মায়কৈদা পুনবা হোৎনবসিনা নুপীগী মনীংতম্বা পুন্সি অমা শাগৎপা য়ারোই, মনীংতম্বা নুপী হায়বসিদি ইমুং অমদি সমাজগী পুন্সিদা লৈরিবা নুপা নুপীগী মরীসি হোংদোক্কুনা ওথোরিটিসিপ পুম্নমক্তগী নাম্থোক্কুনা মথক মখা খায়দুনা লেংমান্ননা লেপমিননবগী দাবী তৌরকই। অদুগা অমুক চাংয়েং মাঙ্গদা লীলাবতীনা ময়ূম থাদোক্কুনা পাখঙ অমগী য়ূমদা থা তরুক তরুক লৈরগা নুংশিবগী মরমদা রিসার্ছ তৌরি, এক্সপরিমেন্টেল হজবেন্দগীদা।

মাগী এক্সপরিমেন্টেল হজবেন্দ কাওবী অমদি লীলাবতীগী ডাইলোক অমা ঃ

কাওবী ঃ নিপা হায়বসি তরাগী মপুনে, য়াম্মগা লেম্লবা। নুপীগিদি
অমদৈ হেল্লগা সতী, য়ামদ্রগা লেম্লবা।

লীলা ঃ মদু পঙলিন্ডৈগী য়ানি। শিঙবা হেক্সংনবা, পুন্সিসি পেন্না
মহাও তংনবা ঐদি নিপা ৫ অমা ৬ অমদা য়ুম নাইগে
খল্লি। (তোংব্রা, ১৯৮৭,৭৬)

অসিগুম্বা পেট্রিয়ার্কেল সোসাইটিগী মথকতা শাথীনা শীংনবগী খোঞ্জেল অমা লীলাবতীদগী থোক্লকই। নুপীবু খুদুম চনশিন্দুনা থম্লগা নুপা মশানা মনীংতম্মা লৈবগী মায়োক্তা শীংনবগী খোঞ্জেল অমনি পুথোরক্লিবসি।

# নৈনবা সাহিত্য

ফেমিনিষ্টকী থিওরী অসি লিটরেরী কৃতিসিজমদা নুপী অইবীশিংগী খুৎইদা যুম্ফম ওইদুনা শীজিন্নবগা লোয়ননা হৌজিক্তি পোষ্ট মোদর্নীজমগী মনুংদা ওম্থোক্লা পাক চাউবা সাহিত্য নৈনরোলগী স্কুল অমা ওইরক্রে। Rita Felski না রেডিকেল ফেমিনিজমগী ইডিওলোজিদগী আলোচনা সাহিত্যগী পোইটিক্স ওইনা শাগৎলক্লুনা পেত্রিয়ার্কেল ওপরেসনবু য়েংশিন্দুনা সাহিত্যগী টেক্স কয়াবু চাংয়েং ওইনা নৈনদুনা ফেমিনিষ্টগী এস্থেটিক্স শাগৎপা হৌরকখি। মসিদা নুপীগী মশক্ত চাং মান্নদবা রাখল্লোন আইদেন্টিটিদা কণ্ডাওনহনবা ; পূংজে পুম্নমক্তগী নাম্থোকপনি। ফেমিনিষ্ট লিটরেরী টেক্স অমদা নুপীগী হীরমদা য়াওরিবা মশকশিংদু খোমজিন্দুনা অদুগী মমল অমা পীনবা হোৎনৈ। নুপীগী ইতিহাসকী যুম্ফমদগী ফেমিনিষ্ট থিওরীগী থৌরাং তৌদুনা পেত্রিয়ার্কেলগী সমাজগী চৎনবীগী মনুংদা নুপীনা থেংনরিবা চৈনা-চৈথেং, কায়-তোয়দুনা হিংলিবদু পুথোক্লুনা সাহিত্য নৈনরোলদা পানশিন্দুনা ফেমিনিষ্ট এস্থেটিক্স শাগৎনবা হোৎনৈ। ফেমিনিষ্ট কৃতিসিজমদা নুপানা ময়ায় লেপ্লা খুন্নাইগী মায়খুম হাংদোক্লুনা অশেংবা মশক অদু কলাদা উৎপা ঙম্বনা তাল্লি। কুনশুবা চহীচাগী অঙনবা শরুক্তা Olive Schreiner, Virginia Woolf না সমাজগী শিক্ষা, যূম্বানবা, রাজনীতি, শেন-থুম, নুপা নুপীগী মরী অমদি লমচপ্তা নৌহৌননা য়েংশিনবগী মীৎয়েং অসি সাহিত্য নৈনরোয়শিংগী মীৎয়েংদা চঙশিল্লক্লুনা সাহিত্য নৈনবদা পেত্রিয়ার্কিগী ইডিওলোজিদগী নাম্থোক্লবা হোৎনবনি। মসিদা দর্শন, মনোবিজ্ঞান, লেঙ্গুইষ্টিক্স অমদি কৃটিসিজমনচিংবগী ইথিন চঙখি। সেক্স হায়বসিদি বাইওলোজিগী নিয়মনি, জেণ্ডর হায়বসিনা সমাজগী খুৎশেমনি, অনীসি মরী লৈনদে। ১৮৪০-৭০ ফাওবগী মতমদা লিটরেরী কৃতিসিজমদা লোকেল, রেসিএল অমদি রিজনগী তোখায়বা জেণ্ডর পর্সেপসন্দগী নাম্থোক্লুনা থার্দ ব্লান্ড নক্তগা পোষ্ট কোলোনিএল ফেমিনিজম, লেসবিয়ান কৃতিকেল থিওরী ফাওবা লৌশিন্দুনা শাগৎলকই ঃ

> Feminist literary criticism is essentially linked to the political movement for equality of the sexes and end to discrimination against women.
>
> (Nayar, 2002, 82)

Breadly না শাগৎলম্বা নুপীনা নীংতমজনবা মীৎয়েংদু Virginia Woolf না ১৯২৯ দা চয়েৎনবা য়াওহন্দনা (peremptory) ফিক্সনগী লমদা পুথরকই। ফেমিনিষ্টকী থিওরী অসি ইতিহাসকারনা হীরম অমদা ইবদগীদি সাহিত্য নৈনরোলদনা খ্বাইদগী মপূং ফানা শীজিন্নে। নুপা অমদি নুপী হায়বসি ইস্ত্রাইওনিক কন্দিসন খেন্নবনা মীৎয়েং, মফোঙদোক, এক্সপরিএন্স, ট্রিটমেন্ট, ষ্ট্রকচরদা খেন্নবনা নুপা অইবশিংগী মরক্তা নুপী অইবীশিংগী খুৎই অসি থোইদোক্ল মমল লৈনা লৌনরমদে। ফেমিনিষ্ট লিটরেরী কৃতিসিজম থোক্লকপদগীদি নুপীতগী ওইবা সাহিত্যগী এস্থেটিক্স, মখোয়গী অভিগতানা হান্না টেক্স অমগী মমল লেপ্লগী ফজরোল অদু তোক্লুনা অনৌবা মমল অমদি মীৎয়েং পীনবা হোৎনরক্রে। অহানবদা য়েংনরম্বা মীৎয়েং ঃ

> This has led to a situation where male-writing and feminist writing have come to mean superior and inferior writing .
>
> (Lakshmi, 1984, vi-vii)

মসিদা নুপীশিংনা একাদেমিক ওইবা মীৎয়েংদা পোৎশক অমবু নৌনা পুখোকপা (rediscovery), নৌনা মমল লেপ্পা (re-evaluation) অখন্নবা মশক (unique) অনৌবা মীৎয়েং (revision) না ফেমিনিষ্টশিংগী মপাঙ্গল কনখৎহন্নবগী পাম্বৈ ওইনৈ। সাহিত্য নৈনরোল অসিদা লোনগী অচৌবা মফম কল্লি :

> Language itself is gendered, so that when the woman takes to writing she is forced to use the masculine tongue. The male novelists have already decided on form and structure of literary - a language that privileges order, tight diction, linearity and pattern. This is not suitable for woman novelist, who requires a "freer" language.
>
> (Nayar, 2002, 86)

ফেমিনিষ্ট লিটরেরী থিওরীদা মপুং ওইবা ৱাফম অনীখক্তি আইদেন্টিটি অমদি এক্সপরিএন্স হায়বসিনি। নুপীগী অশেংবা মশক অসি করিনো ? অদুগা নুপীগী তোখায়বা এক্সপরিএন্স লৈব্রা? লৈরবদি মদু কমদৌবগে হায়বসিনি । ফেমিনিষ্ট পোইটিক্স (নৈনরোল) বু চাউরাক্না মখল অনী থোক্না খায়দোক্লুনা Elaine Showalter না মশক তাকই । অহানবদা, নুপীনা অপাবা ওইনা নুপানা ইবা টেক্স অমবু পারগা মখোয়গী মীৎয়েংদগী (code) নৈনবা, ফেমিনিষ্ট নৈনরোল (feminist critique) না নুপানা লৌজবা নুপীগী মশক (assumption) ; অনীশুবা, নুপী হায়বসিনা নৈনরোয় ওইনা নুপীনা পুথোকপা টেক্স অমদা য়াওরিবা নুপীগী ৱাখলদা য়াওরিবা লাইরিক্কী মশাজিন, অর্থ, ইতিহাস, হীরম, মচল (genre) নুপীগী লোনগী খুদোংচাদবা, অমদি লেঙ্গুইটিক্সনচিংবা কোনশিল্লি । ফেমিনিষ্ট কৃতিসিজমদা ষ্টেরিওটাইপতা নুপীবু সেক্সিস ওইনা নৈনরোয়শিংনা নুপীবু হোংদবা মরমচৎ অমদা সমাজগী ইতিহাসকী বেকগ্রাউন্দদা নৈনবা তারবদি নুপীগী এক্সপরিএন্স অমদি মখোয়গী পূক্নীংগী ইথিল ইহুলদু খঙবা ওইথোক্তে থোইদোক্লুদুম নুপানা নুপীবু উরিবা মীৎয়েংদুদা হঞ্জিনবা নত্তনা করিসু ওইদে। অদুনা নুপীগী অনৌবা মশক অমা লাই ভীনগী ৱারীদগী (mythology) হৌনা শাগৎপা তারকই । নৈনরোয় অদুনা সমাজদা নুপীবু তুহৎ-নৈহৎপীবগী মীৎয়েংদগী মাগী নৈনবগী য়ুম্ফমদু মীৎয়েং থম্না তারকই । নৈনরোয় অদুনা পাম্লবসু পামদ্রবসু নুপাগী শাজিনবা মিং (male proudonym) দা নুপীগী খুৎইদা য়েংলম্বদগী নাম্থোক্লুনা নুপীগী সাহিত্য নৈনবগী ফ্রেমৱার্ককী মনুংদা নুপীগী এক্সপরিএন্সতা য়ুম্ফম ওইদুনা মপুং ফানা শাগৎপা তারকই । নুপাগী সাহিত্যগী ইতিহাসতগী মপুং ফানা নাম্থোক্লুনা নুপীবু নুপীগী পরম্পরাদগী নুপীগী মীৎনা উরিবা মশাগী মরমচত্তগী শেমগৎ-শাগৎপগী মীৎয়েং শীজিন্নগদবনি । নুপীগী সাহিত্যগী তোপ-তোপ্পা মতৌ অখন্নবা থিননবা হৌখিবা মতমগী উপন্যাসকার, নাটকার, কবিশিংগী মতম মতমদুগী সমাজকী য়ুম্ফমদা তোংলগা পুথোক্লিবা পোখোকশিংদু নৌহৌননা শেমগৎ-শাগৎপা (reconstruct)

তৌদুনা নুপীগী পরম্পরা (tradition) শাগৎকদবনি । ইংরেজি সাহিত্যদা মসিগী পরম্পরা অসি করম্না শাগৎখিবগে হায়বা য়েংবা তারবদি - ১৮৪০ দগী ১৮৮০ ফাওবগী মতম্দু ফেমিনিন ফেজ অদুগা ১৮৮১ দগী ১৯২০ ফাওবনা ফেমিনিষ্ট ফেজ হায়না কৌই । অহানবা তাক্ককসিদা নুপীশিংনা মখোয়গী সাহিত্যনা নুপাগী সবকলচরদগী নাম্ৎোক্তুনা জ্ঞান-লৌশিংগী মান্নবা মওং অমদি নুপীগী মরমচৎ উথোকপনা ওইখি অদুগা অনীশুবা ফেজসিদনা নুপীনা ভোৎ থাদবগী অমদি নুপীবু অরানবা মশক অমদা য়েক্রুম্নদু হোংদোক্তুনা মশাগী অশেংবা মশক উথোকচরকপগী মতম ওইখি । ফেজসিদা নুপীশিংনা মনীংতম্না নুপী মশাগী ওইবা মীৎয়েংদগী চৎনরোল অমা শাগৎলক্তুনা মদুগী পাম্বনা সাহিত্যবু নৈনরকখি । মতমসিদা Dorothy Richardson, Virginia Woolf নচিংবনা নুপা নুপীগী ব্রাহৈ পরেং- অমদি নুপাগী জর্নেলিজম, নুপীগী ফিক্সনশিং, নুপা-নুপীগী মনুং মপানগী মরীবু নৌনা মশক তাক্লকখি । ফেমিনিষ্ট কৃতিসিজমগী থোইদোকপা মশক্তি সবভর্সন অমগী মরী লৈনবা ব্রাখল্লোন, ফজরোল, শাগৎপগী মওং, ব্রাওাংশিং (vocabularies) অমদি জেণ্ডরগী থেন্নবা ফাওবা য়েংশিল্লি । মসিদা নুপাগী ফত্তনা লৌবা (ill fitting) অমদি ঐঙোন্দা চঙৌ (hand-me-down) গী ব্রাংমদা লৈ । ফেমিনিষ্ট লিটরেরী কৃতিসিজমদা থেংনবা হায়বসিনা মপূং (the authority of experience) ওইদুনা শাগৎপনি ।

মণিপুরী সাহিত্যগী নৈনরোলদা ফেমিনিন ফেজ নত্তগা ফেমিনিষ্ট ফেজ হায়বসি মতমগী তাক্কক খায়দোক্তুনা ময়েক শেংনা উৎপদা ব্রারি । অমগা অমগা ইয়ান য়ানশিন্নরি । ১৯৮০ গী মতমদগী হৌনা নুপীগী মশক অমা মণিপুরী সাহিত্যগী নৈন-ব্রারেংদা শাগৎনবা হোৎনবদু হৌজিক ফাওবদা চথরি অদুবু ২০ শুবা সেঞ্চুরীগী অহানবা ডিকেদগী অঙনবদগী ফেমিনিষ্ট লিটরেরী কৃতিসিজমসু শাগৎনবা কন্না হোৎনরক্কে । অহানবগী তাক্ককসিদা মণিপুরী সাহিত্যদা নুপীগী মশক থিরকপগী মায়কৈদা অশৈলূপ, মণিপুরনা শীন্দুনা খৃ: ১৯৯৩ দা থাংজম ইবোপিশক, ইবোম্নো য়াম্বেম অমদি অরাম্বম দময়ন্তী অহুম্না মথৎশীৎনা *লানগী মতুংগী মণিপুরী শৈরেংদা নুপীগী মশক, মণিপুরী শৈরেংদা নুপীগী মশক (লাল মমাঙ অমসুং মতুং)* লোয়ননা *হৌজিক্কী মণিপুরী শৈরেংদা নুপীগী হোংলক্লিবা মশক (মরুওইনা নুপীগী নেগেটিভ ওইবা মশক)* অসিনি । অহানবগী পেপর অনীসিদি নুপাগী মীৎয়েংদগী উরকপা নুপীগী মশক্তুনি অদুবু দময়ন্তীগী পেপর অসিদদি নুপীগী মীৎয়েংদগী নুপীবু য়েংবগী ব্রাখল্লোন পুথোকপা হৌরকই ঃ

> মরুওইনা নুপা কবিশিংনা ইরকপদা নুপা মশাদা ওল্লগা, নুপীগী
> সেল্ফ ওইনা লৌরগা ইরকপা খৃৎইগী মওং থেংনদে, মখোয়না
> নুপীবু অতোপ্পা ওইনা য়েংই ।
>
> (দময়ন্তী, ১৯৯৯, ৫)

নুপীগী ওইবা মশক শাগৎলকপগী খোঙহৌ অসিদা থোইদোক্লা শীংথানীংঙায় ওইবা মশক অমদি ১৯৯৩ গী ডিসেম্বর ১২ দা নুপীগী খোঞ্জেল হায়বা নুপী অইবী কুম্ভাতরেৎকী শৈরেংশিং খোমজিল্লগা বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেমনা এডিট তৌদুনা পুথোকখিবসিনি । মসিদা নুপা অইবশিংদগী তোখায়বা খোঞ্জেল (other voices) অমা শাগৎপা হৌরকখি । এন্থোলোজিসিগী ব্রাহৌদোক্তা ইরি ঃ

ঐখোয়গী অইবীশিং অসিগী অয়াম্বা শৈরেংদা নুপীগী ওইবা থম্মোয়গী মশক উবা ফংই লোয়ননা মকা ফোংদ্রবসু নুপীতগী ওইজবা খোঞ্জেল অমদি তাবা ফংই। অসিগী মথক্তা অইবী খরদি মখোয়গী শৈরেংদা নুপানা সমাজনা, চৎনবীনা, ধর্ম্মনা, নুপীগী পুক্নিংবু তত্তনা নমথবীবা, ওৎপি, নৈবিবা, মমল লৈহন্দবা, নমদুনা মনীংতম্না মাঙহনবীবা কয়াবু পামদবা য়ানিংদবগী ইহুল ফোঙদোক্লরকলে।

(বিরেন্দ্রজিৎ, ১৯৯৩)

সম্পাদকসিনা নুপীশিং অসিগী শৈরেংশিংদা নুপীনা চৎনবীগী অমম্বা কাচীন অমদা মরাইবক্কী অথীবা নোংদমগীদমক তেংথাজবা; খরনা চৎনবীশিং অদু শীংনদুনা লেপ্লবা হায়রিবা মীৎয়েংশিং য়াওবা থেংনরকপগী ৱা পল্লি। ১৯৯৯ দা মেমচৌবীনা ৱাকমা মাইবী ফোঙলকপদগীদি ফেমিনিন ইমেজ শাগৎলকপগী অচৌবা চেপ্তুর অমা হাংদোকপা হৌরকখি। ৱারেং ১২ য়াওবা লাইরিকসিদা *ৱাকমা মাইবী, জননেতা ইরাবত অমসুং নুপী, খুৎমাবী অইবী অহুম, মণিপুরী সাহিত্যদা নুপীগী চরিত্র, শৈরেং ঃ নীংতম্বা অমসুং নুপী, জি.সি. তোংব্রাগী নুপী চরিত্র, মণিপুরী সাহিত্যদা নুপী লাল, নুপীলাল* নচিংবা ৱারেং নিপালদি নুপীগী মীৎয়েংদগী নুপীগী মশক অমা মিথতগী হৌনা মতমগী সমাজ সাহিত্য, ইতিহাসনচিংবদা শাগৎনবা হোৎনরকখি। মহাক্না মণিপুরী উপন্যাস অমসুং ৱারীমচাদা থেংনরিবা নুপীগী চরিত্রশিং অসিদা য়ানীংদবা ফোঙদোরকই ঃ

... মণিপুরী সাহিত্যদা লৈরিবা নুপীগী মশক অসি করিনো? ফৌওইবী, পানথোইবীগী লৈবাক, মোইরাং থোইবীগী ৱারীদা মহাকাব্য ইরিবা লৈবাক ওইদুনসু নুপীবু সাহিত্যগী লমায়দা যেকলিবা মওং অসিদি ভাবত্তা রিনাসাঁ লাক্লিঙৈগী মমাংদা ফিদম ওইনা লৌনরবা নুপীগী মশক অদুনি। ঐখোয়গী অয়ামবা অইবশিংগী মফমদা মাধবীগী স্বার্থত্যাগনা অকনবা শহুম অমা পীখ্রবসু বাংলাগী বৈষ্ণ ধর্ম্ম চৎপা কাংবু ওইবনা গৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী মনাইনুপী বিষ্ণুপ্রিয়াবু ফিদম ওইনা লৌরগা মদুগী নমুনাদা মৈতৈ নুপীবু ফিদমগী শেংলবা মন্দির মনুংদা পম্বীবনি। ২০শুবা চহীগা লোয়শিল্লমদাই য়ৌরবসু শক্তম অসি লেংদ্রি। থোং লোনশিন্দুনা শক্তম অসি কায়দনবা যাম্না কন্না হোৎনবি।

(মেমচৌবী, ১৯৯৯, ৫৫)

হান্নগী ফিদমগী সিম্বল ওইনা শাগৎপা নুপীগী চরিত্রদু থুগায়দুনা অনৌবা নুপীগী মশক অমা-লূ তোং পানবা, পেট্রিয়ার্কিগী ফিবান্নুংদগী নাম্বোক্তুনা মনীংতমজবা নুপীগী চরিত্র শাগৎপগী মায়কৈদা মীৎয়েং চঙশিন্নবগী ইঙ্গিৎ অমদি ৱারেংশিং অয়াম্বদা ইবা হৌবকখি। ফেমিনিন ফেজ অসিদা কৃতিকশিংনা সাহিত্যদা ফেমিনিজমগী মশক শাগৎলক্লবা হোৎনরকপা য়াওরকখি ঃ

তশেংনমক ফেমিনিজমগী আন্দোলন অসি মণিপুরদা ভাব মুন্না তান্নদ্রি। ঈহৌ অসিগী ৱা খন্দনগুম তৌবি। চুম্নতা মণিপুরদদি

> নুপীগী আদোলন হায়রগা নুপা নুপীগী অধিকার মান্নবা, আইনগী ওইবা চাকথুং চপ মান্নবা, নুপীগী নীংতম্বা তানবা ওইনা লৈরি। ফেমিনিজম হায়বসিগী নুংগী ৱাখল্লোন্দা য়েংলবদি হৌজিক্কী মতমদা নুপানা নুপীদা য়েংল্লিবা মীৎয়েং ৱাখল অসি হোংবা তারকই। অসিগুম্বা আন্দোলন অসি অকনবা শাফুগা লোয়ননা লাক্লবা মতমদা মণিপুরী সাহিত্যদা ফেমিনিষ্ট রাইটর থোক্লকপা য়াই।
>
> (দময়ন্তী, ১৯৯৩, ৭)

খ: ২০০২ নহাকপম অরুনাগী নোংথাংলৈমা অমসুং তাইবঙ মিংথোনবা লিটরেরী কৃতিসিজমগী লাইরিক ফোঙলকখি। লাইরিক অসিদা য়াওরিবা অপূনবা ৱারেং ১১ গী মনুংদা *মণিপুরী উপন্যাসতা নুপীগী শক্তম, থোইবীগী তাইবঙ, অথোইবী ইমা, নুপীগী খোল্লেল : মণিপুরী সাহিত্য, নোংথাংলৈমা* অসিনচিংবদি নুপীগী অশেংবা নুংগী শকওং (authentic image) শাগৎপদা হেন্না মপূং ফানা, নুপীগী ইস্লাইওনিক কন্দিসন অমদি নুপীগী মীৎয়েংদগী য়েংলকপা মশক্তা শাগৎপা হৌরক্লে ঃ

> মেমচৌবীগী সাহিত্যগী মনুংদা চঙগে হায়রবদি মহাক্না নুপীবু লৌরিবা অমসুং য়েংলিবা ৱাখল্লোনগী থোঙ অসি হান্না হাংবা তাই। মহাক্কী ৱারেং অমসুং শৈরেংশিং অসি নুপী অইবী অমনা ত্রেডিসনেল ওইনা লৈরক্লবা নুপীগী পুন্সি অমসুং শক্তম্ব অমুক নৌহৌননা ৱাহং হংদুনা থিরকপগী মীৎয়েং অমনা চেৎনা পুনশিল্লি। মীৎয়েং অসিনা মেমচৌবী ফেমিনিষ্ট অমনি হায়বদা ময়েক শেংহল্লি। নুপীনা নুপী মশাবু থিরক্লুনা ত্রেডিসনেল ওইবা নুপীগী কন্সেপ্টপু থুগায়দুনা মথক্তা ননশিল্লম্বা লৈরোন-লৈরোন হাইদোকপ্লগা মশাগী অশেংবা মশক পুথোকপগী খোঙজংদা মেমচৌবীনা চঙশিল্লকই।
>
> (অরুনা, ২০০২, ১১৫-১৬)

ৱারেং ইবীনা মেমচৌবীনা মশাগী ৱাখল্লোন অমগা লোয়ননা চৎন পথাপকী চূপ্লি পায়রিবা নুপানা মকোক থোংবা সমাজদা মখোয়না কোনশিনবা লৈইগী মনুংদা থল্লিবা নুপীগী শক্তমদগী তোখায়না য়েংলগা অনৌবা নুপীগী মশক অমা নোংগৌবী (১৯৮৪) শৈরেংগী লাইরিক্তগী উৎনবা হোৎনরকই। অসিগুম্বা মেমচৌবীগী নুপীগী মশক থিরকপগী খোঙচৎ অসিদা হৌজিক্কী সমাজদা চঙ-চঙ লাউনা হিংলিবা মতমসিগী পুন্সিদা হিংলিবী নুপীশিংদতা থিরকপা নত্তে হৌখ্রবা মিথকী মতমগী লাইরেম্বীশিংদগী হৌরক্লগা থিবগী খোঙচৎ (quest) হৌরকপগী ৱাফমসু অরুনানা পল্লি। অসিগুম্বা নুপীগী মশক থিরকপগী মায়কৈশোমদা কন্না চঙশিল্লক্লিবী অমদি চুংখাম শীলারমনীনি। মহাক্কী অফোঙবা লাইরিক ওইনা লৈত্রবসু মণিপুরী সাহিত্যগী চেফোঙশিংদা ফোঙলকপা নৈনবা ৱারেং অমদি লাইরিক মশক তাকপা অমদি সেমিনারনচিংবদা পাখোকখিবা, চেফোঙশিংদা ফোঙদোকখিবদা মীৎয়েং অসি থেংনৈ ঃ

য়ুমগী কুপনোম, অঙাং নাও-পুবা, অঙাং য়োকপা, য়ুমলিংবা থবকশিংসি লেল-থুমগী ওইবা কান্নবা ওইদবনা নুপীগী রোল অসি সেকেণ্ডরি ওইরক্লগনা হেয়া নুপীনা ইমুং মনুংগী থবক্তা য়ুক্কম ওইবগী হকতুসু ফংহন্দুনা কন্সেপ্ট ওফ ফেমিনিটিগী অর্থ নৌনা হনবা চুমলে হায়না মত পীনরি। নুপাগী নুপী ওইনবা, মমা ওইনতা, অর্থ পীবগী মথক্তা মীওইবা অমা ওইবগী হাহন্দোকসু ফংহন্নবা ঈহৌ অমা অইবীশিংগী কলমনা খৃৎ থাবা হৌনরক্তে।

(শীলারমনী, ২০০২, ১৯)

অইবীসিগী মীৎয়েংশিং শাগৎলকপদা চেফোঙশিংদা ফোঙখিবা মরুওইবা লাইরিক মশক তাকপশিং *শক্তম থুগাইবিশ্রবদা* (খতু ৯৪ শুবা মশীং,১১ ডিসেম্বর ১৯৯৪) *ইবেমহলগী লৈরোল চনত্রবা থাজবা পুক্নীগী শক্তসু খিবা* (শৈরেং,১০ মশীং,১৯৯৩) অসিনচিংবদা য়াম্ন া মচীন তুম্না নুপীগী ওইবা মশক খিবগী মশক্তু পুথোরকই। হারেং ইবীনা মেমচৌবীগী আন্দ্রোগী মৈ গী রিভিয়্যুদা হায় *অহানবা পাবমক্তদা পৃক্লিংদা লৈহৌবা শৈরেংশিংদি ..... নুপীগী শক্তমবু খিবা (search for female identity) লোয়নননা শক্তমসিবু ফোংদোক্তুনা ইবা শৈরেংসিংসিনি।* (১২৫) হায়রদুনা মখা তারকই ঃ

> ... মৈহৌরোলদগী নুপীবু নমথবীরক্লবসু মীতে সমাজ অমগী মশক অইবীনা থারকই । ..... অইবীনা নমথবা কয়াসিবু শিংনদুনা মশাগী শক্তম ঙাকচবী নুপীগী শক্তম অদু ফোংদোকই । অইবীগী মীৎয়েংদা মীতে নুপীবু তোনজবী, মীপাল তাংজবী খাংউথক্তা লম্মাংনগনবী পাঙ্কল শোনবী ওইনা খক উদে । মসিগী মহুত্তা চৎনদ্রবা ফত্তবা শক্তিবু থুগাইদুনা মাঙহনবা ঙম্বা মালেম নৌনা লৈশেম্বা ঙম্বা অমসুং অচুম্বা ঙাক্লবগীদমক তত্তনা মৈরা পাইদুনা চোংথোকপী শক্তি অমগুম্না অইবীনা উই ।
>
> (শীলারমনী, ১৯৯৩, ১৩০)

মসিতা নত্তনা দি কলচরেল ফোরম, মণিপুরনা ফোঙবা লাইরিক অনী থন্নাল চামনিপাল (২০০৩) হায়বা অইবী কুনতরেংগী খোমজিনবা কেঐচ. আনন্দিনীনা এডিট তৌবা অমদি ক্ষেত্রিময়ুম সুবদনীনা এডিট তৌদুনা পুথোকপা মণিপুরী অইবীশিংগী খঙ্গৎলবা ৱারীমচা (২০০২), কুমগী নোংহৌ (২০০৪) কোঙ্গম কুলধ্বজনা এডিট তৌবা অমদি মেমচৌবীনা এডিট তৌবা মণিপুরী সাহিত্যদা নুপীগী খোঞ্জেল (২০০৪) হায়রিবা লাইরিকশিংসি মমিং পনবদা মতীক চাই। কুমগী নোংহৌ লাইরিকসিদা অইবী ১৫গী ৱারীমচা ৪৪ য়াওই। অইবীশিং অদুদি - কেঐচ সুবদনী, সোরোজিনী, ইন্দিরা, বেনুবালা, সত্যবতীনচিংবা মশাগী ৱারীমচাগী লাইরিক ফোঙদুনা মশক খঙনরবা অইবীশিংনি। মসি নত্তবা নৌনা ৱারীমচা ইখৎলক্লিবী কয়া অমসু য়াওরি। নুপী অইবীশিংগী তোখাইবা লাইরিক ওইনা খোমজিন্দুনা ফোঙলক্লিবসিনা নুপীগী খোঞ্জেল অমা উৎনবা হোৎনবনি নত্তগা মণিপুরী সাহিত্যদা নুপীগী খোঞ্জেল, মশক অমদি রেসপোন্স অমা থিরক্লি হায়বসিমদি হায়দবা য়াদ্রবনি। অদুম ওইনমক সমাজগী পুক্নিদা

নুপীগী অশেংবা মশক নত্তুগা খোঞ্জেল অমা নুপীনা নুপীগী পুন্সিদা মীৎয়েং থমদুনা মনীংতম্না নুপীগী মশক অমা শাগৎপা ঙম্নে হায়বদি হেঞ্জিনবা ওইনা খোক্লনি। ফেমিনিষ্টকী ওইবা তোন য়াওবা বারীমচা খরদি থেংনরে। অইবীশিংগী মপূং ফাবা খোমজিনবা লাইরিক অমদি মেমচৌবীনা এডিট তৌবা, সাহিত্য একাদেমিনা ফোঙবা মণিপুরী সাহিত্যদা নুপীগী খোঞ্জেল হায়বসিনি। লাইরিক অসিদা অইবীশিংগী উপন্যাস, বারীমচা, শৈরেং অমদি লমকোই বারী খরা খোমজিন্দুনা হেক্তা ফোঙবদু নত্তে, নুপীনা হৌজিক্কী সমাজ অসিদা মখোয়গী করি করম্না খোইদোকপা রিএক্সন লৈবগে হায়বসি সেন্সিটিভ ওইবা মওংদা মনীংতম্না নুপীগী পুন্সি অমা মশানা মশাদা থাজবা থমদুনা মশাগী মতীংদা মমল লেপ্পা, মনীংতম্না অদু ফংনবা হোৎনরকপদা শীংনবগী ফিরেপ শাগৎচবা ঙম্না হায়বা করেক্তরিষ্টিকসিদা মীৎয়েং থমদুনা খোমজিনবনি। অইবীনা পাল্লিবা অদু নীংবা থুংনা ফংখিবদি নত্তে। মসিদা, উপন্যাসতা থোইবী দেবী অমদি বিনোদিনীগী মথংশিংনা নুংশি ঈচেল অমদি বড় সাহেব ওংবী সনাতোম্বীগী মতেক খরা লৌখৎলি। বারীমচাদা অইবী ৯, শৈরেংদা অইবী ১৬ অদুগা লমকোই বারীদা অইবী ৩ গী বারেং-শৈরেংশিং য়াওরি।

মণিপুরী নুপী অইবীশিংতগী ওইবা খোমজিনবা লাইরিকশিং-নুপীগী খোঞ্জেল,নাচোম, মণিপুরী অইবীশিংগী খঙ্গৎলবা বারীমচা,থম্বাল চামনিপাল, কুমগী নোংহৌ হায়রিবসিদগী মণিপুরী সাহিত্যদা নুপীগী খোঞ্জেল হায়বসিনা নুপীগী ওইবা মীৎয়েং,খুৎই, লোল, মফোঙদোক খরগা হেন্না ময়েক শেংনা থেংনৈ। অহানবগী লাইরিকশিং অসিদি নুপী অইবীশিংগী ফোঙদ্রিবা খুৎই খরা খোমজিন্দুনা ফোঙবনি অদুগা অকোনবগীসিনা চহী য়াম্থেরোমসিগী মনুংদা ফোঙখ্রবা নুপী লাইরিক ইবীশিংগী খুৎইদগী অখন্নবা মীৎয়েং অমা থমদুনা খোমজিল্লকপনি। লাইরিকসিগী বাহৌদোক্তা ইরি ঃ

> মৈতৈলোনগী সাহিত্যদা ফেমিনিজমগী ঈহৌ চপ চানা লৈত্রি,
> মশক উৎপা হৌরকপদনি... অপুনবা ইথোজ অসিগী মনুংদা
> নুপী মশাবু থিবা হৌরকপনি।
>
> (মেমচৌবী,২০০৩,১৫)

নুপী অইবীশিংতগী ওইবা খোমজিনবা লাইরিক নুপীগী খোঞ্জেল ফোঙলকপদগী হৌনা মণিপুরী সাহিত্যদা নুপীগী ওইবা মশক অমা শাগৎলক্লবগী ইথিল পীখ্রবনি। নুপী অইবীশিংনা ইরিবা টেক্সশিংদা মখোয়গী তোখাইবা, নুপা অইবশিংগা মান্নদবা হীরম, মচাক, মফোঙদোক, ট্রিটমেন্ট, লোলগী মশাজিন্নচিংবদা মীৎয়েং থমদুনা নুপীগী তোখাইবা মীৎয়েং অমা শাগৎলক্লবা হোৎনরক্লবনি। থম্বাল চামনিপাল হায়বা লাইরিক অসিদা নুপী অইবীশিংতগী লাইরিক ওইরবসু নুপীগী এক্সপরিএন্স অমদি ইডিওলোজিদগী থোরকপা শৈরেংশিংদি মশীং লীক্লা থেংনৈ। অদুবু লাইরিকসিদা থেংনৈ ঃ

> ঐখোয়গী নুপীশিংসু ঙসিদি মশাগী ইজ্জৎ ঙাক্লনবা মশাগী ফংফম
> থোকপা হক ফংননবা অমদি অফা অপুন্নবা লৈরিবসিদগী নাম্থোক্লবা
> অচৌবা লাল লেপ্তুনা শোক্লরক্লি। মশক থোকপা পুন্সি অমদা

> হিংনবগী অকনবা খোল্লাউগা লোয়ননা মাঙলোমদা চঙশিল্লক্লি। নুপা নুপীগী অহেন-হেন্দ নাইহন্দনা চাওখৎপগী লম্বীদা চঙশিনমিন্নবগী অকনবা ঈহৌনি; মসি মীয়াম্না ফেমিনিজম হায়না খঙনরি।
>
> (আনন্দিনী, ২০০৩, ২)

মসিগী মতুংদা নাচোম হায়বা ৱারীমচাগী লাইরিক অমা লৈকোলগী রেনর মখাদা চুংখাম শীলারমনীনা এডিট তৌদুনা অইবী ২৫গী খুৎইদগী খোমগত্তুনা ফোঙদোরকই। লাইরিকসিদদি মমাঙদা কলচরেল ফোরমনা ফোঙখিবা খোমজিনবা ৱারেং শৈরেংগী লাইরিক অদুদগী খরগা হেন্না মপূং ফাবা নুপীগী অশেংবা ফেমিনিন সেল্ফ ইমেজ অমা শাগৎপা ঙমলক্রে, হায়রি ঃ

> ... নুপী অইবীশিংগী মফম মশক থোক্লা ঙাক্লবা, মণিপুরী নুপী অইবীশিংগী শক্তম মকা লাম্না লৈশাৎ তম্লবা লম্বীদা নাচোম পুথোকচদুনা খোঙদাক্লবনি।
>
> (শীলারমনী, ২০০৪, ৭)

মখা তারি ঃ

> পলশিংসি অয়াবা মতাংদা লৌথোক্তুনা নীংতম্বা ফোঙদোক্তুনা নুপী অইবী কয়ানা ঙসিদি মণিপুরী সাহিত্যগী লমদা কলম পায়দুনা শৈরেং, উপন্যাস, ৱারেং, ড্রামানচিংবা কয়াদা খোঙ থাংজিনবা হৌরে।
>
> (ইবিদ, ৫)

অসুম্না মণিপুরী সাহিত্যদা ফেমিনিন ফেজ অসি শাগৎপা হৌরকই। তৌবগীদি য়াম্না ঙন্না বিনোদিনী অমদি প্রমোদিনী অনীগী অপূনবা ৱারীমচাগী লাইরিক মণিপুরী সাহিত্যদা নুপীগী ওইবা ইমেজ অমগী মরমদা খঙ্গরকপগী তানফম অমা শাগৎলকখি। অমদি মসিগা লোয়ননা মাঙজিন থানা মণিপুরী শৈরেংনা চঙশিল্লকখি ঃ

> নুপা সমাজনা নুপীবু ঙম্মি মতাগুম ওৎপী নৈবিবা চৎনবী কয়ানা অমুক পাঙ্গল শোনবী ওইহনবিবা মসিবু পামজদবা অমদি মসিদগী নাম্থোক্তুনা চৎনীংবগী পূক্লিং ইহুল শৈরেংশিং অসিদা উবা ফংই।
>
> (বিরেন্দ্রজিৎ, ১৯৯২, ৯)

মখা তানা মীৎয়েং অসি য়েংবা য়াই ঃ

> নহারোল অইবী কয়া খোরক্লি। মপান্দা চাওখৎপা মাল্লবা, মনুংদনা লায়না কয়া চেল্লবা, সমাজ অমগী মনুংদা চৈথেংদমক ওইনা অনৌবা নুপীগী মীরোলশিং অসি হিংলি। মপানগী চাওয়েং য়েংবা মীৎয়েংদা অনৌবা নুপীগী মীরোল অসি মশা থীংনা উজরবসু অরি-অনৌ ভেল্যুজ কয়া চিংখাইনবদগী নাম্থোক্লি।
>
> (অরুনা, ১৯৯৪, ২)

নুপীগী পুন্সিবু ইমুং অমদি সমাজগী পুন্সিদা ফাজিন্দুনা, মী অমা ওইবগী অধিকার পূম্না মাগুহনবিদুনা থম্না পুন্সি মহিংগী মনুংদগী নাম্ভোক্লীংবা অসি মরিফুগী অথেংবদা থোরক্লিবা অইবীশিংগী খূৎইদা মপূং ওইনা শাৎকায়রকপগী মতাংদা পাল্লি ঃ

> অইবীশিং অসিগী শৈরেংদগী ফংলিবা মরুওইবা ৱাফমদি, সমাজদা মখোয়বু তুহৎ-নৈহৎপিবা য়াওদনা মশাগী হক লৈনা মনীংতম্না হিংহনবিবনি। লোয়ননা মখোয়গী পুন্সিবু মশক খণ্ডবিবনি। মসিনা অইবী অয়াম্বগী শৈরেংদা মখোয়গী পুন্সিবু অর্থ থোকহন্দ্রিবা, চংনবী, থাজনবী, ধর্মগী লীপুন কয়া অসিবু পামদবা - য়ানীংদবা অমদি পেন্দবগী ইহৎ উবা ফংই। মসি ওইদুনসু মখোয় অয়াম্বনা হান্নগী ফজবা ভেল্যু খরবুদি গুাক্কুনা থম্বগী অপাম্বা লৈরি।
>
> (ইবিদ, ৪)

মখা তারি ঃ

> অৱাংবা ফিদম গুাক্লবা হোৎনবদা ইমুংগী লৈতেং ওইবা নক্তুগা মপান থোক্কুনা চংলুবা ওমখিদে। চংলুরবসু মখোয়গীদমক শেমদুনা থমত্রবা চংনবী কয়ানা নমদুনা হান্নগী ফিভমদা তানশীল্লি। অসুম্না ফাজিন পুনশিন্দুনতা থম্বীবা পুন্সি মরেন অসিবু পান্নত্তবী অইবি কয়ানা, মনিং তম্না মাংহনবিরবী নুপীগী পুন্সিগী পুন্সি কয়া পুথোক্কুনা মখোয়গী শৈরেংগী লমায়দা তারক্লি।
>
> (ইবিদ)

মেমচৌবীনা শাগৎপা হৌরকখিবা ফেমিনিজম অসিদা ২০০৩ (ডিসেম্বর) দা নুপী অইবীশিংতগী ওইবা সংস্থান *লৈকোল* থোরকপদগী হেন্না মপূং ফানা মখা শমথরক্লে। সংস্থানসিনা ফেমিনিজম ইন মণিপুরী সোসাইটি হায়বা সেমিনার অমা পাঙথোক্কুনা *মণিপুরী সাহিত্যদা ফেমিনিজম (ড্রামা অমসুং শৈরেং)ঃ মীৎয়েং অমা* হায়বসিদা ডা এম প্রিয়ব্রত সিংহ, *মণিপুরী অইবী খরগী (মরুওইনা) ৱারীমচা অমসুং উপন্যাস নৈনবা ঃ ফেমিনিষ্ট মিৎয়েং অমা* হায়বসিনা ডা চুংখাম শীলারমনী ; সাহিত্যদা ফেমিনিজম নৈনবা ৱারেং অনী পুথোকত্রবা মতুংদা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালনা ২০০৩ (মে ১) দা মণিপুরী সাহিত্যদা ফেমিনিজম হায়বা সেমিনার অমসু পাঙথোকখি। মসিদা পুথোক্লিবা পেপরশিংনা -ডা এন প্রেমচান্দগী *মণিপুরী ড্রামাদা ফেমিনিজম*, লোংজম জয়চন্দ্রগী *মণিপুরী শৈরেংদা ফেমিনিজম* অমসুং ডা থোকচোম ইবোহনবীগী *মণিপুরী উপন্যাস অমসুং ৱারীমচাদা ফেমিনিজম* হায়রিবশিংসিনি। ইবোহনবীগী পেপরসিদা মণিপুরী ফিক্সনদা ফেমিনিন করেক্তরশিংগী মশক, মওং, মখোয়গী পূক্নীংগী মরমচং উৎনবা হোৎনবদা কৃতিক্কী মীৎয়েং থম্বা ওইনা তৌই। ফেমিনিষ্ট লিটরেরী কৃতিসিজমগী ইডিওলোজি মতুংইন্না মণিপুরী সাহিত্যদা ফেমিনিজম অসি কদায় ফাওবা লৈরবগে অমদি মণিপুরী সাহিত্যদা ফেমিনিজমগী মশক করিনো হায়বরোমদা মীৎয়েং থোইনা চঙশিল্লক্লে। ৱারেং ইবগী মত খরা য়েংলবদা ঃ

মণিপুরী সাহিত্যদা ফেমিনিষ্ট নোভেলিষ্ট লৈরব্রা ? লৈত্রি হায়বনা অচুম্বা পাউখুম শোয়দনা ওইগনি ।

(ইবোহনবী, ২০০৩, ২)

ফেমিনিজমগী ৱাখল্লোন অসি ফেমিনিষ্টশিংনা ইরকপা সাহিত্যদা ময়েক শেংনা য়াওই ।

(ইবিদ)

তশেংনা হায়রবদা ফেমিনিজমগী ৱাখল্লোন অসি মণিপুরী ৱারীমচাদা চংলক্লে ।

(ইবিদ, ১১)

অকোনবগী ৱাফম *ফেমিনিজমগী ৱাখল্লোন অসি মণিপুরী ৱারীমচাদা চংলক্লে* হায়বা তারবদি ফেমিনিজমগী পোইটিক্স শীজিন্নদুনা নৈনফম থোকই । অদুগা মণিপুর সাহিত্যদা ফেমিনিন কন্সসনেস খঙনা ইবা অইবদি লৈরে হায়রিবসিসু ফেমিনিজমগী শরুক অমনি । পেপর অসিদা পুথোক্লিবসিদি অনৌবা মণিপুরী উপন্যাস অমদি ৱারীমচাদা নুপীগী মশক্লি নুপীগী ৱাখল মীৎয়েং অমদি পুক্নীং শম্না নুপীগী হিংলিবা মতৌ (live experience) খঙনা ফেমিনিষ্ট লিটরেরী কৃতিসিজমগী চংনরোলদগী নৈনদে, থোইদোক্লদুম য়োনষ্ট্রিমগী ট্রেডিসনেল কন্সেপ্ট শীজিন্নদুনা নৈনৈ । মসিমক্তি ঃ

> I mean that no critic can appreciate a work of art till he has reconstructed in his own mind the mental vision, constructed by the artist,
>
> (James. 1981,27 )

মসিদা রি-কন্সট্রক্ট তৌবা হায়বসি মায়কৈ অনীদগী থোরক্কদবনি - অহানবদা, সমাজগী পুন্সি; অনীশুবদা, লিটরেরী টেক্স । ফেমিনিজমগী মতাংদা য়েংবা তারবদি ফেমিনিষ্ট কৃতিক অমনা নত্ত্রগা আলোচক অদুনা নুপীনা সমাজদা হিংলিবা পুন্সিগী অশেংবা মশক অমদি মখোয়গী ঈহৌ অদুগী মথংদা মখোয়না পুথোক্লিবা টেক্স শংদা তারিবা সমাজকী মীৎয়েংদুনি । লোংজম জয়চন্দ্রগী ৱারেং *মণিপুরী শৈরেংদা ফেমিনিজম* হায়বসিদা *মণিপুরী শৈরেংদা ফেমিনিজম হায়বসি লৈবে* হায় অদুবু নৈনবগী মীৎয়েংদি ইবোহনবীগী মীৎয়েংগা অন্নানি । নুপীগী নীংতম্বা তানবগী ঈহৌবু মশক খঙনা ইবদি নত্তে । ফেমিনিষ্টকী থিওরীদা মপূং ওইবা ৱাফম অনীখক্তি এক্সপরিএন্স অমসুং আইদেন্টিটি হায়বসিনি । অহানবদা নুপীগী সেল্ফ ফেমিনিন ইমেজ করিনো অদুগা নুপীগী তোখাইবা এক্সপরিএন্স অদু কমদৌবগে হায়বসিনি । অইবা উরগা লাইরিক মশক তাকপা য়ারোই ; লাইরিক্ত - নৈনরগা অইবা মশক তাক্কদবনি । ফেমিনিজম হায়বা ৱাহৈসিনা মুস্কুলিনিজম হায়বা ৱাহৈ অমসু পুথোরক্কুনা হিজ কৃতিক (his critique) কী মীৎয়েং থাদোক্কুনা হার কৃতিক (her critique) শীজিন্নবদা Wallach Scott না এক্সপরিএন্স, হায়বদি নুপীগী এক্সপরিএন্সনা সমাজকী থৌদোক ৱাথোকশিংবু নৈননবা হোৎনরম্মদু লৌরদুনা ইরি ঃ

> ...the assumption that experience is transperents "fixes" the subject as authentic, self knowing , and self-expressive in a holistic humanist fashion.
>
> (Jennifer. 1994, 279)

নুপীগী মরমদা নুপাগী ব্রাখলনা এডজুম তৌরম্বদু অইবীশিংনা মদুবু মুক্ষ্মলিন সাহিত্যনি লৌরদুনা নুপীনা মশাগী এক্সপরিএন্সতা য়ুম্ফম ওইবা সাহিত্যগী টেক্সশিং পুথোরকপদগীদি সাহিত্য হায়বসি লেসবিয়ান (lesbian) গী লিটরেচর ওইরম্বদু তোক্তুনা মপুং ফাবা (holistic) ওইরকখি ।

মসি নত্তবা প্রেমচান্দ, প্রিয়ব্রত, শীলারমনীগী মথক্তা পনখিবা ব্রারেংশিংসিদদি ফেমিনিষ্ট লিটরেরী কৃতিসিজমগী মশক অদু মশক থোক্লা অয়াম্বা মতাংদা উরক্লে । মখোয় অহুম্মক মণিপুরী সাহিত্যদা ফেমিনিজম লৈরে হায়না ইবগা লোয়ননা মখোয় মখোয়গী পেপরশিংদা মদু পুথোক্লুবা লাক্লরক্লে । প্রেমচান্দনা ড্রামাদা শীলারমনীনা উপন্যাস অমদি ব্রারীমচাদা অদুগা প্রিয়ব্রতনা ড্রামা অমদি শৈরেংদা । প্রেমচান্দনা ইরি ঃ

> করিগুম্বা লিলা অমনা নুপীগী মিচংদা লেপ্তুনা পেত্রিয়ার্কি অদুনা শাগৎখিবা স্ত্রকচর অদু শিথরবা অমদি মিষ্টিফিকেসন ময়াম অমদা ডি-মষ্টিফাই তৌদুনা শাগৎপা 'oppositional practice' চৎথরবদি মদুবু ফেমিনিজমগী শক্লেন পুবা লিলানি হায়দবা ঙমলোই।
>
> (প্রেমচান্দ, ২০০৩, ৬)

অইবনা সমাজদা চুমদবা চৎনরোলশিংনা ওৎপীরবী নুপী চরিত্রশিংগী রিয়েক্সনশিং পুথোক্তুনা উৎলি । মায়কৈসোমদা শীলারমনীনা রিডিং পেপরগী মতাং অমদা পল্লি ঃ

> নুপীশিংতগী ওইবা লন্নাইগী, নুংগী ব্রাফম কয়ানা খেৎনবা, থওইবীরমদ্রবা মতাং কয়া পুখৎলক্তুনা মসাগী মসক অশেংবা তাক্ল বা, অধিকার তান্নবা, লান্না য়েংলম্লবা কয়াবু চুমথোক্লবা অমসুং নিংতম্বা ফংনবা, মান্নবা থাক ফংনবা হৌরকপা ঈহৌনি । অইবীশিংনা মণিপুরী সাহিত্যদসু ... খুৎ থারক্লিবসি ।
>
> (শীলারমনী, ২০০৩, ৩৫)

প্রিয়ব্রতদি সেমিনার পেপরসিগী মথক্তা কুমদম (২০০৪) হায়বা নৈন-ব্রারেংগী লাইরিক অমা ফোঙলক্তুনা ফেমিনিষ্ট লিটরেরী কৃতিসিজমগী মায়কৈদা হেন্না চঙশিল্লক্লি । লাইরিকসিদা মণিপুরী সাহিত্যদা ফেমিনিজম শৈরেং ব্রারীমচা, উপন্যাস, ড্রামা হায়বা তোখায়বা নৈন ব্রারেং মরী পুথোরক্লে । মহাক্লা মণিপুরী সাহিত্যদা ফেমিনিষ্ট লিটরেরী কৃতিসিজমদা ময়ামগী মরক্তগী খরা হেন্না নুংদা চঙশিন্দুনা ঈহৌ অসিগী নুপী মশক অদুগা চাশিন্নদুনা মণিপুরী সাহিত্যদা কৃতিসিজম পীবা ঙম্লক্লে, অইবনা মতাং অমদা ইরি ঃ

> নুপী হায়বসি নুপাগী মফমদদি ভাবনা শাবনি । নুপীগী মফমদনা খ্বাইদগী শেংলবা রিএলিটিনি । নুপীগী ইহুণ হায়বসি নুপাগী মফমদা কল্পনানি অদুবু নুপীগী মফমদনা এক্সপরিয়েন্সনি ।
>
> (প্রিয়ব্রত, ২০০৩, ৬৯)

তশেংনা হৌজিক মণিপুরী সাহিত্যদা নুপীগী খুৎইশিংদা মমাঙগী মখোয়গী খুৎইদগী খেন্নবা ফোঙদোকপগী মশক অমা নৌহৌননা উবা ফংলকপগী মতাংদা মত পীরি ঃ

> ফেমিনিষ্ট রাইটরশিংনা থম্মোয়দা লৈরিবা টেন্সন অদু ফোঙ-দোরকপনিনা মশাগী চান্নজবা রাইম অমসুং রিদমদা ইগল্লি, ইতিং-তিংনা (সিম্বল এণ্ড রিয়েলিষ্টিক ওইনা) ফোঙদোকচরবসু শাধীনা

> আইবনিকেল ওইগল্লি, তৌইগুম্বসুং অর্থ অনী লোঙবা (দুয়েলিজম ওফ মিনিং) হায়বদুদি খক ওইদে। এক্সত্রাওর্দিনাবীগী মহুত্ত ওর্দিনাবী থিমদা খুৎ থাদুনা unpleasant truth পু মীয়াম মমাঙদা sugar-coated ওইনা ফোঙদোকপসিনা অপাবা কাঙলুপ খবদদি ইদাক থাবদা শুগৎপগুম শুগৎকনি, মোমোন নোকহল্লোই।
>
> (ইবিদ, ১৪)

মণিপুরী নৈনবা সাহিত্যদা '৯০গী অথেঙবা মতমদগী হৌনা ফেমিনিষ্টশিংনা মণিপুরী সাহিত্যদা ফেমিনিষ্ট লিটরেবী থিওরী অমা শাগৎনবা হোৎনবক্নি। মসিদা মুস্থ্যুলিনিষ্ট সাহিত্যগী ফজবোলদগী মপূং ফানা ডি-কোলোনাইজ তৌববা নুপীতগী ওইবা ফজবোল অমা শাগৎনবা হোৎনবগী মায়কৈদা স্কুল অসিগী ইডিওলোজি ময়েক শেংনা লৌশিন্দুনা কৃতিকশিংনা মপূং ফানা চঙশিন্দুনা শেমগৎ-শাগৎপগী তঙায়ফদবা মণিপুরী লিটরেবী কৃতিসিজমদা লৈবি।

# শৈরেং

অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যদা শৈরেং অসি কুনশুবা চহীচাগী অঙনবা শরুক্তগী নুপা অইবশিংনা শৈরেংগী লাইরিকশিং ইদুনা ফোঙনরকখ্রবসু খ্বাইরাকপম আনন্দিনীগী শজিবুগী লৈরাং হায়বা ১৯৬৭দা শৈরেংগী লাইরিক ফোঙলকখিবসিনা নুপীনা ইবা অহানবা লাইরিক ওইখি। হৌজিক্তি মশীং য়াম্লবা অইবী কয়ামকুম থোরক্তুনা মণিপুরী সাহিত্যগী শৈরেংগী খোঙচত্তা নুপীশিংগী খোঞ্জেল ময়েক শেংনা তারক্লে। অইবীশিং অসিগী খুৎইদা মকা ফোংনা নত্তগা মকা ফোংদনা নুপানা ময়ায় লেপ্পা (male centre) সমাজসিদা নুপীনা থেংনরিবা চৈনা চৈথেংশিংবু ফোঙদোরকপা থেংনৈ। মসি মখোয়গী পুন্সিগা হকথেংনরিবা সমস্যাশিংনা ওইহনজরকপনি। মণিপুরী শৈরেংগী ঈচেলদা '৮০গী মতমদা মশীং য়াম্লবা অইবীশিং থোরকপগা লোয়ননা মণিপুরী শৈরেংদা ফেমিনিজম ফাওরকপগী মিহুল থেংনরে, মশক উবা ফংলক্লে। নুপানা ময়ায় লেপ্তুনা শাগৎপা সমাজসিগী চৎন-লোনচৎ পুম্নমক্তা নুপীবু হম্থুনা তৌবা, হম্থুনা য়েংববু য়ানীংদবা ফোঙদোক্লগতা তোক্লে, মদুগী মায়োক্তা শীংনবগী খোঞ্জেল থোরক্লে। মায়কৈসোমদা অইবী খরনা য়াম্না লিবরেল ওইনা ঈঙ্গিত্তনা য়ানীংদবা ফোঙদোক্লবসু অইবী খরদি রেডিকেল ওইনা শীংনবা অমা য়াওনা চঙশিল্লক্লে - মেমচৌবী, ইবেমহল, বড়কন্যানচিংবগী খুৎইশিংদা। মখোয়গী খুৎইদা সমাজগী মায়কৈ খুদিংদা মীৎয়েং কুপথনা য়েংশিনবগা লোয়ননা, মশাগী ফিরেপপু পীজবা ওম্বা মওংদা লৈরে। মেমচৌবীগী ফোঙখ্রবা শৈরেংগী লাইরিকশিং - ১।। নোংগৌবী (১৯৮৪) ২।। অন্দ্রোগী মৈ (১৯৯০) অমদি ৩।। ঐগী পলেম নুংসিবী (১৯৯৮) গী শৈরেংশিংদা রেডিকেল ফেমিনিষ্টকী ভিয়্যু ময়েক শেংনা উবা ফংই। মীৎয়েং অসি মাগী অহানবা ফোঙবা লাইরিক নোংগৌবীদগী হৌনা ময়েক শেংনা তাবা ফংখ্রবনি ঃ

> লাও লাও নোংগৌবী
> ঙসিদি নৌনা অমুক্ লৈশেম্গদৌরে
> চত্কদৌরে মঙাল্দুগী হোরকফম্দা
> লৈশেম্লসি লাও ! লৈশেম্লসি লাও !
>
> (মেমচৌবী, ১৯৮৬, ৬৩)

মেল সেন্টর ওইবা সমাজ অসি থুগাইরগা ঈনৌ নৌবা সমাজ, মদুদা নুপীগী হক, অমদি ইকায় খুম্নবা চপ চানা ফংবা সমাজ অমা লৈশেম্নগী চপ চাবা মীৎয়েং ফোঙদোক্তুনা ইখি। লাইরিক্কী মিংথোল পুরিবা শৈরেংসিদা রেডিকেল ফেমিনিষ্ট অমগী ময়েক শেংবা খোঞ্জেলসি লৈশেম্নদা লাইয়াম্না পাৎ, তুরেল তৌঙৈদা নোংগৌবীনা মচাগী নিংঙাই হোৎনরিঙৈদা তুরেল তৌবা য়াউহৌদবা; মদুনা মরম ওইদুনা নোংগৌবীবু পাৎ তুরেলগী ঈশিং পীথকখিদবগী জাতিসিগী ফোক বিলিফ অদুবু ইল্যুজন ওইনা লৌদুনা ফেমিনিষ্ট অসিনা নুপীনা ইমুংগী পুন্সিদা মচা মবাগী, মনেম-মকুগী কুপনোম হোৎনবদা সমাজগী পুন্সিদা মশাগী পলিটিকেল রাইট অমদি ষ্টেটস ফংবা ঙমদবনি হায়রি। লৈমায়দা তারবা ঈশিং থক্তুনা নোংগৌবীনা খৌরাংনা কুমগী

নোং চুথরকপা অতিয়া মকোয়দা য়েংদুনা লৈবা অদুগা নুপীনা সমাজসিদা মশাগী অধিকার ফংজবা ঙমদনা লৈবা, মখোয়না মনীংতমজবা নমথবিদবা পুন্সি মহিং অমা ঙাইজবা অদুগা পেরেল্লেল অমা পীরি। পেটর্নেল ওইবা ষ্ট্রকচর অমদা শাগৎপা ইমুং অমদি সমাজগী ইঞ্জিনিয়ারিং অসিদা নুপী হায়বসি মী অমা ওইনা মশাগী ইমেজ কঞ্জবা ঙমদনা নুপাগী ৱাখলগী জগৎতা শাগৎচবা সেক্সিস ওইনা অয়েকপা ফিদমগী লাই ওইনা হিংবা, মদুনা নুপীগী সাইকিক প্রোসেসতা ইমুং অমসুং সমাজগী লোইনাইদ্রবা কৈশুম পল্লোন ঙাক্তা ওইনা উরকপা, নুপী মশাগী অশেংবা আইদেন্টিটি ফংজবা ঙমদবা, মশানা মশামক্কী পুন্সিবু লাংলৌ ওইনা খলহনবা অসিদগী নাম্থোক্কে হায়রবদি সমাজ অসি খরা শেমদোক শাদোকপনা য়ারোই অপূনবা সমাজগী মশক মপূং ফানা থুগায়খ্রগা পূমনৌ নৌবা ইতোপ-তোপ্পা সমাজ অমা লৈশেন্বা (recreation) অমদি মনীংতম্বা পুন্সি অমগীদমক খৌগংনরবা নুপী খুন্নাইবু কৌথোক্লি। মসি রেডিকেল ফেমিনিষ্ট অমগী খোল্লাউনি।

লাইরৈবাক্লি হায়রিবা মফমসিগী *অমম্বা কাচিন অমদা হিংলকপনি নঙ/হিংলকপনি নুপী নঙ/অশিবা থৱায় নৈহৎপিরবা থৱায়* ওইনা মশাগী মশক মওং লৈতনা নুপা সমাজগী ৱাখলতনা শাগৎচবা ফিদমগী ফম্বালদা মশাগী মনীংতম্বা পুন্সিগা শিন্নদুনা অশৈবশিংগী শুক্ষাৎলবা ৱাহৈগী লাংদা য়ারৌ শজিগুম থুজদুনা মশাগী পুন্সিনা মশাবু য়েক্লবা ওইজবা পুন্সি মহিং অমদা মীতৈ নুপীনা হিংলক্লিবা পুন্সি মহিংবু পাল্লক্রে। নুপীবু সমাজসিনা করম্না য়েংলিবগে হায়বগী লুরবা মীৎয়েং থিংজিল্লকই ঃ

লায়রবা
নঙগী য়ূমদা ঐদি নঙগী নাইনি
ঐগী ইপানা নঙগীদমক য়োক্লকপা
অমকপা য়াওদনা
ইনাকখুনবা
নঙগীদনা নঙগী লাইদিবীনি
লৈতেংবিরকপনি ইমানা
মচু মচুনা নঙগী মীৎয়েং চিংশিন্নবা
(মেমচৌবী, ১৯৯৩,১৭)

*লাইরৈবাক্লি* হায়না পুয়াদা হায়রিবা অসিগুম্বা মফমসিবু করেম্নবগী মকা ফোঙদবা তোন অমা শীজিন্নে। *লায়রবগী য়ূমদনা মীনাই* অদুগা *ইনাকখুনবগীদনা লাইথিবী* ওইনা নুপীনা হিংবা পুন্সি অমদি লায়রবনা নুপী অমগী ভর্জিনিতিদা কোইসন তৌবা অদুগা ইনাকখুনবগীদনা মথৱায় পান্দবা লাখিবী ওইনা শান্নবিবা অদু অইবীগী কবিতাগী মীৎয়েংদা ফাওরকই। মীৎয়েং অসিগা চাংদম্নদুনা য়েংবা য়াবা মতাং অমত্তুং ঃ

You should love your husband. People
have died with their husbands.
What is that ?
When husbands die wife burn themselves.

পোখায়রক্লো নঙসু
মৈতে নুপীগী সিয়োমনুংদ
কুমজা কয়া লোৎলক্লিব
অতুম্বা মৈগী চীং
অতুম্বা মৈগী চীং ।
(ইবিদ,২)

অইবীগী Creative talent সি Gynocentric expression হায়বদি Male experience and expression দগী মপুং ফানা decolonised তৌরবা female language মরিক চুম্না শীজিন্নবা ... হেন্না মপুং-মরৈ ফাবা থেংনৈ ।

(শিলারমনী,১৯৯৩,৩২)

অইবীনা শৈরেংশিংগী ইমেজরি, সিম্বল, মেটাফর, ইল্যুজন শাগৎলকপদা নুপীগী সাইকো ফিজিওলোজি (psycho physiology) গা লোয়নবা এক্সপরিএন্সতগী থোরকপা লোল মরাং কায়না শীজিন্নৈ । খুদম ওইনা মহাক্কী কোট তৌরিবা শৈরেংসিদা শীজিন্নরিবা ইমেজরি *মীতৈ নুপীগী সিয়োমনুংদ* অসিতা নত্তনা অতৈ খরসু য়েংলবদা *খোয়জিখাদ খোয়জী মীহুন লাংব , নাওয়েকঅমা শীংনরদুনা* নচিংবা মমা ওইবিকী ফিজিওলোজিকেল ওইবা লোনশিং শীজিন্নৈ। ফেমিনিজমদা লোনগী মফম অমসু চাউনা কল্লি । মসিদা নুপাগী ওইবা সাহিত্যগী লোলগী মওংদগী মপুং ফানা নাম্থোকপা তাবনি ।

সমাজদা নুপী ওইবীগী ফিদমগী য়ুম্ফমদা শাগৎপীবা য়ুম অমদি মপা, মপুরোইবা, মচাগী মফমদা তাংজফম ওইবা নুপীগী পুন্সিবু *পামজদ্রে* হায়বা শৈরেংদা ফোঙদোকই । রেডিকেল ফেমিনিজমগী খোল্লাউ পুবা শৈরেং অমদি *নোংথাং লৈম* হায়বসিনি । নেংথাংলৈমা হায়বসি গুরু শিদবনা তাইবঙ লৈশেমঙৈদা মচানিপা সনামহীনা মালেম লৈশেম্বদা হরাবনা থুগায় য়ৈখায়রবদা গুরুনা নোংথাংলৈমা পুথোক্লে । নোংথাংলৈমগী ফজবা শকফমদা হরাবনা ঙাওরিঙৈদা লৈশেম্বা মতোল লোমখি । অইবীনা নোংথাংলৈমগী সমাজগী খুৎশেম চংদবা থোইদোক্লা মনীংতম্বা পুন্সি অদুদা নুপী ওইনা হিংগনি হায়বসিনি ঃ

নঙগী থব্রায়ন তারবসু তাদ্রবসু
নঙগী থব্রায়ন য়নিংলবসু য়ানিংদ্রবসু

ঐদিনে নোংথাং লৈম
খঙলবরা নোংথাং লৈম
(ইবিদ,৫)

সমাজনা পাল্লবসু পামদ্রবসু, য়ানীংলবসু য়ানীংদ্রবসু চৎনরোল অমত্তনা পুন্দনা মনীংতম্বা লৈশেমঙৈগী *নোংথাংলৈম* দু ওইগনি হায়বা রেডিকেল ফেমিনিষ্ট অমগী অচেৎপা ষ্টেট - মেন্ট অমনি । অরানবা সমাজগী চৎনরোলনা নুপীবু *থাবলদ তাওজবী নোংইন* নত্ত্রগা *গুলাপকী*

*লৈকাদ পকপা লিক্লা* ওইহন্নীংবা মশক্তা ঙাওদুনা লৈনীংদে । অদুনা মহাক্কী অয়াকপা অহৌবা খোল্লাউদা অনৌবা মচু মচু তৈশিন্দুনা থল্লিবা সমাজগী নমথাক্কী চৎনরোল পূন্নমক নীংখায়দুনা কিম্বুহনগ্নগা অনৌবা ইতিহাস অমা শাগৎকনি হায়রি । নুপীগী ফিদমগী য়ুম্ফম পূন্নমক লৈকাং চারবা ৱাখলগী নম্বোনি । ফেমিনিষ্ট অসিগী অনৌবা লৈশেম্বা অসি নুপীগী ফিদম অমদি শুদ্ধাংপা শকফমদা শাগৎকদবা নত্তে; থীরবা শক্তম অমগা লোয়নদুনা অকি-তুজুংবা পোক-হন্দুনা থল্লগা অনৌবা লৈশেম্বা অসি মপূং ফাহনগদবনি হায়বসিনি । মসিদা য়াশিন্নবা নত্তবা অকনবা ঈহৌ অমনা নুপীগী মনীংতম্বসি পুরক্কদবনি হায়বগী ঈঙ্গিৎনি ।

চক কয়াগী অমম্বা ৱাখলগী পল্লোল্লুংদা তূল্লিবা সমাজগী চৎনরোল কয়াবু ফেমিনিষ্ট অসিনা মাঙগী ৱাসু কাউথোক, তুংগী ৱাসু নীংশিংদা নোং-নুংশিং ওইনা হুমদোক্লগা নৌনা লৈশেমগনি পল্লি *নোং নুংশিং* শৈরেংদা । সমাজগী চৎনবীগী পল্লোম্না হেন্না ৱাংখৎ ৱাংখৎলক্লিবমখে নীংতম্নীংবগী ৱাখলবু হেন্না ঈখৌলাংহনবা মীওইবগী পূক্নীংগী মহৌশাবু *হেন্না ঈখৌ লাংহল্লেনে ঐবুদা* ফোঙদোকই । মহাক্না সমাজসিদা অনৌবা মীৎয়েং নত্তগা ৱাখল্লোন অমত্তবু চঙজফম পীদববু *কাক কাক* শৈরেংদা ফোংদোক্লদুনা অসিগুম্বা সমাজসিদা মপূন্সিবু মরাইবক্তা শীন্নদুনা লৈথোকপনা মনীংতম্বা লাক্লোই হায়বা ফেমিনিষ্ট অইবীগী পেসোনেট ওইবা ফিল্লিংস অদু পুথোরকই । মহাক্কী অপীকপা খোঞ্জেলসিনা নত্তগা ময়েক শেংব্রবা শক্তমসিনা অরানবা চৎনরোলগী শম্বলবু নোংমা নমখায়রগনি *পীক্লব খোঞ্জেল অসিন* অমদি *সাবী ইনেম্মচা পাম্মুবী*দনা নুপানা য়ুমগী মপূ ওইবা ইমুংগী পুন্সিদা হকচাং তত্থায়নি হায়নরিবা নুপীগী পুন্সিগী চৈনা চৈথেং অমদি ৱাকংপু তাবা গুমদবগী মতৌবু অইবীনা লোক-সাহিত্যগী মনুংচনবা মীতে খুন্নুং ঈশৈগী ইল্যুজন অমা শীজিন্নরদুনা কৌরি অমম্বা সমাজগী চৎনবীগী চীংনুংগী সনালোম্ভগী লাক্লনবা । *সুগুগী কৈথেল*দা মীতে নুপীনা হিংনবগী লাম্ছেংদা নুপী মতীক থোক্লা অচোপ-অরেম্ন থিদনা মায়োক্লদুনা চৎপগী মগুণবু শীংথারি । ফেমিনিষ্ট অসিনা *নুপী* হায়বসি মমা অমা ওইনা তাইবঙগী অহানবা শকখঙনবা ওইনা *নওগী নংত্রনে ইমা*দা উৎলি । নুপীগী পুন্সিনা ম্যোনচৌবিনিজমগী মনুংদা ম্যোন মেদ পোট্রেট অমা ওইবদগী নাম্থোক্লুনা অহিংবা থরায় অমা ওইনা পাক চাউরবা তাইবঙ মালংসিদা মশানা এক্সপরিন্স তৌদুনা মনীংতম্না অথীংবা পূন্নমক নমথেক্লুনা হিংজনবগী ভিজনবু *হে লৈচিল হে লৈচিল*দা শাগৎলকই । কবিনা থাঞ্জে মদুতদা সমাজদা লৈচিল নোংফাই থাংদ্রবা পুন্সি অমা নুপীনা ফংবা গুমগনি । অসিগুম্বা খোঙচৎসিদা *পেট্রিয়ার্কেল* সোসাইটিগী ইন্সটিট্যুসন অমা ওইরিবা *লুহোংবা* হায়বসিনা নুপীগী পুন্সিদা চৈরাক অমা ওইরকপদু উৎলি ঃ

নীঙোল্দী মপামদ সীহৈদে
অদুন
লূন তোবীদ্রবসু নুংসিবীদ্রবসু
ফন ৱারবসু নংলবসু
নঙ খাওগদবনি অদুম লৈগদবনি
অমুক হন্ন মফমসিদ
হল্লকল য়াদে

অমুক হল্লকপ

সুকয়া য়াদে।

(ইবিদ,৩৬)

লুহোংবা নুমিত্তা নুপা ময়মদা নুপী অমবু হূই হৌদোঙগুম্না থাদোক্লম্না মতৌদুবু অইবীনা য়ানীংদবা ফোঙদোকই। মতাংসিদা *আমেরিকান সাইকোলোজিষ্ট এসোমিএসন* গী রাহে পরেং অমা নীংশিংনীংই ঃ

> Women who are not married feel guilty about not being married and women who are married feel guilty about being married.

নুপীবু সমাজদা মখোয়গী ময়ূম পানবনা মমল লেপ্লবু শীংনৈ। *সুভাসকী শৈরেং* দা সমাজগী ম্যোন এণ্ড রুইম্যোন মেকিং মেকানিজম্না চপ মাননা হৌমিন্নরক্লগা করম্না নমদুনা নুপী অমবু শোম্বহনখিবগে হায়বা তাকই, অদুগা নুপীনা উনা উনা তানবা ঙমদবা মওংদা লৈহৌবা শাথীনা থোং মান্নদবা মওংদা ওইরকখিবদু উৎলি। নুপীনা মশাগী মশক্কী মথক্তা শীরম্না উৎপু হন্দো - ক্তুনা লেপখৎলক্লবদা *সমুদ্রগী ইচাউ হিমালয়গী চীংজাউ নত্তুগা লভাগী মৈশা* করিগুম্না অমত্তনা চেম্ববা, ননশিনবা, শোকহনবা ঙমদনা মশাগী শক্তমগা লোয়ননা লৈগনি - *ঐদি ঐনি / ঐদি ঐনি* তৃকথবা লৈত্রবা করিগুম্না শক্তি অমত্তনা নমথবা ঙমদ্রবা থরায় অমগী শেংলবা শৈরোলনি। সমাজসিনা মতম চূপ্পদা নুপীদগী তান্নরিবা অথোৎ অনৌ খুৎশেমগী মচু পূম্নমক কিম্বুব্রগা লেমহৌবা তিংখংগুম্না অশেংবা মশক অদুদা নুপীগী অশেংবা ফজবা লৈ হায়রি। অদুতদা অরিবা খুন্নাইগী চৎনরোল পূম্নমক মতোমতা কিম্বু-কায়থরক্তুনা অনৌবা ঈচেলনা পুথখ্রবগী তুংদা মীতৈ নুপীগী অশেংবা মশক থোক্লক্কনি হায়রি। অইবীনা মীতৈ নুপীগী মশক অসি মীহৌরোলদগী হৌজিক্কী মতম ফাওবদা নুপীগী মশক থিরকই ঃ

> অইবীগী মীৎয়েংদা মীতৈ নুপীবু তোনজবী, মীপাল তাংজবী, খাংউথক্তা লম্মাংনগনবী পাঙ্গল শোনবী ওইনা খক উদে। মসিগী মহুত্তা চৎনদ্রবা ফত্ত্রবা শক্তিবু থগাইদুনা মাংহনবা ঙম্না মালেম নৌনা লৈশেন্না ঙম্না ..... শক্তি অমগুম্না অইবীনা উই।
>
> (শিলাবমনী,১৯৯৩,১৩০)

> মৈতৈ চনুশিংগী নুংগী শক্তিদি মৈতৈগী হৌফম শাৎফম (রুট) তা য়াওরক্লবা মৈহৌরোলদগী লৈরক্লবান ... অইবীগী পাউজেলনি।
>
> (ইবোপিশক,১৯৯৩,১৪)

অইবীনা শৈরেং ইরকপদা নুপীগী ওইবা লাইফ এক্সপরিএন্স অমদি লিভ এক্সপরিএন্সতগী মখোয়গী ওইবা এস্থাইওনিক এক্সপ্রেসন কয়ামকম তোয়না শীজিন্নবা থেংনৈ ঃ

> ঙরাংগী সঙ্কমবু ঙসিগী ফিরুকনুংদ
> হয়েংগী মায়থোংবু লোং
> নঙগী সিয়োমনুংদা মংলান অমা নাইপুব্লুনা

নঙগী চাইথরকলবা নপাঙ্গলনা

নাওয়েক অমা সিংনরদুনা

( মেমচৌবী, ১৯৯৮, ৬৯)

শৈরেংসিদা অইবী মশাগী পোক্লফম লমদম ইম্ফালগী মশাগী মাঙগ্রবা লীশাং শীংনা তিংথোকপ্রবা ইতিহাস অমদি মহৌশাগী চীং, পাৎ, তুরেল, হৈরোং-লৈরাংনা মাঙথরকপা ইকো ফেমিনিজমগী অহোংবা মীৎয়েং শাগৎলকই । ইম্ফালদি হয়েংগী মঙলান অমা নাউপুরদুনা নাউয়েক অমা খাঙদুনা মপাঙ্গল চায়থরক্লবা ইম্ফালবু নুপী অমগুম লৈবা অইবীগী পোইটিক ভিজনদা উই । মসিনা পার্ট এণ্ড পার্সিএল ওইরম্বা সাহিত্যবু হোলিষ্টিক এপ্রোচ অমদা পুরকপদা নত্তনা সাহিত্যগী লোনগী পৃক্তেদসু চাওখৎহল্লকই । অইবীনা মথক্কীশিংসিদা নত্তনা অতৈ ফেমিনিন এন্দ্রাইওনিক লেঙ্গোইজশিং *নাকলু ফিয়ানবা, খোইজি খা* নচিংবসু শিজিনরি ।

মণিপুরী নুপী অমনা ইমুংগী পুন্সিদা লৌরিবা থৌদাংগী মরমদা ফেমিনিষ্ট অসিগী *ঐগী পলেম নুংশিবী*দা *চীংনুংগী উমংগুম ইংলবী চীংজাওগুম লেল্লবী মালেমগুম অখাঙ কল্লবী* ওইনা মণিপুরী নুপীগী মশক শীংথাই । অঙম্বা চীংমায়দা চীংমী ইমা অমনা কোক্তা শম পুদুনা কারকপদা পোইট পর্সোনানা শমদুদা করি য়াওরিবগে হংবদা চীংমী ইমাদুনা শমদু লৈথদুনা উংলকই ঃ

য়াওরম্মীনে সমদুদা ইমাগী সমদুদা
পলেমগী হনু মালৈ ফারবা মপুরোইবা
পলেমগী নহা লাংজেং মথোকলকপা মপারী ।

(ইবিদ, ২২)

মসিদা ফের্মিনিষ্ট অসিনা সিম্বলিকেল্লি হায়নীংলিবদি মণিপুর সমাজদা ইমুং অমগী শেন থুম অমদি হিংবগী ভার পুম্নমক নুপীশিংনা কোকথোংনরি হায়বসিনি । চীংমী ইমাদুনা অহল ওইরবা মপুরোইবা অমদি নহা ওইরিবা মচা পুম্বগী হিংনবগীদমক শু-নোমদুনা য়োক থাকপদুনি । মদু উবদা ঙক্লবা পোইট পর্সোনানা হংঙি *করিগীনো ইমা করিনো সিদি* পলেম হাওবীনা খুন্নকই - *ঐনা পুবিদ্রবদি মখোয়দি করম হিংগনি* মহাক্রা য়ূম পুদ্রবদি কনানা মচা মব্রা থাকনি করম্না মখোয় হিংগদৌরিবনো হায়বনি । শৈরেং অসিদা নুপী হায়বসি লোয়নবী অমদি মমা অমা ওইনা য়ূমগোইবী ওইবতা নত্তনা অথনীতিগী মায়কৈদা লৌরিবা থৌদাংবুসু উংলি ।

*পেটর্নেল* সোসাইটিদা নুপী ওইবীগী মপোক হায়বসি তাইবঙগী *থোংজিন্দা লেপ্লবদগী* হৌনা *অনরেলকম গেষ্ট* অমগুম ট্রিট তৌবিবা, ব্রাঙ্গোলশঙদগী হৌনা থৌশাবিদ্রবা মপোক ওইরকই । নুপীগী মপোকপু পাপ কয়ানা তাশিল্লগা ওইরকপা মপোক্কুম্না লৌবিবদু *থোংজিন্দ লেপলরবদা* শৈরেংদা ফোঙদোকই - নুপীগী মপোক হায়বসি অরানবা মপোক ওইনা পোক্লকপা নত্তে, নুপীবু লৈখা তানা অতোনবা মপোক ওইহল্লিবসিদি পেটর্নেল সোসাইটিনা নমদুনা শাগৎখিবা চৎনরোলশিংননি । নুপীসু পোক্লকপা মতমদদি নুপাদগী করিসু তানা, হম্বনা পোক্লকপা নত্তে হায়বসিনি । অসিগুম্বা নুপীনা মশানা মশাবু মী অমনি হায়না মশাবু থাজবা অসিনা ফেমিনিজমগীদি অহানবা খোঙথৌনি। নুপীবু অতোনবা ওইহল্লিবা সমাজগী চৎনরোলনা নুপী

মশানা মশাগী পুক্সিবু তুক্কচহল্লিবদু শীংনদুনা চংনরোলদু নমদুনা হোংদোক্কদবনি হায়বসিনি। মহাক্কী শৈরেংশিংদা ঃ

নুপীবু কনানো, সমাজসিন করি ওইন য়েংলি, মাগী ফংফম থোকপ
মক্কমন করিনো হায়ন খিরকপা থেংনৈ, লোয়নন ফাজিন্‌ পুনসিন্‌ব
হনথন য়েংবীবগী চংনবী পুন্নমক্কী ব্যুমদ চংতুন নুপীসু নুপাগুম্ন
লৈবাক্কী অমদি সমাজগী অরুব থবক কয়াদ সরুক য়াবা গুম্মী
হায়ব ইংগীতুন ফোঙদোকই।

(দিলিপ,১৯৯৩,১৪২)

নুপীগী পুক্সিবু বাক্সোন শঙদগী হৌনা থৌশাবিদবগী শীচংনা শোম্মহনবিরবা; অসিগুম্বা নুপীগী পুক্সিবু ফাদোক ওইহল্লিবা কৈশুমশঙ অসিদগী নাম্বোকে হায়রবদি মপাম্বোংগী অথীংবা নত্ত্রগা অফা -অপুন অসি অরাইবনি থমখো মরুওইরিবদি নুপীনা মশাবু মশক খণ্ডজবা, মশক খণ্ডজবগা লোয়ননা থবক তৌরবা মতমদুদতা মপাম্বোংগী অপুনবা য়োম্লিংশিংদি মতোমতা তত্তুনা তাজখিনি হায়বসিনি। অদুবু সমাজগী অরানবা পেটনেলিটি অসিগী মায়োক্তা হৌরকপদা হান্নগী কন্না ফাজিন্দুনা লৈরম্বা চংনরোলশিংনা মতোমতা নীংখায়রকপদু উই ঃ

ঐগী ইতিহাসনা অমুক হৌগৎলকপদা
নঙগী অমনবা ইতিহাসকী কুরা
নিংখায়রকলেদো মতম চুপ্পগী ওইনা।

(মেমচৌবী,১৯৯৮,৪৩)

মেমচৌবীগী শৈরেংশিংদা রেডিকেল ফেমিনিজমগী ওইবা ভিয়ু মরাং কায়না য়াওরি। অইবীসিবু মণিপুরী সাহিত্যদা মক্কম অমা পীবা তারবদি *ফেমিনিষ্ট পোইট* নত্ত্রগা *ফেমিনিজমগী অইবী* অমা ওইনা রিককনেসেন পীবদা তারকই। সাহিত্যদা ফেমিনিজমগী ইথিঙ্ক অমদি মসিগী লিটরেরী এস্থেটিক্সকী মমল খঙলক্লবা মতমদা অইবীসিবু মতীক চানা শকখঙবা অমদি মাগী সাহিত্যগী মমল পীবা মণিপুরী সাহিত্য নৈনরিবশিংনা গুল্লক্কনি।

শীংথাবা য়াবা মণিপুরী সাহিত্যগী রেডিকেল ফেমিনিষ্ট অমদি ইবেমহল (ডা লাইরেল্লাকপম ইবেমহল দেবী) নি। মহাক্কী ফোঙলবা শৈরেং লাইরিক অনীদি ১।। লৈরোল চনত্রবা থাজবা (১৯৯৩) ২।। নোংথাংগী ইন্নফি (২০০২) নি। ইবেমহলগী অহানবা লাইরিকসি ফোঙলকপদগী হৌনা অরানবা সমাজগী চংনরোলনা নুপীগী পুক্সিবু মমল অমত্তা থম্মীদববু য়ানীংদবা ফোঙদোকপগী শুর তাবা ফংলকখি। অদুবু অইবীনা সমাজগী চংনরোলগী মায়োক্তা লেপ্তুনা শীংনবগী কিরেপ্তি মপূং ফানা লৌবা ঙমখিদে। মহাক্কী শৈরেংশিংদা অকনবা শীংনবগী খোল্লাউদি তাবা ফংখিদে ঃ

Radical feminist অমগী খোল্লাউদি নত্তে। উপায় লৈতবী
অমা ওইনা ফোঙদোকপতনি। শীংননিংবগী খোল্লাউ ...
ফোঙদোক্তে।

(শিলারমনী, ১৯৯৪, ৪৭)

লিবরেল ফেমিনিষ্ট অমগী খোঞ্জেলদি শৈরেং খরদা তাবা হৌরকখি। অদুবু অনীশুবা লাইরিক নোংথাংগী ইন্নফি ফোঙলকপদগীদি নুপীবু পাঙ্গল শোনবী, পাঙদবী ওইনা নমথদুনা থল্লিবা চৎনবীশিংবু মনুং হুঞ্জিনবা মীৎয়েংনা খঙজরকপগা লোয়ননা নুপী হায়বসি পেট্রিয়ার্কিনা নমথদুনা থম্বনি হায়বসি খঙলকপগা তূনা মশাগী মরাইবক্কীদমক তেংথাবা তোক্কুনা নুপীগী পুন্সিনা সমাজদা সেক্যুরিটি লৈবা, মনীংতম্না হিংজবগী হক ফংগে হায়রবদি অরানবা সোসিএল ট্রেডিসন অসিবু ফেমিনিষ্ট পোলিটিক্সনা খৃৎলায় ওইদুনা ট্রেডিসনবু ইন্দিভিজুএল অমগী টেলেন্টনা অনৌবা মশক্তা অহোংবা পুরকপগী মায়কৈদা চঙশিনবা খোঙজংগী লমথাবা হৌগ্রে; লিবরেল ফেমিনিষ্ট অমা ওইরম্বদগী রেডিকল ফেমিনিষ্ট অমগী মশক্তা ওনগ্রে ঃ

> *নোংথাংগী ইন্নফি* গী অশেঙবা ভরচুদি লন্নাই নুপাদা শীংনবা
> নত্তে; নুপীগী ব্রাখল ইহুলবু খঙনীংদবা নুপাগী চন্নফম লৈতবা
> ফিদম-ফম্বাকপু ইফোং-ফোংনা থুগায়রকপা অসিনি। মসিগীদমক
> নুপীগী হকচাং অমদি ব্রাহৈবু মৈগী লৈনাতনা য়োমশিঞ্জে। নীং-
> তম্না শক্লকই হিংলিবা থব্রায়গী অহিংবা ঈশৈ।
>
> (প্রিয়ব্রত, ২০০৩, ২৬)

সমাজগী অরানবা চৎনরোল কয়ানা মশাবু চেৎনা য়োমশিঞ্জরবা মুগা তীনগুম অমনবা লৈতেং ওইরবা মঙাল য়াওদ্রবা চৎনবী কয়াগী মনুংদা হিংলিবী নুপী ওইবীগী পুন্সিবু হায়রি ঃ

> লাইফদিনি লু- তোংনা শাবা
> হংগী লাইনি লোন থোকপা
> অহিংবা শক্তমনি থম্মোয় পালহন্দ্রবা
>
> (ইবেমহল,২০০১,২৫-২৬)

অদুনা নুপী হায়বসি *নঙ্গী/ মীৎকী মীৎলম্‌দা/ ঐদি লৈনি* অদুনা থদৎনীংবা মতমদা থদৎপা য়াবা; মুড অসি ইকায় কায়দনা মখা তারকই ঃ

> লাইফদিবীনি ঐ
> ফিজেৎ ফিগাইনা শাবা
> অদুনা
> মুল্লু ইফি দ্রোপদিগুম
> মশিং থিঙম্‌দনা
> মীয়াম মমাঙ্‌দা
> মাঙ্‌হল্লু ইজ্জৎসু
> মাঙ্‌হন্নিংবা মতম্‌দা
> খোঙগোইনৌ লেপ্পুনা
> সমাজগী থোঙ্‌জিন খুদিংদা
> মরমদি
> নঙ্‌দি লাইফদিবীবু
> মথব্রায়
> খক্ পাল্‌হন্নীংদবনি ।
>
> (ইবিদ, ৬-৭)

অহিংবনি শকখঙবিদ্রবা নুপীগী পুক্সিবু নুপানা উবা মীৎয়েংদা *লৈ, লাইথিবী* ওইনা উবিবা মখোয়না চৎপা লম্বীদা থোং মান্ননা চৎমিন্নহন্নীংদবা য়ানীংদবা মুক্ষ্যুলিনিজমগী মায়োক্তা শীংনবগী খোঞ্জেলদি নত্তে নুংহিক্রা তেংথাজবনি। অইবীনা হংলক্লে পূক্লীংদা - মীনা মী ওইনা হিংবগা, চৎনবীগা কনানা হেন্না লূপ্মী ? নুপীগী পুক্সিনা অদুগুম্বা অপুন লাংশিংদগী নাম্বোক্তুনা মঙালগী চাইগোন্নুংদা খোঙ থাঙদোরক্তুনা লৈবাকী লৈঙাক সাসন্দা য়াওদুনা নুপী হায়বসি মী ওইনা হিংনবগীদমক হায়রি। নমদুনা শেমগৎখিবা পেটর্নেল সিষ্টেমদা *পাঙ্গল শোনবী* ওইহনবনি। ফেমিনিষ্ট অসিনা নুপা নুপীগী মরক্তা লৈনরিবা *নুংশিবা* হায়বা মরীসিদা ৱাহং তৌবা হৌরক্লে। নুংশিবা হায়বসিবু নুপাগী মফমদা ঃ

যুম্দগীনা
অচীক্পা লম্হাং ফাওবরা ?
লম্হাংদগীনা
রেষ্টুরেন্টকী কেবিন ফাওবরা ?
নত্রগা
কেবিন্দগী
অরোন্বা বেদরুম্ ফাওবরা ?

(ইবিদ, ৯)

অইবীসিনা *নুপীবু পাঙ্গল শোনবীনি* পাউথোকপদা য়ানীংদে অমদি নুপীগী পূক্লীংদা তুংদুনা লৈরিবা থৌনাবু চিংথোক্লবা হোৎনৈ। য়ূম অমদি ইমুংগী থবক্তা নত্তনা ঃ

লংলবা মৈরা পায়দুনা
নচাশিংবু তুংদা থম
খোঙফম চেৎনা লেপ্পতদা
থৈখিবনি অকনবা নোংলৈ কয়া,
শোকখিদবনি,
নঙগী ফিজিগী লন।

( ইবিদ, ১১)

নুপীগী শক্তম, ইজ্জৎ, ইকায়খুম্নবা ঙাক্লবা হোৎনবগী লম্বীদা নুপীবু নুপীনা য়েংথীবা, তুহৎনীংবা, চিংথনীংবা, মফম পীনীংদবা অসিগুম্বা মওংসিনদি য়ারোই মশানা মশাবু ইতিহাসতা য়াওখিবী অথৌবীশিং অদুগী ঈগী ঈথাংনি হায়না মশাবু মশক তাকচবা মথৌ তাই হায়বসি *কুরাংবান* শৈরেংনা ফোঙদোকই। নুপীসু ইমুংগী পুক্সিদগী লাম্বোক্তুনা সমাজগী থবক্তা য়াওশিন্নবদি মতীকচাবা মী অমা ওইরক্কনি ঃ

> Concentrating all women's thought and interest on home life ensifies her selfishness and narrows her ideas in every direction, hence she is arbitrary in her views of government, bigoted in religion and exclusive in society.
>
> (Stanton,1969,25)

নুপা খুন্নাইনা ওইহন্নীংবা মশক্তা শাগৎচবা-শাদোং পান্নকপা মতমদনা ওক্তবী, যুম্নবী, সতী, মায়থীরবা মতমদনা ঙাকপীহৈবী, তুক্কচরবা মীৎকুপ্তুনা শাগুম উবিবা নুপীগী মশক অদুদা ফেমিনিষ্ট অসিনা হায়রি ঃ

ঙসিদি
থাংলক্লবনি খোঙসি
মৈগী লৈনাতনা
ইশাপূম্বা য়োমশিন্জরদুনা
হিংলিবা থবায়গী অহিংবা ঈশৈ শকচন্বা
(ইবিদ)

মসি মনীংতম্বা তাল্লক্লিবা ফেমিনিষ্ট অমগী অহানবা খোঙথাংনি নোংথাংগী ইন্নফি লাইরিকসিগী মতাংদা ঃ

*নোংথাংগী ইন্নফি*না কবি ইবেমহলবু অশেঙবা ফেমিনিস্ট অমনি
হায়বদু চপ চানা প্রমান তৌরে, অদুগা লাইরিক অসিনা অশেঙবা
ফেমিনিস্ট টেক্স অমনি হায়বসিদা চিংননীংঙাই করিসু লৈত্রে ।
(প্রিয়ব্রত,২০০৩,২৬)

নুপীগী ওইবা পুন্সিনা মশাগী ফংফম থোকপা মনীংতম্বা পূম্বা নুপা খুন্নাইগী মফমদা কখোক্তুনা লাকপনা, নুপীগী তোখায়বা মশক মচু থোকপা পুন্সি অমা লৈজদ্রবগুম লেল্লকপনা নুপা খুন্নাইসি করিমতা ফাওবা ঙমদ্রবা নূং ওইরকপা, মশাগীতা খনবা ব্রাখলনা শাগৎচবা পনখৈ অমগী মনুংদা নুপীবু ফাদোক অমগুম হিংহন্নবা তাৎকী সংস্কৃতিগী মহৈ ওইনা নুপীগী পুন্সিনা মশানা মশাগী পুন্সিবু তুক্কচনা লংথোক্তুনা থম্নুরবা মতুংদা নৌহৌননা মশাগী মমল খঙজরকখি । নুপীগী পুন্সিগী মমল য়াওহন্দ্রিবসি নুপীগী মপোক্রা ওইহনবা নত্তে, সমাজকী অরানবা চৎনরোলনা ওইহনবনি খঙদুনা মী অমা ওইনা মশাগী অধিকারগীদমক লাউরক্লে ঃ

ঙসিদি নঙ্
তাদবা য়ারোই
ঐগী ব্রা
থাদোক্কদবনি
পুল্লিবা য়োৎহিলং
খঙ্গদবনি
নঙ্সু ঐবু
ফম্বাক অমত্তগী
সক্ওইনি
নঙ্ ঐ ।
নৎত্রবদি
নখোঙ্ চাম্বতদ
চোক্থরবা খূৎসিনা
থুগাইবা তাই

নঙ্গী
নূঙ্ ওল্লবা শক্তম।
(ইবেমহল, ২০০১, ১২-১৩)

নুপীনা সমাজদা সেকেণ্ড ক্লাস সিটিজন ওইনা হিংলিবা মহীংসিদা খ্বাইদগী নক্লনা হিংমিন্নরিবা নুপাগী মফমদা মশাবু কখোকচরিবমখৈ নুপানা শকখঙদবা হেল্লিবসি, নুপীগী পুন্সিসু মশক খঙবিয়ু নত্ত্রবদি নুপা ওইবগী নাপল অমদি চাউথোকচবগী ব্রাংলবা শক্তমদু থুগাইদুনা ব্রাংখৎত্রিবা মফমদুদা তাহনগনি হায়বসিনি। মসি চৈনা চৈথেং নংলবা অহিংবা থবায় অমগী ব্রাকৎনি। নুপীগী পুন্সিবু ফাগী তাহল্লিবা চহী মীরোল কয়া মীওইবনা অমম্বা, মঙাল মশক খঙদ্রিবৈদগী চৎনরক্লবা নুপীবু নমথদুনা থম্লক্লিবা চৎনরোলশিংদু নুপীগী পুন্সিদা মবেনখৌগী মতমদা হুইগং ওইনা ঙকশমদা থাংজিন্দুনা *মপু নীংবা হুইনত্ত্রগা গাড়ী মণ* গুম চিংদুনা নত্ত্রগনা হোইদুনা অসুম পুরকপসিনা নুপীগী পুন্সিদা ফার্শিগী থৌরী ওইদুনা হিংলক্লিবা মতৌদুবু নুপীগী মফমদা লৈতেং-গুম্না থাংজিনবিরিবদু য়ানীংলক্তদুনা থদৎলবনি ঙসিদি হায়না *কোঙ্গোয়*দা ইরি। শৈরেংসিদা অইবীনা সমাজকী চৎনরোল অমবু মতম কুইনা চৎনদুনা লাকই হায়বগীদমক হেক্তা অচুম্বা ওইবা য়ারোই হায়রদুনা সমাজগী ত্রেডিসনদা ইন্দিভিজুএল অমগী পুন্সিগী মনল অমদি মফম থিরকই।

ফেমিনিষ্ট অসিনা *চুরুটকী মৈখু*দা নুপীগী পুন্সিবু মপাঙ্থোংগী সমাজদা অথোৎপা, অনৌবা, ফজবা মতৌগুম নুপাগী কলাগী টেক্স অমগুম য়েংনবা মওং অমদা থম্মী অদুগা করাম চাউবা মীৎয়েংদা লন্নাইগী পুন্সিদা ঃ

নঙ্গী ময়াই কল্লবা
য়াকাবুঙগী মমলবা
কাখুনুংসিদদি
ওইহল্লি ঐবু
মহৌসাগুম
নঙ্গী চীনবান্দগী
নিঙাইদনা কাম্থোরক্লিবা
চুরুটকী মৈখু
(ইবিদ, ২৮)

*চুরুট*কুম্না ময়াই অমখক ফংননবা নুপী হায়বসি নিশা অমা ওইনা, সেক্সচুএল ওবজেক্ট ওইনা শীজিন্নবা মী ওইনদি উবিদবা মতৌদু শৈরেংসিদা ফোঙদোকপনি। নুপীবু মীনি হায়না শীংথাবিদ্রবা, মশাগী অহিংবা মপূক্লীং অমা লৈজে উবিদ্রবা ওৎপি নৈবিবতা থংলবা মখোয়বু শকখঙবিদ্রবা নুপা সমাজদা মকোক নোনবা তৌদনা শাথীনা শীংনবগী খোঞ্জেল থোক্লকই ঃ

লেপ্পনু নহাক তুমিন্না
উৎলু নতিক
নঙবু থৌশাবিদ্রবা মখোয়দা
চেৎখায়হল্লু মালেম
মচেৎ তানা
(ইবিদ, ২৯)

অইবীনা থাজে মদুতদা ঃ

লৈসেম্‌নবা অমুক
নঙ্‌বু নাউকোন্‌বা
মালেম অমা ।

(ইবিদ, ৩০)

অইবীগী মীৎয়েংনা অমুক নুপী খুন্নাইদা ওনশিল্লকই, হায়রকই - নুপীনা মীখা পোনবী ওইরিবসি, মনীংতমজদ্রবী ওইনা হিংলিবসিদগী কোকপা, নাম্ভোকপা ঙমদ্রিবসি ফিদমগী মহুম অদুগী মনুংদগী নাম্ভোকপা ঙমদনা ফাজিন্দুনা লৈবননি; নুপীনি হায়বসিদগী নাম্ভোক্তুনা মী অমনি হায়না মশাবু থাজজবগা লোয়ননা নুপী মতীক থোক্লা হিংননবা হোৎনদবদগী ওইরকপনি হায়রদুনা মখোয়সু সমাজদা মকোক থোংনা ৱায়েন চুপ্লি পায়দুনা মশক থোক্লা হিংবা য়াই *অমনবা লৈতেং য়োহিলং*বু লৈ পরেং ওইনা ঙকশমদা থোন্দুনা থোৎ-নৌরবা ওইনা লৈগদবা নত্তে; মৈ ওইয়ু হায়রি ঃ

মৈনী
মৈরী থোক্লা চাক্‌উ
মৈরীদুনা ওল্‌হল্লু
তাঙ্গোই
ঈ চুল্লদা হান্‌লেংদ্রবা
মখোয়বু
মৈরীদুনা ওইহল্লু
লমজিং মৈরা
লম্‌মাওন্‌বা খুন্নাইসিগী

(ইবিদ, ৩৪)

ফেমিনিষ্ট অসিনা নুপা খুন্নাইবু করেম্নদুনা ইবা শৈরেং অমদা কবিনা নুপা হায়বসিগী মতীক-মগুণগী শৈরেং অমত্তং ইনবা হোৎনৈ অদুবু থেংনৈ নুপা খুন্নাইদা সত্যবান নত্ত্রগা রামচন্দ্র অমত্তা যাওরমদ্রে থোইদোক্লদুম মখোয় পুম্নমক তাইওন্নবা ওইনা থেংনৈ অদুনা হায়রি ঃ

ওইখিদে নঙদি
সত্যবান নত্ত্রগা শ্রীরাম
ওইহন্নিংখিনে
নঙন্দি ঐবু সাবিত্রি নত্ত্রগা সীতা ।

(ইবিদ, ৪৬)

মসিমক্তি ফেমিনিষ্ট পর্সপেক্তিভতগী Manjit Tiwana না মাগী অশাংবা কবিতা Savitri দা মিথকী ৱারী হৌজিক্কী অর্থদা হন্দোক্লনবা হোৎনবদু নীংশিংবা য়াই । শৈরেংসিদা সাবিত্রীনা নুপা পুম্নমক মথৱায় পান্দবা ওইনদা থেংনবা; হৌজিক্কী মতমগী নুপা পুম্নমক ৱাখল খনবা ঙম্লগী শক্তি পুম্না মাঙদ্রে অদুনা অনৌবা সাবিত্রীনা ৱাখল য়াওদবা নুপাশিংবু য়ানীংবা পোক্তে । অনৌবা সাবিত্রীদি লাই-তীনগী ৱারীদা ফাওবা সাবিত্রী অদুম ওইরি অদুবু অনৌবা সত্যবানদি

হোংখ্রে। সাবিত্রীনা মপুরোইবা নীংবী কখোকপা কিদবগী সিম্বল ওইরবসু সত্যবানদি থোইদোক্ন দুম তাইওন্নবা ওইরি অদুনা হৌজিক্কী যুগসিদা ফিদমগী সাবিত্রীদু ওইবা ঙন্নরোই হায়খিবদুগুম ফেমিনিষ্ট অমগী মীৎয়েংদগী য়েংদুনা হৌজিক্কী নুপী খুন্নাইগী পুন্সিগী অনৌবা মমল থিরকপনি। নুপা সমাজদি নুপীগী শক্তম পান্নদুনা শেমগৎ-শাগৎনবা লাক্লবা, হোৎনবদা মখোয় মশামক্তি মশাগী শক্তম মাঙখ্রবা, মতীক-মথৌনা, মতীং য়াওদ্রবা কাঙলূপ অমা ওইরক্লে। অদুনা করেম্নরদুনা হায়রি *ও! কয়াদা তোল্লবা/নঙ্গসে/কয়াদা নুংশিখ্রবা*, মশাগী শক্তম (identity) য়াওদনা তোন্না হিংলিবা নুপা খুন্নাইবু মীনুংশি পোকপিবগী ব্রাঙাঙনি। নুপী ওইবীগী পুন্সিনা মশানা মী অমনা মশাবু থাজজবগী থোঙজিন্দা, থাসিগী সিয়োম্নুংদগী নাম্ব্রোক্তুনা থোং মান্নরা হিংমিন্নবা পাম্বা অমগীদমক চংপা হৌরকপগী খোঙচৎনি। অদুবু অইবীগী রাখল মীৎয়েং পুম্নমক ত্রেডিসনেল ভেল্যুশিংদগী দিকোলোনাইজ তৌবা মপূং ফানা ঙম্লে হায়রবদি হেজিন্না হায়জিনবা ওইগনি, মতাং মতাংদা হান্নগী ভেল্যুদগী নাম্ব্রোক্তুনা চংপা ঙমদবা য়াওরকই। *দোলাইদা কাইদোংলিবী/তরা তরুক্কী কন্যা* ওইনা তমঙমদবা খোঙচৎ অমদা মশাবু মবাইবক্তা শিন্নদুনা থাদোকই।

য়ুরোপকী চৎনবীদা নুপাগী মমিং মমাঙদা *মিসেস* হায়রগা মাগী নুপীবু খঙনবা *মিষ্টর এণ্ড মিসেস* গী মতুংদা নুপাগী মমিং ইরগা মতে মনাউবু খঙনবা অসিদা নুপীগীদি মমিং অমা তোথায়না লৈত্রবসু য়াবা, ইম্পোর্টেন্স পীদবা অদুবু য়ানীংদবা ফোঙদোক্লদুনা নুপা নুপী হায়বসি অমত্তনি হায়বা তারবদি নুপীগী মিং মমাঙদা *মিষ্টর* নত্ত্রগা *মিসেস এণ্ড মিষ্টর* গী মতুংদা নুপীগী মমিং কৌবদি য়াদত্রা হায়বগী ৱাহং তৌরকই। *শ্রীলিনা নত্ত্রগা মিষ্টর লিনা* দা নুপীবু ইম্পোর্টেন্স পীদবা সমাজগী সংস্কৃতিদা য়াম্না চাউনা শীংনবগী থোঙ্গল থোক্লকই। মহৌশাগী ফজবা হায়বসিদি হোংবা লেঙবা নাইদে অদুবু নুপীগী ফজবা হায়বসিদি নুপাগী মফমদা ঈবৌলাংলকপা মতমদত্রা হায়বা ফেমিনিষ্ট পোইন্ট অসিগী মচীন থোবকই। অসিগুম্না সংস্কৃতিসিদা নুপীবু *নঙ্গ অদুম্নক তুমদুনা লৈখো* হায়বদা হায়বা ইনবী, অফবী নুপীগী মিংথোল ফংননবা মশাগী মনীংতম্বা পুম্বগা শীন্নথোকপা পামদে, অসিগুম্না অহং অপুনসিদগী নাম্ব্রোক্তুনা নমথবগী পোৎলূম থাবন্নগা মখোঙ পান্দুনা অতাঙবা মালংগা শকখঙননীংলক্লে। রেডিকেল ফেমিনিষ্ট অমগী খোঞ্জেলদু মথেমতা উথোকচরক্লে :

সাউগনু সাউগনু চান্নবা
খজিক্তনি থক্লক্প
মক্লপ মথাংশিংনা য়াদদুনা,
য়াত্যমিন্নখিবগুম
অহিং খুদিং
নঙগী যুনমগা
ঐগী
চিংহি মনমগা
য়াওনমিন্নরসনু ঙসিদি
ঐগী যুনমগা
নঙগী হকচাং মনমগা

য়েংগনু ঐবু অদুন্না
অহোংবা লৈতে ঐঙোন্দা
ঐনা নঙ্ ওইরকপতনি ।

(ইবিদ, ৬১)

*নমিবু উরগা অদুক শাওবা হৌনদে* হায়দুনা থেমজিনবিবা মানবা করেম্নবগী লুরবা লিরিকেল ওইবা ট্রিটমেন্টদা পুথোরকপনি । শৈরেংসিদা অইবীসিনা নখোয় নুপানা চৎলিবা লমচৎ, তৌরিবা থবকশিংদু নুপীনা তৌবদা *শাওবা ঙমগদ্রা* ? নত্তগা *শাওমদ্রিবা করিগীনো ?* হায়বা মচীন অনী ফাংবা সেটয়ারিকেল পোইমনি । ফেমিনিষ্ট অসিনা ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠিরনা মাগী নুপীবু চৌবোর শান্নবদা কৌরবকী দুর্জধনগী মফমদা থাদোকখ্রবদা দু:শাসননা লৈবাক ফম্নাইবনা চোন্না ফন্নিবা সভাদা মফী মুন্দুনা ইকায়বা পীখিবা অদুদা মরাল লৈজদ্রবী পঞ্চালীনি দ্রৌপতিগী মরাল করিনো ? ব্রাহং তৌরি । মিথিকেল করেক্তর শরবু হৌজিক্কী মীৎয়েংদগী বিচার তৌরকপনি। দু:শাসননা মশাগী নুপা ওইবগী মপাঙ্গলবু চাংয়েং তৌবদা দ্রৌপতিগী নুপী ওইবগী ইজ্জৎ ইকায়খুম্ন বদি, শান্নপোৎ ওঙ্খোকপীখিবদু উত্তুনা হৌজিক্কী নুপা নুপীগী পুন্সিদা পেরেম্লেল অমা পীরকই । নুপীবু নুপানা *পিয়োরিটি, ভর্জিনিটি* ওইনা ফংনীংবা, মসিদা লমচৎকী অমকপা পক্তবী, তশেং তশেংলিবী, তপচ ঈংজবী, য়াথং ঙাইদুনা লৈজবী, মীখুৎ চঙদ্রিবী ওইনা ফংনীংলবদি হায়রি ঃ

লাকউদনা নঙসু
অয়ূক্কী
মেঙ্লবা কোরৌ ওইনা
ওইয়ুদনা নঙসু
ময়াই চেন্নবা য়েংনীংথা ।

(ইবিদ, ৭০)

মদু নত্তবদি নুপা সমাজনা পান্নিবা নুপীগী চরিত্রদু ফংবা ঙম্লোই নত্তগা পীরোই হায়বনি । নুপী ওইবীগী মশাগী ওইবা ফজবা অদুবু নুপা সমাজনা খঙবা ঙমদবসি নুপা সমাজগী তশেংনা মাঙজবা অমনি হায়রি ।

অইবীনা মপাম্ছোংদা নোক খেদুনা হিংলিবা নুপীগী পুন্সিসিবু গোবর্ধন পূজা নুমিত্তা মঙক্তা থৌরি থাংলগা মরাইবক্তা শিন্দুর, মঙক্তা সনারৈ থোনবিদুনা ধুপ থাউমৈ থাদুনা অহাও অথুন পীজবা অদুগা মনমদা চৈনা কন্দুনা পুনীংবা মায়কৈদা পুরিবা ষণগা করিসু খেন্নবা লৈতে, সমাজনা নুপীদা পীরিবসি অসি ফাওবতনি হায়বা চাশিন্নবা মেটাফরদা পুথোরকই । অদুনা ফেমিনিষ্টনা অথোৎ-অনৌবা ফিজোল পুম্নমক থাদোক্তুনা মৈরীগী ফিজোল হোংদোক্লে ঃ

ঐগী অনৌবা ফিজোল
ঐগী নোংথাংগী ইন্নফি
উরগা নঙনা
করিগী অদুক খোইরাংলিবা
করিগী অদুক
খোইসাওনরিবা ?

(ইবিদ, ৩৮)

নুপীশিংনা মখোয়বু সমাজদা করি ওইনা য়েংবিরিবগে হায়বা খঙজরকপগা লোয়ননা মখোয় মশাগী ফেমিনিন ইমেজ কঞ্জবা ঙম্লনবা মখোয়গী হক মাঙহল্লক্লিবা ফিদমগী ফিজেৎ হোংদোক্লুনা *নোংথাংগী ইন্নফি*বু ফীজেৎনরকপা, মশাগী অশেংবা মশকপু উৎচরকপদা ওপোজিৎ সেক্সকী কাঙলূপতা করেম্নরদুনা-শাউরিবা করিগীনো হংই । নুপীগী পুক্লিনা ফিদমগী সিম্বল ওইনা থম্লগা মখোয় মশানা হেন্না মনীংতম্বা পুক্লি অমদা লৈবা; মসিনা পীরকপা চৈনা-চৈথেংনা ঈখেং শিঙ্ছবমখৈ শোক্লবসু মোমোন মীনোক্তা খাঙলকই । মশাগী পুক্লিবু মপূং ফানা কখোকচবতদা নুংঙাইবা ওইজরকপদুগী মহৈদি মখোয়বু শকখঙবিদবনি, মরমসিনা ঃ

অদুবু ঙসিদি
ইখৃৎমক্লা
কুপ্লবনি
নঙোন্দা অমুক
নঙ্না থোনবিবা ফিজোল
পীরবনি নঙোন্দা
নঙগী ফিদমগী ফন্নাল ।

(ইবিদ, ৪২)

মসি ফেমিনিষ্ট অসিগী রিনেনসেন্সকী নুংগী খোঙচত্তা অনৌবা ডিসকোর্স অমনি । নুপীনা মনীংতম্বা মাঙলিবসি হায়বা ইনবী, ইকায়থীজবী, অশোনবী, ঈংজ তপচবী, হায়বা সমাজগী সংস্কৃতিনা মখোয়গী লমচত্তা হাপচিনখ্রিবশিংদুগী মথক্তা নুপা ওইবগী অঙম তানবা লীচৎনা থৌরকপনি, মসিদগী নাম্বোক্কে হায়রবদি অহানবদা মখোয়গী লমচত্তা য়াওরিবা অশোনবা পূম্নমক লংথোকখিগদবনি হায়বসিনি । শৈরেংসিদা ত্রেডিসন কোন্দুনা লৈবদগী নাম্বোক্লুনা ইন্দিভিজুএল রাইটসতা শাফ্ পীবগী পূক্নীং মত্রা অমা য়াওবি । *নোংথাংগী ইন্নফি* হায়রিবসি সিম্বোলিকেল্লি পূম্নমকপু চামথোকপা ঙপ্পা ফোর্স অমা ওইনা ইন্দিকেট তৌরিবনি । লাইরিক অসিগী অয়াম্বা শৈরেংশিংদা নুপীনা হিংলিবা পুক্সি মহীংবু মশক খঙজরকপা অমদি অফা অপুন্নবদগী নাম্বোথোক্লুনা নুপীগী মনীংতম্ব (women's liberation) বু *ঐ* হায়বা ফাষ্ট পার্সনগী নেরেটর অমনা *নঙ* হায়বা সেকেণ্ড পার্সনগী লিস্টনর অমদা হায়বগী নেরেটিভ ষ্টাইলদা ফোঙদোকপনি । অইবীগী শৈরেংশিংদা *নাউপুবিবী অহিং সিয়োম্নুংগী লিক্ল* নচিংবা ফেমিনিন লেঙ্গুইজ খরা শীজিন্নরবসু মেমচৌবীনা শীজিন্নখিবা অদুদগী থোইদোক্লা মপূং ফানা শীজিন্নবা ঙমদ্রি । অইবীগী খৃৎইগী মত্তাংদা মত অমা ঃ

> ইবেমহলগী শৈরেংশিংদা পোলিটিকেল অমসুং পোগ্রেসিব টোন য়াওই, এস্থেতিক ভেল্যুসু ফজনা য়াওবা থেংনৈ, মহৌশাদগী চৎনরকপা নুপীগী রোমেন্তিক ইমেজ অদু থুগাইনীংবগী ঈষ্টাৎ উৎতুনসু অয়াম্বা ফেমিনিষ্ট পোইটকী কম্বা কলেংনবদু নত্তবা কবি মশাগী ওইজবা নুংগী ঈখৌলাংবা অমা চিংদুনা ইটর্নেল জনী অমদা অইবীগী থবায়না, ৱাখলনা শাংথ লেংথনা চৎনীংবগী ফজরবা ইমেজরী টাইটল পোইমনচিংবদা থেংনৈ ।

(অরুনা, ২০০৩, ১৪)

বরকন্যা (১৯৬৭-) শৈরেংগী লাইরিক অহুম ১।। লোইনাইদ্রবা থরায়গী ঈশৈ (১৯৮৮) ২।। উতোল অমসুং উচেকশিং (১৯৯১) ৩।। শংবানবা অতিয়াগী ঈপাক্তা (১৯৯৫) উপন্যাসনচিংবসু ইবী লিবরেল ফেমিনিষ্ট অমনি । নুপা সমাজগী নমফু লীচৎনা নুপীগী পুন্সিবু মমল লৈহন্দনা তত্তনা খোঙ্গোইনবিবগী দৃশ্য অমা উৎলকই ঃ

দ্রোপদিগীদি অমুক্তনি
সভাদুদা মফি মুনখিবা
করাম চাউবা দুষাষন্না
ঙসিদি তোল্লবীশিংগী মফি
লীশিংলক মুনবিশ্রবনি
ইকায় খঙদবা মায়থাবশিংনা ।

(বরকন্যা, ১৯৯১,৪৬)

অদুঙৈ দ্রৌপদিবু রাজসভাদা মফী মুন্দুনা সভামাঙদা ইকায়বা পীখিবদুদি অমুকখক্তনি । অদুবু অদুগুম্বা সমাজকী কলচরনা সমাজসিদা নুপীশিংবু কয়ারক হন্না মফী মুনবিদুনা, ইকায়বা পীবিবগী থৌদোকশিংগী ন্নারীদি মিথকী মতমদগী হৌজিক্কী সমাজসি ফাওবদা চত্থরি হায়বসিনি । সমাজগী চৎন-লোনচৎকী পাংশোইনাইবা মতৌনা নুপীবু *অথোৎপা থম্মোয় অমগী মপুনি/ হায়শিনবীরগা ময়াই কাহন্দুনা* , চৎনরোল অদুবু য়ানীংনা লৌশিল্লিবা সমাজগী মনুংদা নুপীবু মহৌশাগী ওইবা চৎনরোল অমা ওইনা নুপীগী পুন্সিবু *হল চংলবা হৈগুম* লুখাককোমদা মমল লৈতনা লংথোকপীবনা নুপীগী পুন্সিগী মশকক্তা ওইরি । অদুনা নুপীগী পুন্সিসি অমরোমদা হায়রগা সমাজ অসি মখোয়গী মফমদদি কৈশুমশঙ অমনি ; মখোযগী পুন্সিগী মনীংতম্বা হায়বসিনা চাওখৎচদ্রবা সমাজগী চৎনরোল মনুংদা মমল লৈতনা লীক্লিগী লাইগুম্না থুগায়দুনা মাঙহল্লি । নুপীগী পুন্সিনা মসিদগী নাম্ছোক্লবা লম্বী লৈত্রি, মোংফমগী লৈবাংশিং শাৎকায়হনবা নত্তনা । অদুবু থম্মোয়নুংদদি শীংননীংবগী মৈরী পুংমুৎ মুৎখিবা নত্রি-*থেংকে থৌরাংলনু পোমশাৎনবী-ঈঙৈন্নে ঐগী নাপদা ।*

রামায়ণদা হিংচাবা লঙ্কাগী নিংথৌ রাবণনা চাক্লীবগী ফিজোলদা লাক্লবদা বন্দা লৈবিবী সীতানা লক্ষ্মণগী লৈই (লক্ষ্মন রেখা) চিংনদনা লাম্ছোক্লবদগী জানকী সীতাবু রাবণনা ফাদুনা পুখিবদু নুপীশিংগী অথোৎপা মীনুংশি খঙবা থম্মোয়দা নুপাশিংনা হঞ্জিন হঞ্জিন্না খুদোংচাবা লৌবিবনি । মসিনা নুপীগী থম্মোয়দা লৈরিবা থাজবা নুংশিববু মৈরীদা মৈরানবীনা চাকথেকচদুনা মোংফম ওইবগুম মশাগী নুংশি খঙবা থম্মোয়দা মশামক্কী য়েক্লবা ওইজরি অদুনা লিবরেল ফেমিনিষ্টসিনা হংলি ঃ

হায়য়ু সীতা কয়ারক্ হন্না মৈ ইক্খিনি
নঙ্গী হক্চাংবু
পুক্চেল্ চেৎলবা নবুংঙো রাম্চন্দ্রনা ?

(বড়কন্যা, ১৯৯৫,১৫)

সীতানা নুপা সমাজগী মীওৎ-মীনৈদা খাঙমদ্রদুনা সর্যুগী তম্পাক্তা চোংথদুনা মৈচাক খাঙখিবগুম হৌজিক্কী নুপী খুন্নাইনা মশাগী পিদা থম্মোয়গী অঈংবা থিদুনা হিংবা পুন্সি

মহিংদা কয়া কুইনা হিংখিগদগে হায়রদুনা নুপীগী ভর্জিনিটি পীবা, অথোৎ-অনৌনা মাগী মরমচৎ ওইনা শেম-শাদুনা য়েংননবা লৈগুম,অথেনপোৎকুম উরিবা নুপা খুন্নাইগী মনুং মপান নাইবা শাজত্তা য়ানীংদবা ফোঙদোরকপনি অদুবু অকনবা শীংনবগী রেডিকেল ওইবা খোঞ্জেলদি তাবা ফংদে। পেটর্নেল সোসিএল সিষ্টেম অসিদদি নুপী অমনা য়ূম্বানবগী পুক্নিদা খোঙ থাঙজিনবা হায়বসিমক কৈশুমশঙ অমদা চঙবগা চপ মান্নবা এক্সপরিএন্স অমা অইবীনা পুথোরকই। নুপীবু পেত্রিয়ার্কি মনুংদা নুপী ওইহন্নবা মেকানিকেল প্রোসেসতা পীশক পীক্লিঙৈদগী লাইথিবী লুহোংবী শান্নরকই অদুবু পোইট পর্সোনানা চাউবা শারেপ ফারক্লবা মতমদা লুহোংই; অদুদগীদি ঃ

লাক্‌খি নঙ্গী ননাক্তা
পোলোই পোস্বান্ লৈতেংদুনা
কোক্তা কুরাক্ তোংহন্দুনা, ঝাপা হাপ্তুনা
খৃত্তা তান্ শিদুনা
ইশা পৃম্বা লংসুংনা ফাজীন্দুনা।
ওইহন্‌খি নঙগী লাইথিবী।
থরায় হক্‌চাং অনীমক্
কুন্দো পরেংনা য়েৎশিন্দুনা
ওইহন্‌খি নঙ্গী বন্দীনী।

(ইবিদ,৩২)

মপুরোইবা মঙা লৈনা লৈনা সভাদা দ্রৌপদিবু পাণ্ডবনা ওৎ-নৈখিবা অদুবু নুংশুক্লনা পূক্লীংগী চৈনা ফোঙদোকই ঃ

ফদি ফবানা শাবা
থরায় পান্দবা লাইথিবীগুম
নঙবু তমথীনা ওৎ-নৈখি সভাদুদা
মতীক্ মগুণ লৈরবা ভীষ্ম, দ্রোন,
কৃপাচার্য কর্ণনাচিংবগী মমাঙদা।
শিকারগী শা অমগুম
মিতানা য়েংনখি নঙ্গী হক্‌চাংবু।

(ইবিদ,৩)

ফীভমসিদা মপুরোইবা মঙানা তৃমিন তৃমিন তৃকশিন্দুনা লৈনখিবা, নুংগুম্না মচী লেঙখিদবা মতৌদা ফেমিনিষ্টসিনা হায়রি - *তুক্কচৈ, মখোয়গী ব্রারী তুক্কচৈ*। মতমদুদা নাইতোম তাখি পঞ্চালিনী। মরমদি নুপা খুন্নাইদা মহাক নুপীনি, নাইতোম তাবিনি অদুনা দ্রৌপদিগী পুক্নিগী ফিদম, থাজবা, মঙ, আশা অরেম্বদা হৈদোক্লনা মাঙখি। অদুগা কৌরবশিংনা মশাগী অপঙবা অমদি নাপলদগী মশাগী ঈবু মশামক্তা উটকুম্না থকচবদা অদুক যাম্বা সভাদা কনানসু অথীংবা পীখিদে। মসিবু দ্রৌপদিনা তাংফম খুদিংদা মপুরোইবশিংগীদমক কখোক্লনতা লাকচখিবগী মহৈরা। ব্রাহংসিনা ফেমিনিষ্টসিগী থম্মোয়দা হঞ্জিন হঞ্জিন নৈরকই। অদুদগী

শাথীনা করেম্নবগী খোঙ্থোক থোরকই মশাগী নুপীগী ইজ্জৎ, ইকায়খুম্নবা ঙাকপী শেনবিবা, কনবিবা ঙমদ্রবা পাঙবগী স্নগগী খোঙচৎ অরেম্বনি হায়না।

নুপীগী পুন্সি হায়বসি কা মনুংদা বন্দি ওইনতা লেল্লি। অসিগুম্বা নুপীগী মনীংতম্বা পুন্সিবু হেক হেক ফাজিনবগুম পূক্নীংদা ফাওবদু শৈরেং অমদা উৎলকই ঃ

 কা অমগী ফক্লাংদা
ইমিগা অমত্তা ওইনা
হেক্ হেক্ তিন্সিন্নখি ঐগী হক্চাংসু।

(ইবিদ, ২৪)

অদুনা কা মনুংদা তারিবা মশাগী মমিগা ৱারী শান্নদুনা লেল্লি। মশাগী মমিনা মহাকপু খক থাদোক্তে, মহাক্নসু লংথোক্তুনা চৎপা ঙমদে অসিগুম্বা মতৌ অসিদা অইবীনা সমাজদা হিংলিবা নুপী খুন্নাইগী মশকপু উই। ইমুং অমদি সমাজগী চৎনরোলগী পল্লোম্নুংদগী নাম্থোকপা ঙমদ্রবা পুন্সিনা ফীজি পায়দুনা চিংলরি-নুপী হায়বসিবু মমিগীসু মমিরা ? পাউখুমদি লাক্তে কদায়দসু। অদুবু পূক্নীংদি য়েন্নীংথাগী অয়ূক্তা কুরাকশিংগুম কোয়পাই পাইনীংই, নুংশিৎকী খোঙচত্তা লম্মাং অমদি লৈকোলদা চেন-চোংনা শান্ননীংই ঃ

মূনা মূনা য়েংলক্ই ঐহাক্পু
অশংবা লম্মাংনা
তারম্দাই নুমিৎকী মশেক্না
অঙাং ওইরিঙৈগী পুন্সিনা
খূৎ হত্তুনা কৌরক্ই।

(ইবিদ.৩২-৩৩)

অসিগুম্বা লাইধিবীগুম্না লেনবা পুন্সি মহীংবু য়ানীংলক্তে। অদুনা নুপী খুন্নাইনা মীকপ থোক্তুনা মশাগী অধিকাব ফংনা হিংজবা পুন্সি অমবু মীতারকই অদুবু রেডিকেল ওইবা খোঞ্জেলমক্তি য়ৌশিনবা ঙমদে ঃ

শৈরেংদা নুপী মশা মরন্নাইগী ওইবা খোঞ্জেল অমা নুপীগী মশক্তা য়েংলুরগা কৌরকপদু তাবা ফংই। ৱাকৎ নত্তে: থৌনা ফনা লাউবা নত্তে। থম্মোয় শোক্না তেংথাবনি। অশাওবা নীংবা কায়বগী য়াৱানি।

(ইবোপিশক,১৯৯৩,১৪)

অদুবু অইবীগী অকোনবগী শৈরেং লাইরিক শংবানবা অতিয়াগী ঈপাক্তা ফোঙলকপদগীদি অইবীগী খোঞ্জেলদা খরগা হেন্না ময়েক শেংনা পেট্রিয়ার্কিগী ইডিওলোজিগী মায়োক্তা লেপ্তুনা শীংনবগী খোঞ্জেল তাবা ফংলক্তে। নুপীবু ভর্জিনিটিদা মমল পীবা অথোৎ অনৌনা মাগী মরমচৎ ওইনা শেম-শাদুনা থম্বদু য়ানীংদবগী খোঞ্জেলনি। ফেমিনিষ্ট অসিনা মোইরাং কংলৈরোলগী লাংওল মাপলগী অরোইবা লাংওল খম্বা থোইবীগী পর্সেনেল লেজেণ্ডগী ৱারী লৌরদুনা পেটর্নেল সমাজগী বন্দিদগী নাম্থোক্তুনা মশাগী মনীংতম্বা পুন্সি অমা তাঞ্জনবা নুপী খুন্নাইদা ঈঙ্গিৎ পীরকই। মীতৈ চনু থোইবীনা মশাবী খম্ববু শামু খোঙয়েৎঙৈদা য়াইবী

থরায় কম্লনবা নুপী মতীক থোক্লা খুৎশু থাঙলেন পায়দুনা মপাবুং চিংখুবা অমদি নোংবানবু শীংনখিবা অদুমক তৌদ্রবদি মশাগী মনীংতম্বা পুন্সি খোঙফমদু মুৎপ্রগনি ফোঙদোরকই ঃ

হৈরাং মখোক লেম্ন থাঙ
খূত্তুম চেৎনা পায়শিল্লু
ফনেক ফীবান চিংখৎলু
শমজী ব্রাংনা পুনখৎলু ।
নুংশিংকী মমাঙ থানা
য়াংগোই খূরূপ থাখরো
নত্তুবদি থাদোই
অমম্বা কানুং অসিদা
নঙগী খোঞ্জেল মূৎপ্রগনি ।

(বরকন্যা,১৯৯১,৬০-৬১)

*হৌজিক্তি চিংলগে লয়ীসিমা । মৃত্তী অনীগী মরক্তা । লম হেঞ্জিন্নবা য়াহন্দনা ।* নুপা নুপী অনীগী মরক্তা আর্মস লেংথ (arms length) রিলেসন অমদা লৈনগদবনি হায়বসি *তুরি অমগী শাথেক* হায়বা শৈরেংসিদা ফোঙথোকই । Shefali Moitra গী লোন্দাদা *interpersonal relations are perceived as arms length relations.* মসি ঙমদ্রবদি নুপী অমগী পুন্সি হায়বসিনা মপূং ফাবা দিস্ক্রিমিনেসনদগী নাম্থোকপা ওইগোক্তে হায়বসিনি । নুপীগী পুন্সিনা *পোৎলূম পুবা শাগুম্না* চহী লীশিং কয়াসি হিংলকই হায়বা ফেমিনিষ্ট অমগী মীৎযেংদগী ফোঙদোরকই । শাংলবা লম্বী অসি নুপীশিংনা পেম্থোক্তুনা চৈনা কয়া খাঙদুনা পোৎলূম পুদুনা লৈনাং তারবা লম্বীদা পোখাবা হায়বা ফংদনা চৈজা নম্বোনদুনা হিংলকপা পুন্সিনা খলহল্লকই *- ঐখোয়সে হিংনা হিংনা শিববনি ।* অদুগা নুপীগী মপাম্থোংগী শক্তমদা মমল লেপ্পা, অদুগুম্বা ভেল্যু সিষ্টেম অদুগী মনুংদা নুপীশিংনা ঙাওবিঙেদা মখোয়গী নুংগী ওইবা আইদে-ন্টিটি মাঙখিবনি হায়রকই ঃ

মপাম্থোংগী ফজবা চেরৈগী নীংথিবদা লূপ্লিঙে
গম্লাগী মখোঙ শোন্লিঙে
নত্রা নহাক্রা লৈহী কমখিবা ?

(ইবিদ,১২)

পূম্নমক অসে সমাজগী খূৎশেম্লি, মহৌশাগী নিয়ম্না ওইহনবা নত্তে হায়বসিনি । নুপীগী পুন্সিবু থরায় পান্দবা *চেগী লৈ* গুম্না হিংবা পুন্সিদা য়ানীংদবা উত্তুনা মশাগী ইনর ফিল্লিংস, সেন্টিমেন্ট, লাইভলি নেচর লৈবা মী অমা ওইনা হিংনীংবা পুন্সিদা *নোঙ্গৌবী*গী মরাইবক অদু উৎলি ঃ

পুম্রী খোংবাল ... লৈরি
লাইজনা নীক নীক চোন্না
অদুবু লৈজদে উপাইদি মদুবু থক্লুনবা
তমথীবা চৈরাক ফংলবী মহাক্কী ।

লৈনা য়েংখৎলি নোংদোলথক্তা
তোয়না তোয়না।

(ইবিদ, ১৩)

শৈরেংসিদা ফেমিনিষ্ট পোইট অসিনা মিথিকেল মেথদ অমা শীজিন্নদুনা নুপী খুন্নাইনা সমাজদা পৃক্লীং ঈংনা, পেঞ্জনা, লৈতানা হিংবা পুন্সি অমদা লেঞ্জবা ফংদনা খৌগংননা লেনবগী মূর্তি অমা শাগৎলক্কুনা মীতৈ নুপী অমগী পৃক্লীংগী সেন্টিমেন্ট অদুবু নীংথীজনা অপাবশিংগী মফমদা কম্যুনিকেট তৌনবা লাক্লরকই। বৃটিশকী ইম্পরিএল পেত্রিয়ার্কি মনুংদা থোকখিবা খুৎশেমগী চাক তাঙবগী মায়োক্তা হৌরকখিবা অনীশুবা নুপীলাল, খৃ: ১৯৩৯ গী ডিসেম্বর ১২দা য়োন কোলোনাইজেসনগী মায়োক্তা হৌখিবা নুপীশিংগী মতীক মথৌনাবু শীংথারকই।

কুঞ্জরানী লোংজম চনু (১৯৬১-) মশাগী শৈরেং লাইরিক অনী ১।। নোংমাইজিংগী চিঙদোম্দা (১৯৯১) ২।। শমজিরৈ অমগীদমক (১৯৯৭) ফোঙখ্রবী লিবরেল ওইবা ফেমিনিষ্ট অমনি। পোইট পর্সোনানা অঙাং ওইরিঙৈদা অতোপ্পনা লক্লবগী কপ্লিঙৈদা মমানা লাইথিবী পীদুনা থেম্বী অদুবু মশানা চাউবা মপুং ফারকপা, ঝাখল খনবা ঙম্লক্লবা মতমদদি মশাবু লাইথিবী অমগুম্না খঞ্জরক্কুনা অদুগুম্বা পুন্সিদা পেম্থোক্কুনা হিংলিবা নুপী খুন্নাইদা পেন্দবা ফোঙদোরক্লে ঃ

ঐগী হঙ্গী লাই
শাগৎলু জগোই শাগৎলু
থেকউ জগৎপু
শুমহৎপা শাথেক্তা
মরোল অহুমগী
মী লাই হিংচাবশিংনা
মীৎ পেন্নবা...

(কুঞ্জরানী, ১৯৯১, ৫২)

সমাজদা নুপীগী পুন্সিবু মমল খঙদনা শান্নপোৎ ওইনা উবিবগী চৈনা মহাক্কী শৈরেং কয়ামুক্তা থেংনৈ। নুপীবু থব্রায় পান্দবা ওইনা সমাজনা য়েংবিবা, শীজিন্নবিবা কয়াগী খূরক হাঙদ্রবা দাকফম মরক্তসু, মশাগী ডিষ্টোর্টেদ ইমেজ মরক্তা ফেমিনিষ্ট অসিনা ঐ হিংলি লাউরি ঃ

পাইরক্কনু নঙগী নখৃত্তুনা
খামগনু ঐবু খামগনু
কিগনি খনব্রা

করিগী নঙনা
হন্না হন্না হোৎনরিবা
অশিবা ওইহনগে ঐবুসু

খঙঙু ঙসি ফাওবদি
ঐ হীঙলী
ঐ হীঙলী ।

(ইবিদ, ৪৭)

অমেঙবা তৌইগুম্বসুং অয়াকপা খোঞ্জেলসি সঞ্জেম্বম ভানুমাতী (১৯৪৮-) গী শৈরেং লাইরিকশিং ১।। খোঞ্জেল'শীবু নঙগীরা (১৯৮২); ২।। কল্লবা ঈরৈ'মদা অসুম অসুম (১৯৯১) ৩।। অরোইবা ব্রাহং (২০০১) নচিংবা লাইরিক্তা য়াওবা শৈরেংশিংদসু থেংনৈ । ফেমিনিষ্টসিনা সমাজদা নুপীগী সেলফ ইমেজ থিরকপদা *লৈ ওইনা শাংলু হেক শাং/হৈ ওইনা পাল্লু হেক পাল* মশাগী অরেপ্পা মশক মচু লৈজদবগী মওংদা নুপীগী পুন্সিনা হিংবা য়ানীংলক্রে । মতমসিদা অইবীনা য়োন ইম্পিরিলিজমগী মায়োক্তা মীতে নুপীশিংনা শীংনদুনা লেপখিবা ইতিহাসগী তাঙ্কক অমগী নুপীগী মতীক মথৌনা নীংশিংদুনা যুগকী নুপীশিংগী মতীং অমা শেমগৎচরকই । নুপীগী পুন্সিদি ইমোসনেল সেক্যুরিটি লৈজদবা তাইবঙ ফাওরকপদগী মশাগী ময়ূম ওইনা চাউজরক্রবা পলেম পষ্টোগী য়ূমদগী লুহোংবা হায়বা সোসিত্রল ইন্সটিট্যুসন দা কখোকচরবা মতুংদা মপুরোইবনা শিখ্রগা মচাশিংগী মরক্তা মপুরোইবগী ময়ূমসু মচাশিংগী মখৃত্তা লৈখিবা মপাম অমদি মপুরোইবগী ময়ূম অনীমক্তা মশাগী লৈতাফম ইফং ফংজবা ঙমদবা ইনসিক্যুর ওইবগী চৈনাখোল ঈরোয়নবা য়ান্না থোক্লকই ঃ

কদায়দনো নীঙোল লৈফমবো ?
কদায়দনো অরেপ্পা য়ুম্ফমবো
খঙদ' খঙদ' চৎলদ্রা ?

(ভানুমতী,২০০১,৭৩)

সমাজগী চাওখৎ খোঙথাংদা নুপীনা শরুক য়াজনবগী লম্বী ফাওবা হাংদোকপীদবা ফেমিনিষ্ট অসিগী মীৎয়েংদা চোংথোরকই । কুইরবা মতমদগী নুপীশিংবু মহৈ মশিং তমজনবগী তাঞ্জা ফাওবা সমাজদা পীবিরমদবা মদুনা সমাজদা জ্ঞান অমদি বিজ্ঞানগী মায়কৈ পূম্নমক্তা মখোয়গী মমল ফংজবা ঙমদনা নুপী হায়বসি অতোনবা ক্লাস অমদা লৈরকপগী পেন্দবসু *নুপী* শৈরেংদা থেংনৈ ঃ

আঃ ... মতম অদো ...
তম্বদি লায়রদুনা শোকপা ফাউবা য়াদে
বিজ্ঞানগী লম্বীদা লৈতে নুপীগী মফম
থম্বীরম্বা কয়াদা খুরবা মফম অমদা

(ইবিদ,৬৩)

মখোয়গী পুন্সিবু পায়শিল্লিবা অদু পায়শিনগনু , হায়রদুনা শীংনরকই *ঐঙোন্দা লৈ নঙোন্দা লৈজরিবদু* চাউথোক্লা মায়োক্লনা লেপ্পকপনি । য়োন দোমিনেটেদ সোসাইটিগী চৎনরোলবু নুপী মতীক থোক্লা শীংনরকপনি । নুপীসু মহৌশা লাইরেম্বীগী খৃৎশেম্মি; মখোয়বু শেল্লকপদা মহৌশা লাইরেম্বীনা নুপাদগী করিসু তাহনবিরক্তে । অদুনা নুপা সমাজগী অরানবা শক্তিগী লীচৎনা নুপীবু ফনা তুহৎ-নৈহৎলবসু মশাগী ষ্টেটস ফংনা নীংতম্না পুন্সি লম্বী চৎখিগনি হায়বগী

অচেৎপা ফীরেপ লৌরকই । অইবীগী কবিতা শেমগৎ-শাগৎপগী মওংদদি মপূং ইফা ফাবা ঙমদবা মতাং তোয়না থেংনৈ ।

নুপীগী এক্সপরিএন্সতগী পোক্লকপা লোন (semantic) শীজিন্নদুনা ইম্ফাল সহরবু থারকপদা *অহিংদা নংগী/শমুলনা হীকথরকপা* হায়না মীৎচানহনবা ঙম্বা মূর্ত্তি (pictureque) দা উৎলি । নুপীনা পেত্রিয়ার্কিগী চৎনরোল ইন্দুনা থোং নৌবদা পেঞ্জববু *শারেনু জগোয়/লাইথিবী ওইদুনা* হায়রদুনা মসিনা সমাজদা মশাগী পুন্সিবু আত্মাঘাত তৌজবা, মশাগী সেল্ফপু হাত্তোকচবা মওং অমনি ফোঙদোকরকই ঃ

অভিসার লাকপা<br>
নবুংঙোদা উৎনবা<br>
হকচাংগী শাথেকশিং<br>
শ্রী মতী ময়ামগী<br>
অঙাঙবা হিদেন্দা<br>
কুমথম্ব্রবনি মঙকশম য়ৌনা<br>
আত্মাঘাট তৌননবা ।

(ইবিদ,৫৫)

লীরবা মতমদগী হৌনা ইতিহাসনা নুপী হায়বসি মশাগী নুংগী মশক-মওং লৈতবা ওইনা করিগুম্বদনা শমজিবৈ ওইনা নাপদা তাংজবা; করিগুম্বনা অতোপ্পগী খোঙয়াখাদা লৈরগা অখাঙকনবী ওইনা শীংথাবিবা; নুপীগী পুন্সিবু মখোঙ মখূৎ পুনশিন্দুনা ফক্লাং মরিনা কোয়শিনবা ইমুংদা নমশিন্দুনা থম্বীরকপা কয়াবু য়ানীংদবা ফোঙদোক্লদুনা অদুগুম্বা সমাজগী চৎনরোলবু শীংনবদা *নুংশি খঙদবনা খুদুম চল্লবসু উপালগুম, নীংবা কায়বনা লম্মাংনরবসু নুংঙ্গাওগুম* ফোঙদোরকই ।

ঐচ বেনুবালা দেবীসু (১৯৫১-) শৈরেংগী লাইবিক সহরগী ডাইরী (২০০২) ফোঙলকপদগী ফেমিনিষ্ট অমা ওইবগী মীৎয়েং উবা ফংলক্লে। সমাজগী লূজদ্রবা পৎ-পুল্লবা চৎনরোলদা মশাগী ফজবা নীংথীজবগা শাগোন্ননা পোকপী নুপীগী মপোকপু মায়কৈ খুদিংদগী কোয়থৎ থত্তুনা তানশিনবিরগা শিকাবগী যারৌ শাগুম নমদুনা ওক্ত লমচৎনহনবিথিবী নুপীগী মপোকপু উৎলকই ঃ

পূম্নমকসে নত্তে<br>
মখোয়না ঐবু নমদুনা ওইহনখিবনি<br>
লমচৎ নাইদবী ওক্তবী<br>
মীনা তুম্মু তুম্বা<br>
মীনা চৎলু চৎপা<br>
লাইথিবীগুম্না<br>
লেপকদ্রা অসুমক ।

(বেনুবালা,২০০০,৩৭)

অবোইবগী পবেং অনীসিদদি মশাগী ফীবেপকীদমক ব্রাখল খম্ভুজবা হৌবক্লে। সমাজদা নুপীনা ভিক্তিম ওইবিবা, ইনস্তিব ওইবিবসি হোংদবা পেত্রিয়ার্কিগী লীশাং শীংপা ছাচা (matrix) দা হিংলকপগী মহৈনি। মসিদগী নাম্ভোক্লবগী লম্বীদি নুপীনা মশাগী মতীং অমদি অচুম-অবান লেপচবা ওন্নগী ব্রাখলনা লমজিংদুনা মখোয়বু অপাম পামদ ফাওবা ফোঙদোকচবা ঙমদবা পম্লেটকুম্না শান্নবিবা মাষ্টব অদুগী পূক্লীংগী মখাপোন্না হিংবদগী তঙাইফদনা নাম্ভোকপা তাই হাযবসিনি। *ঐগীসু লৈ* হাযবা শৈবেং অমদনা নুপীনা মশাগী অপাম পামদগী মতুংইন্না পুন্সিবু কন্দক্ট তৌবদা অথীংবা পীদুনা মখোযগী পুন্সিবু নুপা খুন্নাইনা চিংথোক চিংশিন শান্নবকপবু তাকনবা বিযেক্ট তৌবকই - *কবিগীনো ঐগী ইখুৎ পাযদনা চিংজিবামখা তাবকই* ঃ

ইকায়
খংদবগী মতৌদু উৎকনু
লমচৎ নাইদবগী মওংদু তাক্কনু।
(ইবিদ)

মসি ম্যেন ওথোবিটিসিপকী মাযোক্তা শীংনবকপনি। নুপীগী পুন্সিদা পোকপদগী য়াওবক্লবা মনীংতম্না হিংজনবগী হক অদু মখোযগী খুবাম্লুংদা নম হাদুনা পাযশিনববু যানীংদবা ফোঙদোকই।

মশাগী শৈবেংগী লাইবিক অনী ১।। মালংবা ঐসে (১৯৯৭) অর্মদি ২।। কৌবিরা' অচীকপদা (২০০০) হাযবা সোবিতা বাচস্পতি (১৯৭২ ) গী শৈবেংশিংদ' লিববেল ফেমিনিষ্ট ওইবগী মীৎযেং মতাং মতাংদা ইবোযদা লোযনবি। নুপী হাযবসি পোকপদগী হৌনা সমাজদা পোৎলূম ওইনা যেংবিবগী মতৌ উৎলকই *মীপাইজবে অমুক/মবমদি/চু দক্কী ইচাসে নুপীনি*। অদুগা *অবোনবা লাল* শৈবেংদা সমাজগী অন্ধবিশ্বাসগী কুযোম্নুংদগী নাম্ভোকচবা ঙমদবা মতৌদু লুহোংবগী কন্যা থিল্লকপদগী হৌনা *চুবিদৈ কাখৎলমদাই* দগী মনেম অর্মদি মমৌগী লান অমা থম্মোনুংদা খোঙবিদা নেৎনবা হোৎনবদগী শোক্লবা হৌবকপগী সেচ্যুএসন্দু পোইটিক ভিজন অমদা মীৎচান্নহল্লি, মসিগী দাযত্বদি পেত্রিযার্কিনি। নুপীবু সেক্সিস ওইনা যেংবিবগী মীৎযেংদগী থোবকপা মহৈনা নুপীশিংবু চোবফোন মচুনা লাগ্নীগী লিম্ব ওইনা উত্তুনা ইজ্জৎ মাঙহনবিবগী দৃশ্য অমা উৎলি ঃ

ঐনা থাপ্না উখি,
কনা লৈজদ্রবী নুপীমচা অমখক
শুৎ-শুৎ কপ্লী তাবীনবা যা'ওদনা
শুদ্রেক-নদ্রেক তাববা
নাপ্পী চবুন মবক্তা
মসিমসু উখি ঐনা
ডাকফম্না থল্লবা হকচাংদু
ফি অমত্তা থোংদ্রে।
(সোবিতা, ২০০২,৪৬)

মণিপুর ইতিহাসকী লুরবা তানফমদা মীতৈ নুপীশিংনা চোংথোকখিবা নুপীলালগী মীতৈ নুপীগী মতীক মথৌনা শীংথারবসু মখোয়গী মরাইবকপু ঃ

নুপীশিংগী মরাইবক অমা
অদুদি
মচাসু পোকপা, মচাসু য়োকপা
পৈশাসু তানবা, লৈবাকসু ঙাকপা !

(ইবিদ,৫৩)

মসি হিংনবা লানফমদা নুপানা শকখঙবিদ্রবা, মীথাবিদ্রবা নুপীগী হ্নারবা পুন্সি অমগী রিএক্সন পীবনি । নুপীগী হিংলিবা পুন্সিগী তরু তরুবা মশক অমনি । নুপীবু সমাজনা মশক-মওং লৈজদবা মওংদা পীনীংবা হ্নাহঙ্খোক পীরকপদা অইবীনা হায়রি ঃ

ঐদি ঐনি ঐ ।
হন্নীংবা অর্থদা হল্লগা ঐবু
ওইবা য়াগদরা মদুবু হেক্ত ?
ঐদি ঐনি ঐ ।
ওইখিনি ঐ, অমুকসু ঐ ॥

(সুবীতা,১৯৯৭,১০)

সমাজনা লেপ্লীবা মমল থাদোক্তুনা মশাগী পুক্নীংগী মমলদা মশামক হিংজবা পান্নকপা অদু ফোঙদোকপনি । সমাজনা নুপীবুদি লাইরেম্বীগী থাক্তা করিগুম্বদনা মখোয়গী পেত্রিয়ার্কিগী ওইথোক্তুবা ফিদমগী সিম্বলদুদগী খজিক্তং নাম্থখিবদা নোরোক্কী তীল ওইনা লৌবিবা ঙাক্তনি । সমাজ অমনা চাওখৎপা সমাজ ওইবদা নুপা নুপী লেংমান্ননা হোৎনমিনরবতদা ওইথোকই অদুবু নুপীগী ফীভম থীনা শোক্লবা ফীভমসিদা *খোল্লাউ অমখক/ নুপীশিংগী ওইবা/ লাউহৌবা চুমলে* খল্লক্লে ঃ

কাম্বুবদা নুপাশিংনা
চীংদোল য়ৌনা
লৈহোরগদি লোকখাদা
নুপী ওইবিশিং ।

(ইবিদ,৩৩)

সমাজ অমা চাওখৎপা ওইথোক্তে ; নুপীগী অওনবা পুরক্তিবমখৈ সমাজদা অওনবা পুরকপা ঙম্লোই হায়বা ফোঙদোকই । নুপা নুপী অথোই-অহেন লৈতবা থোং মান্নবা সমাজ অমা লৈরবতদা ঐখোয় চাওখৎপা হায়বদু ওইবা ঙমগনি, অইবীগী অচেৎপা মীৎয়েংনি ।

য়াইখোম সোবিতানা সমাজগী চৎনরোলবু লুথনা য়েংলুবদা উই - নুপী মশানা মশাবু মীনাই ওইরে হায়বা ফাওবা খঙজদবমখৈ লেপ্লিবসি *নুংশিবা* অমদি *কখোকপা* হায়বসিনা মখোয়বু মমীৎ তাঙহনবনি । পেত্রিয়ার্কি মনুংদা নুপা অমনা নুপী অমদা *নুংশি লুহোংলসি* হৌবগী মনুংগী অর্থদি *মীনাই ওইয়ু* থেম্বগুম্বনি । অদুনা অসিগুম্বা সমাজগী চৎনরোল অমদি মীৎয়েং হোংদ্রিবমখৈদি নুপী অমগী মফমদা নুংশিনবা অমদি লুহোংবগী অর্থসি মীনাই ওইবা

হায়বনি। অদুনা হায়বি ঃ

য়েংনিংখিদে
নঙগী হূববা মীংযেংদুদা
ঐ -
নীকখি থৱায হকচাং
চেং খৈবগুম
অদুবু
অদুবু য়েংনিংখিদে অমুক হন্না
মবমদি
নঙগী মীনম্বা লাং অথুম্বা মীনোক্তা
ওইনিংদে ঐ
লাইফদিবী ।

(সোবিতা,১৯৯৪, ২৮)

অইবীসি শৈবেংগী লাইবিক মীনাই যোক্লিং(১৯৯৪) ফোঙত্রবীনি ।

অসিগুম্বা নুপীগী অধিকাব তানবগী ঈশৌসিদা ৱাহেংবম কোলামেমা (১৯৪৭-)গী মীৎয়েংসু যেংবা যাই। মহাক্না সমাজসিগী অবানবা চৎনবী কয়ানা নুপীবু নমদুনা এক্সপ্লোইট তৌবিদুনা ওক্ত লমচৎনহনবী ওইহনখিবগী থম্মোয শোকপা মতাং কয়া পুথোবকপা থেংনৈ। *শাবী লাউ লাউ চৎসি লাউ / মাঙদা থাক লাউ* হাযবা খুন্নুং ঈশৈগী পবেংশিং ইপিথেত ওইনা লৌশিল্লগা ইবুধৌগী লাইবুংদা নুপী খুন্নাইবু নুপাশিংনা ঙাকপী শেনবী শক শোল্লবসু সমাজদা থোইদোক্না থোৎ-নৌজবী, ঈং তপচবী, ইকাযথীজবী থম্বালবু নুপা সমাজনা নমদুনা ঃ

দুনিয়া পৃম্বগী অমোৎপনা
থ্রক থ্রক ফমজিল্লবা
নর্মথিবা মচু মবক্তা
ঐনা শাৎলি।

(কোলামেমা,১৯৯৩,৭)

হাযবগা খুন্নুং ঈশৈগী পবেং অনীখক ফেনজিল্লক্লনা *মমাঙ লৈকাই থম্বাল শাৎলে/খোইমুনা ইল্লে খোইবাবা* হাযদুনা থাগী লৈশাং তন্নবী থম্বালবু ওক্তবা নুপা খুন্নাইনা নমদুনা ওক্তবী ওইহল্লগা মমল পীদুনা নুপী ওইবীগী হকচাং কয়াৎপু লৈবগী মূর্তি অমা শাগৎলকই। অইবীনা খুন্নুং ঈশৈগী পবেং খবা লৌশিল্লকপা অসিনা কবিগী ক্রেটিভ দিলির্ভাবদা অচৌবা সপ্লোর্ট পীহন্দুনা এক্সপ্রেসনগী ডাইমেনসনদা হেঙ্গৎহনবদা মতাং চানা ফোক শোংবু ইল্যুজন ওইনা শীজিন্নদুনা মতমগী এক্সপান্সন পীবা ঙম্মী। থম্বালগী অথীবা মবাইবক অসি সমাজনা পুবকপনিঃ

পুন্সি মহিং অমদি অর্থ
খোঞ্জেল অর্মাদ থোক্লি আ লকানুংদা
খাঙলি খা ক্রক ক্রক চীক্লা
খূৎতুম অসি চেজেৎ পাযদুনা

অদুদগী থম্মোয়সিদা ফাওরকই

শীংনবা অমা,

মখোয়শিংদুগা শীংনবা অমা

সমাজসিগা শীংনবা অমা

(ইবিদ,৮)

মীওইবগী খাঙবা ওন্নগী পখেংদু ৱাংমা লাল্লকবা মতমদা শীংনবগী তাক্কক অমা পোইন্ট পর্সোনাদা লাক্লে। শীংনবা অসি অপূনবা নুপা খুন্নাইগী নুপীবু মমল হন্থহল্লিবা চংনরোল পূম্নগী মায়োক্তনি।

অঙোম সরিতা দেবী (১৯৮২-) গী শৈরেংগী লাইরিক অঙাঙবা গুলাপ (২০০৩) তসু নুপী ওইবীগী মশকপু *পাঙ্গল শোনবী, ইকায়থীবী, লৈনাদগীসু হেন্না খোংলবী থম্মোয়*নি হায়জিনবিরগা খুদোংচাবা লৌবিবা করিগুম্বদনা *ভৈরবী* ওইনা য়েংবা ওইহন্নীংবা মশক্তা নুপীবু মশক তাকপা, মমল লেপ্পদা য়ানীংদবা ফোঙদোরক্লে ঃ

নত্তে ঐখোয়

ফক্লাং মরিনা কোয়শিনবা

মন্নবা কাখূনুংদা

ইশাগী নীংতম্বা পূম্নমক

নমশিন্দুনা লৈগদবা।

(সরিতা, ২০০৩,৫৭)

অদুনা মনীংতম্বা পুন্সিগী অখন্নবা মেনিফোষ্টো অমা থোক্লকই ঃ

কৈশুমশঙগী বন্দিগুম ফাজীনবীরবসু

ঐগী থম্মোয়দি মনীং তমগনি

ঐগী ৱায়েনলশঙনি মহৌশা পূম্নগী

(ইবিদ, ৫৮)

অইবীগী মীৎয়েংদা নুপী হায়বসি হম্বুবা নত্তে, থোইদোক্লদুম লেমজনফমনি সমাজগী চংনরোলনা হম্বুবা ওইহনবতনি। মতাংসিদা Hamidaগী মীৎয়েং অমত্তং লৌশিন্দুনা য়েংবা য়াই *Feminity was a virture, a strenght and not a weakness.* মমা ওইবী নুপীগী মগুণবু লোইন্নাইদবা থৱায়বু পীঙম্বা, থৌজাল অমদি মীনুংশিগী তৃংনফম ওইনা য়েক্লকই ঃ

ঐগী ইমীৎ পাল্লি

মতমচুপ্পদা উদুনতা লৈ

ঐগী ৱাখলগী মশা মরেংদা

তোংদুনা লৈ ঋতু খুদিং

লৈহীগুম খোইরাদা লেংদনা।

(ইবিদ)

অদুবু থম্মোয়দা নুপীনা অথীংবা লৈতনা মনীংতমজবা সমাজ অমগী হাংদোক্লবা অতিয়া অমগী লম্বীদা নোংইন ওইনা ঙাইজরিবা লিবরেল ফেমিনিষ্ট অসিগী ফজরবা ইমেজরি (বিম্ব) গী খুৎশেম ফজবা শৈরেংনি।

সত্যবতি নিংঙোম্বমগী ফোঙলবা শৈরেংগী লাইরিক অনীদি ১।। সনাঅপাইবী (১৯৯৬) অমদি ২।। ইতিহাসকী ঈশৈ শকপী অশংবী চীং (১৯৯৯) হায়বসিনি। পেটর্নেলিটিদা য়ুম্ফম ওইবা ঐখোয়গী সমাজ অসিদা নুপী অমনা ময়ুম পানবা, লুহোংবা হায়বসি মশাগী মনীংতম্বা পুন্সিবু য়োম্থোকচবগী কম্মনি হায়না ফেমিনিষ্ট অসিগী মীৎয়েংদা ফাওরকই ঃ

ফজখ্রেদা ইস!
হংনা শাবা ওইরিদ্রা ?
অস !
লাইথি নৎত্রনে মসিবু
মচিল পাল্লবসু লোম্থোক্তবা
মকেকাসু শেম্বীরেনেসে

( সত্যবতি, ১৯৯৬,২১)

শেম্বী-শাবিরিবা, তৌরিবা ওইরিবা পূম্নমক অশেংবা পুন্সিগী মমি তাদ্রবা, খৃৎশেম নমথাক ঙাক্তা ওইনা ফাওরকপনি। নুপী হায়বসি মেরিএজ হায়বা ইন্সটিট্যুসননা নমদুনা দোমিনেট তৌখিবা অসিনা নুপী হায়বসি নুপাশিংগী অপেনবা থিবদা রেসপোন্দেন্ট অমত্তমক ওইরকপদু *লাইথি শাবীসিবু থিল্লীবসে খঙজদ্রেদা নরক্নী লৈবাক্তরো* হায়না হায়রকই। অইবীনা *নুপী* হায়বা শৈরেং অমদমুক পোকপদগী হৌনা সমাজদা থৌশাবিদ্রবা মপোক ওইদুনসু থৌনা ফনা হায়রি - অচুম্বা অশেংবা ফজবা হায়বা পূম্নমক্তুগী সঙ্গমনি। মীতৈ নুপীদি অবলা নত্তে, থোইদোক্লদুম থৌ পাংবা ঙম্বী মশাগী মনীংতম্বা পুন্সিগীদমক নুপা মমাঙ থানা চোংথোকপা ঙম্বীনি ঃ

নুপী নঙগী থৱায়দা
চাওরবা থম্মোয় অমখক লৈরি
মদু নত্রা নঙগী নরল ?
ওৎখায়দুনা নত্রগা থুগাইদুনা
নঙগী অঙাংবা পাত্রগী
নরল কোগোক চিংথোকপিস্ত্রবসু
মচী লেঙদনা লেপ্লবী
মদু নত্রা নঙগী পাওখুম।

(সত্যবতি, ১৯৯৯,৪৬)

বৃটিশকী এম্পরিয়েল রুলগী মায়োক্তা নুপী মতীং থোক্লা লেপ্লা ঙমখিবী মীতৈ নুপীগী মাঙবা নাইররোইদবা মতীক-মগুণগী ৱারীবু অইবীনা ফজরবা লোলগী শাজিনবা হৈবগা লোয়ননা পুথোরকই। মসি এম্পরিয়েল ফেমিনিজমগী শক্লোন অমনি হায়না মশক তাকপা য়াই।

ডা কোইজম শান্তিবালা দেবীসু অমুবা মীৎখুমফি (২০০৪) ফোঙলকপদগী মণিপুরী শৈরেংগী ঈচেলদা ফেমিনিষ্ট অমগী মীৎয়েং উবা ফংলক্লে। মিথকী ৱারীদগী হৌনা অৱাবা খাঙবতনা মবাইবক ওইরক্লবা নুপী খুন্নাইগীদমক ৱাকৎ অমা পুখৎলক্লি - কুন্তী, সীতা,

হেলেন, শকুন্তলা, রাধা, থোইবী, অয়েন্মা মখোয়গী ফিদম্নু পাময়জনা শেমগৎলিবা, সাহিত্যগী মচাক ওইবা , মদুদা শুপ্নাত্তুনা নৌরিবা নুপী খুন্নাইদা কায়দ্রবা, চম্নফম লৈত্রবা ফিদমগী ফম্নাক অদু থুগায়দুনা মনীংতম্না পুন্সি অমগী থোঙজিন মথং মথং হাংদোকপা হৌরকইঃ

ওইরো নঙ

শক্রোন কয়াগী নুপী ।

ওইয়ু কুরঙ্গনয়নী

লীপ্নোইঙ্নী ।

(শান্তিবালা,২০০৪,৩১)

অইবীনা মৈত্তে নুপীবু নুপা কাঙলুপ্তগী হন্থবা, অতোনবা ওইনা উদে । থোইদোক্রদুম পুন্সি খোঙচত্তা ইতিহাসকী তাংকক কয়াদা নুপা ওইবশিংনা পুন্সি লম্নী লম্মাংনরক্রবদা লমজিং পীবা ওম্না বৃটিশকী মথক্তা নুপী মতীক থোক্না লেপ্তুনা মায়োক্রবা ওম্না ওইনা উই ঃ

ঐ খঙই

নঙ নুপীনি হায়বা,

শাগোন্নদুনা চৎলিবা নূপীলানগী ইতিহাসপু

তেমশিংনখিবনি

বৃটিশকী লোইলম লৈঙাকপু

থেংখাঙ কয়ারক ।

(ইবিদ ,৪১)

সমাজসিদা নুপী হায়বসি ফিদমগী মুর্ত্তি, প্রেমগী মুর্ত্তি ওইনা হিংবদা য়ানীংলক্তদুনা হায়রি ঃ

অকিবা ফাওই রাধে

নূপী খুদিংমক

ফিদমগী রাধিকা ওইস্লবদি ;

মীওইবগী শাফোঙলক্লিবা থৌদাং

পূক্লিং থম্মোয়গী লৈরাং

কেনগ্লগনি নোংঙানবদা

শীঙ্গারেগুম নূপীশিংদগী।

(ইবিদ,৪৮)

লৈমা লীশিং ১৭কী মবুংঙো শ্রী কৃষ্ণগা নুংশিনবগীদমক আইওনগী লোইনবী রাধাবু সমাজনা লমহেনবী ওইনা উখিবদু, নুপানা তৌবদনা লান্দবা অদুগা নুপীনা তৌরগনা লান্না উবা রাখল্লোনবু শীংনরকই ঃ

অদুনা,

নঙ হৌগৎলু রাধে

নখৌ পোংনা লাউ

ঐগী কৃষ্ণনি ।

(ইবিদ)

জহেরোদা হায়বসিদনা সমাজগী মল্লবা ফীজেং, থম্মগী উইরথা চংনরোলনা ইনখৎলকপা যবমগী পুন্সিদা নমদুনা মথধায় মাওহনব্রবী জহেরোগী পুন্সিবু অমৌবা মীৎয়েংনা য়েংলকই ঃ

নওগী জহেরোনা
মিতাবগী মৈরীলক্তা
চাখিগদবগী শরুক উং ওইমা
নুংশিবদা মায়থিবনা ফত্তব্রনে ?
হে কবিরত্ন

(ইবিদ,৭৭)

ফেমিনিষ্ট অসিমা রেডিকেল ওইনা *ঐনা হায়রি* নুপীগী পুন্সিদা মরালগী পোৎলম খোজৎপীবা য়ানবা শেম্বা অমনবা চংনবীশিংনা সেক্সিস ওইনা য়েংবা মীৎয়েংবু শীংনরকই । থবায়গী অশেংবা পম্মুং অমগীদমক্তা চংশা হৌরকই ঃ

নওগী খূরবা মীৎয়েংদুনা
মতম চুপ্পদা
উই ঐবু
তোঙাল্লবা হকচাং পোলাং অমা ওইনা ।
হৌজিক্তি ঐনা হায়রি ;
ঐবু য়েংউ
মরুপ অমগুম ।

(ইবিদ,৮৬)

নুপী হায়বসিবু পুন্সিগী মরূপ ওইনা উবা ঙমদবা নুপা সমাজগী চংনরোলগী মথক্তা লাল হৌরক্তুনা মান্নবা থাক অদু পীদ্রবদি নমদুনা লৌগনি হায়বগী তোন অমা য়াওরি । মসি হায়জবা নত্তে য়াথং তৌবনি । মঙাললৈমা হিজম (১৯৬১) না *নুপীগী মপোক* হায়বা শৈরেং অমদা পোকপদগী হৌনা অনরেলকম পেষ্ট ওইরক্লবী, চাউরক্লগা মীগীদা চংখিগদবনি খন্না থোইনা লূনা লৌবিদবা পেটর্নেলিটিনা লাংলৌ ওইদুনা নুপীগী পুন্সিবু সমাজগী চংনবীনা নমদুনা এক্সপ্লোইট তৌবিবনি অদুনা মদুগুম্বা সমাজগী ভেল্যু সিষ্টেম্বু হোংদোক্তুনা অনৌবা নুপীগী মমল অমদা সমাজদা হিংবগী লম্বীদা চঙশিল্লকই ঃ

নুপীসু মীনি,
ঙম্মক নৈ মশাগী অনীংবা অপাম্বা
অদুবু ওইহল্লী সমাজসিনদি
মশানা মশাবু ঙাকচবা ঙমদ্রবী, মীথা পোনবী ।
ঙসিদি নুপী পূম্বা মমীৎ পাঙলবনি
চঙশিল্লক্লবনি অনৌবা থৌনাগী খোঙজঙ অমা
অমুক ওইদনবা মীখা পোনবী, শঙ্কল শোনরী
ওইহন্নবা, লাইবক ফবী মপোক ।

(বিরেন্দ্রজিৎ, ১৯৯৩,৫৭)

মণিপুরী সাহিত্যদা ইবেমশিমক (১৯৫৪-) শৈরেংগী লাইরিক তরেৎ ফোঙদুনা নুপী অইবীশিংগী মরক্তা খ্বাইদগী মশীং য়াম্না শৈরেং লাইরিক ফোঙবা ওইরি। লাইরিকশিংদুদি - মমি শান্নবা খোঞ্জেল (১৯৭৬) নোংম নোংম শগাইতোং চানবা লৈতে তখেনথাং (১৯৭৭), নাকেন্থাগী লৈরাং (১৯৭৮), মল্লা মল্লা লৈনুংশি (১৯৮০) শাজিবুগী কোমবিরৈ (১৯৮১), যুগসিমী পীরা (১৯৮৩) অমসুং মপাউ (১৯৮৭) নি। অইবীগী মীৎয়েংদা মচেৎ মকাই ওইনা নুপীগী প্রোব্লেম উৎলবসু ফেমিনিষ্ট কন্সিয়সনেস য়াওনা চঙশিল্লকপদি ওইদ্রি।

নপেশ্বরী হিজম (১৯৬২-)না সমাজদা নুপীবু করিগুম্বদনা *মমা করিগুম্বদনা পাপতনা তাশিন্দনু শাবী* নুপা খুন্নইনা নুপী হায়বসি মশাগী অশেংবা মশক মচু লৈজদবগুম নুপাশিংনা অপাম্বা মওংদা মশক তাকপবু য়ানীংদবা ফোঙদোক্লদুনা নুপী ওইবীশিংনা অশিবগুম খুন্নাইনা লেপ্পা মমলদা হিংগদবা নত্তে; মখোয়গী ওইবা অশেংবা মশক খঙনা হিংগদবনি ফোঙদোকই। বিজ্ঞান অমদি টেক্নোলোজিগী চপ-চাবা অধিকার ফংবা ঙমদবগী মৈচাক নুপীগী এক্সপরিএন্সগী পুখোরকই। শাপম বিজয়ানা (১৯৬৩-) নুপা খুন্নাইনা নুপীশিংবু ওৎপী নৈবিবা, কৃবী চৈবিদুনা তুহৎপীবা শূন্য মখা লোন্না হিংবী ওইরুবদগীনি হায়রদুনা মনীংতম্না হিংবা ঙম্নবগীদমক মনীংতম্বা রাখল মীৎয়েং অমা শাগৎপগী দরকার ওইবদু ফোঙদোকই। খাইদেম লন্দনবালা (১৯৬৩-) না চহী নীপিং কয়া য়েন চৌবিনিষ্ট সোসাইটি অমগী সবকলচরদা মশাগী মশক মচু মাঙখ্রবী, লাইরিবী ওইনা হিংবা নুপীগী পুন্সিবু য়ানীংলক্তদুনা মশাগী অশেংবা মশক থিরকপগী মায়কৈদা চঙশিল্লক্লি। ক্ষেত্রিময়ুম সুবদনী (১৯৫৯-) গী ফোঙখ্রবা শৈরেং লাইরিকশিং- মাঙখ্রবা ঈশৈগী সুর (১৯৭৫) শিগী বারী (১৯৯৫)গী শৈরেং খরদা পেট্রিয়ার্কিনা নমদুনা শাগৎখিবা চৎনরোলনা নুপীগী পুন্সিবু হিংবগী মমল লৈহন্দবা অসিদা সমাজগী মীনোক মীচৈ কিবদগী মতোম মতোমতা থম্মোয়দা পুরিবা অশোকপা চৈনা চৈথেং কয়াবু থম্মোয়দুনা খাঙজিন্দুনা অমুক লৈবা ঙমদ্রদুনা *চরৈফি কৌনা শেং, খ্বাঙচেৎ মচি লাং, লুতুং শম্বুল কিশি কি* অদুঙৈগী নুপীশিংনা শোক্লখিবা নুপীলালগুম *নুপী লাল* অমা মশাগী অধিকারগীদমক নুপীগী মতীক মথৌনানা কোলোনিএল রুল চখরম্বা ইম্পরিএলিষ্টশিংগী মায়োক্তা শীংনবগী অকনবা ফিরেপ অমা ওইনা বৃটিশগী মায়োক্তা লেপ্পুনা মায়োকনখিবা অদুগা ঙসিনা মৈরা পায়বী ওইনা শায়োল্লবী মীতৈ নুপীশিংগী মতীক মথৌনাবু শীংথারি ঃ

মৈরা পায়বীগী শাক্রোন্দা
কংখ্রবা পিরাং মরিকশিংদো ইমা -
নীংশিংদবদি ঙন্লোয় নুপীলাল - ।

(সনামচা, ১৯৯৮, ১৯)

সমাজদা নুপীনা পীদোন্না হিংবগী মৈচাক ফোঙদোক্তুনা শৈরেং কয়া ইরকই মুফিদুন নিশা (১৯৬৩-) না। অইবীসি মণিপুরী মুসলিমশিংগী মরক্তগী তাঙনা থোরক্তুনা অরোইবা খোঞ্জেল (২০০১) ফোঙখ্রে। মহাক্কী শৈরেংশিংদা নুপীগী নীংতম্বা তানবগী ঈহৌসিদা মীৎয়েং চঙশিল্লকপা, য়ুনিক ওইবা নুপীগী এক্সপরিএন্সগী ইরকপা *শক্তিগী তেল* দা পোইট পর্সোনানা চাকশঙগী ফক্লাং মরিগী মনুংদা লৈকাং মরকতা ফম্মা ফম্মা দে ড্রিম অমা শাগৎলি ঃ

ওসিদি ঐহাক অনৌবা নম্বী অমদা
অনৌবা থৌনাগা লোয়ননা
শক্তিগী তেল পায়দুনা
নাপলগী লিরুং তেঙ্গাথোং
চংলি য়ারৌ শাদানবা
শোওলবা জঙ্গল তম্না ।

(মুফিদুন, ২০০১,২৪)

অদুবু থংনবা মীৎকুপ্তা *মমা ঐ ফুল থেংলে* হায়রকপদা জ্ঞান তারকই । মখুত্তা পায়খিবা শক্তিগী তেল্দু খাবৈ-চৈগপ ওইরম্মী । মসিদা নুপী অমগী পুন্সিসি মচা মশুগী, য়ুমগী চাকথোং কৌশু হোৎনরিঙৈদা মশাগী মতীং, তৌবা ওম্বা পুন্না শুদবুনা মাওখিবগী চৈনা পুখোরকই । খাইরাকপম আনন্দিনীনা শাজিবুগী লৈরাং (১৯৬৭) ফোওদুনা মণিপুরী শৈরেংগী ঈচেলদা নুপীনা ফোওবা শৈরেং লাইরিক অহানবা ওইনা পুখোকখিবী শীংথানীওয় ওইবী নুপীনি । অইবীনা নুপীনা মশাগী ওইবা অধিকার ফংননবগীদমক লাল অমা পেত্রিয়ার্কিগী মায়োক্তা শোক্লবা মথৌ তারক্লে ফোওদোকই । মণিপুরী শৈরেংদা ফেমিনিজমগী মশক অসি অইবীশিংগী খুৎইদা মমি তাবা মরাং কায়না থেওনরে । লিবরেল ওইনা পেত্রিয়ার্কিগী চৎনরোলবু য়ানীংদবগী খোল্লাউ লিবরেল ওইনা অইবী অয়াম্বগী খুৎইদা অদুগা অইবী খরগী খুৎইদনা রেডিকেল ওইনা কনশিনবা খোঞ্জেল তাবা ফংলক্লে । শম্না হায়রবদা নুপীগী মনীংতম্বা পুন্সিবু সমাজগী চৎনরোলনা নমদুনা নমথববু অইবীশিংনা য়ানীংদ্রে অদুগুম্বা সমাজগী পেত্রিয়ার্কিগী অরানবশিংবু নমথেক্নুনা চৎনীংবগী পুক্নীং মতা মখোয় অয়াম্বগী খুৎইদা মশক থোক্না মমি তারে ।

## ব্রারীমচা

মণিপুরী সাহিত্যদা নুপীনা ইবা ব্রারীমচাগী অহানবা লাইরিক্তি খাইদেম প্রমোদিনীগী পুন্সি মৈরা (১৯৫৮) নি। কুমারী তখেল্লম্বম থোইবী দেবী (১৯২০-) গী ফোঙলবা ব্রারীমচাগী লাইরিক পোষ্ট মোর্টেম (১৯৯০) হায়বসিদা য়াওবা ব্রারীমচা খরদা ফেমিনিষ্ট ইডিওলোজিগা শাগোন্নবা থেংনৈ। মসিদা য়াওরিবা *অধিকার* ব্রারীমচাদা লুখ্রাবী *চান্দনী*না মচা অহুমগী মহৈ-মশিং তমহন্নবগীদমক অমদি মশাগী হিংননবগী হাজিরা শুই। থবক শুফমদা নুপীগী খুৎশুমল হস্থনা পীবগী মতাংদা চুমদবদু ফোঙদোরকই ঃ

> খ্বাইদগী মরু ওইরিবদি নুপী শিন্মীগা নুপা শিন্মীগা খুৎশুমন মান্নদবগীনি, নুপানা হেন্না পী, মসি ঐনা খনবদি খ্বাইদগী হেন্না অরানবা থবক্কি হায়না খল্লি।
>
> (থোইবী, ১৯৯০,৩৬)

ফেমিনিষ্টকী ঈহৌদা মরুওইবা স্লোগান অমদি ইক্যোল পে ফোর ইক্যোল ৱার্ক (equal pay for equal work) হায়রিবসিনি। শেন-থুমগী ওইবা হীরমদা মান্নবা নুপা নুপীগী মরক্তা পুরক্কুবদি সেক্সকী বাইএস থুগায়বা ঙস্লোই হায়বসিনি। চান্দনীগী মচানুপী সবীতাদা ফেমিনিষ্ট অমগী মপূং ফাবা ৱাখল য়াকায়রকই ঃ

> করিগী ! মতমসু চপ মান্ননা মাঙমিন্নবা, পাঙ্গনসু চপ মান্ননা শিজিন্নবা, অদুগা খুৎশুমন্না তানা পীবা, মদু শুকয়া য়াফম থোক্তে।
>
> (ইবিদ)
>
> মদু তৌদবা য়ারোই ইমা, মীগা মীগা অস্মানি, মী অমগী হক মী অমনা মুনবা নত্ত্রগা মাঙহনবা য়ারোই।
>
> (ইবিদ)

মচানুপী সবীতাগী থৌইনশিন্দগী *নুপী শিন্মী-লুপ* অমা চান্দনীনা লুচিংদুনা শেম্লগা মখোয়গী দাবী পীদ্রিবা ফাওবা থবক লেপ্পগী খোঙজং চঙশিনবা হৌরকই। হৌজিক থিকাদারসু হেনফদবা ওইরক্লদুনা দাবী পীবদা য়াররক্লে। সবীতাগী মীৎয়েং রিভোলুসনরি ওইরকই - *মুক্রদবা ইয়া য়াদবনি, মুক্রদ্রবদি করিমত্তা পাঙথোকপা ঙমদবনি*। (ইবিদ, ৩৮) ব্রারীমচাসিদা নুপী শিন্মীশিংনা কেপিটেলিষ্টশিংগী মায়োক্তা মুক্রদুনা মমৈথংদা শিন্মীশিংনা মায়পাকপা উৎলি। মাগী ব্রারীমচাসিদা ফেমিনিষ্ট অমগী প্রোব্লেম অমদি ইসু পুথোক্কুনা উৎলি। ফেমিনিষ্ট অসিনা সমাজসিদা নুপীগী মরাইক থীবদু উৎলি ঃ

> মপুং ফানা জ্ঞান লৈরবী, মতিক মগুণ ফজনা লৈরবী চনু কয়াসু ময়ুম পানবদগী মপুরোইবগা ৱাখল মান্নরক্তবদগী কাঙখ-থাঙ ওইদুনা কোহিলং কাদুনা মাঙখিবসু কয়া 'মনি।
>
> (ইবিদ,২৩)

ফেমিনিষ্ট অইবীসিনা পুথোরকই কামিনী, *শক খঙনবা* ব্রারীমচাদা । কামিনী নোংমা হোষ্টপিটালদগী পোকপা নুমিৎ তরানিদা ঙায়রিবা মচানুপী পুদুনা মাঙখি । কামিনী কুমারীনি ; মহাক্কী অঙাং মপাদু কনানো হায়বা কনামতনা হংবদা *মশক খঙদে* হায়বা নত্তনা অতে মখা তাবা পাউখুম পীখিদ্রবনি । ময়ূম্না বিষ্ণুপুরদগীনি । অইবীনা মতাং অমদা ফোঙদোরকই ঃ

> য়ামদ্রবদা মহাক নুপীমচা অমনিনা, মহাক্না ব্রাবদা ঐখোয়সু শরুক য়াদবা য়াদে । নুপীবু সমাজনা অতোনবা থাক্কী মীনি হায়না লৌরিবসিমদি, ঐখোয়না শীংনফম থোকই নত্তবদি "নুপী" কদৌঙৈদসু অসিগুম্বা নৈহৎপীরবা সমাজ অমদগী মঙক হাইগৎপা ঙম্মোই ।

(ইবিদ, ৮০)

কনাগী মফমদা ফোঙদোক্লুবা তৌদ্রবসু কামিনীনা মাগী মপুরোইবা অমদি নুপা সমাজগী মথক্তা লমন খুম্নবগীদমক পীক্লিবা মচাগা লোয়না ময়ুমদা চঙদনা লৈকাইগী মবুং তোমালগী শঙ্গোয় খাজিন্দুনা লৈরকই । অফংবা থবক ইনখাং নোমদুনা পৈশা খজিক্তং তুংশিঞ্জরগা পোংফম অমা ফমদুনা মচানুপী থাজমানবীবু মহৈ - মশিং মতীক চানা মীমান্ননা তমহল্লকপনা থাজমানবী এম.এ. তল্লে । চখোক চশিনগী খুদোংচাদবা লৈবদগী থাজমানবী ইম্ফালদা মমান্নবী অমনা শিনবিদুনা কুমারগী য়ুমদা ভারাদা লৈদুনা মহৈ-মশিং মপৃং ফানা তম্লনবা হোৎনরি । কুমার অমদি মাগী নুপীনসু থাজমানবীবু লুনা চান্না তৌবি । কুমার বিষ্ণুপুরদা এস ডি ও ওইনা থবক পোষ্টিং তারে । বিষ্ণুপুর য়ৌরকপদা মহাক্কী ব্রাখলগী নীংশিং ঈচেলদা মহাক্না মেট্রিক পরিক্ষা থাবা লৈরিঙৈদা ভারাগী ইমুংগী মচানুপী কামিনীনা তৃম্লিঙৈদা কাঙখল হাইদোক্লুনা চঙলগা ইজ্জৎ মাঙহনখিবদু নীংশিংলকই । মহাক মফমদু থাদোক্লুনা ইম্ফালদা হল্লকখি । মশা ব্রাই শঙজনবগীদমক কামিনীনা মাগী নাউফমদা মিতমখিবা অঙাংদু মাঙহনখিবা তৌদ্রে, অঙাংদুনি থাজমানবী । কামিনীনা থোইদোক্লা নুপীবু শান্নপোৎকুম য়েংলিবা সমাজপু শীংননবগীদমক নুপী মতীক থোক্লা সমাজকী মীনোক-মীচৈ খাঙদুনা থাজমানবীবু য়োক্লকখি । কুমার হৌজিক মশাগী মরাল য়াজরে; অদুবু কামিনীগী পাউখুমদি ঃ

> য়াম্না নুংঙাইজরে, মতম কুইনগী মতুংদা ঐগী ইপুরোইবনি, হায়দুনা থিবিরক্লিবসি, মানসু মাল্লি ওইসু ওইরমগনি, অদুবু ঐদি অদুগুম্বা মহাক্কী নুপী অমসুং মচাবু মশক খঙদবা, নুপা অমগা অমুক হন্না লৈমিন্নবা হায়বদুদি ওইথোক্লরোই অদুগা নুপীমচাদুদি তশেংনমক নহাক্কী নচানি, মহাক্কী দায়ত্ব পূম্নমক্তি নহাক্না ঙসিদগী হৌনা পুবিরো ।

(ইবিদ, ৯১)

কামিনিগী অরোইবা ফিরেপ্নি । মচি লেংহনবা ঙমদ্রবা । নুপীবু পাম্বা মতমদা লৌবা পামদ্রগা লংথোকপা মমল লৈতনা লৌবা কুমারগী মফমদা মহাক মীনি হায়বসি মশক তাক্লবগীদমক কামিনীনা মশাগী ফিরেপ অসি ময়েক শেংনা লৌখিবনি । মহাক পেট্রিয়ার্কি মনুংদা রোল মোদেলদা শাগত্তুনা থম্বা ওইনা তৌবা, মীনুংশি লৈবী, তেংবাংবী নুপীগী মশক্ত নত্তে; মশানা

মশাগী পূক্রীং ৱাখলবু থাজবা ঙমজবী, থৌ পাঙবা ঙম্বী মশাগী ফিরেপ লৈবী নুপী অমা ওইনা ফেমিনিষ্ট অইবীনা উৎপনি ।

এম কে বিনোদিনীগী ৱারীমচাগী লাইরিক নুঙাইরক্তা চন্দ্রমুখী (১৯৬৫) দা য়াওবা ৱারীমচাশিং - *থৌরানী, য়ুমগী নুপী, রাস পুর্ণিমা, নঙগা উনরমদ্রবদি* নচিংবদা পেট্রিয়ার্কেল কলচরনা এক্সপ্লোইদ তৌবিরবী নুপীগী পুন্সিবু অইবীগী সেন্সিটিভ ওইবা মীৎয়েংনা পুথোরকই । অসিগুম্বা সব-কলচর অসিগী চায়োক নাউয়োক্তা চাউরক্লবা নুপা খুন্নাইনা নুপীগী অহিংবা পুন্সিবু মশক খঙবিদনা সেক্সচুএল ওবজেক্ট ওইনতা য়েংবিবা অসিনা থৌরানীগী থম্মোয়বু লৈকংলা ওস্থোকপীখিবনি ঃ

> ... হংবা য়ায় করিগী চিঠি ইরক্নী। শান্নবগুম্বনি, ঐগুম্বগী পুন্সিদা, করিসু খঙজদ্রবী অমবু ঙাহাক্তং আশা পীদুনা শান্নবা থম্মোই চাউবা শকপা কোঙ্গায় অমসু লৈরিদো । হৌজিক্তি মাগী লৌনম ঐনা খঙলে । নোংমা মাগী লাংদা থুরুই হায়দুনা খঙনা খঙনা হৌজিক অমুক করিগী চোংশিল্লুফম থোকপগে ইবেম্মা ? মানা ফাগী শান্নদুনা ইরকলগা ঐসু মদুগী চপ চাবা জবাব হনবিগনি ।
>
> (বিনোদিনী,১৯৬৫,১০৯)

সমাজনা নুপী অমগী মফমদা হাপ্লিবা লমচৎকী ওইবা ফিদমদু য়ানীংলক্তবী থৌরানীগী অকনবা প্রোটেষ্টনি । রাস *পুর্ণিমা* দা শান্নপোৎ ওস্থোকপীরবী দুর্গাগী চৈনাখোল পুথোরকই । অইবগী খুৎইদা সমাজদা নুপীবু হস্থবা মখা তাবা ওইনা শাগৎপগী মেকানিজম অদুবু য়ানীংদবগী লিবরেল ওইবা খোঞ্জেল থোরকই । অমরোমদা *ইমাতোনবগী থামচাগী মমল হাইথরকপনা ঈশিংমুক মমল লাইখিবা, কান্নবদি লৈবা মমলদি লৈতবা* । কদায়দসু মখোঙ থাংদোক্তুনা মনীংতম্না হিংজবগী হক লৈতবা পুন্সি । নিবচিক কলমদা তসলিমানা উখিবা অকোয়বদা ফক্লাং খাগৎপা নত্তবসু মশক উদবা ফক্লাং অমনা চৎলু চৎলুবা মফমদা অদুম খাজিন্দুনা লৈবা; ফাদোক তাববা কন্নানা চেকপলদু লাম্থোক্তুনা চৎখিবা ঙমগনি অদুবু মশক উদবা ফক্লাংসিদি নুপীশিংনা লাম্থোক্তুনা চৎপা ঙমদ্রি হায়খিবদু মতাংসিদা নীংশিংবা য়াই । মদুমক্তি থামচাগী মফমদা থোক্লিবসি ।

ডা যামিনি দেবী (১৯৩৬-) মশাগী ৱারীমচাগী লাইরিকশিং ১।। কোম্বীং ওপরেসন (১৯৯৪) ২।। লোইনাইদ্রবা ৱারী (১৯৯৯) অসিনচিংবা ফোঙখ্রে । অইবীসিনা মণিপুরী নুপী খুন্নাইগী পুন্সিগী মশক উৎনবা হোৎনবদা অমদি মনীংতমজবা নুপীগী মশক নত্তগা পুন্সি অমা পুরক্লবা হোৎনবগী মায়কৈদা মহাক্কী ৱারীমচাগী পাম্বৈ ওইনৈ । মহাক্কী খুৎইদা ৱারীমচাবু কলাগী পোথোক ওইনা য়েংববু কোমথোক্লগা সমাজগী অহোংবা পুরকপদা পাম্বৈ ওইবদা মীৎয়েং থম্লকই । *অধিকার মান্নবা* ৱারীমচাদা কুঞ্জো অমদি অশংবীগী ইমুংগী ৱারী ইরি । কুঞ্জো স্কুলগী ওজা ওই, সমাজগী অরানবা চৎনবীগী মায়োক্তা ইবা ঙাংবা মীশক্তি । অদুনা অশংবী মনীং তমজনা হিংজরিবনি । নোংমা লুহোংবা হল্লকপদা অশংবীনা অঙাংশিংনা মনেগীদা চথোক্লম্বা অদুগা মপুরোইবনা য়ূমদা লৈনা লৈনা মাগী মফী-মরোল পূম্নমক নোংনা চোৎলগা লৈরম্বা থেংনৈ । অশংবীনা ৱাকৎলি ঃ

নবুক অদুক ফত্তবদি। নহাক্কী ফি মখৈ লৌশিল্লগা ঐগী ফনেকতুনা চোংহল্লবনিনে। ঐনদি নখোয়গী থবক পুম্নমক তৌবা য়ারগা নখোয় নুপানদি নুপীগীনি হায়দুনা ঐগী ফনেক লৌশিনবীরমদবনিনে। মহোয় পাবুংগী খোংউপকা ঐগী ফেনাৎকা নুংশাদা ফৌমিন্নরম্বনি। ঐগীনা চোংহল্লগা নহাক্কীদা লৌশিনবা অসিবু করি ধর্ম্মনোনে।

(যামিনি,১৯৯৪,৯)

কুঞ্জোনা হায়রি - *করিনো লাউরিদুবো। মীনা তাপ্পগা ঐবু নুপীগী ফনেক পায়বা আথামোয়রানি হায়রোইদ্রাও?* কুঞ্জোনা ফনা নুপা নুপীগী অধিকার মান্নবগী ব্রা ভাঙজরবসু পেত্রিয়ার্কিগী চৎনরোলদগী নাম্থোকপা ঙমদ্রি। অশংবীগী ব্রাকৎসু লোইদ্রি *কৈদৌগে ঐগীদুসু চৈ অমতনা ওইরবসু, লিন অশিবা অমা কোংলগা লংখিবগুম, নোং চোংলোইদবা মফম অমদা লংশিনবিরম্বা য়াইদনা।* মখা তারি ঃ

> খঙজরে খঙজরে ইবুংঙো। ভাষন পীবদদি নুপাগা নুপীগা অধিকার মান্নে, খেন্নবা লৈতে হায়বদু অসিরা ?
>
> (ইবিদ)

ব্রারীমচাসিদা মপাম্থোংদা নুপা নুপীগী খেন্নবা লৈতে হায়জরিবা নুপাশিংসু ফোংনা সমাজদা মখোয়গী ব্রাহৈশিংদু থবক্তা ওম্থোকপা ঙমদ্রি, থোইদোক্লদুম পেত্রিয়ার্কিগী চৎনরোল মনুংদা নৈশিন্দুনা লৈরি হায়বা ফেমিনিষ্ট অমগী ব্রাকৎনি। নুপীগী মনীংতম্বা হায়বসি ব্রারী লাইরিক্তদা, ব্রাহৈদা লৈবদু মতাং অমদা ফোঙদোকখি ঃ

> It was thus that I found myself walking with extreme rapidity across a grass plot. Instantly mans figure rose to intercept me. Nor did I at first understand that the gesticulations of a curiouslooking object. in a cut-away coat and evening shirt, were aimed at me. His face expressed horror and indignation. Instinct rather than reason came to my help; ... there was the path. Only the Fellows and scholars are allowed here; the grave is the place for me.
>
> (Woolf, 1929,64)

*কেন্সীং ওপরেসন* ব্রারীমচাদনা লৈপাক্লেগী মচানুপী পুর্নিমাসিদা নুপীবু মখোয়গী তুহৎফম ওইনা উবিবা মীয়ান লাম্মীশিংনা ইজ্জৎ মাঙহনবিবদগী মতোমতা থৌরী য়ান্দুনা শিজরম্বা; অদুগা মমা লৈপাক্লেনা থম্বাল অঙাওবী ওইনা কৈথেলদা থোক্লকপা অদুবু সিফাইবু উবদদি মতিল শীৎলি।

*নুপীগী নীংতম্বা* ব্রারীমচাদা সনাতোম্বী কৌবী নুপীমচা অমনা বি এ পাস তৌবগী নুংঙাইবা ফোঙদোক্লুনা মমান্নবীশিংগা চাক চানরুবা হল্লকপদা মাবু তোয়না লক্লবা শামুঙৌ কৌবা নুপা অমদগী থৈদুনা মী কয়া চৎনদবা লম্বী অমদা লাক্লুনা ময়ূম য়ৌনবা হোৎনরকপদা বোবী অমদি জিতেননা ফাবিরম্মী। সনাতোম্বীদি ঃ

নুপীবু শান্নপোৎকুম খনবা, নুপানা পাম্বা মতুংইন্না নুপীবু শিজিন্নবা পুম্নমকসি .... য়াম্না পামজদে। নুপীমচাশিংনা সমাজদা মনিংতম্না চৎচবা ঙমদবা অসি খল্লুবদা য়াম্না নুংঙাইজদে । মশাবু মতিকচাবা নুপী অমা ওইনবা হোৎনরগা অফবা মায়কৈদা সমাজগী সেবা তৌগে খঞ্জবা নুপীমচানি ।

(ইবিদ, ১৩)

অসিগুম্বা নুপীগী মনীংতমজবা পুন্সি অমা সমাজদা তাঞ্জরিবা সনাতোম্বীবু বোবীনা করেম্নদুনা হায়রি- *নখোয় নুপীশিংনা আ অধিকার মান্নৈ, নুপী নীংতম্লেকা হায়দুনা লাউজবদায়*। অসি হায়দুনা উনুংদা পুশিনবিরক্লগা ঠিকা তৌবা, শেঞ্জাও পায়বা তোমাল কৌবা মতু-মচা লৈরবা নুপা অমদা শীন্নদুনা গেং রেপ তৌহনখি । নুমিৎ মঙানিগী মতুংদা সনাতোম্বীগী অশিবা হকচাং তুরেল খোংবান অমদগী মচা কায়নবগী ৱাজরবা মমা মপানা ফংখি । ফেমিনিষ্ট অসিনা হংলি *কৈদৌঙৈনো লাক্লদবা নুপীগী নীংতম্বা ?* নুপীগী নীংতম্বা হায়বসি সমাজসিদা নত্তুব্রা অশিবা হায়বা লমদমদুদ্রা ? অতোপ্পা *বালিগী শা* দনা খুঙ্গংদগী মবেনবোক্কা লোয়ননা ইম্ফালদা মেলা য়েংবা লাকখিবী মেমচানা মবেনবোক্কা মাঙনখিবদগী কঙাওনরিঙৈদা যদু কৌবা নুপা অমনা মপাগী মরূপ্পি ময়ুমদা থিনবিরিবনি হায়দুনা পুবিরগা ওক্ত শঙ অমদা য়োম্ভোকপীরম্বা; মফমদুদগী নাম্ভোক্লুনা চেল্লক্লবী মহাকপু খৃৎলায় পায়বা নুপা খরনা *বলি কৎলগদবা শাদু*না য়ানিংদ য়ানিংদনা বলি কৎফম তান্না চিংবদা চৎখিবগুম চৎখিবগী দৃশ্য উৎলি ।

সিনেমা হোলদা কলাবাজার তৌরিবী সুমতিগী নুপী ওইবীগী অথীবা মরাইবক্কী মরমদা *কলা বজারদা* ফেমিনিষ্ট অসিনা উৎলি । সুমতিনা ক্লাস আইট্ট তম্লিঙৈদা জিতেন্না মাবু ফাদুনা, মশানা য়ানীংদনা লুহোংদুনা লৌবিখি । সমাজনা মহাকপু পাঙ্গল অমত্তা থোকহনখিদে ঃ

চেল্লুরবনিনা নুপীদি মাঙজবেদনা । ... নুপী হায়বসিদি লুখ্রপোৎনি । নুপাদি তরাগী মপুনিদো ।

(ইবিদ, ৪২)

অরিবা থাজনবীসিগী ভিক্তিম সুমতিসু ওইখি । সুমতি ওক্তবা মপুরোইবগী মীওৎ-মীনৈদা খাঙবা ঙক্লক্লদুনা মপামদা চেল্লকপা য়া ওখ্রবনি অদুবু নাম্ভোকপা ঙমদে- *ইবেম ! নুপীনা নমং অনী ওইহৈদে ! মরা মপুরোইবা হায়বসি লাইনি* । অসিগুম্বা মল্লবা চৎনবীগী মনুংদা লূপশিন্দুনা ওক্তবা, নিশা চাবা, লমগী নুপীদা নত্তবা লমচৎ চৎপা মপুরোইবগী খবচ হুননবা অমদি মচা নিপালগী মপূক পুনবা হোৎনবদা কলাবাজার তৌবদা জেলদা লৈখ্রবী সুমতিগী পুন্সি ফেমিনিষ্ট অইবীসিনা উক্তুনা শীংনরি । অতোপ্পা ৱারীমচা *সত্ত্ব ফংবা* দা মীতিং মফমদা ভাসন্দা যাওরকপা কেতুকীগী ৱাহৈ ঃ

নুপীশিংসু নুপাশিংগা মান্ননা মমা মপাগী সত্ত্ব ফংবা য়াবে । নুপীশিংগী ফিভম ফগৎনবা, সমাজদা নুপীবু থাক ৱাংনা থম্নবা আইন কয়া অমসু লৈরে। নুপীশিংনা মখোয়দা পীবিবা খুদোংচাবশিংসি লৌগদবনি । করিগী নুপীনা পিদোন্না লৈরুগদগে ... ।

(ইবিদ, ৭৮)

হায়বসি থাজরুই। কেতুকী মপুরোইবগী অনাবা লায়েংনবা হোৎনবদা মরোল মরাল তারুবা, ময়ূম ইস্থোল ফাওবা লৈত্রদুনা মীঙোন্দা শাইদাংদুনা লৈরবীনি। মহাক্না মবুংগী মফমদা মশাগী ইস্থোল শরুক পীবিনবা হায়জরুবদা পীবিরকপগী মহুৎ কেতুকীবু ইন্দুনা তাহোক্লগা য়ূমগী থোঙ লোনশিনখি। মসিদা ফেমিনিষ্ট অসিনা আইনগী ওইনা সমাজদা অধিকার খরা নুপীদা পীরবসু সমাজগী ট্রেডিসননা নুপীনা মদু ফংজবা ঙমহন্দে হায়বগী ৱাকৎ অমা পুখৎলকই। *ঈরম ফাৎপা* ৱারীমচাসিদনা মোমোন নোকপী মায়থোঙগী মরুমদা অকিবা শক্তম লোৎশিন্দুনা থম্লিবী, সমাজনা ওক্তবী ওইনা লান্না উবিরবী পোৎফম ফম্বী, নুপা খুন্নাইগী মশীং নাইদ্রবা চৈফম পূক্লীংদা ফংলবী ইবেচাগী তমঙমদ্রবা অৱা চৈনাগী ৱারীনি। ম্যেন চৌবিনিষ্ট সোসাইটি অমদা খোঙফম অমত্তং নাহোকখিবদা সমাজদা নুপীনা অমুক হাইগৎলকপা লুনা থোকই। অঙাং ওইরিঙৈদা সোনালী কৌবী, ইবেচাগী মমা মপা লৈখিদ্রবা মতুংদা মাবু য়োকপিরকপা জগদীশ সাহুনা মাবু ঠিকাদার অমগী ময়ূমদা থবক ইনখাং নোম্লনবা য়োহোরকখি। মপূং ফাররুবা ইবেচাগী পীবুক্লুংদা ঠিকাদারদুগী মচা অমা নাউপুরকখি। মশাগী ইজ্জৎ সম্মান সমাজদা থমজনবা ঠিকাদারদুনা ইবেচাবু মাগী লৌ শান্দুনা উবা মাধবকীদা খৈদোক্তুনা থম্মী। মফমদুদা ইবেচা অঙাং অমা পোক্লবা মতুংদা অঙাংদু শিখি। মাধবনা শিপ্রবা মতুংদা মহাকপুসু য়ূমদুদগী তাহোকপীরকখি। মশানা ৱানা হোৎনদুনা হিংনবা হোৎনরুই। মহাকসু ওইজনীংবনিঃ

> .... য়ুম অমগী মতিকচাবী য়ুম্লুবী ওইনা পুন্সি লেনবা পামজবনি।
> ইজ্জৎ, ব্যবহারগা লোয়ননা হিংবা পামজবনি। য়ুমগী ইকাই
> খুম্লরবী নুপী অমা ওইনা লৈজবা ফংগদবোই ...।
>
> (ইবিদ,৫৯)

নীংদুনা মাবু তান্নজরিবা লুখোইদা লৈখি। অদুবু লুখোইগী মনাক্তা লৈরবসু, মানা ফনা কন্না হোৎনজদুনসু মীনুংশি, ইজ্জৎ ফংবা ঙমখিদে। মাগী য়ূম্লান পুন্সিদা নীংঙমদবা পেন্দবদনা থন্না লৈখি। মহাক্না শুদ-নোমদবা লৈখিদ্রবনি। তোনানবা মপুরোইবনা অতোপ্পা নুপী অমগা লোঞ্জা লোম্পুরম্স থেংনরুবদগী মহাক্কী খাঙবা ঙম্ব্রগী ঙমখৈদি ৱাংমা লানত্রবনি ঃ

> নিংঙাইদনা তুমলিবা মপুরোইবগী চরমদা মাগী শিংজু শোইনবা
> থাংদুনা নমদুনা পুক্লিংগী পেন্দবা, নিঙমদবদু ইখায় পীব্রে।
>
> (ইবিদ,৬৫)

অদুগা মহাক মশানা মপুরোইববু হাৎপগী দন্দিদু অকিবা লৈতনা লৌরগা কোর্টনা শিবগী দন্দী পীরকপগী মতমদু ঙাইদুনা জেলদা লেনখি। *তলব চাবী* দনা বীনোনা ওফিসকী থবক তৌদুনা ইমুং পুই। লাইরিক হৈরবসু থবক তৌদবা মাগী নুপা দেবেননা পেত্রিয়ার্কিগী নুপা ওইবগী ইগোদগী নাহোকপা ঙমদে; থবক তৌরবসু ইমুংগী চাকথোং ফৌশু তৌবা হায়বসি নুপীগী মথৌনি হায়দুনা মতেং পাংবিদে অদুগা মাগী নুপীনা থারুগা চাবগী ইকায়বসু লৈরি। য়ূম অমদি ওফিসকী থবক নংনবা হোৎনবদা ৱাজরবী বীনোনা ওফিসগী থবক্লা য়াদদুনা খজিত্তং থেঙনা হজিনবদা মী ওইবগী ৱাঙাঙ ঙাঙবিবা নত্তে। *নুপাগা নুপীগা থবক মান্নবা শুবগী তলব মান্ননা ফংগদবনি* হায়না দাবী তৌবগী মীতিং অমগীদমক ওফিসতা খরা থেঙদোকখিবদগী মপুরোইবনা মাবু ওক্তবীনি হায়না ময়ূমদগী তাহোকপীরকখি। মপুরোইবনা মানা তৌবা থবক্তা শুংথা

থাজবিদে, নত্তু-নত্তবা মরাল শীবিদুনা ফূ-চৈবা তৌবিখি। বীনো মপামদা হল্লক্কুনা লৈখি। করিগুম্বা হঞ্জিন্নবা পাল্লবদি থবক তোক্কুনা হাউস রাইফ ওইনা হিংবা তারি ঃ

তল্লব চাদুনা শেম্পুমগী মতাংদা মীপাল তাংদনা হিংগদ্রা নত্তুগা থবক
থাদোক্কুনা ময়ুমদা অঙাং শেন্নদুনা যুম্বুবী ওইদুনা লৈগে হায়গদ্রা

(ইবিদ,৬৭)

অপীকপা মচাগা কায়নরবা বীনোগী মফমদা ফিরেপ লেপথোকপা ঙমদনা লোইথ্রবা রারীনি, মশাগী রারেপ লৌজবা ঙমখিদ্রবা।

অইবীগী অতোপ্পা রারীমচা *ওল্লাংথাগী তুংদা বসন্ত ঋতু*দা গায়ত্রি অমদি জেমস মহৈ-মশিং তম্লিঙৈদগী নুংশিনরক্লবনি। গায়ত্রিনা ব্রাহ্মণগী ইমুংদা পোকপীনি অদুগা জেমসনা ফয়েংগী লোই ইমুংদা পোকপনি। শাগৈ-জাৎ অমদি লাইনিং খেন্নবগী চৎনবী অসিদা চৈথেং ফংলিবদি নুপীখক্তনি, নুপাদি মদুদগী নাম্থোকখি। বামোন নিঙোলনা মীতৈদা ময়ূম পাল্লুরগনা ময়ূমদা চফু উয়াল থুগাইদুনা শিখ্রে হায়দুনা ইম্থোকপা অদুগা মীতৈ নিঙোলনা বামোন্দা ময়ূম পাল্লক্লগনা নুপা ময়ূমদা খূৎ চাবিদবা। অদুগা করিগুম্বা মতৈ মনাও য়ান্নরক্তদুনা খাইনরক্লবসু নুপীগী চঙজফম লৈতবগী অরাবা মতৌনি। সমাজগী পেট্রিয়ার্কি মনুংদা শাগৈ জাৎ খায়বগী চৎনবীগী মায়োক্তা অইবীসিগী গায়ত্রিনা ফেমিনিষ্ট অমা ওইনা লেপখি ঃ

ঐগী সমাজগী চৎনবী, থাজনবীবু অওনবা পুরক্কুনা ঐখোয় অনী
লুহোংবা পামই।

(ইবিদ,৩৯)

মখা তারকই ঃ

নুপা নুপীগী খেন্নবা থম্বীবসু অহল লমন্ননি, সমাজননি। নুপানা
তৌরগদি নুপানিদনা মহায়বা নুপীনা ওইরগনা য়ারোই হায়বসিবু
করি নিয়মনো ?

(ইবিদ,৪১)

মশাগী নুপী ওইবীগী অধিকারগীদমক সোসিএল ট্রেডিসনগী মথক্তা থৌনা ফনা থাজবগী ফিরেপ অমা য়াওনা লাম্ছেংনরিবা চরিত্রনি গায়ত্রি। মশাগী হোংদবা ফিরেপ্পা গায়ত্রিনা মশাগী নুংশিজবা জেমসকী মনাক্তা শাগৈ-জাৎ খায়বগী চৎনবী থুগাইদুনা ময়ূম পানখি।

হাওবম সত্যবতী (১৯৫৩-) রারীমচাগী লাইরিক অনী ১।। মল্লবা ডাইরী(১৯৭৯) অমদি ২।। পোক্লফম(১৯৯৫) ফোঙথ্রবীনি। মাগী রারীমচাশিংদা পেট্রিয়ার্কি মনুংদা নুপীগী কায় তোয়রবা মুর্ত্তি অমদি মনীংতম্বা ফংনবগী খোল্লাউ অনীমক য়াওই। *ঈচেল অমগী তোর্বান অনী*রারীমচাদা মপুরোইবা নিলচন্দ্রগী মীওৎ-মীনৈদা খাঙবা ঙমদ্রদুনা অপীকপা মচা অনী পুরগা মপামদা হল্লকখিবী লৈরাংবী, অমরোমদা মচা পোকপা ঙমদ্রবী তোম্নুলৈমগী মপুরোইবা ইবোমচানা অতোপ্পা নুপী অমগা লৌনা লুহোংখিবগী রারী উংলি। রারীমচাসিদা সমাজ অমদি ইমুংগী পুক্সিদা নুপীবু ওৎ-নৈবিবা অমদি মচা পোকপা ঙমদ্রবী নুপীবু সমাজদা মমল থম্বীদববু য়ানীংদনা শীংনৈ। অসিগুম্বা সমাজকী চৎনরোলবু য়ানীংদবগী খোঞ্চেল তাবা ফংই। *কাইনথংদা*দা ওক্তবা মপুরোইবনা ওৎপী-নৈবিবা, মহাক

লৈনা লৈনা অতোপ্পা নুপী থিরকপদগী খাইনদুনা মপামদা হল্লক্লবী থোইবীনা হিংনবগীদমক ওফিসকী পিওন ওইনবগী ইন্টর্ভিয়্যু য়াওই । সমাজদা নুপীনা তৌবদা লেমজবা লেমজদবা শিনফম খাইদোক্লুনা থম্বদু থুগাইদুনা শিনফম পূম্নমক্তা নুপীনা চঙশিননবগী লম্বী য়াংলকই । অমরোমদা অমুক্তং ময়ূম পান্দুনা মরাইবক থীবী ওইরবী নুপীশিংবু সমাজনা নোরোক্কী তীলগুম্ন া য়েংবিবদগী নাম্থোক্লুনা মীনুংশিগী খূৎনা শোমগৎপীদুনা সমাজদা মহাক্না নুংশিজবা সোরারেনগী মকাদা য়ূমগী মৌ ওইনা হিংজবগী মফম পীখি । অনকনভেন্সনেল মোরেলিটিনা নুপী অমগী *ইজ্জৎ* হায়বসি করিনো হায়বা অকনবা ব্রাখলগী লাম্থেং অমা *ইজ্জৎ* তা পুথোরকই । ইবেচাওবী মপুরোইবা মুনাল অমদি মচাশিংগা লোয়ননা নোংমা খূয়া তুশিংনা পাঞ্জরম্বনি । অদুবু মুনালনা স্কিম তৌঙৈদা মী অমনা সীয়ার খরা হাৎলগা মাঙখিবদগী মীগী মশেলনা মখ্বাঙ কোয়খি মীগী শেন্দোল শীংবা ঙমদবদগী ময়ূম ইখ্খোল থাদোক্লুনা মীগীদা শাইদাংবা তারকখি । অসিগুম্বা ফীভমসিদা ইবেচাওবীনা মপুরোইবদা মোরে চক্লুনা কারবার তৌনবা হায়জরুবদা অয়াকপা খোল তাখি ঃ

তৌ লাক্কনু তৌ লাক্কনু মোরে চৎপবু ফজবোই নীংবরা, মোরে
চৎপী নুপীবু নুপীরা হায়নরিবনি ।

(সত্যবতী, ১৯৯৫,১০১)

মপুরোইবগী অনীংবনা ইবেচাওবীগী পূক্নীং ফাজিনবা ঙমদে । সমাজদা মশাগী ময়ূম ইখ্খোল লৈজদ্রবা ওইনা, মীগী অথীবা, অশাবা ব্রাঙাঙ তাদুনা হিংনীংদবদগী মশাগী নুপী মতীং লৈবী ইবেচাওবী মপুরোইবগী ব্রা ইন্দনা মোরে কাববাব চৎপা হৌরে । খোঙফম অমদা লম্বী সেকুরিটিগী মীওই খরনা নমদুনা মাগী মফমদগী হকতিন্নবগী খুদোংচাবা লৌবিখি । ইবেচাওবীগী ব্রাখলদা অকনবা পূক্নীংগী লালহৌ অমা হৌরক্লে ঃ

নুপী ওইবীগী ইজ্জৎতি মাঙলে ... ?
ইজ্জৎ হায়ববু করিনো

(ইবিদ,১০৩)

মখা তাবকই ঃ

নহানমখৈ ঐহাক শা থেংনদে, অসিগুম্বা শা অসি থেংনদবা কয়াসু
যাওরমগনি অদুবু লাইবক থিবদগী ঙসিদি ঐসু শা থেংনরুরে ।
মসিদা মী অমগী ইজ্জৎ হায়বদুদি ওইহনগনু ।

(ইবিদ,১০৪)

ইবেচাওবীনা মদু মশাগী ইজ্জৎ মাঙবনি হায়না লৌদে, শা থেংনরুবনি লৌই । ফিভমগী মনাই ওইনা মহাক অতোপ্পা নুপাগা ফমদিন্নখি মদুনা মশাগী ইজ্জৎ মাঙজবদি নত্তে । নুপীনা অতোপ্পা নুপাগী মখূৎ চল্লুববু মশাগী ইজ্জৎ মাঙজবনি হায়দুনা শিজবা ফাওবা ঙম্বা সমাজকী নুপীগী মোরেলিটিদগী নাম্থোক্লুনা অনৌবা নুপীগী মোরেলিটি অমা শাগৎলকই । অসিগুম্বা ফিভম মায়োক্লবদা মশাবু ইজ্জৎ য়াওদবনি হায়দুনা মশানা মশাবু তুক্কচরোইদবনি লৌই । নুপীনা সমাজদা মনীংতম্না চৎচবা ঙমদ্রিবসি অসিগুম্বা অকিবসিনা কোনশিন্দুনা থম্বননি । মহাক ওক্লবীদি নত্তে, করিগুম্বা *ইজ্জৎ* হাযবদু মাঙবা তারবদি মাবু রেপ তৌদুনা নমজা নমথেক্লখিবা

মখোয়দুগীনি, মখোয়গী ইজ্জৎ মাঙদ্রগা করম্না মাগী ইজ্জৎনা মাঙগদৌরিবা ? *চাওখৎলবা সমাজদা পুন্সিগী ইজ্জৎপু মসিদা থম্লরবা ?* পেত্রিয়ার্কেল সোসাইটিগী মোরেল ভেল্যু সিষ্টেমদা ফেমিনিষ্ট অমগী মচীন থৌরবা ৱাহংনি । নুপীনা সেক্সুচ্যাএল রিলেসনদা মশাগী ইজ্জৎ ওইনা লৌদুনা মশাগী পুন্সিবু খূরৌ ওইহঞ্জবদু য়ানীংদবা উৎপগা লোয়ননা মী অমগী ইজ্জৎ হায়বসি মতীং থোক্লা হিংনবগী লানফমদা পৃকচেল শেংনা হোৎনবদা লৈ হায়বসিনি । মহাক শা নত্তে ঃ

শা নত্তদুনবু থম্মোইগী মপুগী মনাক্তা লাক্লিবসিনি শা ওইরন্নবদি
কোইচৎ চৎলম্বসু য়াই ।

(ইবিদ)

মফম, মতম অমদি ফিভম্না তাঞ্জা লৌবিখ্রবসু অদুগুম্না পুন্সিদা লৃপশিন্দুনা ইবেচাওবী লেনখিবা নত্তে, মদুদগী নাম্থোক্তুনা মপুরোইবা অমদি মচাশিংগী নুংশি ৱাখলদা ময়ূমদা হল্লক্লিবনি । ফীদমগী লৃহুপ্তু লংথোকখিবমক্তি নত্ত্রি। হিংনবগীদমক ৱানা হোৎনদুনা ময়ূম ইখোল হন্দে দাক্তুনা মচা অমদি মপুরোইবগা লোয়ননা হিংমিন্নখি ।

নিঙোম্বম সুরমা (১৯৭৩-)গী পাউখুম্না হংলি (২০০১) দা য়াওবা *পৃথিবীগী খোঙচত্তা* ৱারীমচাদা শক্কী ফজবা মাগীদমক্তি থুংবিরমদ্রবী, থোইদোক্লা শক্কী ইকায়বা নংলবী নুপী অমনা নুপী হায়বসিগী মমলবু সমাজদা থিরকই ঃ

ইশাগী শক ! মসিনা ঐগী য়েক্লবা ওইদুনতা লাকলিবনি । নুপীগী
শক্কা চাংদম্নবা য়াবা করম্না পোৎ পৃথিবীদা লৈখ্রবগে ? শক্কী মরুমদনি
নুপী ওইবীগী চাওরববা সংসার লৈরিবসু । অদুগুম্না শক্তু য়াওদবা
নুপীশিংনা কমদৌদুনা হিংদুনা লৈরিবনো ?

(সুরমা,২০০১,১১২)

অমরোমদা নিঙোলনা মপামদা য়ূম পান্দনা লৈবগী পুন্সিদা লেমজফম লৈতবতা নত্তনা অতোপ্পগী মফমদা অয়েৎপা ওইরি - *নিংঙোলনা য়ুম পান্দনা মপামগী ইখোলদা পুন্সি লেনবদি মৌশিংগী হৱাউনিঙাই নত্তে ।* সমাজগী ভেল্যু সিষ্টেম পৃম্বদা নুপীবু ওবজেক্তিফাইদ তৌবগী চৎনবোলবু শাথীনা শীংনরকই ঃ

নুপী ওইবগী শক য়াওদ্রবদি সমাজদা চন্নফম লৈত্রিবসি শুপ্পগী
মীওইববু ঈকায়বা পীবনি । লৃ-তোংনা শাবা চপ মান্নবা পোৎতা
অপাম পামদা খন্দোক্তুনা মিহৌবগী অর্থবু নুংশিবনি হায়না মী কয়াগী
মীৎতা চাওরবা নমথাক তৌবা ঙন্নিবা মখোয়না যুগ কয়াদগী জয়
ওইরকলি । অদুগা তোল্লবী, ঐখোয়গুম্বী কয়ানা মখোয়গী নীংতম্ববু
লেঙদবা অচুম্বনি খন্না কোক নোল্লকলি ।

(ইবিদ,১১৯)

মপাম্থোংগী অপাম মীহৌববু নুংশিবগী মমিংদা মশক তাক্লগা নুপী অমবু ওবজেক্ট ওইনা য়েংবা চৎনরোলগী মায়োক্তা সমাজগী চৎনরোলবু মনুং হুঞ্জিনবা নমথাককী মায়খুম থিংথোক্লগা তরু তরুবা অশেংবা শক্তম অমদি ফমজিন্দুনা লৈরিবা চাওখত্তুবা ৱাখল্লোনগী মথকতা লালহৌ তৌরকই - নুপী হায়বসি পোৎ-চৈ নত্তে, মীনি, অহিংবনি ।

*পাউখুম্লা হংলি* ন্নারীমচাদনা সমাজগী অরানবা ন্নায়েনগী অথীবা চৈরাক ফংলবী নুপী অমগী অন্নাবা ন্নারীনি। সমাজদা নুপী অমবু মরমচৎ চুমদ্রে হায়বগী মরাল শীরগা অচুম অরান থিদনা ওৎ-নৈবিবা মদুদগী নাম্ছোক্লবা পান্নে নুপীদা লৈতবা, ওক্তবী হায়বা মিংথোলদা নুপী অমগী হিংবগী অধিকার পুম্না মৎপীখিবগী থৌদোক উৎলি। নুপানা ময়ায় লেপ্পা সমাজদা নুপানা মফম পুম্নমক্তা খোঙফম চেংপা অদুগা নুপীগীনা অরেং-অরেং পুথরকপগী মতৌ উৎলি। তনুজা মীরম নিঙোল ওইরবসু মীতৈ নুপা জাদুমণিদা ময়ূম পাল্লকখি, মহাক অতোম্বী ওইনা লৈরকপনি। জাদুমণি হাননা বীনারানীগা যুম্বানমিন্নরক্লবনি। তনুজা জাদুমণিগী নমথাক্কী লাংদা থুদুনা লৈরকপনি। তনুজানা ময়ূম পাল্লক্লবা মতুংদা থেংনা খঙলকখি বীনারানীনা জাদুমণিবু থাদোক্লুনা চংখিবগী মরমদু ঃ

> মশা মরোমদোম লেপচনবগীদমক উপায় লৈজদ্রবী নুপী অমনা মীন্না মৈশা লাংদনা হিংদুনা লৈগে হায়রবদি নুপা অমগী মরুম থুপ্লা হিংবা তারকই। মাগীসু মদুনি।.. গোগোগী মপাদু য়ান্নদি ফত্তবনি। মানা নুপীবু শকখঙবা ঙমখিদে। শুপ্লতগী শান্নপোৎ ওইনতা উখিবনি। পামদ্রগা হেক্তা লংথোকখিবা য়াবা পোৎকুম মহাক্লা বীনারানীবু ইথোকখিবনি।
>
> (ইবিদ,৪১)

মীরম নিঙোল তনুজাবু তাম্থোকখিবা য়ানবগীদমক মপুরোইবা জাদুমণিনা লৈখিদ্রবা মতুংদা মনাউনিপাশিং, মনেম অমদি রসিদ কৌবা মাগা ওজা ওইমিন্নবা নুপা অমসু য়াওনা ওক্তবীনি পাউথোকপিদুনা লৈকাই ময়াম চঙদুনা তাম্থোকপীখি। তনুজাগী মপূক্লীংদি তশেং তশেংই, বীনারানীনা লংথোক্লবা মচা অনীদুবু চাউনবা য়োকপা অমসুং মচাশিংনা চাউরক্লবা মতমদা মাগী অশেংবদু খঙহন্নবগীদমক মাগী কনাসু লৈজদ্রবা মফমসিদা ভারাদা লৈরি। শীংনবগী অকনবা ফিরেপ্পি। ফেমিনিষ্ট রাইটর অসিনা ফেমিনিনিন ইমেজবু অথৌবা মীৎয়েংনা য়েংশিল্লকপনি।

সমাজদা নুপী হায়বসি কায়গনবা, মশানা মশাবু শেন্নজবা ঙমদবা মওংদা শাগৎপা ওইনা লিবরেল ফেমিনিষ্ট অসিগী মীৎয়েংদা উই। নুপাগীদি নুপী শিপ্রবসু নৌনা পুন্সি খোঙবু থিবা য়াই অদুগা নুপীগীদি তাঞ্জা অদু পীবিদে, লৌনবা হোৎনরুরবসু সমাজনা তৃকচনা যেংবী। মপুরোইবা লৈত্রবী নাইতোম তানা হিংজরবসু মহৌশানা নুপাগী অধিকার লৈবগুম্না ঙায়হাক্তা শান্তি পীবিদবা ইনসিক্যুর ওইবা নুপীগী পুন্সিবু উৎলকই ঃ

> খুদি মচা অমত্তং থীবদা নুপী ওইবীশিংগী সংসারদি পূমতোই তোইরিবনি। মদু অমুক হন্না শোমগৎপা য়ারোইদবা মাঙজবনি।
>
> (ইবিদ, ৮৯)

অদুনা চান্দনীগী পুন্সিসু *নুপী ওইরুবসিনা মাগী নীংতম্বদু য়াদে* মশানসু নীংতম্বা পুন্সি অমদা হিংজরিবা মঙোল্দা হংলি *নুপীনবো মদুনা য়ারদ্রো ?* অসিগুম্বা *নুপী* হায়বা মিঙ্গৌসিদা মনীংতম্বা লৈত্রবগী অর্থনা কদায়দনো কোয়শিন্দুনা লৈরি। অদুনা মতোমতা খম্হজরকই *নুপীগী নীংতম্বগী পংখৈ কদাইদগী কদাইফাওবা খাজিন্দুনা লৈ*। সুরমানা অথীংবতনা চয়োম শানা কোয়শিনবিরবা নুপীগী মনীংতম্বা পুন্সি অমা তাঞ্জবগী মায়কৈদা ন্নাহং হং-হংদুনা চঙশিল্লক্লি।

সত্যবতি নিংথৌজম (১৯৬০-) গী ফোঙথ্রবা ৱারীমচাগী লাইরিক্তি অমংবা নোংলক্কী নোংথাং(২০০১) নি । *লৈঙোই তম্পাক* ৱারীমচাদা মতীং লৈবী মীতৈ নুপী অমগী লাম্থুং উৎলি । তম্পাকলৈমবু নুংশিবীদুনা লৈকাইগী মচেনা থেম্মী ঃ

...নুপীনা শুদুনা নচা থাক ঙম্বা হৌনদে । লুখ্রাবী হায়দো ওমঙ্গোলগী মশক্লি ।

অদুনা ইচেগী ৱানি ।

(সত্যবতি, ২০০১,১৩)

*নুপী* হায়বসি মতীং য়াওজদবী ওইনা য়েংবিবা সমাজগী মীৎয়েংদুগা শীংনদুনা নুপীসু মীনি, পাঙ্গল শোনবী নত্তে, থোইদোক্লা চাউথোকফম্লি, মচাবু মী ওইনা শেম্বী-শাবীবা ঙম্বা মমা অমগী মশক্তা তাকই । নুপীবু নত্তবা মীৎয়েংনা য়েংবা ওফিসার অমগী মায়কৈদগী, মাগী নুপা রঘুগী চুমদবা বিচারগী মায়োক্তা শীংনরদুনা হায়রি ঃ

...ঐদি নখোয়গী অফিসারদুগী মখাদা থবক তৌবীসু নত্তে । ঐসে য়ুম পুরিবী য়ুম্বাল্লবী মৌনি । ইচা-ইৱাগী য়ুমগী কুপনোম শুজবফাও মতম কোন্নজদে । মখোয়দুগী শেবা নুংতিগী তৌবা হায়বসি নশাগী ইজ্জৎ শোকপনি ।

(ইবিদ,২৩)

ক্ষেত্রিময়ুম সুবদনী (১৯৫৯-)গী ফোঙথ্রবা ৱারীমচাগী লাইরিকশিংদি - ১।। নহাকপু ঐগী কনানো(১৯৭৮) ২।। নুংগী চীম্বাল (১৯৮৭) ৩।। য়েন্নীংথানা লাকপদা(২০০০) নি । ফেমিনিষ্ট অসিনা হায়রি *নুপীনা নুপাদা কা হেন্না মীনুংশি উৎলক্রবদি করিগুম্বা খরদি শোয়দনা লৈরবনি* । (সুবদনী, ২০০০,৮৭) ওফিসতা থবক তৌবী লেম্বীবু ওফিসকী সেক্রেটরি ওইবা ওফিসারদুনা নমদুনা ইজ্জৎ মাঙহনবিখি । মসিদা ওফিসতা থবক তৌবি নুপীশিংবু নত্তবা মীৎয়েংনা য়েংবিবা অমদি খুদোংচাবা লৌবিবদু উৎলি । নুপীনা মপান থোক্লা শিন অমা পায়রুবদা নুপাশিংগী মীৎয়েংদা মখোয়বু ইয়াদা য়ারগদবী ওইনা উবী । সমাজগী শেন-থুমগী ফিভম্নসু নুপীবু নমদুনা খুদুম চনবা উৎলি । *ৱাকৎ* ৱারীমচাদা মপুরোইবনা গাড়ী এক্সিডেন্ট তৌরুবদগী করিমত্তা শু-নোম্বা ঙমদনা লৈপ্রবদা লৈমহল মপান থোক্লা য়ুমজাওম্নাগীদা হাজিরা শুবা য়াওই । য়ুমজাওম্নাবু হৈনরক্রদুনা থবক তোক্লগা থানিলজাওম্নাগীদা হাজিরা শুবা য়াওরে । থানিলজাওবু লৈমহলনা য়াম্না থাজনা লোয়নজে অদুবু অদুগুম্বা থাজবদু নমথেক্লুনা থানিলজাওনা মহাকপু খুদুম চন্নবা হোৎনরক্রবদা লৈমহলনা মশা নাম্থোকচনবা মকোক্তা চৌক্রিনা থোমদুনা মকোক থুগায়রুই । থোকখিবা থৌদোক অদুদা খুৎ কনবা থানিলজাওগা মূক্রবদা হঞ্জানরক্লবা মপুরোইবনা ময়ুম হোংখিনবগী ৱা পল্লকপদা লৈমহলনা শীংনদুনা লেপ্লি ঃ

ঐহাক শিবগীদমক্ চিংনদে । ঐখোয়সু মীনি । করিগীদমক্ য়ুম হোঙ্‌গদৌরিবনো ? ঐনা কনাদা করি লানখ্রবগে ? ঐহাক মীনি, নুপীনি, অদুগা মমাসুনি ।

(ইবিদ,১৪)

ফেমিনিষ্ট রাইটরসিনা পামজনা শেমগৎলকপা নুপীগী চরিত্রনি । নুপী হায়বসিসু মী অমনি হায়বগী থাজবদা য়ুম্ফম ওইরগা নুপা সমাজগী চুমদবা মীৎয়েংগী মায়োক্তা অকনবা শীংনরকপগী ৱারীনি । নুপীনা মশাগী মতীং অমদি মশাবু থাজবা পীবা ফেমিনিষ্ট অসিগী অতোপ্পা ৱারীমচা অমদি *ৱাখলগী ৱাংমদা* হায়বসিনি । ৱারীমচাসিদা পেত্রিয়ার্কি মনুংদা মেম্মীগী সোসিএল এক্সপরিএন্সনা মহাক্না নুপাবু খক থাজবা ঙমদে *নুপীবু য়াই থাদুনা পঙথহল্লগা হৃদ্দোপীরম্বা নুপা য়াম্না থেঙনরে ।* কলেজ তম্লিবী মেম্মীবু পামজবা থোইবনা থম্মোয়শেংনা নুংশিজবগী চিঠি ইরকপদু মহাক্না থাজবা ঙমদে । সমাজসিদা *মাঙজহৌরিবদি কনাদনো পাঙ্গল শোনবী অখাঙকনবীগী মীংথোন লৌরিবা নুপীদা হেক্তা তাই ।* কলেজ হল্লকপদা মুহোননা চিংলগা থোঙ লোনশিন্দুনা থম্মী । মুহোননা মহাকপু ফারিবসি নুংশিমনবগীনি হায়না উৎনবা হোৎনৈ । নুপীগী ৱাখলগী মমল থম্বীদবা, অপাম্ববু নুংশিবনি হায়জিনবা অনম কনবা লীচৎপু মেম্মীনা শীংনদুনা লেপখি । মতমচানা মমা মপানা পুলিস পুরক্লুনা মেম্মীবু মীওৎ-মীনৈদগী কনখি অদুগা মুহোনবু চৈরাক ফংহনখি । অদুবু মেম্মীবু লৈকাইনা পাউথোকপী ঃ

> লৈকাইনা পাউথেকপী চেল্লুরবা মৌনি । কোক য়াই হায়গে হায়দে,
> কনানবু ফিমন খুনবীরদগে ?
>
> (ইবিদ,৫৩)

সমাজগী মীনোক মৈশা পৃম্লমক মাগী মকোক্তা থোঙ্গৎপী । মসিদা মহাক্কী করি মরাল লৈখি, অদুবু মহাক খা চীক্না খাঙবা তাখি । মশাগী মনীংতম্বা পুন্সিবু, ভর্জিনিতিদা নুপী অমগী মমল থম্বা সমাজদা । অসিগুম্বা মতমসিদা থোইবা মেডিকেল তম্বা লোইরদুনা য়ুম থোরকপদা মমা মপানা নুপী অমগা লুহোংনবা হায়না শিংনবা লোইবগী পাউ তারে । নোংমা থাজদনা থোইবা মনাক্তা লেপ্পরে - কোর্ট মেরিএজ তৌবগী ৱাফম হৌদোরক্লে । থোইবগী থম্মোয়গী অশেংবা নুংশিবা মেম্মী খঙদবা নত্তে, অদু হায়দুনসু মশাবু মমল লৈত্রবী অমগুম্না মমল য়াওদনা থোইবগী মফমদা লাম্থোকপা পামদ্রে । চেল্লুরবীনি পাউথোকপীরবিনি হায়দুনা মশাগী খুদোংচাবা য়েংদুনা থোইবগী মতুং ইল্লুবা পামদে । মহাক্কী মমল অমদি থোইবনা মীমাঙ থোক্না সমাজদা পীবিবা তাবনি - ঐবু ইমাগী মমৌ ওইহনবা পাম্বীরবদি ঐবু হায়বা লাকপীয়ু । মেম্মীনা থোইবগীদা লৈরুবা তারবদি মশাগী নুপী ওইবীগী মমলদু ফংনা সমাজনা য়ানা হিংনীংবগী ঈঙ্গিৎনি । থোইবসু মেম্মীগী ৱাফম্মু য়ানা ময়ূমদা চৎখি অদুবু ৱারীমচাসিগী অরোইবসিনা শীম্থবা ঙমদ্রবা পিরাংদি মীৎলু নাপোমদা ঈহৌহল্লি । নুপী অমা হায়না শীংনবা লোইরবা থোইবগী মমা মপানা চেল্লুরবীনি পাউথোকপীরবী মেম্মীবু মমৌ ওইনবা হায়বা করম্না লাক্কদগে হায়বগী সসপেন্স অমা পীরি । মসি মীওইবগী -ৱাখলনা লাম্বা ফংবগী ৱাংবদা লৈখিবগুম তৌরি । থোইবনা মশাগী মায়পাকপগী ফীরাল পায়দুনা লাকপবু ঙাইরিবসি মেম্মী-মশাতা নত্তে, অপাবশিংগী পূক্নীংদসু ফেমিনিষ্ট অসিনা ঙাইবগী লাঙতক্লবা পীদুনা নীংথীজনা লোইশিল্লি । থোইবনা চৎখিবদা মমীত্তা হঞ্জানবগী মম্নি উখিদে , ইচঙ থৌনা নোক্লুনা চৎখি অদুগা মেম্মীসু থাজবসিদা হিংলি, পুন্সি লম্বীদা মসিনা চেঙজেন ওইখিবা ঙমখিগনি ।

*শঙ্কলদা* পেত্রিয়ার্কি মনুংদা, মপাগী খুদুং ইনবা সমাজদা ইমুং অমগী ৱারেপ লৌবদা মমাগী মফম লৈতবগী মায়োক্তা লৈরিক্না শীংনদুনা লেপখি । লৈরিক অমদি নুংশি লৈশারিঙৈদা চান্নলা লোয়নরকখি, ময়ূম পাল্লবা মতুংদা মচা মচা পীনসি য়ানখি । লৈরিক ইনাক কৈরাক

খুনবা নুপা অমদা ময়ূম পানখি অদুগা নুংশিনা লায়রবা নুপা অমদা। লৈরিক্কী মপুরোইবনা নুংশিগী মচানুপীবু লায়রবগীদমক মমৌ ওইবা য়ারমদে, মসিদা ব্রারেপ লৌবদা লৈরিক্কী মফম লৈহনখিদববু শীংনরকখি ঃ

ব্রাখন নীংতম্বা ফংদবনা খোঙ-খূৎ পুনশিনবদগী হেন্না শাথীবা
চৈনানি হায়বসি নহাক্তি খঙলমদবা য়াই।
ঐসু ঐগী ব্রারেপ লৌরে। মী ওইনা হিংবগী অধিকারদি ঐগীসু
লৈফম থোকই।

(ইবিদ,১৫)

লৈরিক মচানুপী অতোপ্পী পুরগা মপামদা চৎখি। মচানুপীনা মপূং ফারক্লবা মতমদা মমানা পীখিবা ব্রা ভাক্কুনা নুংশিগী মচানুপাদা থাজখি। অদুগা মশামক্লা মপুরোইবগী শম্বল ব্রাংমা ব্রাংমদা লৈদুনা মশাগী অপাম্বা থুংখিবী মতীং লৈবী ফেমিনিষ্ট চরিত্র অমনি লৈরিক। নুপীনা রাজনীতিগী লমদা চঙদুনা সমাজগী অথীংবা মরক্তা পোইরৈঙানবী ভোৎ লেপ্তুনা অহানবা ওইনা মশাগী অধিকারগীদমক লেপখি। মাগী নুপা তোমচানা অথীংবা পী ঃ

ইবেম্মা হৈশিংবী, নঙ ভোটসু লেপতৌনি, লৈবাক্কী নেতা
ওইদৌরিনি।
নুপী হায়বা জাৎসিমক্তবু ইমুংদগী পুবু পুথোরক্করবদি থোকপা অমা
হেক্তা তৌরকই। শাঙ্গোলদগী অঙাওবা ষণ থাদোকপগা চপ মান্নে।

(ইবিদ,২৭)

পেত্রিয়ার্কি মনুংদা নুপী হায়বসি য়ূমগোইবী ওইনা লৈহন্নীংখি। মদুদা য়ানবক্তবদগী তোমচা নুপী অতোপ্পী অমা লৌরগা তোঙান্না লৈখি। অদুবু লাক্কদবা ইলেক্সনদা মপুরোইবা তোমচা ভোৎ লেপকদৌরি; অব্রাৎপা, অহাঙবা লৈতবা নত্তে অদুবু পোইরৈঙানবী নুপী অমগী রাজনীতিগী অধিকাবগীদমক মায়োক্লনবা ফিরেপ লৌখি। মপুবোইবগা মাগগী মরক্তা নোংমা নোংমগী ব্রাংখৎলক্লিবা শম্বলদুগী চৈনা মরোমদোম থম্মোযদা পুরি, মদুগীদমক মাগী মী অমা ওইবগী অধিকারবুদি থাদোকপা তৌখিদে।

বীমাবতী (১৯৬০-) গী খোঙচৎ (১৯৯২) কৌবা ব্রারীমচাগী লাইবিক্তা য়াওবা ব্রারীমচা কয়ামরুমদা নুপীগী মনীংতম্বা তাল্লকপগী ব্রাফম থেংনৈ। লাইরিকসিগী ব্রাহৌদোক্তা ফেমিনিষ্ট অসিনা ইরি ঃ

হান্নদগীসু খন্দুনা লাকাখবানি সতী সীতা, গন্ধারী, মেব্রারগী রাজপুত নুপীশিং। সতী সীতানা অয়োধ্যা য়ৌরক্লগা মৈ চাংয়েংবদা পৃথি ইমাবু কৌদুনা করিগীদমক কপখিবা? মেব্রারগী রাজপুত নুপীশিংদুনা মপুরোইবগী মতুং ইন্নবা হিংনা -হিংনা মৈনুদা চোংশিল্লমদায়দা করি খল্লমগনি? মীনা শেম্বা চৎনবীগী লীপুননা মশা পুম্বা চেজেং পুনশিনবীরগা মঙক্তা থৌরী থুদুনা চিতাগী শীংথক্তা থাংগৎপিবদি ওইরম্লোইদ্রা?

(বীমাবতী, ১৯৯২)

অইবীগী ৱাহংনি । ৱাহং নত্তে, ৱাকংনি, পাউখুমসুনি । সমাজনা নুপা নুপী অনীগী মরক্তা নুপানা অতোম-অরেম ওইনা লৈরগা নুপীবুনা লমচৎ অমগী কিদমগী মচু শঙজিন্দুনা নুপানা পাম্বা মওংদা লাইরেম্বী ওইহনবা; নুপীসু নুপানা মী ওইবগুম্বা মী ওই; থবায় পাল্লি, হকচাং কয়াংকী ওইবা সেপ্পলিং লৈজে । নুপা সমাজনা নমদুনা শাগৎখিবা পেট্রিয়ার্কিগী মনুংদা নুপীনা মতম চুপ্পদা পুংলোনগা চাননা জগোয় শাদুনা, লেহৌকপা সমাজনা কৈ-ফত্তে লেপথোক্লবা চৎনরোলগী মনুংদা নুপীগী পুক্নিনা নারেং থাংলগা ষণগুম হিংবা পুক্নিদগী নুপী অমনা মপুরোইবব থাদোক্লুনা মশাগী মনীংতম্বা পুক্নি ফংনবা চংখি ঃ

> নুপা খুদিংগী থম্মোয়দা নুপীবু মখোয়গী খুবাকনুংদা থম্বা পাম্মী । নুপা অদুগী অক-কন্তুগী মরমদা হাক্লা খিজিন্‌বদসু নুপী অদুদা অধিকার পীবিদে । ... নুপীনা মপানথোক্লা শুজ নোমজরুবদা করম্বা নুপীবু বদনাম পীদনা তোকপা য়াওম্রবগে ? মপুরোইবা লৈত্রবী নুপীবু অরানবা মীৎয়েংনা য়েংবিদবা কনা লৈম্রবগে । হায়রিবশিংদুনদি হোৎনরি নুপীবু কত্তবা কোমদা পুশিন্নবা, অপাম মিহৌবা খরগীদমক্
>
> ...
>
> (ইবিদ,১৩)

অসিগুম্বা সমাজগী চৎনরোলবু য়ানীংদ্রবী নুপীসিনা মপুরোইবগী ময়ুম থাদোক্লুনা চৎপ্রগা অইবী অমা ওইরকখি *য়োল্লিংদুগী ৱাংমদা* ৱারীমচা অমদা অফা-অপন্নবা সমাজগী য়োল্লিংদগী নাহোক্লুনা মনীংতম্বা পুক্নি অমা ফংনবগী মায়কৈদা চঙশিনবা হৌখি । অসিগুম্বা মনীংতম্বা পুক্নি অসিনা নুপা নুপী হিংমিন্নবগী মমলদগী হেন্না মমল লৈনা লৌরকখিবনি । রেডিকেল ফেমিনিষ্ট অমগী ফিরেপ য়াওবা অকনবা থম্মোয়গী রিএক্সন থোক্লকই ঃ

> জীব পুম্নমক্ নীংতম্বা পাম্মী । ... ৱারী অমা লৈবদাই - ময়াং কংলবা লমহুই অমনা নোয় পেল্লবা হুইগী মণ্ডকশমদা লৈবা দাগফম উরুদবগী অহাওবা চাবা, নোয় পেনবা পামখিদে । উমং-ৱাংমদা অফংবা উহৈ খর চারগা নীংতম্মা লৈজবদু পামখি ।
>
> (ইবিদ,১৪)

নীংতম্বগী মমলদু থিরকপনি । অসিগুম্বা নুপীগী পৃক্লীং ৱাখলগী মনীংতম্বা অদুতংগীদমক পুক্নি অমগী ফংফম থোকপা হরাও-নুংঙাইবা ইমুং-মনুংগী মরী-পৃম্বা থাদোক্লুনা নাইতোম তাবগী পুক্নি অমদা লেনখি ।

*লৈই অনি* দা ইমুং অমগী নুপানা মাগী নুপীবু লমচৎ চুমদবী ওইনা পাউথোকপীরক্লগা অতোপ্পা নুপী অমা লৌরগা লৈখি, পীক্লিবা মচা অনী অমদি মাগী নুপীবু লংথোক্লল্লগা । নুপী ওইরবসু লৈপাক্লেগুম অখাঙ কন্নবী মমানা মচানুপী অহনবু মহৈ মশিং তমহন্দুনা ওফিসকী থবক তৌহল্লি । মচানুপীগী লুহোংবদা মপাদু যুমদা হল্লক্লুনা হৌখিবা মতমদা মশানা লঙজখিবা অরানবশিং য়াজবগা লোয়ননা যুমদুদা মতম পৃম্বগী লেঙদনা লৈবগী ৱাফম ফোঙদোক্লে । অদুবু মমাগী পৃক্লীংদগী অচেৎপা ফিরেপ অমুক হোংহনবা ঙমখিদ্রে ঃ

মপুরোইবন মাগী নুপীদা চৎত্রিবা শাজৎসিবু করিনো ? হায়নৈ,
নুপীদি লৈনাদগীসু হেন্না নৌই থন্নালদগীসু হেন্না পথগলি, অদুবু
নুঙদগীসু হেন্না কনবা থম্মোয় ওইরন্নসু য়াই ।

(ইবিদ,৫৭)

ঙাকপীবা, মীনুংশি খঙবনা নুপীগী অথোইবা মগুণ ওইনা শাগংপা পেত্রিয়ার্কিদা নুপীগী মশক অদু নত্তে; ফেমিনিষ্ট অসিনা পুথোরক্লিবসি, মশাগী মতীং অমদি ফিরেপ লৈবা নুপীগী অনৌবা মশক অমনি । মশাগী মীনুংশি চাউবা, অথোংপা থম্মোয়গী খুদোংচাবা লৌবিদুনা, মশাগী খুদোংচবতা য়েংবা নুপা খুন্নাইদা শীংননা লেপ্পা নুপীগী মশক্তি । *মমানা মপুরোইবগী মায়কৈদা খোঙকম অমত্তসু থাংজিন্নরোই* হায়রবসি মচানুপীনা খঙজি । মমাগগা মপাগগা অনীগী মরীসি পেরেন্ত্রেল ওইবা লৈই অনী ওইনা থেংনবা নাইদনা চথরগনি তকই ।

নোংমতং নুপা অমনা খুদাং পায়রন্নবদা লুখাকলাগুম্না সমাজনা য়েংবিবা মতৌ অদুগা নুপানা তরাগী মপুনি হায়না চাউথোকচবা, মখোয়গীদি ময়ূম পাল্লবা মতুংদসু *নুপা*হায়বা কায়বা য়াদবা মিংথোলদা লৈবা অদুগা নুপীগীনা *মৌহায়দুনা হন্থবা মিঙৌদা কৌবিবা*, মরাইবক থীরবী নুপীশিংবু সমাজদা কাখৎচনবা, ঈংনা চীক্লা হিংজনবা অনৌবা তাঞ্জা অমা পীবিদবা সমাজসিদা ফেমিনিষ্ট রাইটরসিনা *মিনুংশিগী লৈনাতনা য়োমদুনা মৌ* অমবু হিংজনবা মকম পীরকখি ঃ

... মৌবু অরানবা মীৎয়েংনা তত্তনা য়েংবীবসি ঐদি য়াজনিংদে ।
মখোয়সু থম্মোয় পাল্লি হায়বসি সমাজনা খঙবিফম থোকপনি ।

(ইবিদ,৬৩)

মসিদা অচৌবা থাজবা অমগী পাউখুম্নি; মসি সমাজ অসিবু নৌহৌননা শেমজিন-শাজিনবা, মালহৌনরকপা (reparing) অমগী থোঙজিল নুপী খুন্নাইগী হাংদোকপীবনি । *উচিদা অমুক* ব্রারীমচাদা শুনন্দা লুখ্রাবী মমানা নাউকোন্দুনা চাউরকপী *বৃন্দা*গী মথোং কারকপগী হকচাংদা সেক্সিস ওইনা য়েংবিদুনা, চান-থক্লবা পোৎ-চৈ খরা মীনুংশি চাউবা শাদুনা পীবিরগা দুকান্দার মোহোননা সেক্সচ্যোলি মিসগাইদ তৌবিখ্রবা নুপী অমগী মরাইবক্কী অব্রাবদু উৎলি ।

মী অমগী থাজবা গুন্নগী শক্তি ব্রাংমা লাল্লক্লবী লৈরিক্লা *পনখৈদুগী ব্রাংমদা* মী অমা ওইবগী ইজ্জৎ ঙাক্লবগী হোৎনরকপদা মপুরোইবগী মথবাক্তা থাঙনা থিনখি । লৈরিক্কী মপা বিধুগী চান্নবা মরূপ তোমালনা পীশক পীক্লিখৈদগী হৌনা লৈরিকপু মচাদা মচাদৌনা মফি মরোল থোনবিদুনা লুনা চান্না তৌরকই । মশাগী মত অমত্তা ফোঙদোকফম খঙদ্রিখৈদা অহল লমনশিংনা মহাকপু লুহোংথোকপীখি । লুহোংলবা মতুংদা সমাজগী লূজদবা মীৎয়েং লমচং লৈরিক্লা মনা-মনিল নাইদনা অণ্ডম্বা মখৈ খাঙখি । ম্যোনচৌবিনিষ্ট সোসাইটিগী নুপীবু ফত্তনা খনবা (ill fitting) মতৌ, ওফিসতা থবক তৌবী লৈরিকপু শ্যামজাইনা ফজনা খক উবিদে, মপান থোক্লা থবক তৌবি মাগী নুপীবু ওক্ত লমচং চৎপী, ইরাং তৌবা ওফিসতা চৎপা ওইনা উবি, লৈরিক্লা ওফিসকী থবক খরা চিন্দুনা খজিক্তং থেংনা হল্লকপদা হায় ঃ

নরমচত্তুননি খঙলব্রা নরমচত্তুনা । নঙনা তৌববু ঐনা কৈদৌনা
খঙদনি । ওফিসতা নুমিৎ চুপ্পা নুপা নহা অরৈমখৈ পুনশিন্দুনা ইরাং
তৌ'খৈ তৌরুরগা 'সিদা সতী শাবদি য়ারোই খঙলব্রা ?

(ইবিদ,৭১)

লাইরিক হৈতবা মাগী মপুরোইবনা মাগী নুপীবু মপূংফানা মশাগী খূবাম্মুংদা থম্না ঙমদবসিমক পেত্রিয়ার্কি মনুংদা নুপা অমগী থম্মোয়গী চৈনা ওইনা শ্যামজাইগী মফমদা থোকখি । অদুনা অহিং থেংনা য়ু থক্কুরগা ময়ূমদা হল্লক্লগা লৈরিকপু ফূ চৈবি, লৈরিক তুমিন্না খাঙলি । মসিদগী হেন্দোক্তুনা অপীকপা শেগাগী মচাবু মাগী মশক মান্দে হাত্তোকনি মুল্লি । মমৌবু কন্নবা হোৎনরুবা মপা তোমালবু বদনাম তৌই; লৈখা তাবগী অরোইবা থাক য়ৌরকই ঃ

মবাগী মনাক্তা লৈনিংদ্রবদি য়ূমসি থাদোক্কুনা চৎখিবা তাই ।
নুপীনা য়ূম অমত্তদা নুপা অনী লোনবা য়ারোই । হায়বিয়ু বাজী
লৈরিকসিবু ঐগী নুপীরা নত্তুগা বাজীগীরা ?

(ইবিদ,৭৬)

মচাগী লৃজদ্রবা ব্রাহৈনা শোক্লবা অহল ওইরবা তোমালনা মচাবু ব্রারক্কে হোৎনরুবদা শ্যামজাইনা ইন্থুবিদুনা ফক্লাংদা য়ৈশিন্দুনা তাখ্রে । অদুনা পীক্লিবা মচাবু শেগাদগী মুন্দুনা হাত্তোক্লবা হোৎনরক্কে । হৌজিক লৈরিক্কী খাঙবা ঙম্বগী পনখৈদু ব্রাংমা লানখ্রে; ফূক হৌগৎলগা কোমথরক্লবা ফনেক্তু চেৎনা শেৎচিল্লে, মশম তনখোম খোমগৎলে অদুগা মীৎনা কুপ্পগী মনুংদা ফক্লাংদা ঙাদুনা থল্লিবা থাঙদুনা মপুরোইবগী মথবাক্তা থূম্না থিল্লে । লৈরিক মশাগী মী অমগী মর্যদাবু ঙাক্ল বা হোৎনখিবী রেডিকেল ফেমিনিষ্ট অমনি । নুপানা চাউবা সমাজদা মশাগী নুপী ওইবীগী ইজ্জৎ ঙাক্লনবা থৌনা ফনা মায়োক্লখি । অইবীগী ব্রারীমচাগী মরমদা মত পীবি ঃ

নুপীগী ইণ্ডিভিজুয়েলিটি মপূং ফানা শাগৎচন্নবগী মমল তাক্লকই ।
খাঙহৈবী মরুমদা থুপচান্নবা মাঙখ্রবা নুপীশিংগী পুন্সিদা অইবীনা
পেন্থোকপা ঙমদে । থৌনা পুথোক্তুনা নুপী থোক্লা হিংহন্নিংবগী
খোম্থাং বীমাবতীদগী থক্তোরকই ।

(অরুনা,১৯৯৪,২)

মেমচৌবীগী (১৯৫৫-) লাইরিক লৈতেং (১৯৯২) দা ফের্মিনিষ্ট ওইবগী মীৎয়েং মরাং কায়না থেংনৈ । *ঐগী দায়রিগী চেনাদগী, নীংসিঙ ঈরোনুংদগী, মৈতৈ নুপী* অসিনচিংবদা লমদম অসিদা হিংলিবা মীতৈ নুপীগী হিংবগী ফিভম উৎপগা লোয়ননা নুপীশিংনা মশাগী হক্কীদমক হৌগৎলকপগী মশক উৎলি । অহানবগী আর্টিকল অসিদা মণিপুবনা ভারতকী মনুংদা তিনশিনখ্রবা মতুংদা লালহৌবগী ঈরাং থোক্লকপা অদুগা ইন্দিয়ান আর্মিশিংনা লালহৌবা থিংবগী মমিংদা নুপী ওইবীশিংগী ইজ্জৎ পাকতক্লনা মাঙহনবিখিবা, লাংজিং অচৌবগী থৌদোক এপ্রিল ২৭, ১৯৮০ অদুবু অইবীনা মশাগী হকথেংনবা এক্সপরিএন্সতা ডাইরী রাইটিংদা পুথোরকপনি । কোম্বীং ওপরেসন অদুদা নুপী কয়াগী ইজ্জৎ মাঙহনখিবা অমদি মীরোনবী - নুপী অমা শিখিবা অদুবু অইবীনা মফমদুদা চৎলুবদা মীয়াম্মা থৌদোক অদু লোৎশিন্দুনা *ইবেম্মা মীনা পংহায় হায়নবা ঙাকনী, করিসু তৌদে*। হায়না অচুম্বা ফোঙদোকপা ঙমদনা লোৎখিবা

মসিদা মণিপুরগী নুপী মীয়াম্না চুমদ্রবা থৌদোক অদুগী মায়োক্তা ঈহৌ হৌরকপদা মতমদুগী সরকারনা ঈহৌ য়াওবা মীওইশিং তানখায়নবা হোৎনবদা প্যারী কৌবী নুপী অমা গাড়ীদগী ওন্থদুনা শিখিবা ফাওবগী থৌদোকপু ফেমিনিষ্ট অসিগী নুমিৎ নিপাননিগী ডাইরীগী এক্সপ্রেসন্দা পুথোরকই। ফেমিনিষ্টসিনা মতাং অমদা হায়রি ঃ

নুপীবু মীওইবা অমা ওইনা চপচানা ইকায়-খুম্নবিবা খুন্নাই অমা
ওইদ্রিফাও মাঙখিবা তারিব্রা ঐখোয়গী ইজৎ হনজিন হনজিন,
সিখিবা তারিব্রা ঐখোয়বু মথং মথং।

(মেমচৌবী, ১৯৯২,১৫)

কোলোনাইজ রুলনা পেট্রিয়ার্কিগী মনুংদা নুপী ওইবীবু নমথদুনা থম্লীবগী মায়োক্তা লেপ্লা হায়বসিমকসু ফেমিনিষ্ট অমগী মায়োক্লবগী হীরমনি। নুপীবু নমথদুনা থম্লিবা আইন, রাজনীতি, অর্থনীতি অমদি সংস্কৃতিগী চৎনরোল পৃস্বগী মায়োক্তা শীংনদুনা মনীংতম্বা নুপীগী পুন্সি অমগীদমক হৌরকপা নুপীগী নীংতম্বা তানবগী ঈহৌবুনি ফেমিনিজম হায়রিবসি। অইবীনা সমাজগী চৎনরোল মনুংদা মশাগী নুপী ওইবীগী মনীংতম্বা পুন্সিদা লূপশিন্দুনা মাঙখ্রবী পীক্লিবৈঙদগী ওম্থোক্ল মনীংতমজনা হৌমিন-কামিন্নরকপী ইবেমচাগী আশা য়াওদ্রবা পুন্সি অমদি ইবেমচাগী মচেগী মশানা য়াদনা ফাবিদুনা পুন্সিগী মমল লৈহনখিদবগী ৱারী *নিংসিঙ ইবোম্নুংদগী*দা ফোঙদোকই। অরোইবদা মরৈবাক্কী নুপীগী তম্বা ঙমদ্রবা মরাইবক্কীদমক নীংঙমদবা ফোঙদোকপগা লোয়ননা মনীংতম্না হিংজবা ফংদ্রবা মালেমগী মফম কয়াগী নুপীগী মায়কৈদা য়েংলক্লি ঃ

ইউরোপকী নুপী, রুসিয়াগী নুপী, চিনাগী নুপী অমদি ভিয়েৎনামগী
নুপীনা ফাজিল-পুনসিনবা মখল কয়াদগী ইমানসিপেসন ফংলদুনা
তোঙাল-তোঙানবা লম খুদিংমক্তা নুপাসিংদগী করিসু হন্থদনা
খোংজেল য়াংনা চেনসিল্লি।

(ইবিদ,২০)

*ইমাগী ইবেম্মা ইমা লৈনে* ৱারীমচাদনা ইন্দিয়ান আর্মিগী তমথীবা মীওৎ মীনৈদা খুদোংথীবা লান্নংলগদবী লোইদাংবু নুপী ময়াম্না হৌরক্তুনা কনখিবগী ৱা ইরি। জেলদগী নাম্থোক্তুনা চেনথ্রবা থোইববু ফানবা হোৎনবগী মমিংদা অশুকপা চীংথক্তা লাম্মীশিংনা ফাদুনা পুথ্রবা লোইদাংবু লবৃক্তা থবক শুরম্বী মীতৈ নুপীশিংনা হৌরক্তুনা কনখিবনি, অদুগা *ঙায়বা* ৱারীমচাদনা কোর্টকী ডোকতা অসিলালিউনা চহী তরেৎকী মমাঙদা মহাকপু মীওই তরুক চঙনা ইজ্জৎ মাঙহনখিবা অদুগী রাই ঙাইদুনা থোকখিবা থৌদোক্কী নীঙমদ্রবা ৱারী লীরি। কৈথেল মানবীদা খুল্লাকপগী মচানুপাগা লুহোংনবগীদমক চৎপগী লম্বী য়াম্বেমদা বস খামদুনা মখা চৎলরোই হায়বদগী মমাগা লোয়ননা অসিলালিউনা চৎলিবৈঙদা মখোয়গী মতুং ইন্নরকপা নুপা তরুক্লা থিনবিগে হায়দুনা পুরগা লবৃক্তা তমথীনা ফু-চৈবিখিবা; থাঙনা মফুরিৎ ককথত্তুনা থবাক্কী শরুকশিং চিংখাইখিবা অদুগা মখোঙ মখূৎ ফাজিন্দুনা ইজ্জৎ মাঙহনবিখিবগী থৌদোক উৎলি, সমাজকী মীনোক মৈশা, অখাবা মীৎয়েং খাঙন খাঙন কোর্টকী ডোকতা লেপ্লগা থম্মোয় শোক্লা মশাগী মৈচাক ফোঙদোরকখি - *ঐপু নখোয়কী ৱায়েনতু, নখোয়গী অরোইবা ৱাতু তাবা অমুক লকপাপু ঙমখিকত্র* শেংনা চৈনানা পীক থনবা চীংমী নিঙোল অমগী থম্মোয়গী ৱাকৎনি।

সনাতোম্বী (১৯৬৪-) কেন্টস মানবী(১৯৯৯) ফোঙগ্রবী ৱারীমচা ইবীনি। মহাক্কী ৱারীমচা খরদা নুপীগী মরাইবক উৎপা অমদি অফা-অপূনশিংদগী নাম্থোক্লীংবা ফোঙদোকপা ৱারীমচাশিং য়াওরি। মখলসিদা *তামহৈরেদো চেক্লাশিং*, *নুপী* মমিং পনবা য়াই। নুপী অমনা নিঙোল ওইনা মপাম লমদমদা হিংজরিঙৈদা মখোয়না মনীংতম্বা লেমজবা ফংই ; অদুবু

> মঅদুদা ফংজরম্বা ঐগী পুন্সিগী নিঙতম্বা, হরাউ -তয়াম্বা পূম্ন মক মৌ হায়বা অনৌবা মিংথোলসিনা লাপ্না হন্দোকপিখ্রে। য়ূম্বানবগী পুন্সিনা চেৎনা পুন্সিন্দুনা থম্বীরে ঐবু অনৌবা য়োহিলংগী সংসার অমদা।
>
> (সনাতোম্বী, ১৯৯৯,২৮)

নুপী অমনা য়ূম্বাল্লবা মতুংদা মশক উদবা লৈই (contour) অমগী মনুংদা মশামক ফাদোক অমগুম ফাজিন-পুনশিন্দুনা হিংলবা নুপী অমনা হৌখিবা নিঙোল ওইরিঙৈ মতমগী মনীং তমজরম্বা পুন্সিবু হঙ্গৎনা ওম্থেক্লে পাম্মুজনা য়েংজবনি, ফংলরোই খঙনা। মপুরোইবগী মফমদগী মীনুংশি ফংবা হায়বসিসু য়াখোক্লবা ঙমখৈ অমগী মনুংদনি ঃ

> মহাক্না ঐঙোন্দা মিনুংশি পীবিখি, শূপ্নগী অককনবা লৈই অমগী মনুংদা। ঐনা কৈদৌঙৈদসু কাউদে, লৈই অসিদগী লাম্থোক্লবা মীকুপ্তা মহাক্ন পীবিবা মপাল নাইদ্রবা নুংশিবা, নুপী ওইবী ঐগী লেমজফম গী মশক ওইরবা তাংজফম পূম্নমক মাঙখিগনি।
>
> (ইবিদ,৩৩)

অদুবু মহাক্কী পুক্লীংনদি হৌখ্রবা মতমগী নীংশিং লমদমদুদা চেক্লা ওইনা মনীংতম্না পাইজরুনীংই, মফম কোয়থুং থুংনা। য়ুম্বাল্লবা মতুংদা নুপীগী পুন্সিনা করম্না মখাপোনবী ওইনা (subordinate), য়াকা য়েংদুনা হিংলকপগী চৈনাগী ৱারীনি লীরিবসি। *মীকপ থোরকপদা* ৱারীমচাদা নুপানা চাউবা সমাজগী মায়োক্তা ইবেতোম্বীগী মচীন থোক্লকখি, অদুবু চপচানা লেপ্তুনা মায়োক্লবদি ঙমখিদে। অদুবু নুপীগী মীৎয়েংদগী নুপীবু মশক থিরকপগী মায়কৈদদি ফেমিনিষ্ট অসি মখোঙ ফনা য়াঙনা চৎলি হায়বা তাই। মহাক্কী ৱারীমচাশিংদা য়াম্না মরুওইনা লৌখৎলিবা হীরমদি - সমাজ অমদি মদুদা নুপী অমগী মফম করিনো থিবনি। *তাংজফম* ৱারীমচাদা রুহিনিনা মহাকপু নুংশিনা কোয়শেন শেন্নরিবা অকাসতা হায়রি ঃ

> নহাক্তি শূপ্নগী সমাজবু পাম্বনি, নুংশিববু পামদে। নঙনা ঙসি সমাজবু কিবদগী ঐগী মায়সিদা খূপাক্লা থারি। ...ঐগী পোপী! নহাক হল্লক্লো। ... নহাক্তি শূপ্নগী নুংশিববু পামবনি, সমাজবু পামদে।
>
> (ইবিদ,৫০)

ঐখোয়গী সমাজকী সংস্কৃতি অমদি মসিগী মোরেল ভেল্যুদা পুন্সিবু কখোক্তুনা হিংবা হায়বসিনা নুপী অমগী মনীংতম্বা পুন্সিবু মপূং ফানা মাঙহঞ্জনবগী অহানবা মরমনি হায়বা ফেমিনিষ্ট অসিগী ৱাখলনি। মহাক্কী ৱারীমচাশিংদা থৌদোক, চরিত্রশিংনা তত্তুনা ট্রেডিসন অমদি পোষ্ট মোদর্ন

অনীগী মূক্রুবা মচাক য়াওরি । *অনৌবা ইণ্ডেনথা* হায়বসিদনা ট্রেডিসনেল ওইবা সমাজগী চৎনরোল মনুংদা য়ূম্বালবী য়ূমগী মৌ অমনা মশাগী মনীংতম্বা, রাখল খনবা গুম্বগী শক্তি পূন্না য়ূমগী মনেমগী য়াথং ইনবদা মাগুহনখিবা মসিনা নুপী অমনা অন্ধবিশ্বাসতা লূপ্লুনা লৈখ্রবী মনেমগী য়াথং ঙাকপদা পীক্লিবা অনাবা মচাবু হোস্টপিটালদা পুখৎকদবদা নুমিৎ ফত্তে হায়দুনা পুখিদবদগী অশিবগী লাইদা শিন্নবা তাখিবগী ৱারী উৎলি । ফমদা তাদুনা লৈরবী মচাবু তম্ফানা ডাক্তরদা য়েংহন্নবা হোৎনবদা মনেম্না যাখিদবা, ডাক্তরগী হিদাক্কী মহুৎ কালিন্দ্রি মনা মকোক্তা থোম্বীবা; খুন্নুং চঙলবা সমাজসিদা তম্ফাগী ইহাঙ হাঙলবা পুন্সিনা মঙাল য়াওদবা চৎনরোল মরকসিদা মঙ অমখক শাগৎলি । মসি নুপী অমনা খুন্নাইসিদা হিংবদা হেক্তা শাগৎপা ঙম্বা মঙনি । মচালৈত্রবী তম্ফাবু মনেম্না মহূ ময়াই চাউবী ওইনা উরক্তুনা য়ূমদগী তাম্থোকপীরকপগী মঙনি । মতমদুদা মহাক করি তৌগনি । অসিগুম্বা তম্ফাগী নুংথিলগী মঙ (day dream) অসিদগী খুন্নাইসিগী নুপীশিংনা মপূংফানা নাম্থোকপা ঙমজদ্রিবনি । ময়ূম পাল্লবা নুপী অমগী পুন্সিদা থোক্লিবা অৱাবা, অমদি থোক্লবা য়ারিবা খুদোংথীবশিংদু ফেমিনিষ্ট অসিনা তূমদনা মঙলাক্লবগী ফিভমদা ফোঙদোকপনি ।

মণিপুরী ৱারীমচাগী ঈচেলদা নিংঙোম্বম সুনিতা (১৯৬৫-) ১ ।। খোঙজি মখোল (১৯৯৭) ২ ।। অকায়বা মিংশেল (২০০৪)দা য়াওবা ৱারীমচাশিংদা ফেমিনিষ্ট অমগী মীৎয়েং কয়ামরুম মরাং কায়না থেংনৈ । *লৈদু নুংদু* ৱারীমচাদা লাইবক থীবা থৌদোক গাড়ী এক্সিডেন্টদা মপুরোইবা লৈখিদ্রবী ইন্দ্রানিনা মচাশিংগীদক লাম্থেংননবা চঙলকখিবা লাঞ্জং তরাইবা ওইখিদে । মহাকপু নম্বর ফোর গ্রাম খরা (৫/১০) গা লোয়ননা পুলিসনা ফাখিবনি । *নুপী ওইবৈ লেমজবা শিনফম ওইনামদু তৌবা য়াব্রা ?* হংলদুনা পুলিস ইন্সপেক্তরদুনা করেম্নরকই .. *নশক হায়রা থীবসু মান্দে । করি হায়বা ?* অমত্তংগা হায়বিয়ু । ইন্দ্রানিগী মায়থোঙদা শাংনা তারিবা দাক্তুনা পুলিস ওফিসারদুগী মফমদা হৌখিবা পুন্সিগী ৱারী মতেক অমখক পুবকই । ইন্দ্রানি মাগী মন্যাওনুপা সনাতোম্বগী নুপীনি, মাগীনা মনাওনুপীনি । মমানা ইন্দ্রানিবু য়াখিদবসি *মহাক লোই নীঙোলনি, ঐখোয়ন্না* বামোন্নী মশাগী তমথীবা কাঙলূপ খায়বা তমথীরবা চৎনবীগী খূত্তুনা লংলকপা ইঞ্জাং হাপ্পা তেংকোৎনা পান্দুনা মবাইবক্তা দাক লৈখিবনি । সনাতোম্বনা ইন্দ্রানিগীদমক লেপ্পীখিদবা নত্তে ঃ

> করিগীনে ময়াম চঙদুনা মঙোন্দা অমুক তমথীরিবা ? মীনে, শা
> ষণগুম্না লোইন্নবা পুরকপা নত্তে । ঐগী নুপীনি, য়ূমসিগী মৌ ।
> (ইবিদ,৫)

লমশাংদা হোংদুনা মতৈ মনাও লৈমিন্নখি । মতুংদা সনাতোম্বা শিখ্রে । হৌজিক ইন্দ্রানিনা হায়রি *ফংফম খোকপা দম্দিদু পীয়ু।* ইন্দ্রানিনা সমাজসিবু শীংনরি ৱাহৈনা নত্তে, তূমিন্না লৈবনা । সমাজসিদা নুপীগী মরাইবক্কী মরমদা ফেমিনিষ্ট অসিনা দাশিনিগী থম্মোয়গী য়াৱা ওইনা পুখোরকই ঃ

> সংসারসিদা লৈরিবা সধারন নুপাশিংগী মরক্তা চাদা মরিফুতরাদি
> মাগী মাগী নুপীশিংবু মশক খঙদনা মপুন্সি লেনরিবা ঙাক্তনি ।
> নুপাশিংনা নুপীবু মখোয়গী অপেনবা থিফম করিগুম্বদনা থৱায়
> পান্দবা সুইচ নমলগা চৎলবা রোবোটকুম্না উই । ফজবা অথীবা,

অপাঙ্গা, নুংশিবা অমদি অৱা নুংঙাই খঙবা থম্মোয় অমগা লোয়নননা ঈশ্বরনা নুপীবু শেন্নকপনি হায়বসি মখোয়না হেক হেক কাওথোকই। .... অখাঙ কনবা অমদি কখোকপগী অদুমক্কা নুপীনা সংসারগী অৱা অনাগী পোৎলুম পুম্বা মথন্তগী থম্মোয়দা লোৎশিন্দুনা থম্মী। মসিনা ওইরোইদ্রা নুপাশিংনা নুপীবু চৈনা মশক খঙদবা হঙ্গী লাইগুম্বা উবগী মরমদু ? অদুনা নুপীশিংনসু মশাবু মশক খঙদবমখৈ পুম্নমক নুপী হায়বসিদা লৌথোকপা য়াদ্রবা মশাগী লাইবক ওইনা লোশিল্লি।

(ইবিদ, ১৫)

দাশিনিনা মপুরোইবা বিমলবু মাগী ওইনা মপুংফানা ফংজবা ঙমদে, বিমলনা অতোপ্পা নুপী হরিমতিবু লোন্নবী ওইনা পুশিল্লক্কে। মপুরোইবা বিমলগী *নুপাদি তরাগী মপুনি* হায়বা সমাজগী চৎনবীদু দাশিনি ফোংনা ৱারীমচাসিদা শীংনবা ঙমখিদ্রবসু পূক্নীংদা লৈরিবা শীংনবগী মতীংদুদি ফোঙদোকই।

পেট্রিয়ার্কিগী মনুংদা সেক্সিস প্রাক্টিস্ট তৌদুনা নুপী অমা হায়বসি সমাজদা ভর্জিনিতিনা দিটর্মিন তৌই। নুপীগী সেক্স ওর্গানশিংবু *খুৎথেংনদ্রিবা লৈরাং, চীনথেংনদ্রিবা হৈরাং, খোঙনা নেত্রিবা উমং* গী সিম্বলদা তাইবঙপানবগী অশেংবা অরুবা পূম্নমক্কা মপা লাকশিল্লি; অদুবু খূদি খূনাহ্মোক্তগী ভর্জিনিটি অদুবু মাঙখ্রবদি *লূখাকলা* তাই। মসিমক সমাজদা নুপীবু সেক্সিস পাক্টিস্ট তৌই হায়বনি। নুপীবু সেক্স ওবজেক্ট ওইনা য়েংবননি। মসিগুম্বা সমাজগী চৎনরোলশিংগী মনুংদা নুপীনা করিগুম্বা হীরম অমত্তদা পৃকচেল চাউথো-ক্লা হিংবা ঙমহন্দে। নুপানা মনীংতম্বা নুংশিৎ অদুগা নুপীনা মপোৎ থন্না হাপ্পবা সমুদ্রদা লুফেং লুফেং তাউরিবা হিদুনি, সেভ ওইবা হায়বদু সমাজগী মফম কদায়দসু মখোয়গীদি লৈতে। মসিমক্কি *লীক্লি মচেৎ* ৱারীমচাগী চরিত্র সনাহনবীগী পুন্সি। সনাহনবীনা শরৎচন্দ্রবু অঙাং ওইরিঙৈগী শান্ন মরূপ ওইনা লোয়নরক্লবনি। শরৎচন্দ্রগী মপানা জিরিদা পোস্টিং তারবদা মফমদুদা য়ূম হোংবা তারে। নৌরিবা শান্ন-মরূপ অনীদুগী থম্মোয়দা কায়নবগী চৈনা ফাওনরকই। শরৎচন্দ্রনা থেমজিনবী *নোংমা লাকখিনি* সনাহনবীগীদি পিরাং থাংবা মীৎয়েং নত্তনা অতৈ পাউখুম লৈতে। ৱারীসি সনাহনবীগী নীংশিং ঈচেলদা তাউথরকপনি , ফ্লাসবেক টেক্নিক্তা উৎপনি। শরৎচন্দ্রগা উনখিদ্রে, তাম্নখ্রে মরকসিদা নাউবগা থেংনদুনা নুংশিনদুনা চেল্লে। নাউবগী মমা মপানা য়ানীংদবদগী ফাদোক্লরে। নাউবনসু মাগীদমক লেপ্পীবা তৌদনা অতোপ্পা নুপী অমগা লুহোংখ্রে। নুপাদি তরাগী মপুনি হায়বদৌনা। সনাহনবীগীদি, মাগী মনাক্তসু নোংমা লেপ্লে মাগী অঙাং ওইরিঙৈগী শান্ন মরূপ, নুংশি খোঙলোয় শরৎচন্দ্রনা। সমাজনা অদুম ঙাঙনবা হৌরক্লে *মীগী মচা পাখঙসে মানা শুমদুনা ফাবিরে* মহাক্কী মরান্দি, মরান্দি নুপী ওইরুবসিনি; মহাক চেল্লুরবীনি, লুখাক্লা তারবীনি। সমাজসিদা মীনোক মীচৈ মরক্তা লৃপুনা খাঙজবা নত্তনা মহাক্কীদমক্তদি কাখৎচনবা খোঙফম অমত্তা সমাজনা পীবিদে। শরৎচন্দ্রগী মমানা মীচৈগী নোং হৈথবা হৌরক্লে- *ইচাদি পাখঙনী, নঙনা মৌ* পেট্রিয়ার্কিগী চৎনরোলনা মহাকপু, অহিংবা থৱায় অমবু *লাইখিবী* ওহ্মোকপীরে ঃ

পুর্নিমাগী থাজ ! নঙগী নঙালদি ঙসিসু মালেমদা সনদোক্লি। অদুবু ঐগী মঙাল য়াওদ্রবা পুন্সিসিদি হেন্ন-হেন্না অঙানবদগী লাপথোরক্লি।

.. লীক্লী মচেৎ অমগী মঙালনা নঙগা চাংদম্নরুবা য়াব্রা ? মান্নী, ঐদি লীক্লি মচেৎনী । কন্নাগীসু মীৎয়েংদা চন্নফম লৈররোই । নখোয় অমুক হন্না ঐবু য়েংবিরক্লনু । কনামত্তগী চান্ন-মীৎয়েং ঐ খোইদাদ্রে । করিগুম্বা নখোয়গীসু মীনুংশি খঙবা থম্মোদো পাল্লম্বা থোক্লবদি শোয়দনা চৈনা অমদি-অকায়বা লীক্লী মচেত্তা নেৎপগী ।

(ইবিদ,৪৭)

অদুগুম্বা সমাজগী চৎনরোলবু ঙাক্লিবা সমাজগী মীওইশিংদা থাঙ্কৎপা ব্রাকৎনি, চৈনা ফংলবা থম্মোয় অমগী । করি পাউখুম পীগদৌরি । ধর্ম্মগী ব্রারী লাইরিকশিংনা ভর্জিন মেরীনা যিজস পোকহল্লি, কুন্তীনা কর্ণ পোকহল্লি । মসিনা সমাজসিদা নুপীবু সেক্সিস ওইনা য়েংবগী মীৎয়েংদু শন্দোরকপনি ।

*মঙালগী মায়কৈদা* হায়বা ব্রারীমচাদনা মনিলৈমগী ফেমিনিন এক্সপরিএন্সদা চাইথোক্লুনা লৈপ্লবা কাং -খোং চাইথোক্লবা ব্রারী অমবু নৌহৌননা নীংশিং ঈচেলদগী খোমজিন তাশিন্দুনা (reconstitute) শেমগৎলকপনি । লুপ্লাবী মমানা য়োক্লবী মনিলৈমগী তশেং তশেংবা থম্মোয়গী লময়ায়দা থেংনখি; অদুবু লুহোংখিদে, মমা ওইবগী তাঞ্জা অমখকসু মহাক ফংখি অদুবু মপুরোইবনা য়াদবদগী মমা ওইহনখিদে । নোংমা পুলিসনা থিবা লাকপদগী মনিলৈমনা মপুরোইবদি হান্ননা নুপী অমদি মচা লৈরবা নুপানি; মতম অমদা পুলিসকী হবিলদার ওইরম্বনি অদুবু মচা মন্না লৈববা নুপী অমগা ঙাঙনরুবগী হাক্তক্তা নুপীদুগী নুপাদু হাৎলুবদগী পুলিসকী মখৃত্তগী নাম্থোক্লুনা মীরোৎ ওইদুনা লৈরম্বনি হায়বা অশেংবা পৃম্বা খঙখি । নোংমা মনিলৈমনা মহাক্কী মপুরোইবগী অহানবা নুপীদুগী মনাক্তা চৎলুবদা মসিমসু খঙলকখি - নুপীদু ওক্তবী খন্দুনা মচা নুপা অনীগা হিংনবা লাম্থেংনরি । নুপীদুনা হায়রকই ঃ

সমাজ হায়বসিদি অশিবনি, থব্রায় পান্দবনি । ... নঙগী সমাজসিদা লৈন লৈনা নঙগী সমাজসিনা ঐবু শান্নবীদুনা সমাজদগী ঐবু অমুক তাম্থোকই । ঐবু নুপী ওইহন্দে । ... হৌজিক্তী ঐ কন্নাবু নুংশিরুবসু ঙমদ্রে. তুকৎচবসু পোকত্রে । উরেদনা নুপী হাযবা মিং অসিতবু হাৎতোকখ্রবা তুংদা ঐনা পুম্নমক্সি ঙম্মলিবনি ।

(ইবিদ,৭৬)

ম্যোন চৌবিনিষ্ট সোসাইটিদা লাই হাক্তক্তগী চৎনরক্লিবা নুপীগী মরাইবক থিবী ওইহল্লিবসি সমাজগী অরানবা মীৎয়েংননি । সমাজসিদা নুপাগী চুমদ্রবা মরমচৎপু মনিলৈমা য়ানীংবা পোক্লত্রে ঃ

দেবতা ওইরিবা রামসু ব্রানা খাঙজরক্লবী সীতাবু মৈনুংদা লংসিনবসু ঙম্মী, বন্দা হুন্দোকলম্বসু ঙম্মী । উরেদনা - লাই হাক্তক্তগী হৌনা যুগ যুগ কয়াদগী নুপাশিংনা নুপীবু চিংথোক-চিংশিন শান্নদুনা লাক্লি ।

(ইবিদ,৬৯)

মতাং অমদা ঃ

সধারন নুপাশিংগী মরক্তা নুপীবু লুনা -চানা তৌবীবা মশীংসু অদুক হম্থবদি নত্তে । অদুবু মখোয়না নুপীবু খঙদে । শুপ্নতংগী মখোয়দগী

তোল্লা হিংঙি খন্দুনা হন্থনা নুংশিবীবগী ব্রাতনি । অমরোমদা হায়রুরবদি য়ুমদা লোইবা হুই-হৌদোং মপুনা লুনা-চান্না তৌবীবগুম্বনি ।

(ইবিদ,৭০)

মনিলৈমগী নুপী ওইবীগী অব্রাবা পুক্নি ব্রারীবু নীংশিংই । মনিলৈমা খঙডি *নুপীগী অশোনবা জগা নুপাদা ওইবগুম নুপাগী খ্বাইগী অশোনবা জগাসু নুপীগী মফমদনি ।* অদুবু *নুপীসু নুপাবু শান্নবা ঙম্মী ।* অদুবু মদু ঐখোয়গী নুপী সমাজগী আদর্শ নতে ।*নুপীনা নুপাবু শান্নবা হায়বসে ঙমখৈদুগী ব্রাংমা লাল্লগতা ঙম্মী ।* মখা তারি ঃ

অঙাংনা উরাউবী শান্নবদা শ্বর তক্ত্রিমখৈ চেল্লি । অদুবু নুপীনা শান্নবা পামলক্লবদি শ্বর তৎলবা মতুংদতনি । শম্না হায়রবদা সংসারগী ফজবা হায়বদুমখৈ লোয়না হুন্দোক্লম্লবা নুপীদুনা শান্নবা ঙম্মী ।... মীন মীবু শান্নবা হায়বসে পুক্নিবু শান্নবনি । পুক্নিবু শান্নবা হায়বসিদি লৈখা তাবগী অরোইবা থাক অদুদা লেপ্লবা মীওইশিংগীতনি ।

(ইবিদ,৭২)

লিবরেল ফেমিনিষ্ট অসিগী সেন্সিব্লিটিতা মপান্দদি ঈংনা চীক্লা চাউখৎনা উরিবা সমাজসিগী মনুংদা নুপী অমগী পুক্নিবু করমতৌনা এক্সপ্লোইট তৌবগে হায়বা কৃপশিনবা মীৎয়েংনা মাইক্রো এনালাইসিস তৌদুনা পুথোরকই । *সমাজসিদা নুপীগী নীংতম্বগী ঙমখৈ অমা লৈ ।* নুপীনা সমাজদা করম্না লৈখা তারিবনো হায়বা উৎলি ঃ

কখোকপা অমদি চমখোকপতনা নুপীগী ফিদম্মী হায়দুনসু পোৎকী মমল খঙদনা পংলৌদা লৌশিনবা পাম্বা মীশক্তা পীখোক্লববদি মাঙজবা হায়বদু ইশাগীনি । মদুমক্লিনে ঐগী পুক্নিসু ।

(ইবিদ,৭৩)

*কুফেৎ কাফেৎ ঙাল্লিবা লংলবা থরানগুম*ঙাল্লিবা মনিলৈমগী পিনা ইনখৎলক্লিবী বিজয়াগী নুপী ওইবীগী পুক্নিগী অনৌবা মীৎয়েং অমা অমম্না মরক্তা পীবকই ।

মণিপুর সমজাদা নুপী ফাবগী চৎনবী অসি পেত্রিয়ার্কি মনুংদা লৈরকই । মসিমকসু নুপীবু ওবজেক্ট ওইনা য়েংবগী মীৎয়েংনি । অসিগুম্বা মীৎয়েংসি অইবীগী ব্রাবীমচা *চৈবাক* তা পুথোরকই । মেমচাবু মহেন্দ্রনা ফারগা লৌনবা হোৎনরকই । মেমচানা নুপা সমাজগী নমফু লীচৎপু শীংনদুনা লেপ্পী, নুপা সমাজগী অরানবা ব্রাখল নুপী সমাজনা য়ারবসু য়াদ্রবসু মখূৎপু চল্লবদি য়ারে মথন্তা মপুক্লীং ওঞ্জরক্লনি হায়বা ব্রাখলনা লমজিংদুনা মেমচাবু নমদুনা ফারগা লৌনবা হোৎনবনি । অসিগুম্বা *নুপা ওইবগী নাপলবু তমথীনা ব্রারৌখি* মেমচানা । অদুনা খবরগী খোঙদা *ব্রাকৎথাঙ্গত্তুনা* মহেন্দ্রবু *চৈরাক* পীনবা হোৎনৈ । খূৎলায় পায়বা নহারোলশিংনা মহেন্দ্রবু ফাদুনা বিচার চখরকই অদুবু পেত্রিয়ার্কিগী মনুংদা ভর্জিনিতিদা মমল লেপ্লা সমাজদা মেমচানা হাক্লা থৌনা ফরুবা ঙম্লক্লে *মহাকসু সমাজসিগী নুপীনি, নিংতম্না হিংনবগী হক মাগী লৈতে* । অসিগুম্বা সমাজদা নুপীবু নমথবদা মতেং পাংলিবা নমদুনা লৌরগা লুহোংবগী ইন্সটিট্যুসন হক্লা য়ানীংদে, মাগী এগ্রেসিভ ওইনা মশাগী পুক্লীংগী ব্রাখল, ফিরেপ্পু ইকায়খুম্ন

জবা মীশক ওইজরবসু মেমচা পেত্রিয়ার্কিনা পীবা নুপীগী সমিসিভ ওইবা হায়বদুদা য়াশিন্নদুনা মহেন্দ্রবু কনখি, লুহোংবদু য়াখি । পামদ পামদনা মহেন্দ্রগী নুংশিবদু লৌবা অদুগা মাগী পুন্সিদু মহেন্দ্রগী মফমদা শীন্নবদা তাখি । নুপীগী পুক্লীং ব্রাখলবু মমল লৈহন্দ্রিবা মহেন্দ্রবু *চৈরাক* পীনবা থৌরাংলুরগা মমৈথংদা চৈরাক ফংখিবদি মহাক মশানি । মরমদি *মহাকসু তোল্লবা খুন্নাইসিদা নুপী ওইনা পোক্লুরে ।* নুপী ওইনা পোক্লুবা অসিমক্তনা মেমচাগী মরাল ওইখি । অদুবু তোল্লিবসি মেমচা মহাক নত্তে, সমাজ অসিনি, অচুম্বা, ফজবা উবা ঙমদ্রিবা অশোইবতা য়েংবা হৈবা পুক্লীংনদি য়েংবা হৈতবা চাওখৎচদ্রবা পেত্রিয়ার্কি চৎনরোলদুনি । ফনা কন্না লাম্ছেংননবা ফীভম শেম্নুরবসু সমাজগী সিস্টেম অসিগী মনুংদা নুপীতনা ভিক্তিম ওইজে হায়বসি ফেমিনিষ্ট অসিগী ব্রাখলনি । নোংমতংবু লন্নানবা অমনা মখূৎ পায়রুবদা নত্তগা অহিং অমত্তং লেনখিবদা নুপীগী মমল পুন্নমক লোইখিবা ওইনা য়েংবা সেক্সিসকী মীৎয়েংদগী ওইরকপনি অইবীনা লৌই । অসিগুম্বা সমাজগী অরানবা ভেল্যু সিস্টেম অসিগী মায়োক্তা ফেমিনিষ্টসিনা শীংনৈ । অতোপ্পা ব্রারীমচা *ঙসি য়াচংলপা মতম* হায়বসিদসু মপানা চাউবা পেত্রর্নেল সোসাইটিদা মশানা য়াবা য়াদবা থিদনা নুপা অমদা নমদুনা থাজখ্রবী রাসমণিগী হৌখিবা পুন্সিগী লামায়দা লৈখ্রবা মতম অমদা পুন্সি লৈপুন শেমজনীংখিবা ইন্দ্রগী ব্রারী অমদি থৌদোকশিংনা চৈথেং পীবিদুনসু ফোংনা কপচবা ঙমদ্রবী লাইবক চাউবী অমগী পিরাং মরীকশিং অপাবশিংগী থম্মোয়গী লৈকাদা তাহনবা ঙম্মী ।

অইবীগী ব্রারীমচাশিংসিদা সমাজগী চৎনরোলশিংনা নুপীনা কমদৌনা হিংলিবগে হায়বা মরেপ য়াম্না লুথনা লূপশিন্দুনা চঙশিল্লগা য়েংলকপগী মীৎয়েং য়াওই । পেত্রিয়ার্কিগী মনুংদা নুপী অমগী, ভেল্যু, মোরেল ইথিক্স, পূম্বা কলচরেল ইকোলোজিগী মনুংদা অহোংবা পুরক্লবগী লাম্ছেং য়াওবি । তৌইগুম্বসুং ফোঙদোরকপা মতমদা সমাজকী চৎনরোলগী মায়োক্তা ফোংনা লেপ্তুনা চরিত্রশিংনা শীংনবা মপুংফানা উক্তবসু মদুগী চৈথেংদি অপাবশিংগী মেন্তেল বিলমদা পেত্রিয়ার্কেল গার্ডিয়ানীজমদা বিটর এক্সপরিএন্স অমফাওবদি শোয়দনা পীবা ঙম্মী । সাহিত্যদদি ফোংনা শীংনবতনসু ওইদে মসিদি কাব্যশাস্ত্রগী য়ূমগী নুপীনা মপুরোইবগী মফমদা থোংনা নৌনা হায়বগুম্না ফোঙদোক্লগা অকনবা মওংদা ফাওহনবা হায়বদুসু ব্রাপা ওইনা লৌশিন্দুনা য়েংনীংই ।

অকায়বা মিংশেলদা য়াওবা ব্রাবীমচা *পাউখুম* দা মপুরোইবগী মফমদগী মীওৎ মীনৈ নত্তনা করিসু ফংদ্রবী বিনোদিনিগী পুন্সিগী চৈনাখোলদু উৎলি । মপুরোইবা মঙ্গিগী চুমদ্রবা লমচৎ অদুগী পাউখুম অমত্তং চীন্দা পাউদানরুদ্রবসু মপুক্লীংদা থিরি । মশানা মশাগী পুন্সিদা ওনশিন্দুনা হংজরি *ইপুরোইবগী তমথীবা লীচংকী শান্নবুং ওইরিব্রা ?* য়ু ঙাওবা মঙ্গিনা মহাকপু হায়নীংঙায় লৈতনা ওৎপী নৈবিরবনি । য়ূমদগী মপান থোক্লে ওক্তবীনি মহায়বিবা মদুদগী হেন্দোক্তুনা মফী মরোল ফাওবা মুনবিরগা য়ূমদা লৈবা য়াররোই হায়দুনা তাম্থোরকপা , মসিগুম্বা নুপা ওইবশিংগী চুমদ্রবা লীচৎ অসি সমাজগী পুন্সিদা ইতৎ তত্তনা থেংনরিবা থৌদোকশিংনি । থৌদোকশিংসিবু ফেমিনিষ্ট অসিনা মাগী ব্রারীমচাশিংদা চরিত্র ওইনা মফম পীরি । মশাগী পুক্লীং ব্রাখলগী লালহৌ হৌরকই *করিগী ঐনা হংলাই ওইদুনা খাঙলক্লিবা ? ... কন্নাননো ঐবু অসুক য়াম্না শোক্তহনখ্রিবা ? ঐবু অসুক মীকিথী ওইহল্লিবা ?* (সুনিতা,২০০৪,২২)

অদুবু মাগী ৱাখলদা মঙ অমা শাগৎলকই মদুদি মাগী পুন্সিগী আশা পূম্ববু মাঙহল্লিবা মপুরোইবগী মখৌরিদা হৈজ্রাংনা থিনবা মদুদগী তারকপা ঈনা মাগী মায়থোঙ শিন্না তৈবা ; মসি মঙনি অদুবু মসি মাগী মপুরোইবগী মফমদা পাউখুম ওইফম থোকই হায়বসি ৱাখলদা শাগৎপা হৌত্রবনি, নোংমা অচুম্বা ওইনা মীৎমাঙদা থোক্লবসু য়ারিবনি।

অতোপ্পা ৱারীমচা *অনৌবা য়েন্নীংথা অমা* হায়বসিদনা মপূক্লীংগী মনীংতম্বা ফংনা হিংজবা ঙমদ্রবী সতিগী পুন্সিনি। য়ুম্বাল্লবা মতুংগী সতিগী পুন্সি মহাক্না খ্বাইদগী পামজবা শিনফম লীলা য়াওবা ফংখিদে। মলয়ালম মচা অমনা খুদোল ওইনা পীরকখিবা শারং মনুংদা য়াওবা নোংশাগী অয়েকপা লাই অদুগা পাম্থক ওইরবা মহাক্কী পুন্সিনি। অহাংবা মালং নোংলম, মহৌশাগী হৈপাল-লৈপালগা শকখঙনবা ফংদ্রবী সতি *য়ুমগী মৌ* হায়বা অনৌবা মিংথোল অসি ফংখিবা নুমিত্তগী সতি শিগ্রে। অদুবু অনৌবা য়েন্নীংথানা লাকপগুম নীংতম্না হিংজবা পুন্সি অমবু ঙাইরি। সমাজতা নুপী হায়বসি লান্নতা উবিবা, ইলফিটিং আবেদাগী পুন্সিদা উৎলি *অকায়বা মিংশেল* ৱারীমচাদা। *লীপুন* দনা ফেমিনিষ্ট রাইটর অসিনা হংলি *থামচা নুপীনি। মমানি, মীওইবনি। অদুবু, মাগী নুপাগী মীৎতা করি ওইনা উরিদগে?* মাবু মী ওইনা উবিদ্রবা মাগী মপুরোইবগী লমচৎতা ৱাহং তৌদবা ঙম্লক্রে। অদুগা মপুরোইবনা অতোপ্পা লোন্নবী অমা পুশিল্লকখিবা মীৎকুপ্তা য়ুমদু থাদোক্তুনা অনীশুবা মংদা ওংলকখিবী মেমথোইনা নুপা ময়ুমদা লৈহৌবা অপীকপা মচাশিংগীদমক খল্লুবদা নোংমতসু পূক্লীং লৈতানা হিংজবা ঙমদ্রি। নুপীগী পুন্সিবু অথিংবা কয়াগী মরক্তা ফাজিল্লিবদু পুথোরকই ঃ

> সংসারসিদা নুপীনা তৌহৈবা থবকসিবু মশীং কয়ামুক শুরিদগে?
> তৌহৈদবা ময়াম অমনা মাগী মমাঙদা লেপ্তুনা ঙাইবরি - মাগী পুন্সিগা
> চৎমিন্নরসি মতাগুম।

(সুনিতা,২০০৪,৪৬)

অদুবু মেমথোই অনীশুবা মোংফমগী মৈথক্তা হিপ্লি মনীংতম্না কপচবা ফাওবা ঙমদনা। চোকথবা নাইদনা অইবীনা পুথোরকই মরমচৎ চুমদ্রবা মহেশনা এইদসকী চাগোক শন্দোক-পীরম্লবী ইবেম্মুংসি অমদি পীক্লিবা মচাশিংগী শিবগী মতম ঙাইদুনা হিংলিবা মহীং। *ফজবা নুপাগী মশক* ৱারীমচাদনা ফেমিনিষ্টসিনা নুপা হায়বসি নুপীগী লমচৎ মশক শেন্নবতদা মখৌ চিঞ্জরবা নুপাগী ফজবা মশক থিরকই মচু লূপ্লবা তুরিনা কেনভাসতা। অদুবু অয়েকপা লাইদুদা ফজবা নুপাগী মশক অসি মওং মরিন নাইদ্রবা লৈইশিং নত্তনা মায়থোঙদা তুরিনা চিংউ হায়বা য়াদে ঃ

> নঙগী পূক্লিংদা উরিবা ফজবা শক্তমদু ঐ খঙই শিতম! অদু মদু নঙগী পূক্লিংদা অদুম্মক থমদদুনা করিগী মোৎলবা সমাজকী মাঙদা পুথোক্তুনা মদুবু করেম্নগদৌরিবনো? ঐনা য়েক্লিবা শক্তম অসি মতম অসিগী চপ চারবা ফজবা নুপা অমগী মশক্লি।

(ইবিদ,৮৬)

মসিদা, অইবীনা করেম্লবগী তোন অমগা লোয়ননা ময়াক কন্না হায়নীংলিবদি নুপা ওইবগী ফজবা মশক হায়বসি কল্পনা নত্তনা অশেংবা সংসারদদি লৈত্রে হায়বনি। ফেমিনিষ্ট অসিগী খুৎইদা মমাঙগী লাইরিক্তগীদি সমাজদা নুপী ওইবীগী পুন্সিবু হেন্না কুপশিন্না মরেপ য়াওনা য়েংশিল্লকপদু হন্দক্কী লাইরিকসিদা থেংনরে।

* নীদেবী (১৯৬৮-) সোসিএল ইঞ্জিনিয়ারিং অসিবু কুপ্না য়েংবা হৌরক্লিবী ফেমিনিষ্ট অমনি। ফোঙথ্রবা বারীমচাগী লাইরিক *শোল্লবা মরী*(২০০২) দা য়াওবা বারীমচাশিং *খোঙবু চাল্লবা খোঙলোয়, মংদা পন্থুং, শোল্লবা মরী* অমদি *চীপ্পাকী বারী*নচিংবা বারীমচাশিংদা অইবীনা নুপীনা সমাজগী মনুংদা করম্না হিংলিবগে খিরকপগা লোয়ননা অনৌবা মমল অমা তাল্লকপগী শীংনবগী পুক্নীং মত্ত অমসু য়াকায়হল্লি। *খোঙবু চাল্লবা খোঙলোয়*বারীমচাদা মীতৈ নিঙোল লিম্বোইনা পুক্নীংগী ওইবা নুংশি মরীদা পুন্দুনা ব্রাহ্মণ ইমুংগী দেবব্রতদা ময়ুম পাল্লকখি। য়ুম্বাল্লবা মতুংগী মপুরোইবগী ইমুংগী পুন্সিদা মশাগী পুন্সিবু মনা-মনিল নাইদনা কখোকচরিবমখে লিম্বোইগী পুক্নীংগী সেক্যুরিটি লৈত্রি। দেবব্রতনা সমাজদা লৈরিবা ব্রাহ্মণ অমদি মীতৈগী মরক্তা লৈরিবা পলদু থুগাইদুনা লিম্বোইগী পুক্নীংদা অপেনবা পীবা ওমদ্রি - ইমুংদুদা মহাক্কী মখুৎ চাবিদ্রি, মখুৎনা ঈশ্বরদা লৈ মনা অমত্তা কচ্চবা য়াহন্দ্রি। মতম কুইনা চংনরক্লবা ব্রাহ্মণ ওইবগী ট্রেডিসনদু হেক থুগাইরুবদা দেবব্রত মশাগীত্ত নত্তনা শাগৈ জাৎকী পারোল পুরোলগী ইজ্জৎ মাঙজবতা নত্তনা সমাজদা মশাগী ষ্টেটস মাঙজবগী অকিবদগী দেবব্রত নাম্বোকপা ওমদ্রি দেবব্রতনা হায়রি ঃ

> ... হৌজিক্তি নত্তসু ইমুংসিগী মী অমা ওইরমনিনা ইমুংসিদা হান্না
> চংনদুনা লৈরল্লবা নীতি - নিয়মদু নত্তসু চংফম থোকই হায়বতনি।
> মসি নহাক নমত্তদা থোকপসু নত্তে, পুম্নমক্কীনি। ইচম-চম্বা য়াকম
> অসিবু নত্তনা য়াম্না চাউখোকহল্লে।
>
> (নী, ২০০২;১৫)

*ইচম চম্বা*অসিগী মনুংদা লৃত্তুনা পুন্সিগী মশক মচু, মমল পুম্বা মাঙহনব্রে, করিমত্তসু লেমহৌবা তৌদ্রে হায়বসি দেবব্রতগী মফমদা লিম্বোইনা করম্না খঙহনবা ওমগনি। নুপীগী *যুনিক এক্সপরিএন্স* অমদি *লিভ এক্সপরিএন্স* অদু নুপাবু শেমখিবা সোসিএল মেকানিজম অদুদা নুপাগী মীৎয়েংনা উরব্বা ওমদে। লিম্বোইগী পুন্সিগী মচেৎ মচেৎ কায়থল্লবা মশক (fragmentation of life) খোমজিন তাশিনবা ওমদনা মফমদুদা চাইথোকতুনা মশাগী নীংজবা, থাজবা পুম্বা মাঙহৌরে। নুমিংদাংদদি মপুরোইবনা ধর্ম্ম খেন্নবগী মা নীংশিংলুবা ফাওবা তৌদনা লুন্না তৌরি। পাম্বোই মচীন থোক্লক্লে ঃ

> নুমিদাংদদি নত্তনা মীতৈ ওল্লিব্রা ঐনা বামোন ওল্লিব্রা, হেক হেক
> তৌরিবসিসু তঙাইফদবা অমরা ? ... নুমিদাংসি ঐ পামদে।
> অমম্বসি ঐ হৈনদে। নুমিদাংদা, অমম্বনা ঐখোয়বু কুপশিল্লিব্রা
> নত্তগা ঐখোয়না অমম্বদা লোৎলিব্রা হায়বসি খঙদোকপা চুম্মী, ঐ
> অমম্বসিদগী ইশাবু খাইদোকপা পাম্মী।
>
> (ইবিদ,১১)

মনুং -মপান শাথীনা নাইবা সমাজগী চৎনরোলগী মনুংদা লনাই মীওই অমগী শাথীনা চয়েৎনরকপা ব্রাখলদু সাইকোলেজিকেল ওইনা পুথোরকপনি । অদুগুম্বা লাইনিংলোনগী চৎনরোলগী মনুংদা লিছোইনা মপুরোইবগী ময়ুম্মক্তদা মশাবু মীতোপ ওইহল্লি । অসিগুম্বা কাঙলূপ খায়বা ধর্ম্মদি *ধর্ম্ম হায়বসিবু মীনা মীবু নমথবা য়ানবা শেম্বা শাসন অমা ওইরকই মীনা শেম্বা চৎনবীবু মীনা শেমদোকপা য়ারোইদবগী মরম করি লৈ* ; নত্তবদি লাইনীংগী মমল করিনো ? লনাই মীওই অমগী মশাগী সেল্ফ রাইট, প্রাইদ মাঙহল্লগা *অর্থ খঙদবা মন্ত্র খরনা আত্মাগী মরী লৈনদবা মী অমবু অমত্তা ওইনা হেক্তা পুনশিন্দুনা থম্মা* হায়বসি তশেংনা ওইথোক্তবনি । অহিংবা মীওই অমগী পূক্লীংগী মফম পীদবা অশিবা লাইনীংলোনগী চৎনরোলবু ঙাক্লনবা হোৎনরিবা মপুরোইবা দেবব্রতগী মথক্তা শীংনবগী ব্রারেপ লৌরকইঃ

> ঐ ইখূৎ চাবীদবা মীগী মখূৎ ঐনা করিগী চাফম থোকপগে ?
> হয়েংদগী ঐসু ইতোমতা থোংদুনা চাজগনি, মসিদা করিগুম্বা ময়ামা
> য়ারোইদবা লৈরগদি, ঐগী অধিকার লৈত্রবা, ঐবু দরকার
> ওইদ্রবা য়ুম অসি থাদোক্লুনা ঐ চৎখিবা তাবনি ।
>
> (ইবিদ, ১৪)

অদুনা লিছোইনা মাগী পূক্লীং খঙবিদ্রবা খোঙবু চাদ্রবা খোঙলোয় মহাক্তা *অসুক শাংবা পুন্সি অসিদা খোঙলোয় ওইনা চৎমিন্নগদৌরিবনো ?* হৌজিক মীরোল্লবী লিছোইনা মশাগী ব্রারেপ লৌজখ্রে, মপুরোইবনা মহাকপু ফাদুনা, থেমদুনা অমুক থম্বা ঙমদ্রে *মপুরোইবগী খূৎ অদু কনথোক্লল্লগা থুনা-য়াঙনা মপাল্লোমদা থোকখিদুনা মহাক খোঙ্গাল লানখ্রে* । ব্রারীমচাসিদা ঈঙ্গিত্তনা লিছোইনা মপুরোইবগী য়ুম থাদোক্লুনা মশাগী মাঙখ্রবা মশক্তু খিবগী খোঙচৎ অমগী খোঙশানবা হৌখ্রে হায়বা লৌশিনবা ঙম্মী । ব্রারীমচাসিদা লোন হায়বসি ব্রাহৈশিংগী অপূনবা ব্রাহছোক পীবগী ব্রাংমদা চৎখিদুনা পূক্লীংগী অনীংবা নত্তগা ইহুল অদু কম্যুনিকেট তৌরিবা মেডিয়ম অমা ফাওবা ওইহনবা ঙম্মী অমদি পোইটিক ইমাজিনেসনগী পাক চাউরবা আউটলূক পীবা ঙম্মী অদুবু প্লোট অমদি সেচ্যুএসন শেম্বদা অশোনবা লোৎশিনবা ঙমদবদি হাওরৈমগী চরিত্র অমা মরম ইচা চাদনা সুপর ইম্পোজ তৌরকপসিনি । অদুবু চরিত্রসি পুশিল্লকপসিনা লিছোইগী থম্মোয়না কাঙলূপ খায়বা সমাজদগী তোখায়না লৈ, মী পূম্নমকপু নুংশিবা উথোক্লুনা ব্রারী পরীংদা ক্লাইমেক্স শাগৎলকপদা সপোর্ট পীহনবদি ঙম্মী । ব্রারীমচাসিগী মতাংদা পীবা মত অমত্তং য়েংবা য়াই ঃ

> থম্মোয়নুং খঙবিদ্রবা পিরাংতনা য়োল্লবা ব্রাকৎ অমনি । মসিবু মীতৈ নুপীগী ওইবা ফেমিনিষ্টকী ফজরবা শক্লোন অমনি হায়বসি করম্না হায়দবা ঙমগনি ।
>
> (তোম্বী, ২০০৩, ৪)

তশেংবমক্তি লিছোইগী ঈহৌ অসি মপুরোইবগী মথক্তদা নত্তে; মপুরোইবনা ঙাক্লুনা থম্নবা হোৎনরিবা সোসিএল সিষ্টেমদা টোটেল রিএরেঞ্জমেন্ট অমা তৌননবা হৌরকপা মকা ফোংদবা লালহৌ অমনি । তরাই তরাইবা নত্তে । সমাজদা থাক (class) অমদি কাঙলূপ (caste) খায়বা চৎনবীগী মায়োকতা লেপ্পা হায়বসি চপ চাবা ফেমিনিষ্ট অমগী অচেৎপা ফিরেপনি । ফেমিনিষ্ট

অসিগী অতোপ্পা ৱারীমচা *মংদা পম্বুং*দা নিঙোল অমগী মপামগা লৈনবা মরীদা অকনবা ৱাহং থোরকই । ইবেথোইসু সমাজগী চৎনবী মতুং ইন্না ময়ূম পান্দুনা মপুরোইবগী ময়ূমদা মপাম লমদম থাদোক্তুনা লাকখি । মতুংদা অকনবা অনীংবা অমনা ফমদা তাদুনা লৈরবদা মপুরোইবগীদমক মশাগী য়াওজরকপা মরীক- মকোন, মফি-মরোল ফাওবা য়োম্লোক্তুনা মরোন মরান তাকপমখৈ হোৎনবদসু মপুরোইববু কনবা ঙমখিদে । মপুরোইবা লৈখিদ্রবা মতুংদদি ইবেথোই ঙাক্লৌ য়াওদনা হীকথগ্রে, হিংনবা লম্বী পূম্মাঙ মাঙগ্রে; পলেপফম খঙদ্রবা হায়ঙম তমঙমদ্রবা মওং ওইরকখি । মচানিপা লৈখিদ্রবা মতুংদদি মনেম-মকুনা ইবেথোইনা মফমদুদা লৈবদা উৎলিবা থওইদবা লীচত্তু অমুক লোৎশিনবা তৌদ্রে । মহাক্কী মচাদুনসু ইবেম্বোইগী শু-নোম্বদা অমুক্কা হেন্না অয়েৎপা ওইরি । ইবেম্বোই মপুরোইবগী ময়ূমদা নোংমা নোংমগী মীতোপ তারক্কে, তিনশিন্নবা ঙমদ্রবা মওংদা তোখায়রক্কে । হৌজিক পাক-চাউই হায়রিবা তাইবঙপানবসিদা ইবেথোইগী চঙজফমদি শুপ্নগী অমখক্তনি মদু মবুংগী ময়ূম্নি । অদুনা মতম অমগী মবুংগী নুংশি মীৎয়েংখাদা অপীকপা চঙজফম অমগীদমক মফি-মরোল য়োমদুনা লাকখি । অদুবু মবুং অমদি মনম্মগী মফমদসু ইবেথোই মীতোপতা মীতোপ তারক্কে । মনম্মনা হায়রি ঃ

> নঙগী ৱাখলদু য়াম্না ওন্নরে ইবেথোই , কনাসু লৈতবা হায়ববু
> করিনো, মফমদুদা নঙগী পূম্নমক্ লৈরিবনি .. নুপীগী মং মপামদা
> ওইগদবা নত্তে ইবেম্মা ।
>
> (ইবিদ,২১)

মবুংনসু মহাকপু মপামদা লৈহন্নীংদ্রে । অদুবু ইবোথোইনা মবুংদা হংলি ঃ

> নীঙোল হায়বসি করিনো তাচৌ ? নীঙোলগী হকচাং শাবদা মপা
> মমাগী ঈ নত্তনা অতোপ্পা কনাগী ঈনা শাবগে ? পিবাগী হকচাংদা
> চেনবা ঈনা করম্বনো, নীঙোলগী হকচাংদনা করম্বা ঈ চেনবগে ? ...
> কদায়দা চৎলু হায়রিবনো, ঐ শিখ্রো হায়রা তাচৌ ।
>
> (ইবিদ,২২)

মমা মপাগী লন-থুম সম্পতি মচানিপাদগী ওইবসিনা নিঙোল অমগী হায়নীংঙায় লৈতনা খুদোংথীবা, চঙফম থুংফম লৈতবা, ঈচেলদা কঙাওননা তাউবা কবোকংগুম হিংবা পুন্সিগী মশক অমা উৎলি । ফেমিনিষ্ট অমনা মতাং অমদা হায়খি ঃ

> In their own self interest they must strive to kick
> their sisters out of the doll's house.
>
> (Hacker, 1974,130)

অসিগুম্বা সমাজগী চৎনরোনসিদদি নিঙোল অমগী অরোইবা চঙজফমদি- *ঈনম্মনা নচলগী থিবীবা মংদা নচল চৎচরগে* । ৱারী মচাসিনা আর কে এলাংবমগী *থাজগী অঙৈংবা মায়থোঙ*দা যমুনানা ভূমদনা মঙলাক্লবগী মওংদা ফ্লাস ড্রিমদা Maury না মকোক্লা মোন্দা ঙাথদুনা হিপ্পদা ফ্রেন্চ রিভোল্যুসনগী মঙ মঙলুবদা মঙক্তা গেলোটিন (guillotine) না কক্তুনা শিবগী মঙদা তাইবঙ ফাওনা অওইবা ওইনা শিবগী মওংদা, যমুনাগী লুহোংলমদাইদা মনেনা চাক্লৌবা লাকপদা *নঙসু নিঙোলনিকো* হায়দুনা যূম পাল্লবা নিঙোল অমনা থেংনবা য়াবা মনেনা থুপচাননা

থমখিবদু মোদর্ন সাইকোলোজিষ্টশিংনা পন্নবা *গ্লাস ড্রিম থিওরী* পানশিন্দুনা উথোকপা ফজরবা ৱারীমচাদু নীংশিংহল্লি ।

অঙাংশিংগী অধিকার মাঙজবগী য়ানীংদবা ফোঙদোকপা ৱারীমচা অনীদি *শোল্লবা মরী* অমদি *লিলোং কেন্টর* হায়বসিনি । অহানবগী ৱারীমচাদনা গঙ্গানা মপাগী য়ুথক শেলগীদমক মীগীদা মীনাই ওইনা লেনবা অদুগা অকোনবগী ৱারীমচাসিনা মতীক মপা চাদনা হেন্দম্নেন ওইরিবা নুপামচা । *লাইথিবী* ৱারীমচাদা লৈমহলগী এক্সপরিএন্সতা মপুরোইবা বসন্তনা নুপাদি তরাগী মপুনি হায়বগী মওংদা মনাওনুপী লাইম্নাবু চেনখিবা, লৈমহল অমদি লাইম্নাগী নুপী ওইবীগী লাইথিগা মান্নরবা মপোক অদু উৎলি । *ককথংগ্রবা ৱারী* দনা উই সমাজসিদা নুপীনা শুব- নোম্নগী, নুপানা তুহৎপিবগী দৃশ্য ।

অইবীগী অতোপ্পা ৱারীমচা *চীঙ্গাক্কী ৱারী* দা ইরি- *নুপীসি নুপাগী তশেং তশেংবা চীঙ্গাক্কি*। Lorraine Bethel গী *What 'Chou' means we, white Girl* অমদি তসলিমা নাসরিনগী *রমকা হলবা* ওইনা নুপানা নুপীবু উবা মতৌদু ফোঙদোকপনি । থোইনুবু ভারাগী য়ুমদা লংথোক্কল্লগা করাম চাউবা মপুরোইবা য়াইমনা লৈজবা শেল থুম পুরগা নুপী অমগা চেনখ্রবদা থোইনুগী লেমহৌরিবা হায়ববু *হিংলিব্রা শিরব্রা খঙদ্রবা থম্মোয় অমগা লৈশাবী ফারবা মচানুপী অমা য়াওনা অপীকপা মচাশিংগতনি* । হিংনীংবগী ৱাখল খংমাঙ মাঙথ্রবী থোইনু অপীকপা মচাশিংগী খল্লুবদা থম্মোয়গী কচীন কোয়া শিনবা থুংবদগী লৈজবা থৌনা পৃস্না খোমজিন্দুনা হিংনবা হোৎনরকখি । কাগী ভারা তোপ্লিবা য়ুম্নুগী নুপীদগী তঙায়ফদবনা লুপা চনীখক পূবা চৎলুবদা মদুগী খুদোংচাবা লৌদুনা য়ুম্নু নুপাদুনা থোইনুবু ইজ্জৎ মাঙহনবিখি। অদুবু মদু সমাজদা ফোঙদোকপা ঙমখিদবগী মরমদি ঃ

> মশাগী ইজ্জৎকীদমক মশানা মশাবু পাউথোকচনবগী পাঙ্গলদি মহাক্কী লৈখিদে । মদুদি লায়রদুনা থৌদোক অদুমক থোক্কখিদে হায়বগী মশামক্ত শাক্কী ওইজনীংখিবগী মরমদু নুপানা পানবা সমাজ অসিতবু কিজরুবা নত্তনা ওইনীংঙাই অতোপ্পা মরম অমমুক লৈরিব্রা? মতোমতগী মাঙজবদু মহাক্কা কমদৌনা পান্নুবা ঙমগনি! মহাক নুপীনি।
>
> (নী,২০০৩,৩০)

*নুপানা পানবা সমাজদা মহাক নুপীনি* অদুনা থৌদোক অদু য়ানীংদ্রবসু লোপ্পা তুমিন্না থম্মোয়নুংদা খাঙজিল্লগা মনা মনিল নাইদনা মচাশিং পুদুনা খঙনবা মচে ললিতাগী মমূমদা শাইদাংফম লৌদুনা লৈখি । মফমদুদা মচে ললিতানা অঙস্না মতেং পাংদুনা হিংলকই । মীনুংশি খঙবী থৌজাল হৈবী ললিতাগী মপুরোইবনি হায়বসিদতা থোইনুনা ললিতাগী মপুরোইবা জীবনবু মমীংনা হঙ্গংনা ফাওবা য়েংজবা ঙমজদনা কি-হঙ্গোইজনা লোয়নজরিবনি । মফমদুদা মতম খরদি ঈংনা চীক্লা হিংজবা ফংজরবনি । অদুবু নোংমা থোইনুনা থবক চথোক্লবা হস্পিটেলকপদা মচানুপীনা শুপচিন্দুনা কপুনা লৈরম্না অমদি মচানুপীগী ৱাহৈ *ববাচৌনা .. ঐনা ত্রুম্লিঙদা* হায়বা মপূং ফানা ফোঙদোকপা ঙমদ্রবা ৱাহৈবু তাবা ঙমদনা মচানুপীগী মচীন মেনবা তাখি । ৱারীসিদা থোইনুনা সমাজসিগী মথক্তা অকনবা শীংনবগী ফিরেপ লৌখিদবসিদি *কান্নাদা থোং -নৌনা*

*ফোঙদোকপা* হায়বদুগুম্লনি। অদুবু লীরিবা ৱারীসিমক্না নুপীবু তুহৎপগী *লোইবা নাইদ্রবা* সমাজসিদা মচীন থৌরবা শীংনবগী শৃংখলাই অমদি ওইরক্লবনি। অইবীগী ৱারীমচাশিংগী চরিত্রশিং লিয়্ৣোই, থোইনু অমদি ইবেথোইনচিংবনা মখোয়না সমাজদা নুপী ওইনা থেংনরিবা, অরানবা চৎনরোলশিংগী মায়োক্তা ফোংনা শীংনবগী মতৌ উদ্রবসু মখোয়গী লীরিবা ৱারীসিদা লিবরেল ফেমিনিষ্ট অমগী মীৎয়েংগী পাক-চাউবা আউটলুক্লা শন্দোক্তুনা লৈবা থেংনৈ।

বেনুবালাগী ৱারীমচাগী লাইরিক ঙাইবগী ঙমখৈ (১৯৯৮)দা য়াওবা ৱারীমচা খরদা নুপীগী *সেল্ফ ইমেজ* হায়বদুগী মফম থিরকপা অমদি পেত্রিয়ার্কি মনুংদা কোলোনাইজ তৌবিরবা নুপীগী পুন্সিনা মনীংতম্বা পুন্সি ফংনবা ঈহৌ শাগৎপগী মীৎয়েং খরদি থেংনরি। *নক্করবসু লাপ্প্রবী* ৱারীমচাদা সুমতিনা বিনোদকা লুহোংবা ইকুই কুইদনা শাথীবা মুক্লবা থোরক্লে ঃ

> নঙ নুপীনি সুমতি ! ঐনা ঙাঙবদা নচীনদু কনগনু ।
> ইস নঙনা নুপানি, অচুম্বা অদুম শক্লগে সিনিনে ।

(বেনুবালা, ১৯৯৮, ৫৫)

নুপা হায়বসি ঈশ্বরনি লৌদুনা নুপানা হায়বদা মাগী নুপীনা মশাগী য়ানীংবা, য়ানীংদবা, অচুম-চুমদা থিদনা হঙ্গৎনা খুমদনা মতম খুদিংদা ইনবা পেত্রিয়ার্কিগী চৎনরোল, নুপানা মপু ওইবগী অদুগা নুপীনা মনাই ওইনা লোয়নবগী সংস্কৃতিবু থৌনা ফনা সুমতিনা শীংনরকখি। মাগী ৱাখলগী মফম পীবিদবা ইমুংগী পুন্সিদুদা য়ানীংবা পোক্লবী সুমতিনা বিনোদকা খাইনখি। বিনোদ অনৌবা নুপী অমা থিগ্রে অদুবু পোত্থাফম খঙদ্রে, নিশাদা লাইচুরবা ওক্তবা লমচৎ চৎলক্লে। নোংমা ওক্তবীশঙ অমদা হিংলিবা সুমতিনা বিনোদনা চঙলকপা থেংনখি ঃ

> নঙ ! নঙ লশ্মী অসিদা নত্রবদি হিংনবগী লশ্মী অমা লৈত্রবরা ?
> নঙসু লশ্মী অসিদা নত্রবদি পোত্থাফম লৈত্রবরা ?

(ইবিদ,৫৬)

সুমতিনা মখা তারি ঃ

> ওক্তবী অমগা মরী লৈনরীবা মীশক অদুসু ওক্তবা অমনি হায়বদি
> নঙসু খঙলরীগনি।

(ইবিদ,৫৭)

সমাজনা নুপানা তৌবা ওক্তবা থবকশিংনা থোইদোক্লা নুপা থোকপা ওইনা লৌরগা নুপীনা তৌরগনা তুক্লচনা য়েংবিবা সমাজকী ভেল্যু সিষ্টেমগী মায়োক্তা শাথীনা শীংনরকপা সুমতিগী খোঞ্জেলনি।

নেপ্রম মায়া দেবী (১৯৬০-) গী ফোঙপ্রবা ৱারীমচাগী লাইরিক ৱাকৎ(২০০৪) তা ইমুং অমদি সমাজকী পুন্সিদা মনীংতমজবা পুন্নমক ফাজিন-পুনশিন্দুনা থশ্বীরবী মীতৈ নুপীগী মশক অমা মরেপ লৈবা ৱাখ্লগী তাইবঙ অমদা শাগত্তুনা পুথোরকই। লাপথোকপ্রবীগী লাংলেন, মমা অমা ওইবী ঙমদ্রবীনি। মনেমনা মশাগী ময়ূমমক্তদা মফম পীবিদ্রবনি, মপুরোইবনা মাগী হক থশ্বীদ্রবনি। মনেমগী থৌইনশিন্দগী অতোপ্পা নুপী অমমুক থিরক্লবা মপুরোইবগী মথক্তা ৱাকৎ লৈতবা নত্তে ঃ

মচা ধারা লৈত্তবসিবু নুপীদা ঙাক্তা তাইনবসিবু চুম্নিব্রা চুমদব্রা ।
নুপীনা নুপীবু হন্থনা খল্লিবা খুরবা মীৎয়েংসি করম্বা মতমদা কোক্কনি ।

(মায়া নেগ্রম,২০০৪,৭)

*নোংমা পেন্দবগী ৱাকৎ অসি মপুরোইবদা থাঙৎলম্লগা নুপীদি থম্মোয় পান্দবীরো ? নুপানা হায়রিব মখৈ য়াবা নুপীনা হায়জবদি তাবীরোই মহায়বা ।* লাংলেন মশাগী মফম পীবিদ্রবা মপুরোইবা থাদোক্তুনা মনীংতম্বা পুন্সি অমা থিখি অদুবু মপুরোইবগী নুংশিবগীদমক য়ুম্বানবগী অনৌবা লম্বীদা চঙশিল্লুবা তৌদনা মনাওনুপীগী মচা য়োক্তুনা হিংখি । অইবীনা *ৱাহং* ৱারীমচাসিদা নুপাগী অপাম পামদগী মখা পোন্না মশাগীদা য়েংদুনা শেম্বা চৎনরোলগী মনুংদা পলেপফম খঙহনবিদ্রবী নুপীশিংগী মরাইবক থীবা ওইহনববু য়ানীংদবা ফোঙদোক্তুনা *নুপীসু থম্মোয় পাল্লি । অপাম পামদা মশক খঙবা ঙম্লগী শক্তি লৈহায়বসি* শীংনবা অমা য়াওনা পুথোরকই । সমাজনা ফত্তনদা উবিরবী নুপী হায়বসিগী অশেংবা থম্মোয়গী লমদমদু *থম্বাল (য়াম্বুৎপীগ্রবা উপাল)* গী পুন্সিদা অইবীনা উৎলি । অমুকসু থৌরানী অমুম্না (*চুরুংউ নখোয়সু* ) গী পুন্সিবু মমল লৈহন্দবা, অওৎ-অনৈগী চৈথেংদা নংহনল্লিবা মপুরোইবা ইবোহলগী মথক্তা অমুম্নাগী মচীন থোক্লকই ঃ

> করিনো অদুদি ঐজ্ঞা ? চৎলো হায়রগা হেক চৎ, লৈয়ু হায়রগা হেক লৈ, নুপানা তৌনিংবতা তৌবা য়াবা অদু ঐঙোন্দদি য়ারোই, হায়জরিবসিনি ঙসিদি চপ চাবী অমা ঙাঙনহৌসি । চৎপদি ঐ শুকচৎ চৎলোই, ইচাসি ঐজ্ঞা য়াওদ্রবসু য়োকপা ঙম্মী হায়বসিমদি খঙবীয়ু ।

(ইবিদ, ৬৫)

পেত্রিয়ার্কিগী চৎনবী নুপাদি তরাগী মপুনি হায়দুনা লমগী নুপীদা ঙাওদুনা লৈথোক্লরগা য়ুমদা লৈবী মহাকপু ওৎ-নৈবগী মথক্তা অমুম্নানা শীংনরকই । মায়াগী ৱারীমচাশিংদা নুপানা খুল্লিংবা সমাজগী চৎনরোলবু য়ানীংদবা ফোঙদোক্তুনা মদুগী মায়োক্তা শীংনবগী খোঞ্জেল অমা পৃখৎলকপা ইতৎ তত্তনা থেংনৈ । অদুবু অইবীনা শাগৎলিবা মনীংতম্বা নুপীগী চরিত্রসিদা, মখোয়না মশাগী মনীংতম্বা পুন্সিগীদমক অচেৎপা খোঙফমদা লেপ্লকপদা ফিদমগী মর্য্যাদা অদুদি কৈদৌঙৈদসু তুংওইনদুনা কাউথোক্লম্বা তৌদে । অইবীদগী লিবরেল ফেমিনিষ্ট অমগী খোঞ্জেল ৱারীমচাশিংদা তাবা ফংলবসু য়াম্না রেডিকেল ওইবা খোঞ্জেলদি থোইনা ময়েক শেংনা তাবা ফংদ্রি । শীংনবগী থাক অদু মপূং ফানা য়ৌহল্লকপা ঙমদ্রি অয়াম্বদা ৱাকৎকী খোঞ্জেল ওইনা তৌরি । অদুবু অইবীগী ৱারীমচাশিংদা ত্রেডিসনেল মোরেলিটিনা কোনশিনবা থুংবা ঙমদ্রবা মনীংতম্বা নুপীগী মশক অমা শাগৎনবা হোৎনরকপগী মমিদি তম্বা হৌরে হায়না লৌবা য়ারে। মখোয়সিদা নত্তবা নীনা দেবীগী ইতিহাসকী লমায় মরুমদা(১৯৯৮), সাপম প্রমো দেবীগী থম্মোনুংদা তৃম্লিবা বোম (২০০৩), বীনাপানি থোকচোমগী মরু হুনবা (২০০১) নচিংবগী খৃৎইশিংদসু সমাজগী চৎনরোলনা নুপীবু মমল হন্থহনবা; মখোয়গী মমল

থিরকপা, মখোয়গী মনীংতম্বা তাঞ্জরকপগী ঈহৌ শাগৎলকপগী হীরমশিংদা ইবা ৱারীমচাশিং মরাং কায়না থেংনৈ। পল্লিবা খরসিনা মণিপুরী ৱারীমচা ইবী পূন্নমক কোনশিনবা থুংবা নত্ত্রি মখোয়সি নত্তবা ৱারীমচা ইবী কয়া অমসু লৈরি। নুপী ৱারীমচা ইবী পূন্নমক্কী খুৎইদা সমাজগী পেট্রিয়ার্কেল মেকানিজমবু য়ানীংদবা ফোঙদোক্কুনা ইবা করিগুম্বদনা শীংনবগী খোঞ্জোল থোক্লকপা মরাং কায়না থেংনৈ।

# উপন্যাস

মণিপুরী উপন্যাসকী ঈচেলদা নুপীনা শরুক য়াবা হৌরকপসি কুমারী থোইবী দেবী (১৯২০-৯৬)গী রাধা (১৯৬৫) ফোঙলকপদগীনি । মহাক্না নুংশি ঈচেল (১৯৬৭), চীংদা শাংগী ইঙেল্লে (১৯৭৬), লমজা (১৯৭৯) উপন্যাসশিং ইরম্মী । বিনোদিনী (১৯২২-) সু বড় সাহেব ওংবী সনাতোম্বী (১৯৮৬) ফোঙদুনা উপন্যাসকী লমদা চঙলকখি । মণিপুরী উপন্যাসকী ঈচেলদা নুপী অইবীশিংনা চঙবা হৌরকপদগী হান্না নুপা অইবশিংনা ভাবনা শাগৎচবা পেত্রিয়ার্কিগী নুপীগী মশক, ফিদমগী মশক অদুদগী হোংলক্তুনা নুপী হায়বসি লু-তোংনা শাবা অহিংবা থব্বায় অমা ওইনা মশাগী পুক্নীং, হাখল, ইন্দিভিয়্যুএলিটি অদু চোংথোকহল্লকখি । অসিগুম্বা ম্যেলসেন্টর সোসাইটিদা নুপী অমগী চৈনাখোলদু ইংরেজি সাহিত্যদদি য়াম্না ঙন্না Virginia Woolf না **A Room of One's Own** (1929), **Three Guineas** (1938) কুনশুবা চহীচাগী অহানবা তঙ্খায়দগী ফোঙদোকপা হৌরবনি । বড় সাহেব ওংবী সনাতোম্বীদা বিনোদিনীনা সুরচন্দ্র মহারাজগী মচানুপী অহল *সনাতোম্বী*গী হাবীবু সুরচন্দ্রগী মতমদগী হৌরগা বৃটিশনা মণিপুরদা পানখিবগী মতম খরা ফাওবদা এটমোস্টফিয়র ওইরগা শাগৎলকখিবনি । এরিষ্টোক্রেসি অমদি ইম্পরিএলিজমগী মনুংদা লৃপ্তুনা লৈখ্রবা মেন্টেল নেচর ওফ এন ইন্দিভিয়্যুএল অদু নুপী অমগী পুক্নিদা পেত্রিয়ার্কি মনুংদা সাইকোলোজিকেল ওইনা পুখোরকই । সনাতোম্বী অঙাং ওইরিঙৈদগী মঙাও থীনা, নুপামচাগুম হায়নীংবা, তৌনীংবদা পন্দনা মবেনথৌ সনখ্যামাসীগী মতম্বাক্তা চাউরকপীনি । ক্কাক যাত্রাদা মথৌসনখ্যা মৈডিংঙু চন্দ্রকৃত্তিনা সেনবাং মহুম তোংদুনা চৎপদা লুখোইসনা য়াওগনি অদুগা নুপীনা সেনবাং মহুম তোংবা য়াদে লুখোইসনানা তম্বদা নীংঙাই তৌদুনা নুপাগী ফিজেৎ শেৎলগা মথৌসনখ্যাগী মতুং ইল্লি। পৃম্নমকসি ফমদা তাদুনা অনা লোয়দুনা লৈরিবী সনাতোম্বীগী নীংশিং ঈচেলদা লাকপনি মতৎ মতৎ ওইনা । নীংশিংই *অসিগুম্বা লংলবা* চাওখৎলবা কৈশুমশঙদা সনাতোম্বী চাউরকখি। নিংথৌগী লৈঙাক চৎনরিবা পেত্রিয়ার্কিদা রাজকুমারী অমগীদি কৈশুমশঙ নত্তনা করিসু ওইদে ভারতকী ওইনসু মোগল এম্প্যায়রগী রাজকুমারীশিংবু ময়ূম ফাওবা পালহল্লমদে, মখোয়না ময়ূম পানম্রগা পোকপা মচাশিংনা নিংথৌ খৃভমগী দাবী তৌরকপা য়াই হায়দুনা । সনাতোম্বীনা অহানবা ওইনা কোনুংদা কাং শান্নবা শঙ্গোম অনৌবনা কাংশঙ হাই তৈদুনা হোৎনরিঙৈদা লুখোইসনা থুংলরে ঃ

ঐ লুখোইসনানি ।
ঐসু সনাতোম্বী ।
ঐনা পিবা - নঙন নিঙোল্
ইস্ হাইগৎলেদ পিবাসিদে ।

(বিনোদিনী, ১৯৮৬, ৯)

*নঙন পিবা ওইরগ কৈদৌদৌরিবা ? পিবা নিঙোলগী মুক্রবা পীক্লিঙৈদগী হৌরক্লে,* সনাতোম্বীনা লুখোইসনাদা ময়ানা চীক্লে। সনাতোম্বীনা হায় *ফুদদে, মানা পিবানি হায়দন পংতৌ তৌব য়াবরা ? ফুনি, ঐদি ফুদৌরিনি।* (ইবিদ,১১) সনাতোম্বীদা নিঙোল পিবাগী ৱা চঙদে তৌনীংবতা তৌই। মমা যশুমতীতনদি লোন্না হায়খিবনি-*সনাতোম্বী, নঙ নিঙোল্নি মদু খঙনা চৎলুকো...* করি হায়রিবনো সনাতোম্বীনা থওইনা তাদে মহাক্না থৌশাদে ঃ

> কৎলাগী তাংবলদ নিঙোলগী হক্ লৈতে। অদুবু মান য়ানিংদে, মান তৌবদ থিংব মা য়ানিংদে। মহাক্ খঙদে নিঙোল্ পোক্পী মমাবু কন্নানসু লাইবক্ ফৈ হায়নদে। কোনুংদন অমুক্ হেন্ন।
>
> (ইবিদ)

মপাবুংনা তত্তনা শোঞ্জবা মানা তাখি *নঙনা নুপা ওইরম্লবদি ইপা নুঙাইদৌনি* মচাগী মনীংতম্বা মতৌদা মমা যশুমতীনদি পাখৎচৈ ঃ

> নহাক্থক্কী ইমাদি ৱাদৌরিদা। নুপীগা নুপাগবু মান্নব য়াবরা ? নিঙোল্ মংখোংতোং হায়নরিবনি ... বিষ্ণু বিষ্ণু ওম্থোক্প ৱাবু পল্লুইদ।
>
> মানা পিবা ওইব অদুননি ঐনা হেক্ হেক্ ফুবিরিদো। মানদি তোংলগ ঐদি করি য়ারোই।
>
> (ইবিদ,৪০)

মাইম্নানা মশুবু নাল্লগা হায় *ইশুদি নুপা ওইরম্লবদি নিংথৌ ওইদৌনি* অসুম্না ঙাওনা হৌজরকপী সনাতোম্বীবু পেত্রিয়ার্কিগী মেরিএজ ইন্সটিট্যুসনদা নমদুনা কোলোনাইজ তৌবিখি, নোংমাইথেম মণিকচান্দদা থাজখি ঃ

> Marriage being the destination appointed by society for women, the prospect they are brought up to, and the object which it intended should be sought by all of them, except those who are too little attractive to be chosen by any man as his companion.
>
> (Mill, 1985,315)

মতোনসি পাকা অমদি টিকেন্দ্রজিৎ (কোইরেং) মৃক্সরকপদগী লৈবাক কায়বগী ফীভম য়ৌবকখি। টিকেন্দ্রজিৎনা অহিংদা লাল হৌরক্লুনা কোনুং পায়শিনখ্রে, সুবচন্দ্রনা কলিকতাদা ভাবত সরকারগী এজেন্ট গ্রিমউদ সাহেবকীদা চেনশিন্দুনা লৈরি। সনাতোম্বী মপাবুংবু উন্নবা লাকই। মহাকপু থৌ পাঙবা ঙমদবী নুপীমচা ওইনা উবদু সনাতোম্বীনা য়ানীংখিদে *ঐ খঙই পাবুং সনখ্যা, ঐ লুখোই নত্তে। অদুওইরবসু ঐঙোন্দ হান্ন তাকপীদব করিগীনো ?* (ইবিদ, ৪৭) মণিপুর সমাজদা নুপীগী ওইবা অধিকার খরা সমাজনা পীবিরম্বদু ফেমিনিষ্ট অইবী অসিনা থাদোক্লমদে। মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী তালোই চোংথাগী হাক্তক্তা নিংথৌনা কোনুংগী চৎনরোল খরা নাথৈখি, চোংথা অহলসি চন্দ্রকীর্ত্তিগী পুন্সিদা অহানবা নুংশিজখিবা নুপীনি, উপন্যাসসিদা। মতাং অমদা ফেমিনিষ্ট অইবীসিনা ইরি ঃ

> নিংথেম্ কাওরমালে নুপী লোনবগী পাথাপ-পু য়েংশিন্নব অমদি

নুপীগীত ওইব রাফম কয়া তেমশিন্নব নুপী শাব পাচা কৌবা লোইশঙ্
অমা লৈ হায়বসে। মতীক লৈবী য়োইবু য়োইহৈবগী নুপীশিংন ফম্ব
লোইশঙ্নি - মসিগী মনুঙদা তঙায়ফদন মহারাণীগী মমাদি
য়াওগদবনি।

(ইবিদ,৬৩)

কোনুংগী পুন্সিদা পোকপা নুপীশিং মখোয়গী পুন্সি মনীংতম্বা অপাম্বা নুপাগা নুংশিনজদুনা পুন্সি লৈপুল ওইজনবগী হক ফাওবা লৈখিদবগী থৌদোক সনাতোম্বীনা মমীৎমক্রা উখি। ফান্দেংসনা অমদি মেরিগী নুংশিনবা। অদুগা উত্রামাঙদা মেরিবু শগাইদা ফৌবা সনাতোম্বী উহৌই। মসিমসু উহৌই ঃ

মাইনু, ... ইবানিবু থুংনদন তোক্লগদরা ?
ঐদি অতে অম খম্বা ঙমলরোই। ঐদি য়ুম পাল্লরোই।
মাইনু, নঙ ঐগ হাওজোংবন-দ মাঙব ঙমগদরা ?
তা খেমা, নঙবু হাওজোংবন-দ ঐগ মাঙমিন্নব ঙমগদরা ?

(ইবিদ,১২৭)

ফেমিনিষ্ট অসিনা ইরি *মতম অদো কারল লানন লৌন লৈনবা মীবু অকন্নবা চৈরাক পীবা মতমনি।* অসিগুম্বা জাৎ, ধর্ম্ম খায়বা সমাজগী চৎনরোলবু শীংনবা হায়বা ফেমিনিষ্টকী এজেন্দা অদোমদা অইবীনা শীংনদুনা চঙশিনবা ঙমখিদ্রবসু পূক্নীংদা য়ানীংদবগী ঈঙ্গিৎ অদুদি লোৎশিন্দে।

মণিকচান্দ কারবাররব্রালানি। কারবারগী সংসারদা লূপ্পুনা লৈ, ময়ূমদা অয়াম্বা মতমদা লৈতে। সনাতোম্বীনা মণিকচান্দনা লংফৈদা চৎপা খুদিংগী মপুরোইবদা মপাবুংগী পাউ লৌবি-রক্লবা হায়জবা মণিকচান্দনা লৌরক্তবগী পেন্দে। লংফৈদগী থোরকপদা মণিকচান্দনা মেক্সুল (Maxwell) না ময়ূমদা তক্তনা লাকপগী মতৈ-মনাও নিঙাইশংদানরকই। মণিকচান্দনা হায় *নপাসু নিংথৌ ওইদ্রে, ওইরবসু ফম্ তাপ্তব নিংথৌগী মচানুপীনি। পংতৌ তৌনু ফংলোই।* (ইবিদ,১৭০) হৌজিক সমাজগী চৎনরোলগী পরীংদা হিংজবকপা সনাতোম্বীনা সোসিএল ত্রেডিসনবু লংথোক্তুনা মশানা মশাগী লনাইগী পুন্সিদা মণিকচান্দগা মবানীগী মরক্তা লৈরিবা মরীবু নৌহৌনা থিবা হৌরকখি ঃ

পুন্সিদা অহাম্ব ওইন ফাওখি - মণিকচান্দবু মান কৈদৌনুংদ নুংশিখিদে,
কৈদৌনুংদ মণিকচান্দন্ন মাগী থম্মোই মরাঙ হৌহনখিদে। খংলাপ্
লাপ্‌থোক্‌খি মণিকচান সনাতোম্বীদগী।

(ইবিদ, ১৭০)

মহাক মশানা মশাবু মতোমতা ঙকচরকই *অসুক কুইব ঐনা ইমুঙ অসিদ লৈরকলিবসে করিগীনো?* অদুগা মেক্সসুএলগী মরমদা খন্থরকই *ঐনা মা লাক্‌লগ নুঙাইরিবদি করিগীনো?* অসিগুম্বা মীৎকুপসিদা অহল লমনশিংগী য়াথংদা ময়ূম পাল্লকখিবদু ব্রারৌবক্লে *নঙন নত্রা, নঙন নত্রা, সনাখ্যামাসী নঙন নত্রা, নঙন লৈয়ু হায়দনা লৈব নত্রা ?* ব্রাখল ককঙাওননা সনাতোম্বীনা কংলাদা চেনশিল্লুই। সনাখ্যামসী লৈরম্বা হৌজিক্তা বড় সাহেব কোলোনেল মেজর মেক্সসুএলগী

রেসিডেন্স। মতুংদা সনাতোম্বী সমাজগী মীৎয়েংদা মেক্সসুএলদা জাৎ তাখি। মেক্সসুএলদা লুহোংখি। মহাক্কী অথীবা মমিং কুম্বাবদা য়াওখি। লাইরিকসিদা সনাতোম্বীনা অকক্লবা কন্সেপ্ট নত্ত্রগা আইদিয়া অমগীদমক মুক্লদুনা, মায়োক য়াদুনা লেপ্পগী মহৎ নুপা নুগীগী মরীদা পূক্রীংগী লাকঙম ফাঙমদ্রবা নুংশি ঈখৌ উৎলি। মপুরোইবা মণিকচান্দ থাদোক্লগা সনাতোম্বীনা মেক্সসুএলদা ময়ূম পাল্লিবসি *নুংশিবা* হায়বা ময়েক তরেৎখক্লা শাবা ৱাহৈসিখক্তগীনি। সুরচন্দ্রগী মচানুপী সনাতোম্বীনা শাগে জাৎ মান্নদবা মণিপুরদা বৃটিশকী অহানবা পলিটিকেল এজেন্ট মেজর মেক্সসুএলদা ময়ূম পানখিবসি রিদরশিংগী মীৎয়েংদা সনাতোম্বীগী ফজফম লৈতে। নেস্যানেল ইসুদা মীৎয়েং থমদুনা মণিপুরনা চহী কয়া মনীংতম্লা পাঞ্জরম্বদু বৃটিশকী মখৃত্তা মায়থীবা ফংখিবা, টিকেন্দ্রজিৎ, থাঙ্গালনচিংববু ফৈদাপৃংদা ফাশী তৌখিবা, কুলচন্দ্র য়াওনা মীওই কয়াবু লোই থাবা (exile) অদুগা মপাবুং সুরচন্দ্রনা কলিকটাদা শিহনখিবা, মহাক্কী মচানুপী সনাতোম্বীনা মমাঙমক্তদা কংলাগী সনথোঙগী কংলা শাগী মূর্ত্তি তোপ্পা কাপখায়বা উখিবা, পাখংবা য়েকপা ফীরাল চিংথবা উখিবা সনাতোম্বীবু সমাজনা ফজনা উবিখিদে। ১৯০৪ দা অহানবা নুপীলালগী হাক্তক্তা নুপী ময়াম্না লাউখি ঃ

> নব্বাদু থাদোরকউ। নব্বা কোন্দুন থমলিব করিগীনো ? তারিব্র বড় সাহেব ওংবী সনাতোম্বী ... নঙবু নমায় ঈকায়দ্র ?
>
> কন্দায়দনো অহোব অমা য়াওখিবনি, খঙলেপ্ লেপখিবনি পুম্নমক্। খুৎ পাইফম্ লৈখিদে-মহাক্ মতোমতনি। নুপীশিংগী ঙসিগী মীচৈন মাবু মিকপ্ থোকহল্লি ঃ নঙ্ নতোমত নত্তে, নঙ্ নতোমত লৈব য়ারোই, নঙ্ কাওথোকপ য়ারোই।
>
> (ইবিদ,২৪১)

অদুবু সনাতোম্বীবু ট্রেডিসনেল মোরেল বিইং ওইনা য়েংবা তোক্লগা এক্সপরিএন্সকী ওথোবিটিসিপুগী অহিংবা থৱায অমগী নুংগী চৈনাদগী ফেমিনিষ্ট অসিগী মীৎয়েংদগী য়েংবা তারবদি মহাক্কী মবাল করিসু লৈতে। নুপানা তরাগী মপুনি হাযদুনা নুপী লোনবদা চাউথোক্লবা সমাজদা সনাতোম্বীনা মপুরোইবা মণিকচান্দদগী খৃথাং লান্দুনা মেক্সসুএলদা ময়ূম পাল্লুবসি মাগী মরাল্লা ? নত্ত্রগা ব্রহ্মা সভাগী জাৎ, কুচু, ধর্ম্ম খায়বা চৎনরোল নাথৈদুনা মথম্মোয়দা নুংশিজবা মেক্সসুএলদা ময়ূম পানবসিনা মবাল্লা ? মাগী মরালদি ট্রেডিসনেল ওইবা কন্সেপ্ট অদুদগী লান্না য়েংবদগী থোরকপনি। নত্তনা সনাতোম্বীবু মী অমা ওইনা য়েংবা তারবদি মাবু থম্বীরিবা অকিবা ব্রদনামগী কৈশুমশঙদগী শোয়দনা থাদোক্রীংগনি। ফেমিনিষ্ট অইবীসিনা ইরি ঃ

> ৱারিদুগী তোল্লব পোলোইদো নম্লল তুরেলগী লৈঙোয় মরক্ত তিনখি। লৈরিক্ খুদিংমক্ল উৎ অদুবুদি ঙাক্পিখি।
>
> (ইবিদ,২৫০)

সমাজগী তমথীবা মীৎয়েং অমদি থম্মোয়গী মপু মহাকপু কায়নবগী মৈনা চাক্তনা সনাতোম্বীগী পুক্সিবু কেমহনখিবনি। এথিনিক পেত্রিয়ার্কি অমদি কোলোনিত্রলিজম ফেনোমেনন অনীনা নৈহত্তনা মাঙহনবিত্রবা থৱায় অমনি। সনাতোম্বীনা মোন চৌবিনিষ্ট অমদি ইম্পরিএলিষ্ট সোসাইটিগী নুপীগী কন্সেপ্ট অদুবুদি থুগায়বা ঙমখিদে। ধর্ম্ম মান্নদবগী শম্বলবুদি শীদোক্তনা

চঙশিনখি, মশাগী পুক্লীংগী মনীংতম্বগা মপুন্সিগা পোম্বা ওইহনখি ।

মুতুম দেবলা দেবী (১৯৬৮) মশাগী উপন্যাস অনী ১।। পোলোয় অদুদদি (২০০০) ২।। লম্বী অমদা (২০০২) ফোঙখ্রবী অইবীসিগী খৃৎইদা ফেমিনিষ্ট ওইবগী মীৎয়েং য়াওরি । উপন্যাস অনীসিমক্তা উৎলিবসি সমাজগী পুন্সিদা নুপী অমগী পুন্সিগী লাম্বেৎ, নুপী অমগী মশাগী মতীং উৎপা অদুগা পুক্লীংগী অশেংবা নুংশিবা অমদি অরোইবদা নুংশিবগীদমক পুন্সিবু কখোক্তুনা ট্রেজিক পেথোজনা পম্খে ওইখিবনি । অহানবগী উপন্যাস অসিদা রোমিতাগী পুন্সিদা উমেসপু থেংনরুই । অহানবা উরুবদগী থম্মোয়নুংদা লাৎচব্রবনি, উমেসসু অদুমক্কি অদুবু মখোয় অনীগী ব্রাখল মীৎয়েংদি হায়নীংঙায় লৈতনা খেন্নে । রোমিতা জর্ন্যেলিষ্ট অমদি সোসিএল ব্রার্করনি । উমেসনা পেট্রিয়ার্কিগী চৎনরোল নুপানা হেন্না চাউবা কনবা ওইনা খঙ্গবা, মচীং মশোন নাইবা, থোইচৎ ব্রাংচৎনবা, নুপীবু হম্বনা য়েংবা ঃ

> নুপীনা য়াম্না স্মার্ট ওইবা অসি কয়া পামদে । মীগী লৈবাক্তা চৎনরবসু ঐখোয়গী লমদম অসিদদি মওং অমা ওইনা খন্নে ।
>
> (দেবলা, ২০০০,১৪)

নুপীবু হম্বনা য়েংবা সমাজগী মীওই কাঙলূপ অদুগী স্পেসিমেন অমা ওইনা উমেসপু থেংনখি । উমেস ম্যেন চৌবিনিষ্ট কলচরনা নাউকোন্দুনা চাউরকপনি, সংস্কৃতি অদুগী চৎনরোলগী মশক মচু অদু মাগী ব্রাখলগী কয়াৎ পুম্বা মচু শঙখ্রে খল্লি । অদুবু রোমিতানা নুপী অতৈগুম্না নুপী হায়বসি নুপাগী মখা থানা লৈগদবনি হায়বা চৎনরোলদু য়াবা ঙমখিদে । উমেসকী মফমদা মশাবু শিন্নবা হায়বসি মশাগী মনীংতম্বা পুন্সিবু মাঙহঞ্জবগা অমত্তনি লৌখি । মতাংসিদা রোমিতানা অহল লমননা হায়না শীংনবা রমানন্দগা থেংনৈ । রোমিতানা মশাগী ফেমিনিষ্ট অমগী মীৎয়েং ফোঙদোরকই ঃ

> নুপীবু ফজনা চুম্না খনবীবা মীদি ঙসিগী সমাজ অসিদা তাংনা থোকই । নুপীনা তৌবা খুদিংমক লান্না উবসে নুপা ওইবশিংগী হৌনশানি ।
>
> (ইবিদ,৮৫)

রমানন্দনা হায়রকই ঃ

> ঐগী মোৎতি নুপাগা নুপীগা ব্রাখলদা লৌশিংদা গুন চপ মান্নে । অদুবু অয়াম্বনা মশাবু হম্বনা, ঐখোয়সে নুপাগী মপালতনা হিংলিবনি হায়না খন্নে । মসিদি তশেংনা খলহন্নিংদে । পৃথিবীদা থোক্লিবা থৌদোক খুদিংমক হায়নরি, নুপীতনা থোকহনবনি অদুগুম্বা নুপী অদুনা সমাজ অসিবু ফজবা অওনবা থাক্তা পুরকপসু মখোয়তনা ঙমগনি হায়না থাজৈ । অদুবু অওনবা অমা পুরক্কবগীদমক লুচিংবী অমা লৈতবা য়াদে । নুপী অদু নহাক ওইহন্নিংই।
>
> (ইবিদ)

রোমিতানা মশাবু মশক খঙবিবা মাগীদমক লেপ্লীবা রমানন্দ ফংজরে অদুবু অতোপ্পা নাকল অমদা লেপ্তুনা লৈরি মাগী নুংশিবা উমেস । উমেসকী অপাম্বদি *নুপীনা কা হেন্না হক্কি হায়দুনসু*

*তৌরিবা মাগী শিনফমদু ঐনা কয়া পামদে । মদুমদি ঐ তশেংনা পামদে ।* উমেসনা হীরম থৌরম খুদিংমক্তা অচুম-অরান থোইনা থিরুদনা রোমিতাবু মাগী মখা থাবী ওইনা শাগৎনবা হোৎনৈ অদুবু রোমিতাদি পেত্রিয়ার্কেল সোসাইটিগী নুপীগী মগুণশিংনি হায়রিবশিংসিদগী মনীংতম্না নাম্থোক্লুনা লৈরি; মসিদা উমেস মায়থীবগী চৈনাখোল মায়োক্লরি ঃ

> পৃথিবী শিন-থুংনা ফাওরিবা মৈতে নুপীগী ফিদম, লিরি-খোইরিবা মওং অদু মাঙহল্লগদ্রা । ঐদি য়াজনিংদে । হীরম খুদিংমক্তা শোত্থরিবা ঐখোয়গী লৈবাক্তা থাক য়ৌনা চাওখৎখ্রবা 'অমেরিকান রুইমেন' শাবদি পামদে । মসি ঐগী মতনি ।
>
> (ইবিদ,১০২)

উমেসনা মখা তারি ঃ

> ঐদি নুপী হায়বসে 'হূ' নি হায়গনি । মখোয়না মাঙহন্দববু করি লৈরিবগে ? মসে ইতিহাসতা শাক্ষিনি ।
>
> (ইবিদ)

রোমিতা ঃ

> নুপী কয়ানা থৌনা ফনা চোংথোক্লুনা মশাগী লৈবাক কনখিবা ঙমদ্রগনা মৈনুংদা চোংশিন্দুনা শিজবা । নুপীগী থৌনা, মসিসু ইতিহাসনা শাক্ষিনি ।
>
> (ইবিদ)

অসিগুম্বা মৃক্লবা অসিদা তোংদুনা উপন্যাসকী প্লোটকী খোঙচৎ ওইরকই । অহল লমনগী হেনফদ্রবা য়াথং মতুংইন্না রমানন্দগা ব্লারোইপোৎ পুখ্রে । রোমিতানা খুঙ্গংগী চাওখৎপা মশক খঙজদ্রবা লাইরিক লাইশু হৈজদ্রবা নুপীশিংগী মফমদা শিক্ষা পীদুনা মনীংতম্বা সমাজদা মরাই হাইগৎচনা লেপচবা ঙম্বা হোৎনবি । সমাজদা মশীং তঙ্খায় শরুক কল্লিবা নুপীশিংগী লিবরেটেদ লাইভ অমা সমাজকী সংস্কৃতিদা লাক্লিবমখৈ সমাজনা মনীংতম্না চাওখৎ মায়কৈদা চঙশিনবা ঙম্লোই হায়বা ব্লাখল্লোন সমাজদা শন্দোক্লবা হোৎনরি ঃ

> মশাবু মীখা পোল্লে খন্দুনা মশাগী হক তাঞ্জবা ঙমদনা লৈরিবা নুপীশিং অসিবু অনৌবা মঙাল অমা পীবনি । নুপী-নুপা রাইট্ মান্নরে হায়রগসু নুপীবু হন্থনা য়েংনবা অসিদি ঙসিসু অসুম চৎখরি । নুপী হায়বসিদি ইমুংদগী হেন্দোকলোইদবনি । মচা য়োক্লুনা, মপুরোইবগী অপাম্বা ব্লাহৈগী মখাদা হিংগদবনি । নুপানা ওৎ-নৈরবসু খাংগদবনি । মদুতদা অশেংবা সতিনি হায়না শিংথানগনি। খজিক্তং মশাগী অনিংবা অপাম্বা ফোঙদোক্লবী মহাক অদুবুনা তৌবা ঙম্বীনি হেক মহায়বীবা । মপুরোইবা শিপ্রবী নুপী অমা নত্রগা হল্লক্লুনা লৈরবী নুপী অদুবুদি সমাজ অসিদা তোংঙানবা মীৎয়েংনা য়েংবীরি । মখোয়গী অধিকার পৃম্বা সমাজ অসিনা মুনবীবগুম তৌরি। নুপানা নুপী লোনবব্লুনা করিসু হায়নদবা । চৎনবী ওইনা খনবা । মসিনি

ঐখোয়গী সমাজ অসিগী চৎনবী । অদুবু ঐখোয় শোন্থদুনা লৈবা মতম নত্রে। ঐখোয়সু নুপাতগী মপাল তাংদনা হিংবা ঙম্মী হায়বসি সমাজ অসিদা উৎকদবনি। নুপা ওইবশিংবু ইকায় খুম্নবা অদুদি ঐখোয়দা লেংদনা লৈ । অদুগা মতম পুম্নমক্তা নুপী হায়বসিদি নুপাগী মখা পোন্না হিংগদবনি হায়বসিদি য়াজনিংদে ।

(ইবিদ,৯৯-১০০)

নুপীনা মশাগী মতীংদা থাজদুনা নুপাগা মান্ননা শু-নোমদুনা মশাগী মতীং থোক্লা, মশানা মশাদা থাজদুনা চঙশিল্লকপদা রাজনীতিগী মায়কৈদসু অচৌবা ঈহৌ অমা শাগৎপা হায়বসি পুথোরকই । সমাজ অমদি সংস্কৃতিগী মায়কৈদা নুপীগী মনীংতম্বা পুন্সিরোল অমা পুরকপদা তঙাইফদনা নুপীনা রাজনীতিগী লমদা চঙশিন্দুনা মখোয়গী খোঞ্জেল তাহনবগী তঙাইফদবা লৈবদু ঃ

লমদম অসিগী ওইনা নুপী ঐখোয়সু মীয়ামগী মহৎ শিন্দুনা চোংথোক্কদবনি । নুপানা নুপীশিংগী অৱাৎপা, নুপীশিংগী হিংবগী থাক খঙবীবদগীদি ঐখোয় ইশানা শেমজবনা হেনগনি । ... নুপী ঐখোয়সে নুপানতা ঙাংবা তারগা অসুম লৈরে । ঐখোয়সু অপাম পামদা খরা শেংদোকপা ফৈ ।

(ইবিদ,১৪৯)

হায়না মেমচৌবীনা মীখলদা চোংথোরকপগী মতাংদা হায়খি । রমানন্দনা মশাগী লায়না খঙজনা মশামক য়ূম পান্দনা রোমিতানা অনৌবা য়ূম্বাল লম্বীদা চঙখিনবা অঙম থানা হোৎনরি । রোমিতাদি নুপীদা নুপী থোকপী নুপীনি; রমানন্দগী লায়না খঙলবসু লুহোংগনি হায়না চপ য়ুংনা লেপ্লি, মশাগী খুদোংচাবা য়েংদুনা চৎখিবা য়ানীংদে । উমেসনা কলক-মিহৌবা কয়াগা লোয়ননা মাগী নুংশিববু ফংননবা তাল্লক্লি । রোমিতানা হায়রি-*নুপীসু থম্মোয় পাল্লি । মশাগী ইজ্জৎ লৈফম থোকই* মখা তারি ঃ

ঐসু নুপীনি, নিংখিবদি হোংলরোই । ঐগী নুংশিবা চাম্ম ফংগনি হায়রবসু মীবু নমথাক তৌবদি ঐ ঙমলোই । খুদিংমক থাদোকপা ঙমগনি ইশাগী থাজববুদি খক মাঙহল্লোয় ।

(ইবিদ,২০৪)

ফেমিনিষ্ট অসিগী মফমদা নুপীগী মফমদা শেমগৎনীংলিবা, হায়নীংলিবসি মশাগী পূক্লীংগী থাজবা অদুবুনি । মশাবু মশানা থাজবা অসিগী মরূদা মীওইবা অমগী লাইবক্কী ফলনা তোংদুনা লৈ ফেমিনিষ্টকী থাজবনি । মদু মাঙখিদনবা খনবদা অহল লমননা হায়ন-শিংনবা ঐচ আই ভি পোজেটিভ ওইরে খঙলবা রমানন্দবু থাদোক্লুনা মশানা থম্মোয় তানা নুংশিজবা উমেসকী মকাদা ৱাইথুংবা পামখিদে । মদুনা রমানন্দগী তৌবিমল অমদি মাবু শকখঙনা লোয়নখিবা মশাগী সেল্ফ ইমেজদা শোকহনবদু পামখিদবনি । লাইরিকসিগী মতাংদা কৃতিক অমগী মত য়েংবা তারবদি *নুপীগী ৱাখল পুখৎলকই।* অনৌবা মতমগী অনৌবা নুপীগী ৱাখলগী সমস্যানি; নুপীশিংনা মায়োক্লরিবা ৱাখলগী লাম্ছেং মদুদা মখোয়গী ফিরেপ হায়রদুনা মখা তাই ঃ

... হৌজিক্কী মতমগী অনৌবা, নুপীশিংগী মশাগী শক্তম থিরকপগী
খোঙচৎ অসি দেবলা য়াম্না মতিং লৈবা মীৎয়েং ওইহন্দুনা উপন্যাস
অসিদা পুথোরকই ।

(অরুনা, )

রোমিতা মশাগী নুপী অমা ওইবগী থাজজবা মায়কৈ অমদা মাগী থৱায়দগীসু হেন্না নুংশিজবা উমেস অনীগী তিনশিনবা ঙমদ্রবা মূক্রুবা মরক্তা ৱারেপ লৌজবা ঙমদনা থাঙনা থিঞ্জিন্দুনা মথৱায় থাদোকখি । মশাবু, মশাগী থাজবদা হিংজরম্বা রোমিতা মশাগী নুপী ওইবীগী সেল্ফ ইমেজ অদু কায় -তোইখিদনবা চেংনা ঙাক কঞ্জরম্লগা মশাগী থাজবদা শিবা ঙমখিবা অচঙবা ফেমিনিষ্ট চরিত্রনি । অদুবু মহাকপু সমাজদা হিংজবগী মফম অমা পীরম্বদি অইবীনা য়ারমদ্রা পুন্সিবু সিরিয়স ওইনা য়েংবা পামজবা অৱাংবা নুংশিবগী মমল পীবা, উৎপা পাম্বা অইবীনা নুংশিবদা পূম্নমক কখোকহনখিবনি ।

অইবীগী অনীশুবা উপন্যাস লম্বী অমদাসু আশা চাউনা হৌজরকপী মিরভাগী পুন্সিদা থেংনরিবসি নুপা অনীনি-অমনা পুন্সিগী নৌরিবা যৌবনগী পূক্নীংদা লাৎচখিবা নিশেশকুমার অদুগা অমনা কনাসু লৈজদ্রবা পীতৎ পাতৎলবা মাগীদমক মতম পূম্বদা মনাক্তা অৱা নুংঙাইদা লেপ্লীরিবা রাজেন । পুন্সিগী অৱাবা মশক খঙলক্তনা মপাগী মরুম থুপ্না হিংজরকপা মিরভাগী মপানা লৈখিদ্রবা মতুংদা পুন্সিগী মায়ওন মথোং খঙদনা হোংলকখি । অৱাবতনা মশরুক ওইরক্লবা ময়ূমগী ফীভমদা তঙাইফদনা মপানা তৌরম্বা থবক অদু মহাক মশানা হঞ্জিন্নবা হোৎনরি । অদুবু থম্মোয়দা অমকপা পক্লিবী মিরভাগী থম্মোয়গী খুদোংচাবা লৌদুনা ৱানোম্লুবা ওফিসারদুনা মাগী অহুমশুবা নুপী ওইনা মখূৎ চন্দুনা থম্নবা হোৎনরকখি । মসিদা য়ানীংদবা তারবদি অহল ওইরবা মমা মনাওনুপী অমদি মৌপ্নাগী আশা মঙলান্দা তিনখিবা তারি । মিরভানা হঞ্জিন হঞ্জিন পূক্নীংগী কাচিন পূম্নমক্তা মশাগী পাঙ্গল শক্তি খোমজিল্লকই ঃ

> নুপী হায়বশিগী শোনথবা অসিনা ঙমহল্লদ্রা ? অদুগা নুপীবু তশেংনা
> শোন্থরনে ? মহৌশা লাইরেম্বীগী খুৎশেমনি হায়দুনা নুপা
> ওইবশিংগী লূম্লবা পোৎলূম অদুবুদি থা তরা শিনয়োমনুংদা পুবদি
> ঙমলগা মপানথোংগী মীৎয়েং অসিবুদি কিদুনা চেনগদ্রা ?

(দেবলা,২০০২,৬৫)

অসিগুম্বা ফীভমসিদা মিরভানা মশাগী হিংনবগীদমক মশাগী নুপী ওইবীগী থাজবা, মতীং, ইজ্জৎ মাঙহল্লগা থবক তৌবা পামখিদে । মমা লৈখিদ্রবা মতুংদা মচল অমদি মৌপ্নাবু মী অমা ওইনবা শেম্বগী দায়ত্ব পূবা ঙম্নবগীদমক ঈশৈ শকপী অমা ওইনা চঙবা তাখি । সমাজকী মীৎয়েংদা মহাক লমচৎ মাঙলবী ওক্তবী নুপীনি । সমাজদা নুপীবু লান্না য়েংবিবগী মীৎয়েং অদু ফোঙদোরকইঃ

> নুপী ঐখোয়না তৌরুবা থাংলুবা খোংথাং খুদিংমক সমাজনা লান্না
> লৌবীবা হায়বশিদি শোয়দ্রবনি ।

(ইবিদ,২৮)

অদুনা ফেমিনিষ্ট অইবীসিনা হংলি *নুপী হায়বগী ৱাহন্থোক্তি চৈনা খঙবনি* । সমাজ অসিদা নুপীনা মশাগী ইজ্জৎ ঙাকচবা ঙমদ্রিবসি নুপী মশানা নত্তে, সমাজননি মিরভাগী অকনবা ৱাহৈনিঃ

ইজ্জৎ হায়বশে কনানা থম্বীগদৌরিবনো ? ইশানরা সমাজ অসিনরা ? সমাজ অসিনা পামলিবশে ইজ্জৎ অদুগী মরুম থুপ্লগা নুপী ঐখোয়না শোন্থনা হিংবদুনি । ঐনা হংনিংলিবদি; হিংনবগীদমক লম্বী তোঙান - তোঙান্না শেম্বীরমলিবা করিগীনো ? মওং অমত্তদা পুন্সি অমত্তদা হিংবদি য়াদবজাৎলা ?

(ইবিদ,২৮)

সমাজ অসিদা নুপীনা মশাগী ইজ্জৎ ঙাকচবা ঙমজদ্রিবসি নুপীগী মরাল নত্তে, নুপীবু চুম্না উবিবা ঙমদ্রবা সমাজননি । অদুনা মহাক্না নুংশিজবা নিশেশকী মতুং ইন্দুনা মশাগী অৱাংবা থাক্তা হিংবদু পামখিদে । অদুবু মশাগী পুন্সিদা সমাজগী অরানবা মীৎয়েংনা তৈশিনখিবা অমকপা মচুশিংদু মুখৎপা ঙমদনা মশাগী মরল ময়ূম তোম্বগী মফমদা কথোকলম্লগা মফম খঙদনা মাঙখি ।

থোইবী দেবীগী ফোঙলবা উপন্যাসশিংদি ১।। রাধা (১৯৬৫) ২।। নুংশি ঈচেল (১৯৬৭) ৩।। চীংদা শাৎপী ঈঙেম্লে (১৯৭১) ৪।। লমজা (১৯৭৯) নি । উপন্যাসকার অসিগী অনীশুবা উপন্যাস নুংশি ঈচেলদা নুপাগী মখা পোন্না, মরুম থুগ্গুনা লৈবী ট্রেডিসনেল নুপীগী মশক্তগী নাম্থোক্তুনা শেন-থুম অমদি মশাগী ফিরেপ লৌজবা ঙম্বী অনৌবা নুপীগী মশক অমা অইবীনা চিত্রলেখাগী চরিত্রদা পুখৎলকই । মসি নুপীগী পুন্সিদা নুপী অমনা সমাজকী পুন্সিদা মশাগী তৌবা ঙম্বা মতীংদা থাজবা ঙম্বা মওংদা কনফিদেন্স পীবা ঙম্নবা হোৎনরকপনি । চিত্রলেখানা মাগা মতম অমদা নুংশিনরম্বা তৌইগুম্বসুং কায়নখ্রবা নরেসকী নুপীনা শিখিবগী মতাংদা সমাজনা ওৎ নৈবিবগী পেত্রিয়ার্কিগী চৎনরোলবু য়ানীংলক্তে ঃ

> নুপা ওইবশিংনা নুপীশিংবু শান্নপোৎকুম খল্লি অমসুং লৌই হায়বসি চুমদ্রা । অদু ওইরবদি নুপাশিংগী অত্যাচার কয়াদগী নুপীবু কনবা হায়বসি ঐখোয়গী ঈহৌ ওইফম থোকই ।
>
> (থোইবী,১৯৬৭,৭০-৭১)

চিত্রলেখানা নুপী কয়ামরুমগা লোয়ননা সমাজদা নুপীশিংবু ওৎ নৈবদগী কন্ননবা থবক কয়ামরুম পায়খৎপা হৌরকই । মহাক্না হায়রি ঃ

> ঐখোয় অসি তোঙান তোঙানবা লম কয়াদগী লাক্লবসু নুপী হায়বা জাৎ অদুদি অমত্তা ওইবা মরম্না ঐখোয়গী মুক্তি ফংনবসিদি ঐখোয় পূম্নমক চঙদুনা হোৎনফম থোকই ।
>
> (ইবিদ,৯৫)

নুপীশিংনা সমাজদা মনীংতম্না হিংজবা ঙম্নবা হোৎনবা হায়বসিদা ঃ

> সমাজসিদা নুপী ... কয়া মরুম শুফম নোমফম খঙদবদগী সমাজগী অমাঙবা মচাক ওইরি, মখোয়শিং অসিবু নিংথিনা মানা মানা হৈনবা শিনফমদা নত্তগা থবক নিংথিনা তম্বীরবদি সমাজগী কান্নরবা মীওই অমমম ওইরকপা য়াবা ঙাক্তনি ।
>
> (ইবিদ,১১২)

চিত্রলেখা নুপীনা শেন-থুমগী মায়কৈদা নুপীশিংবু তেংবাং পীনবা *নারী আশ্রম* অমা লীংখত্তুনা সমাজদা খুদোংথীবা নঙলবা নুপীশিংগী হিংনবগী লম্বী পীবদা মশাগী শিক্ষা ওইদুনা পুন্সি কখোকখি। লাইরিকসিগী মতাংদা হায়রি ঃ

> লৈবাক্কী খুন্নাইগী মনুংদা শীৎলিবা নুংশিৎ মুন্না খঙদুনা ইরকপা
> খৃৎইদা অইবীগী পোলিটিকেল কন্সসনেসকী অহকপা মমি অমা
> শেংনা তারি। অইবীনা রাজনিতিগী ওইবা য়াবা ব্রাহং খরা হংলি।
>
> (অরুনা,১৯৯৪,২)

অসুম্না থোইবীনা মপূং ফাবা নুপীগী মশক অমা ট্রেডিসনেল মোরালিটিগী ব্রাংমদা ইখৌ লাংনা থিখি। অইবীনা উপন্যাসশিংদা চুম্নতগী অনৌবা নুপীগী মশক অমা শাগৎনবা হোৎনবা নত্তে, জাতি অমদি নুপী খুন্নাইদা মনীংতম্বা নুপীগী মশক অমা শেমগৎনবা মাগী কলাগী মিডিয়মদা সিরিয়সলি হোৎনরকপনি।

বড়কন্যা মশাগী উপন্যাস অনী ১।। শিঙ্গারৈগী লৈকাদা (১৯৮৩) ২।। মৈরী (২০০৩) ফোঙলক্তুনা মনীংতম্বা নুপীগী মশক অমা শাগৎনবা হোৎনবগী মায়কৈদা কন্না চঙশিল্লক্লি। উপন্যাসকার অসিগী অহানবা লাইরিকসিদা কোম্বীরৈগী চরিত্রদা নুপানা পানবা সমাজদা নুপাগী অরানবা লমচৎকী মায়োক্তা লেপ্তুনা শীংনবগী মতীং শাগৎলকই। কোম্বীরৈনা সমাজগী চুমদ্রবা সিষ্টেমদা তোংদুনা মশাগী চেষ্টেটিবু মাঙহন্নবা হোৎনরকপদা সুনিলবু হাৎপা ফাওবা ঙমখি। কোম্বীরৈগী পুন্সিবু হৈ-লৈগুম্না পৎ থৎতুনা মখৃৎ চনগনি খল্লিবা সুনিলনা খুদোংচাবা লৌনবা হোৎনবদা, মশাগী পুক্লীংনা নুংশিজবা থোইবগা ব্রাইথুংনবা ঙমহনখিদবা, মহাক্না তারিবা দশা সমাজগী অরানবা চৎনরোলনা নমদুনা ওইহনখিবনি। মসি নুপীগী থম্মোয়বু মশক খঙবিদবা নুপাগা মান্ননা য়েংদবা মীৎয়েংদগী থোকহনবনি ঃ

> কোম্বীরৈনা তাবিবা দশা অসে সমাজনা ওইহনবনি। মীনুংশি খঙদ্রবা
> নুপীগী থম্মোয় মশক খঙদ্রবা নুপীবু লান্না উবিববা নুপাশিংনা
> থোকহনবনি। অসিগুম্বা সমাজ অসিদা কোম্বীরৈগুম্না গতি লৈত্রবী
> নুপীশিংনা ব্রানা পুন্সি ... লেনবা তাই। হৌজিক্কী মতমদা নুপীজা
> ওইবীশিংবু নুপা ওইবশিংনা খল্লিবা রাখল অমদি য়েংলিবা মীৎয়েং
> অসি নমথবা অমদি থম্মোয় পান্দবী মতৌ অমনি হায়বসি অইবীনা
> থম্মোয শোক্না হায়বা পাম্মী।
>
> (বিতা,১৯৯৩,১৪২)

মসি নত্তবা লিবরেল ওইবা ফেমিনিষ্টকী মীৎয়েং য়াওবা অইবী কয়াগী উপন্যাসশিং মণিপুরী উপন্যাস সাহিত্যদা মরাং কাইনা থেংনৈ। বিনাপানীগী উতাংবী (১৯৯১)দা থারিকথাবু উতাংবী ওইনা সমাজনা য়েংবদা য়ানীংদবা উৎলি। অরাম্বম মেম্মগী চন্দ্রিমা (১বা,১৯৭১/২বা,৮১) সত্যবতীগী শকখঙদবী (১৯৮৪), পুন্যবতী দেবীগী মাইথীহৌরবা লাম্মী (১৯৭৫), হেমাবতিগী নুংশি লাইনীংবী (১৯৮৮), চন্দ্রশখীগী অনুতাপকী মৈরিনুংদা চিত্রা (১৯৮২), তোংব্রম চন্দ্রকালাগী ঈরোন্নুংদা পুন্সি ঈচেল (১৯৯২)নচিংবা লৈরি। নী দেবীগী ১।। কদাইদনো (১৯৮৭) অদুগা ২।। চৈথেংফম (১৯৮৮)দা মচা পোকপা

ঙমদ্রবী উর্মিলাবু সমাজদা মশাগী মফম অমা পীবিদ্রবদা, মৈচাক ফংলবা থম্মোয়গী ব্রাকং ঙসিসু পেত্রিয়ার্কেল সোসাইটিগী চৎনরোলবু ঙাক কন্দুনা থম্লবা হোৎনরিবশিংগী মফমদা লৈরি। মণিপুরী উপন্যাস সাহিত্যদা থোরক্লিবী অইবীশিংগী চহী য়াঙ্খেরোমগী মনুংগী খুৎইশিংদা করিগুম্বা মওং অমা নত্ত্রগা অমদা পেত্রিয়ার্কিগী চৎনরোলগী মায়োক্তা পেন্দবা অমদি শীংনবগী খোঞ্জেল অমদি অইবীশিংগী খুৎইদা ইরোয়তা লোয়নরি।

# ড্রামা

মণিপুরী ড্রামাদা এম কে বিনোদিনীগী অশংবা নোংজাবী (১৯৬৭); প্রমোদিনীগী মমাদো লৈশাবীদো অঙাওবীদো (১৯৯০); কবোক ওনশ্রবী কবোক্লৈ (১৯৯৩); লৈঙাকলেম্বীগী ইতা লাইথি লুবাক (১৯৯১); বীনাপানীগী রেডিও ড্রামা অহুম (১৯৯৯) নচিংবদা পেত্রিয়ার্কি মনুংদা নুপীগী পুন্সিনা মমল লৈতবা কাওশিং ওইনা লূপশিন্দুনা মাঙজববু থম্মোয় শোক্না য়ানীংদবা অমদি শীংনবগী খোঞ্জেল থোরকপা থেংনৈ । প্রমোদিনীগী মমাদো লৈশাবীদো অঙাওবীদো ড্রামাসিদা পেত্রিয়ার্কিগী চৎনরোলনা শাগৎখিবা নুপী অমনা নুপা য়াওদ্রবদি সমাজদা হিংবা ঙমদবা ওইনা লান্না উহনবা অদুগা কবোক ওনশ্রবী কবোক্লৈদনা অদুগুম্বা সমাজকী অরানবা রাখল্লোন্দু থুগাইদুনা নুপীনা নুপা য়াওদ্রবসু সমাজদা হিংবা ঙম্মী হায়বসি কবোক্লৈগী চরিত্রদা উৎলি । লৈঙাকলেম্বীনা ইতা লাইথি লুবাকতা মৌগী শীংদা চল্লবী থোইনুবু মপুরোইবা হাত্তোক্লগা কৌরেংবনা নমজা নমথেক্লখিবগী চুমদ্রবা থৌদোক উৎলি । মণিপুরী ড্রামাদা ফেমিনিষ্ট কন্সিয়সন্সে য়াওনা ড্রামা ইরকপা থেংনরে । মসি নুপীনা সমাজসিদা মখোয়গী লিভ এক্সপরিএন্সনা, মখোয়গী সেন্সিব্লিটিনা মখোযগী থম্মোয়গী মীৎফমদা তারকপা মমিশিংদু পুথোক্তুনা উথোরকপা নুপীনা মশানা মশাদা য়েংজরকপগী ফেমিনিষ্ট ভিয়ু অমদি ফেমিনিষ্ট দিসটোর্টেদ ইমেজ অদুদা পেঞ্জদ্রবা মতৌনা পুরকপা লিবরেল ওইবা খোন্থোকশিংনি । রেডিকেল ওইবা অকনবা খোন্থোকশিংদি মণিপুরী ড্রামাদা মপূং ফানা তাবা ফংদ্রি । অদুবু হান্না নুপা অইবশিংনা মখোয়গী ড্রামাশিংদা য়েংলম্বা মীৎযেংদগী লান্থোক্তুনা মখোয়গী পূক্নীংগী মতীংদু পুথোরক্তুনা অহিংবা থরায়গী চৈনাখোলদু মথরায পালহন্দুনা মশাগী ফিরেপ পীজবা ঙম্লে । মসিনা নুপীগী মনীংতম্বা তানবগী ঈহৌদা (ফেমিনিজম) নুপীশিংগী থম্মোয়গী লৈকাবক্তা পোকখাইহনবা ঙমখ্রে হায়দবা যারক্রে ।

বিনোদিনী (১৯২২-)গী অশংবা নোংজাবী (১৯৬৭) দা য়াওবা অনীশুবা লীলামচা *ঙাইখো হিংমিন্নখিসি* হায়বসিদা তঙাইফদবা নুপীগী মথৌনি হায়না থল্লিবা অঙাং পোকপা ঙমদ্রবী নন্দিনীগী পুন্সিবু সমাজনা ইকাযবা পীবিবা মদুগী চৈনাখোল নন্দিনীগী মচীন্দগী থোক্লকই ঃ

নূপীগী খ্বাইদগী অশোনবা মফম লৈ । নহাক অঙাং পোকলরোই অসিনি।
অদুবু মীনা মীগী অশোনবা মফম থিদুনা চৈ থাবদি মীগী শাজৎ নত্তে ।

(বিনেদিনী,১৯৬৭,৬৪)

নুপানা সেন্টর ওইরগা শাগৎপা সমাজকী সংস্কৃতিদা নুপীনা অঙাং পোকপা ঙমদবা হায়বসি নুপীগী মরাল ওইনা লৌই, নুপাগী অশোয়বদি থনদে । মসি নুপীবু অঙাং পোক্লনবা মরী তত্তনবা মেছিন ওইনা উবগী মতৌনি । নন্দিনীগী অঙাং পোকপা খুদিংগী শিবা য়াবা ফীভম ওইগনি হায়বা ডাক্তরগী মত মতুংইন্না মাগী মপুরোইবা মহেন্দ্রনা নন্দিনীগী অঙাং পোক্তনবা

তৌখিবনি। মসিনা নন্দিনীবু অঙাং পোকপা ঙমদ্রবীনি হায়দুনা মনেম্বোক্লা নৌহৌননা অতোপ্পা নুপী অমা মচানুপাগীদমক থিনবা হোৎনরকপনা ড্রামাসিগী টসল ওইরি । ঐখোয়গী সমাজদা অঙাং পোক্তনবা থাঙ থাবসি নুপীদতা পাঙথোক্লে ; নুপাদা পাঙথোক্তে । অঙাং পোক্লবদি নুপানা অতোপ্পা নুপী থিবা, নুপী ঙাক্তা পোক্লবসু নুপী থিবসি চৎনৈ । অদুবু অঙাং পোকপা ঙমদ্রবী নুপীনা অতোপ্পা নুপাদা ময়ূম পান্দুনা মচা পোক্লবদি হোৎনবগী চৎনবী লৈতে । ব্রারী অসি মঙ হা ওইনা হৌখ্রবা মীওইবগী সভ্যতাগী অয়ূক্তা নন্দিনীনা নলান্দাদা থুংলুই, মদুদসু অচৌবা নুংপাক অমদা ইরম্মী - *অসিদি নুপী চংবা য়াদে* । অসিগুম্বা নুপীবু নমথদুনা থম্বা সমাজগী চৎনরোল অমা মীওইবা খুন্নাইনা চাওখৎলকপগা শাগোন্ননা শাগৎলকখিবা সমাজগী চাওখৎচদ্রবা মায়কৈ অমা পুথোরকই । নন্দিনীনা পেত্রিয়ার্কিগী মনুংদগী মপুং ফানা নাম্থোকপা ঙমখিদ্রবসু নুপাগী খুদোংচাবতা য়েংদুনা শেমখিবা সমাজগী চৎরোলগী মায়োক্তা য়ানীংদবগী খোঞ্জেল অমদি পুথোরকখি । পেত্রিয়ার্কিগী চৎনরোল মনুংদা নুপীনা মশাগী নুংশিবা *ফোঙদোকপা* অমদি য়ূম পানবগী ফিরেপ *লৌজবগী* অধিকার পীবিদবা অসিনা *অশংবা নোংজাবী* দা আর্টকী তাইবঙদা পূক্নীং ব্রাখল লূপশিনখিদুনা হিংবগী পুন্সিগী ফিরেপ লৌজবা ঙমদ্রবা গৌতমগী মফমদা মশাগী পূক্নীংগী ব্রা অমদি ফিরেপ ফোঙদোকপা ঙমদনা কায়নখি । অদুগা অতোপ্পা ড্রামা *কাউরবরা রাস শান্নবগী অহিংদোদনা* তূমিন্না লৈবতনা নুপীগী লেমজফম অমদি ফিদম ওইনা শেমগৎপা সমাজদা মখোয়গী অনীংবা অপাম্বা ফোঙদোক্লবগী তাঞ্জা পীবিদবা মতৈমগী মনাওনুপী রাধামণিগী ব্রাকৎ কয়া নীলমাধবগী মফমদা লৈহৌই ।

থোকচোম বীনাপানী (১৯৪৯-)গী লৈমন চল্লবী হায়বা ড্রামাসিদা নুপীবু সেক্স ওবজেক্ট ওইনতা য়েংবিবা অহিংবা থব্রায় ওইনা উবিদ্রবা ফজতোম্বীগী লাম্লেং শীংথানীংঙায়নি । মরাইবক থীরবী মাগীদমক হন্না য়েংবদা কনা লৈজদ্রবী ময়ূম পাল্লুরবী ফজতোম্বীনা মরাইবক থীরবা নুপামচা তোম্বাগা লোয়ননা হিংননবা পৃকচাক থিরকপদা খুনগী লম্বী চিদাইদা হোটেল তৌই । ফজতোম্বী শক্তা চানবা শকফমনি মসিনা খোঙথাং খুদিংদা মশক্লা মাগী খূরৌ ওইদুনা মহৃ চাউবী ওইনা য়েংবী । নুপা লৈত্রবা নুপীদা মহৌশানা নুপাগী অধিকার লৈ খন্নবা সমাজগী চৎনরোলদা থোযবা কৌবা মতু-মচা লৈরবা নুপা অমনা মহাক্কী অতোম্বী ওইননবা হোৎনবদা মায পাক্লবা থোয়বনা অকন অরিং শীংদুনা বদনাম কয়া পীরি ; মাগী হোটেলদু ফম্বা ঙমদনবা লাল্লোং কয়া শীল্লি অদুবু ফজতোম্বীনা পূম্নমক কবিসু নাচুংদনা শীংনরি ঃ

> ঐতা নত্তে মী অসুক য়াম্না ফল্লিববু, মা মথন্তনা থিংবা ঙম্বা য়েংগে
> হিংনবা লানফমনি থোয়বা চামসু লাকসনু ।
>
> (বীনাপানী, ১৯৯৭,৩২)

থেংখাং কয়াদা মায়থীরবা থোয়বা ফজতোম্বীগী হোটেলদা য়ু থমজিল্লগা পুলিসতা য়ু য়োল্লি হায়দুনা ফাহল্লি, হোটেলদু মৈ থাদোকপীখি । অসিগুম্বা মতমসিদা মাগী ঙাক্লৌ ওইজরিবদি চীংলেনতনি । চীংলেননা জামিন য়াদুনা ফজতোম্বীবু অব্রাফমদগী লৌথোকপীখি । মাগী মৈ চাকখ্রবা হোটেলদু অমুক হন্না শেমজিন-শাজিনবিদুনা হিংনবা লম্বী থিরকই । অদুবু মহাক নুপা খুন্নাইগী মিনু চঙফম ওইরি । ফজতোম্বীনা চীংলেনবু থেংনরুবা মীকুপুগী মাগী থম্মোয়গী কাচীন

দা ৱাহৈনা ফোঙদোকপা ঙমদ্রবা পূক্নীংগী ইহুল অমদি পোকপ্রবনি । আশা তৌরি চীংলেনগী মকাদা হিংজবগী অদুবু চীংলেনগী মচীন্দগী *লৈমন চল্লবী* হায়বা ৱাহৈসি তারুবদগী অহানবা ওইনা মীকপ থোক্লকখি পেত্রিয়ার্কি কলচরগী মনুংদা মৌ ওইরুরবী সমাজদা অমুক হন্না শাগৈগী মৌ ওইনবগী অধিকার লৈত্রবীনি । অদুবু মাগী হিংলিবা পূক্নীংনদি চীংলেনবু তান্নবা তোকপা ঙমদ্রি। অসিগুম্বা সমাজসিদা নুপীগী মরাইবক্কীদমক নীংঙমদবা মৈচাক থোক্লকই ঃ

নঙদী মতম পূম্নমক্তা নিংতমদুনা লৈরগদবা নুপাগী মপোকনি নুপী
ওইবীগী মপোক্কী মীনাইগীসু মীনাইনি ।

(ইবিদ,৪৪)

ফজতোম্বীগী এক্সপরিএন্সনা হায়রি - *নুপীনা বদনাম অমা য়াওদ্রবদি হিংবা ওইথোক্কদ্র নে* নুপানা তারাগী মপৃ ওইবা য়াবা অদুগা নুপীনা অমুক্তং ময়ুম পাল্লুরবদি *লৈমন চল্লবী* ওইনা লৌবিদুনা সমাজদা মখোয়গী মফম অমত্তা পীবিদ্রবা, কনাগুম্বগী শাগৈগী মৌ ওইবা য়াদ্রবা পোত্রিয়ার্কিগী মায়োক্তা শীংনদুনা লেপ্পা ঙমখিদ্রবসু মহাক্কী নুংশিজরিবা ফমদা তাদুনা লৈরিবা চীংলেনগী অনাবা লায়েংনবা মী অমা ওইনা মতীং লৈনা মশামক্কী পুন্সিবু মীঙোন্দা মীনাই ওইনা মমল লৌরগা য়োম্লোক্লবগী ৱারেপ লৌখি । ড্রামাসিগী মতাংদা মত পীরি ঃ

নুপীশিংনা কয়াদা নোমজবা অমদি কয়াগী ৱাজবা, অদুগা অমুকসু
ঙসিগী সমাজ অসিনা নুপীবু থৌশাবিদবা, মতু শোল্লবীশিংবু তুহৎপিবা,
শান্নপোৎকুম লৌবিবা উৎনবা হোৎনৈ ।

(সমরেন্দ্র,১৯৯৭,১৪)

ড্রামা অসিদা পেত্রিয়ার্কি মনুংদা পুন্সি লাম্লেংদা শাথীনা শোক্লবা নুপী অমগী থম্মোয়গী মৈচাক ফেমিনিষ্ট অসিনা পুথোরকই কপকেবা নোকেরা দা নুপানা অপাম্বা রোল মোদেলগী কাঙ-লোন্দগী নাম্লোক্লবা বোহিনিনা মপুরোইবা মংলেমজাউগী মায়োক্তা থৌনা লৈনা শীংনদুনা লেপখি । রোহিনিনা হায়বি ঃ

অদুম হায়নকা তৌশিল্লক্নু । নুপা, নুপী চপ মান্নরবা মতমসিদা ।
লাল মমাঙগী মৈতৈ নুপীগী ওইরম্বা মওং অদু হৃজিক্তি নত্রবনি
চাওখৎপগী লমজেন্দা নুপাদগী নুপীনা হেল্লি ।

(বীনাপানি, ১৯৯৯,৬৭)

রোহিনি মাগী অনীংবগী য়ুমফমদা চেৎনা লেপ্তুনা লাম্লেংনরি ঃ

ঐনা ৱা অমত্তং হায়জবদি নঙনা কৈদৌঙৈ য়াবা য়াওখ্রবগে নুপানি
হায়দুনা হায়নিংবতা হায়বা; চানিংবতা চাবা, থকনিংবতা থকপা,
ঐনা ৱা অমত্তং হায়রুবদা মরৈ য়েৎপা ওইনা খল্লবদি ঐখোয়নি তিন্নবা
য়াররোই । নঙোন্দা ঐনা য়ুম পাল্লুবসে লাল্লবনি .. ।

(ইবিদ,৭০)

মহাক মশাগী শেম্লোক লৈজবা, তলব চাবী নুপী অমনি । অসিগুম্বা মূক্লবা অসিদা মচাশিংগী অফবা কেরিয়র শেন্নবিদবদগী মাঙখিবা অদুগা মংলেমজাওনা নোংমা য়ুম থাদোক্তুনা চংখি অদুগা রোহিনিনা অঙাওবীগী পাংখক্কুম ঙাওচৎনবগী পুন্সিদা লৈহৌই । নুপা অমনা তৌবা য়াবা

পূম্বা তৌবা যাবগী নুপীগীসু অধিকাব লৈ হাযবগী লাঞ্জং চঙখিবী বোহিনিগী ইচং থৌবদুনা ইমুং কাযনবগী মচাক ওইখিবা ওইনা উৎপা ম্যেনষ্ট্রিমগী মীৎযেংদগী অইবীগী খুৎইসু নাম্বোকপা ঙমখিদে। চপ চাবী বেডিকেল ফেমিনিষ্ট অমগী মশক্তা য়ৌবা ঙমখিদ্রবসু ম্যেন চৌবিনিষ্ট ভেল্যু সিষ্টেমদা পেঞ্জবা ঙমদ্রবী অনৌবা নপীগী মশক অমদি শাগৎনবা অইবীনা হোৎনৈ।

# ফেমিনিষ্টশিংগী ইতিহাস

মেমচৌবী (ডা থৌনাওজম চনু ইবেমহল) না হাওরৈমা শন্নুবী ২০০০ দা ফোঙলকখি। ফেমিনিষ্ট অসিনা মৈতৈগী মিথোলোজিদা নুপী হায়বা ব্লারেং অমখক ওইনা মচালৈমা (২০ শুবা মশীং, ওক্তোবর ১৯৮১) দা ফোঙখ্রবা মতুংদা ১৯৮৮-৮৯ দগী মিনিস্ত্রী ওফ হ্যুম্যেন রিসোর্ছ, গভর্মেন্ট ওফ ইণ্ডিয়াগী মখাদা য়ুনিয়র ফেলোসিপ লৌদুনা মখা তানা থিজিনখি অদুগা ১৯৯২ দগী ডোক্তরেল ডিগ্রীগী থিসিস ওইনা মণিপুরী লাই তীনগী ব্লারী শীংবুন্দা লাইরেম্বী হায়বা মিংথোলদা পিএচ ডি ডিগ্রী ফংখ্রবা মতুংদা খৃ: ২০০০দা লাইরিক ওইনা মপূং ফানা শাগত্তুনা ফোঙলকখিবনি। লাইরিক অসি ফেমিনিষ্ট অসিনা চহী ১৯ চঙনা থিজিন হুমজিন্দুনা ফেমিনিষ্ট রিভিজন প্রি-হিষ্ট্রি অসি দিকন্সত্রক্ট তৌদুনা ফেমিনিষ্ট হিষ্ট্রি অমা শাগৎলকখিবনি। ফেমিনিষ্ট অসিনা ১৯৮১ দা *মৈতৈ মিথোলোজিদা নুপী* অমদি ব্লাকমা মাইবী ১৯৯৯ দা ফোঙখ্রবসু অইবীগী মপূং ফাবা মীৎয়েংদি হাওরৈমা শন্নুবী ফোঙলকপদগী উবা ফংনরকখি। অইবীনা ইতিহাসকার, কলাকার, পণ্ডিতশিংনা থওইদনা মখোয়গী ব্লারী শীংবুন, ইতিহাসতা ইবিরমদ্রবা তৌইগুম্বসুং সমাজগী মশীংদা তঙ্খায় কল্লিবা পুন্সিগী তাংফম খুদিংদা ওইগা য়েৎকা ওইনা অব্রা নুংঙাইদা শরুক য়ামিন্নরক্লবী নুপীশিংগী লীক্লু চোইনা কেনখ্রবা ইতিহাসপু শাগৎলকপদা লৈশেম নোংশেমঙৈদগী হৌনা লাইরেম্বীশিংনা লৌরকপা থৌদাং অমদি মখোয়গী মতীক শাগৎপগী টাস্ক অমনি। ফেমিনিষ্ট অসিনা ইতিহাসকী মমাঙদগী হৌনা নুপীগী ইতিহাস অমা শাগৎনবা হোৎনরিবসিগী মরমদি নুপী হায়বা কাঙলূপ অসি মী ওইনা সমাজদা মশক থোক্লা হিংবদা তোখায়বা মী কাঙলূপ অমা ওইনা সমাজদা মখোয়গী ইতিহাস, সংস্কৃতিগী মফম অমদি লৈফম থোকই অদুনা ইতিহাসকারশিংনা মফম পীবিবমদ্রবা ইতিহাসতা মখোয়গী মফম অমা লৌরকপা হায়বসি ফেমিনিষ্টশিংগী ঈহৌগী অচৌবা তাঙ্কক ওইবিবনি। ফেমিনিষ্টকী ওইবা ইতিহাস হায়বসি ঃ

> No matter what feminist theory accompanies the historian, the tale she tells in the end always be about something else, something other, of which women are only a part ... a category that changes in different historical circumstances; in the circumstances that are being described.
>
> (Steedman, 1994, 74-75)

জাতি অমগী মীওই কাঙলূপ অমনা হৌরকপা হায়বসি মমাগী পিবৃকনুংগী কনানসু শোকপা ঙন্নরোইদবা মফমদগী হৌবকপনা মমাগী সিয়োম্নুং অসি চাওরবা তেংবাংনবগী অপীকপা মশক্লি ; মসিদা মমানা মচাবু সিয়োম্নুংদা ঙাক-শেল্লিবা মওংদা য়ূম্ফম ওইদুনা ঐখোয়গী মিথোলোজি শাগৎলকপনি ঐখোয়গী মীতৈগী লাই হরাওবা অসিগী নুংগী অথূপ্পা মিথোলোজিসু ব্লাফম অসিনি হায়দুনা ফেমিনিষ্ট অসিগী মীৎয়েং শাগৎপা হৌরকই। মীতৈ নুপীশিংগী ইতিহাস অসি প্রিহিষ্ট্রিগী মতমদা লৈশেম্নদা লাইরেম্বীশিংনা লৌরম্না থৌদাংদগী য়েংলকই। ঐখোয়গী লৈশেম্নগী ব্লারীদা গুরু শিদবনা অসিবা, হরাবা অমদি নোংথাংলৈমবু মহাক্কী মশাদগী পুথোকখিবগী ব্লারী শাগৎলিবসি আমেরিকাগী মিথোলোজিদা লাই নুপাগী হকচাংদগী লাইরেম্বীশিং পুথোকখিবগী ব্লারী থেংনরবসু ফেমিনিষ্টশিংনা য়ানদে, মসি ফোকলোরিষ্টশিংনসু য়ানদে (Dundes, 1978.

178) লাই তীনগী ব্বারী শীংবুন অসি নুপীগী হকচাংদা ওইবা থাগী খোঙকাপ লাকপগী ঈ, অঙাং পোকপা, মমানা খোম ইন্দুনা চাউহল্লকপা অমদি শিবা হায়বসিসু মমাগী সিয়োম্মুংদা হঞ্জিনবনি হায়বগী বিলিফ অসি জাতি অসিগী খুন্দারকঙৈদগী হৌনা সমাজ হায়বসি নুপীগী শক্তি অমদা তোংদুনা লাকপনি ফেমিনিষ্টকী মীৎয়েংনি। বাইওলোজিকেল সাইন্স চাওখৎত্রিঙৈগী মমাঙদদি নুপীগী হকচাংগী অথুপ্পা শরুকশিংবু লাৎনরম্বগী ব্বাফম্বু স্কোলার কয়াগী মত অমদি লাইরিকশিংনা সপোর্ট তৌহন্দুনা ফেমিনিষ্টসিনা মাগী মীৎয়েং শাগৎলকই। নুপা নুপীগী মরীদগী মীপোক মীশেম্বগী মরমদা খঙলমদবা অমদি চাওখৎলক্লবা মতমদসু মপা হায়বসি থোইনা মরু ওইনা লৌরমদে পল্লি। পাখঙবনা মমা লৈমরেন সিদবীগী মব্বাদগী মপাগী অথুপ্পা খঙখিবা মদুনা পাখঙবনা ফম্বাল ফংখিবা ; নোংখোঙ কোয়রুরগা সনামহীনা হল্লকপদা ফম্বালদা পাখঙবনা ফমদুনা লৈরল্লবদা শাওরবা সনামহীনা পাখঙববু হাৎনবা হোৎনরকপদা লাইরেম্বী তরেৎনা খূৎ শম্লদুনা কোয়শিল্লগা কনখিবা; লাইরেম্বীশিংগী ঈশৈদগী সনামহীনা পাখঙবনা ফম্বাল তোংলিবসিদা মপা গুরুগী খূৎ য়াওই খঙলক্তুনা থাদোক্লল্লগা চৎখিবা মসিদা লৈমরেল সিদবী অমদি লাই নুরা তরেৎকী মতীক মগুণ শীংথাই। মতাংসিদা ফেমিনিষ্ট অসিগী অকনবা ষ্টেটমেন্টদি মণিপুর সমাজদা পেত্রিয়ার্কেল সোসাইটিগী মমাঙদা মেত্রিয়ার্কেল সোসাইটি লৈরম্মী হায়বসিনি ঃ

> মৈতৈগী লাইনিং লাইসোনগী থবক্তা নুপীনা মাইবী ওইনা লাইগা
> হকখেংননা লাইগা ফাওনদুনা লাইবাউ হায়বগী চৎনবী অসিনা
> অঙনবা মতমদা মৈতৈসু মেত্রিয়ার্কেল সোসাইতিদা লৈরম্মী হায়বা
> তাকলি। অঙনবা খুন্নাইদা লাইগা ফাওনবা লাইবাউ হায়বা অদুনা
> লাইনিং লম্বীগী লুচিংবা অমদি কাংবু অদুগী মকোক ওইনরম্মী।
> নোংদা লাইরেন পাখংবনা মপানা মকোক ওইবা, মপাগী মিংদা
> মচাগী মশক তাকপা, পেত্রিয়ার্কেল খুন্নাই মপুংফানা লিংখৎতুনা
> মপা লাইগী সক্তম শাগৎপ্রবসু লাইগা ফাওনবা শমনবা মাইবীগী
> থবক অমদি ইন্সটিটিউসন অদুদি হোংবা লৈতনা চৎথরকলি।
>
> (মেমচৌবী, ২০০২, ১১)

ফেমিনিষ্ট অসিনা পাম্বোইবীগী মতীক-মগুণ শীংথারকপদা *মৃকমৈ নারিন শোনবী* হায়না শীংথারম্বসিনা নুপীনা কলম পায়দুনা ইরম্বা অমদি লৈমরেলগী মিংথৈ ১০৮ পীবদা *হমবু নারেং কুপসবী* অসিনসু মণিপুরদা কুইরবা মতমদগী নুপীনা লাইরিক ইরম্মী হায়বসিনি। অদুবু নুপীগী এক্সপরিএন্স অমদি মদুগা চানবা মওংদা শাগৎপা লাইরিক অমত্তা অরিবা সাহিত্যদা পীবা ঙমদবসিনা ফেমিনিষ্টকী ব্বাফমসি মীয়াম্না থাজবা ব্বাগনি। মসি ফেমিনিষ্ট রিভিজন হিষ্ট্রিগী প্রোব্লেম অমনি, ফেমিনিষ্ট মশাগী নত্তে। মাইবীশিংনা মণিপুর সমাজদা ইমুংগী থবক ইনখাং অমদি নুপা নুপীগী সেক্সকী রিলেসনদা অথিংবা অমত্তা লৈতনা মথন্তগী নুংগী তাইবঙ অমদা মথন্তা মপূং ফানা হিংজবা ঙম্লকপগী ব্বাফম ফোঙদোকই। অদুবু খাগেম্বগী মতম (১৯১১-৭৮) দগী মাইবশিংনা *য়োইরেন লোয়শঙ* লিংখৎখিবদগী পেত্রিয়ার্কেল সোসাইটিগা চাশিন্নবা লোয়শঙশিংনা মাইবীশিংদা ময়েক ইবগী অয়াবা পীখিদবগী ব্বা পল্লি। অদুবু মসিদা চৎয়েংনবা মশক অমসুং থোকহল্লকই ঃ

> মাইবীগী ইনষ্টিট্যুসনা অসিমক voiceless, muted, silence
> ওইরবা লোন থোক্তবা হংলাই ওইরবা নুপীনা মহাক্কী খোল্লাউ অমা

> পেত্রিয়ার্কি অদুদা তাহন্নবা হোৎনবদা ফংখিবা মায়থিবনি হায়না লৌবা য়াই। তৌবতবু দোমিনেন্ট গ্রুপ ওইরিবা নুপানা কন্ট্রোল তৌবা মিদিয়ম ওইদবা তাই, লাই তোংবা তাই, লাইগী ব্রা হায়বা তাই, de familiarize তৌদুনা মহাক্কী ব্রাফম অদু অচুম্বনি হায়হন্নবা হোৎনবা তাই/লাইতোংব্রা করিনো খরা তৌরগা নুপানা খুল্লিংবা খুন্নাই অদুদা মব্রা চৎহন্নবা হোৎনবা তাই।
>
> (প্রেমচান্দ, ২০০৩, ২)

মসিদা অইবনা এন্থ্রোপোলোজিকেল্লি য়েংদুনা মশাগী মীৎয়েং অমা শাগৎনবা হোৎনরবসু ফেমিনিষ্ট ইডিলোজি শাগৎপগী মীৎয়েংদা পুথোরকপনা পেত্রিয়ার্কিগী ইডিওলোজিদা পুশিনখিবা ওইনা তৌদুনা চনৈন্নবা মচাক ওইরকই, চন্নফম লৈরক্তে। ফেমিনিষ্ট অসিনা লাইরেম্বীশিবু নমথদুনা গুরু শিদবনা মালেম লৈশেন্নকপদা লাইরেন পাখঙবা অমদি লাইরেম্বীশিংনা য়ানীংদবদগী গুরুগী শিক্ষা পাঙথোক্লিবা মচানিপা অসিবগী লৈশম - নোংশেম্বগী থবক্তা থুগাইনবা হোৎনখিবা, মমৈথংদা লৈমরেন সিদবীনা কোঞ্জিন তুথোকপদা গুরু সিদবগী অরোনবা তাকথোক্তুনা নিংথৌ ওইহনখিবা অমদি সনামহীনা হাংকে চোংশিল্লকখিবা মতমদা লাইরেম্বী তরেৎনা থোরক্তুনা পাখঙববু কনখিবা; সনামহীনা থারকপা সামুদোন অয়াংববু পোংলৌতোন পাখঙবা মার্জিং অমদি লাইরেম্বীশিংনা মতেং পাংদুনা লাকখিবনি। পাখঙবনা নিংথৌ ওইরবা মতমদা মহৌশাগী লাইরেম্বীশিংবু পাখঙবগী ওইদা ফমহন্দুনা লাংখিবগী ব্রা ইরি। তন্ত্রগী প্রভাব লাক্লবা মতমদসু মমা লাইরেম্বীবু পাম্থোইবী নত্রগা লৈমরেন সিদবী কৌদুনা অশুপ্পা লাইরেম্বীগী মশক্তা সিবগী শক্তি ওইনা পুখৎলকখিবা অসিসু হান্নগী লাইরেম্বীগী মশক্তা মথং মথং শমথরক্লবসু মদুগী মমাঙদদি মমাদগী মথং মথং নিংথৌরোল থংথবা মেত্রিয়ার্কি লৈরম্মী হায়বসিনি। পেত্রিয়ার্কেল সোসাইটিদা নুপীনা অমুক্তগী হেন্না যুম পানবগী চৎনবী লৈরম্বনা পাম্থোইবীনচিংবা লাইরেম্বীশিংনা কয়ারক হন্না ময়ূম পাল্লম্বা উৎলি। অসিগুম্বা সমাজকী মীৎয়েং হৌজিকসু মীরোল লান্না মদুগী মশক উবা ফংলি ফোঙদোকই ঃ

> মণিপুরী সমাজদা লমতা থাংজগী নুমিৎ অসিদা লৈকাই- লৈকাইগী হনুবী অমদি মীযাই চল্লবীশিংনা লেংবান্দা থাঙ হায়গৎতুনা, কোকশেৎ অমদি খ্বাংচেৎ শেৎতুনা খুল খুলগী ওইনা মীশি-মীনা থোক্তনবা তিনমু-লাইমু তাইনবগী ইরাৎ-থৌনি অমা ঙসি ২০ শুবা চহীচা লোইরমদাই অসিদসু উবা ফংলি। মসি শাংলবা মতমগী মমাঙদগী হৌনা নুপীশিংনা লৌরকপা থৌদাং অদুগী মশক অমনি হায়বা য়াই।
>
> (মেমচৌবী,২০০০,২৪১)

ফেমিনিষ্টসিনা সমাজদা নুপীশিংনা মতীক-মগুণ, মতীং লৈনা হিংজবা ঙম্লনবা ব্রাখল্লোন শাগৎলকপদা হিংবদা চঙবা পোৎলমশিং - ফৌ, ঙা, থুম, ঈশিং, নুংশিৎ, মৈ অমদি লৈবাকপু লাইরেম্বীগী মশক্তা খঙনরম্বা, মিথকী ব্রারীদা য়াওরিবা লাইরেম্বীশিং - সরম তাংখুল নুরাবী, ফৌওইবী, খোঙজোমনুবী, লিকসঙনু শাফবী, হুন্দুং খুল্লাকপগী মচানুপী খল্লাং তাওবী ঈরেম্মা, লাইস্রা, চোতেনু, পাম্থোইবী অদুগা ইতিহাসকী মায়কৈদা মতীক মগুণ চাউবী নুপীশিং - লংমাই চনু পেতংঙা, মরাম চনু ইঙাল্লে অমসুং লৈমা লিম্থোইঙম্বী য়াওনা নুপীগী ওইবা ইতিহাস (her-story) অমা শাগৎলকই। নুপীগী ব্রাখলদা মখোয় মশাগী রুট লৈজদবগুম শোম্ভজরিবা

অসিদগী নাম্ব্রোক্তুনা ইমোসনেল সেক্যুরিটি শাগৎনবা হোৎনরকপদা ময়েক শেংবা ফেমিনিষ্ট অসিগী মীৎয়েং উবা ফংই। ফেমিনিষ্ট থিওরীদা খ্বাইদগী মপূং ওইবা মচাক নুপীগী ওইবা মশক (আইদেন্টিটি) অদু তাক্লনবা অইবীগী শীংথানীংঙায় ওইবা খৃৎইনি।

ফেমিনিজম হায়বসি শাগৎলকপদা নুপীগী বাইওগ্রাফি অমসুং ওটোবাইওগ্রাফিবু পাম্বে ওইনা শীজিন্নে। মণিপুরী সাহিত্যদসু মেমচৌবীগী *ফৌ চরোং* (১৯৯৫), প্রমোদিনীগী ইচে থোইবী অমসুং অতৈ ৱারীশিং (১৯৯৭), থোইবী দেবীগী নীঙশিংলক্লি ঙসিদা (১৯৯৭) শগোলশেম তরুনি দেবীগী মণিপুরগী থৌনা ফবী নুপীশিং (২০০৪) ফোঙলক্লুনা মণিপুরী সাহিত্যদা ফেমিনিষ্ট ইডিওলোজিবু হেন্না মপূং ফানা শাগৎলকই। লাইরিকশিংসিদা নুপী অমগী লিভ এক্সপরিএন্স অদুগুম্বা এক্সপরিএন্স অদুনা ঐখোয়গী সমাজ অমদি সংস্কৃতিবু মশক তাক্লকই। *ফৌ চরোং* গী ৱাহৌদোক্তা বাইওগ্রাফরনা ইরি ঃ

> ঐখোয়গী খুন্নাই অসিদা নুপীনা কাখৎলকপা হায়বশি থাথাগী থবক
> নত্তে, হিরম অমা নত্রগা অমদা মশক খোকলকখিবা নুপীশিং অসিগী
> পুন্সিগী ষ্ট্রগল অদুনা ঐবু ইনিংহনখি।
>
> (মেমচৌবী, ১৯৯৫, ১-২)

পেত্রিয়ার্কেল সোসাইটিদা থোইদোক্লা শক্লাইখিবা নুপীশিং অসি সমাজগী চৎনরোলবু শীংনদুনা খুদোংথীবগী নোংলৈ-নুংশিৎলক্তগী মশাগী মতীংদনা হিদোম ওইনা হোন্দোরকপা ঙমখিবী নুপীশিংদুনি। মেমচৌবীগী লাইরিকসিদা মণিপুরী সমাজদা থোইদোক্লা মশক নাইখিবী নুপী মাপলগী পুন্সি ৱারীশিং য়াওরি। রাজনীতি অমদি সাহিত্যগী মীওই ওইনা সমাজনা থোইদোক্লা শকখঙনরবী থোইবী অমদি প্রমোদিনীগী ৱারীসু য়াওরি। প্রমোদিনীনা হায়রি *নুপীবু তোম্বনা য়েংবা মিংয়েং অসিগুম্বা খেন্নবা চৎনবী ময়ামসিনা য়োমশিল্লম্বা মৈতৈ সমাজনি*। মতাং অমদমুক ইরি ঃ

> নচাসে নুপীনি নুপী। নোং হেক ঙানবদৈ নোংয়াই ইতু য়ৈরফাও
> কাও থাগুম থাদুনা করি থোক্লে হৌজিক।
>
> (প্রমোদিনী, ১৯৯৭, ৬)

মেমচৌবীগী ফৌ চরোং অসি ফেমিনিষ্ট বাইওগ্রাফর অসিনা মচালৈমদা প্রোফাইল ওইনা ইখিবশিংদগী নুপী মাপলখক্কী ৱারী লৌখৎলগা শেম্বনি। ফেমিনিষ্ট বাইওগ্রাফর অসিনা জননেতা হিজম ইরাবতকী মতুং ইন্দুনা কম্যুনিষ্ট পার্টিগী মীওইশিংনা মীচেন ওইরিঙৈদা সমাজকী অচঙবা থৌদাং য়াখিবী জীরি ইবেমহলগী ৱারীসু য়াওরি। অইবীনা ইরি-করিগুম্বা মফম অমদা মীয়ামগী ঈহৌ অমা শাগৎলকপা মতমদা নুপীবু হৌদোক্লুনা অকনবা শরুক লৌহনবা হায়বসি ঈহৌ অদু মায়পাক্লবগী খ্বাইদগী মরুওইবা মরম অমনি। মখা তারি - *নুপী ওইবীগী পুন্সি অসি ফকলাং মরিগী মনুংদা শিখিগদবা নত্তে*। তশেংনমক নুপী হায়বসি অবলা নত্তে হায়বসিসু খঙলকখি হায়দুনা ইবেমহলগী পুন্সিগী এক্সপরিএন্স উংলি। সমাজদা নুপীবু হম্বনা য়েংববু থেংননবা শেম শারম্মী। *খোঙ ওই য়েং পুন্না থাংদুনা চৎপগুম নুপা নুপী চপ মান্ননা চৎমীন্নদ্রবদি সমাজ অমদা অহাংবা পুরক্লুনা লৈবাক অমা চাউখৎপা য়াদেহায়রি*। জীরি ইবেমহল ওক্তোবর ১৩, ১৯৩৬ তা অৱাং জীরিদা পোকখিবনি। ইরাবতনা মণিপুরগী নীংতম্বা সমাজ অমগী মঙলান শাগৎলকপদা নুপী মতীক থোক্লা থৌদাং য়াখি। ১৯৩৩দা *ভদ্র মহিলা সমাজ* হায়বা নুপীতগী ওইবা সংস্থান অমা ইম্ফালদা লিংখৎখিবা, মতুংদা ১৯৩৯ দা মণিপুরদা নুপীগী রাজনীতিগী অহানবা সংস্থান

*মহিলা সম্মেলনি* লিংখৎলকপদগী ভদ্র মহিলা সংস্থান অসি মহিলা সম্মেলিনিদা তিনখি। অসিগুম্বা মতমসিদা ইরাবতকী মতুং ইন্দুনা সমাজগী থৌগাই কয়া পাঙবদা ইবেমহলসু য়াওরকখিবনি। মহিলা সম্মেলনিনা ১৯৭৩ দা নুপী মরূপ ওল্লকই। অসুম্না মীতৈ নুপীশিংগী কখোকপা, হোৎনবা কনবা, থৌনা ফবা পুম্বা খোমজিন্দুনা নুপীতগী ওইবা ইতিহাস অমা ময়েক শেংনা শাগৎলকই। সমাজদা অখূবা চৎনরোলগী মনুংদগী মশাগী হোৎনজমনতনা অৱাংবা মফম অমা তাল্লকখিবী নুপীশিংগী মরক্তা অহানবা নুপী উকিল (মাইজিষ্ট্রেদ) মাধবীগী অৱাবা খুদোংথীবগী মরক্তা হোল্লম্বা পুন্সি হিদোম সমাজগী চুমদ্রবা অকনবা নোংলৈ নুংশিৎ অমদা লূপশিন্দুনা মাঙখি। চাওখৎপগী পঙ্খোরোমদা য়াঙনা চেনশিল্লক্লিবা কুনশুবা চহীচাগী সমাজদা নুপী অমগী পুন্সিদা হেনফদ্রবা অঙাং উনবগী থৌদোক্তা সরকারগী থৌশিন শোয়বদগী গাইনোকোলোজিষ্ট ডাক্তর য়াওদনা থাঙ থাবদগী অঙাং অমা মিসকেরিএজ তৌরবা মতুংদা ডিএমসি ওপরেসন তৌরবা মতুংদা মাধবী লৈখিদবনি। নুপীশিংগী নাম্ছোকফদ্রবা অঙাং উনবগী চেকশিন থৌরাং অমত্তা ফাওবা লৌখৎপীদবগী চুমদবদু ফেমিনিষ্ট বাইওগ্রাফর অসিনা থেংনরকই। মাধবী সমাজদা অচঙবা থবক কয়া তৌরম্বা শেঞ্জা-থুমজা য়াদবা, মথৌদা অৱাবা খঙদবী, মীওইবা সমাজ অসিবু নুপা অমদগী তাদনা নুংশিবা ঙম্বা অচুম্ববু ঙাক্লনবা হোৎনবদা খুদোংথীবা কয়াগা মায়োক্লবদা শম্না মফৈ অমত্তা নীংহন্নবা লৈতবী, নুপী ওইনা পুথোরকই। সমাজনা পাঙ্গল শোনবী, ওইজবতা থিবী, মশাগীতা খনবী অসি নুপীগী মরমচৎ ওইনা লৌবিবগী মায়োক্তা নুপীসু কখোকপদা হালেংদবা, মীদা মী ওইবগী মগুণ চেনবা নুপীগী চরিত্র অমা শাগৎলকই। অচুম্বগীদমক মতমদুগী ডিপুটি সি এম তোম্পোক্কা কেস ফাওবা তৌনখি। মহাক্না রেডিওদা ঙাঙখিবা অমদি ইরম্বা ৱারেং অনীখকসু বাইওগ্রাফরনা মাধবীগী চরিত্র শাগৎপদা মতেং ওইনরি। মদুদি- *ডিজারটেদ এণ্ড ডাইভোরস* অমদি *লিগেল ষ্টেটস ওফ ইন্দিয়ান রুইম্যেন* অহানবগী ৱারেংদা সমাজদা মতু শোন্না হিংলিবা ভারতকী নুপীগী মরাইবক অদুগা অকোনবগী ৱারেংসিদনা নুপীনা য়ুমগী অকুপ-অতা অমদি মচা-মৱা শেন্নরিঙৈ মশাগী তৌবা ঙম্বা পূম্বা মাঙখিবগী মতাংদা পল্লি। অদুবু অইবীনা ইরি ঃ

মহাক লালহৌবী অমরা-তাইবং মীওবন থাগী লৈমাইদ খোংদাদুন,
লম খুদিংমকতা নুপী নুপা লেংথোংমান্নন নোম্মীন্নদুন চাওখৎপগী
লম্বীদ খোংজেল য়াংন চেনশিনগ্রব মতম ওইজরবসু ঐখোয়গী
অপিকপা লৈবাক অসিদদি নুপীন লাইরিক ফন য়ামন হৈজরবসু
পৈসা ফন থোক্লবসু অদুমক মাগী নিপাগী অমদি নিপা ময়ুমগী অহল
লমনসিংগী অনিংবা অপাম্বগী য়াকা ঙায়দুনা লৈব তাবগী ফিভম
অসিগী মায়োকতা অমদি ঐখোয়গী খুন্নাই অসিগী সোৎথহৌরবা
মীন খুদোংচব লৌবীগ্রবী মরাইবক থিহৌরবী নুপীসিংগীদমক মহাক
কনা কীদন অথিংব অপনব পুন্নমক্কী মায়োক্ত চংখিবীরা ?

(মেমচৌবী, ১৯৯৫,৬৭)

বাইওগ্রাফর অসিনা লাইরিক লাইশু নীংথীনা হৈরবা সমাজদা মশাগী মফম, থাক কনবা ঙমগ্রবী নুপী অসিগী অৱা পোলোইগী ৱারীসিনা চীংগী লম্বী থোং খুদোং চাদ্রবা নুপীশিংগী পুন্সিবু উরকই। অইবীনা পামজরিবা নুপীগী শক্তমদু শাগৎপদা পুন্সি ৱারীবু মচীন থৌরবা খূৎলায় অমা ওইনা শীজিন্নরি। মণিপুর সাহিত্যদা ১৯৬০গী মতমদা নুপী অইবী ওইনা

